ꯕꯤꯒꯤꯌꯥꯟ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯙꯔꯝ

# বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম

আই, এস, অকোইজম




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর।

ISA–31

**BIGYAN AMASUNG DHARMA**

*Written by : I.S. Akoijam*

*Published by : Manipur Sahitya Samiti Thoubal - 795138, Manipur, in 2010 and valued at Rs. 95.00 per copy.*



অহানবা ফোঙবা : ২০১০

কোপী মশীং : ১০০০

মমল : লুপা ৯৫/-

ফোঙবা : মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল-৭৯৫১৩৮, মণিপুর



লাইরিক ফংফম : (১) মণিপুর সাহিত্য সমিতি,
থৌবাল, মণিপুর।
(২) অইবা

নম্ফম : সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল কৈথেল
থৌবাল - ৭৯৫১৩৮, মণিপুর।

# অহৈবদগী

পূন্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরনা লৈরমদ্রবদি ঐখোয় পূন্নমক লৈরম্লোই। ঈশ্বরনা পূন্সিনি, অচুম্বনি অমসুং মঙালনি। পূন্সি, অচুম্বা অমসুং মঙাল অহুম অসি লৈত্রবদা জগৎ অসি লৈফম থোক্তে। মসি ধর্মগী অচুম্বা ৱাফমনি। অমৃত অমসুং আনন্দগী ঈফুৎনা পীক থনবা ঈশ্বরবু খক কাউথোক্লোইদবনি। অদু ওইরবদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল হৈথবীরক্কনি। ঈশ্বরগী থৌজালগা মান্নবা করিমতা লৈতে। থক্তা লৈবা মরোল তরেৎ অদুগা খাদা লৈবা মরোল তরেৎ পূন্না মরোল তরামরিমক্কী মপু ওইবীরিবা ঈশ্বরগী মফমদা অৱাংপা অমতা লৈতে। ইবুংঙো মহাক্নবু থৌজালবীরবদি তাইবঙগী দরকার ওইবা পোৎশিংদি লায়রদুনা ঐখোয়না অরানখুভম ফংবা ঙমগনি। অরানখুভমনি ঐখোয় মীওইবা পূন্নমক্না তান্নগদবদি। মদুবু বিজ্ঞান্না পীবা ঙম্লোই, অদুবু ধর্মনদি মদুগী লম্বী তাক্কনি।

হৱাগাড়ি ড্রাইভরনফাওবা গাড়ি থৌরমদাইদা গাড়িগী ষ্টীয়ারিং শোক্লগা লাইবক কৎনরি। অদুমহায়না ঈশৈগী যন্ত্র খোংবা মীনসু মহাক্কী ঈশৈ-যন্ত্র অদুবু মখূৎনা শোক্লগা লাইবক কৎনরি। অসুম্না মখোয়না মখোয়গী থবক তৌরমদাইদা ঈশ্বরবু খক কাউথোক্তে। মকোক য়াম্না লৈবা বিজ্ঞান হৈবা মীনদি ঈশ্বরবু কাউথোকই। মহাক্তি সংসারগী অরঙ-অরাক্তা ঙাওদুনা লৈবা মরম্না ধর্মদগী য়াম্না লাপথোক্লুনা লৈ। বিজ্ঞানগী থবক্তি হকচাঙগী নুংঙাইনবগীদমক্তা কোক্লা তৌই অদুগা ধর্মগী থবক্লা ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তা থম্মোয়না তৌই। কোক্কা থম্মোয়গা পূন্না থবক তৌমিন্নদ্রবদি মীওইবগী সমাজদা শান্তি লৈরোই।

ধর্মগী মীশিংনা ধর্মগী লম্বীদা চৎপদা মখল মখলগী অপন-অরাক অমদি খূদোংথীবা কয়ামুক থেংনরবফাওবদসু মমৈথংদদি মঙ্গল শোয়দনা ওইরক্কনি।

ধর্মগী লম্বীদগী ফৈনা চৎখ্রবা বৈজ্ঞানিক অমনদি মতম খরগী ওইনা তাইবঙগী নুংঙাইবা অমদি লন-থুম ফংবা য়াই, অদুবু মমৈথংদদি খঙহৌদনা অচৌবা লাইবকথীবা থেংনরক্কনি।

বিজ্ঞানগা পোচ্চাক্কী জ্ঞানগা মরী লৈনৈ, অদুগা ধর্মদি আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরগী জ্ঞানগা মরী লৈনৈ। পোচ্চাকশিংনা পৃক্সিগী য়ুম্ফম ওইদে। পৃক্সিনা থব্বায় য়াওদবা পোচ্চাক্তগী লাক্তে, পৃক্সিগী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরদগী লাকপনি। ঈশ্বরনা পৃক্সি অমসুং পোচ্চাক্কী হৌরকফম্নি। ঐখোয়না হৌজিক্কী ধর্ম য়াওদবা বিজ্ঞানগী চাওখৎপদা ঙাওখিদুনা শান্তিগী হৌরকফম ওইরিবা ঈশ্বরদগী অসুম অসুম লাপথোক্লক্লি।

মীওইবা ঐখোয়দা ঈশ্বরগী শক্তি লৈ। শক্তি অদুবু খঙবা ঙম্লবদি ঐখোয়না ঈশা ইশাবু খঙবা ঙমগনি। হৌজিক্তি বিজ্ঞান্না অসুম অসুম চাওখৎলকপগী মতুংইন্না আত্মজ্ঞানদি অসুম অসুম হস্তুরকই। মীওইবনা থাদা কাবদি ঙম্লগা মালেমদা চৎপদি হৈত্রি। মীওইবনা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা চঙবদি ঙম্লগা থম্মোয়নুংদা চঙদুনা আত্মাবুদি খঙননবা থিদ্রি। ঐখোয়গী পৃক্সিগী থেংনগদবা মরুওইবা সমস্যাদি পোকপা, লায়না অমা নৎত্রগা অমনা নারকপা, অহল ওইরকপা অমসুং শিবনি। সমস্যা অসিবু কোকহন্নবা উপায়দি আত্মাবু মশক খঙলগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবনি। মসিদি ধর্মগী থবক্লি। বিজ্ঞান্নদি সমস্যা অদুবু কোকহনবা ঙম্লোই।

বিজ্ঞান্না মীত্রংগুম্না অঙক-অঙকপা পোৎ কয়া অমা পুথোকচরবসু মালেমদা শাথীরবা সমস্যা কয়া অমা থোকহন্দুনা শান্তি লৈহন্দে। মীওইবা জাতিবু মাঙহনখিগদ্রা হায়নফাওবা চিংনরক্লে। বিজ্ঞান্না এরোপ্লেন শাই অদুবু এরোপ্লেন থৌরিবা মী অদুবুদি শাবা ঙমদে, অদুগা মহাকপু ফত্তবা থবক তৌগনু হায়না পাউতাক পীবসু ঙমদে। ধর্মনদি মঙোন্দা পাউতাক পীবা ঙম্মি। পৃক্সিবু নৈনবগী থবক অসি ধর্মগী মীখক্তনা তৌগদবা নত্তে, বিজ্ঞান হৈবা মীশিংনসু নৈনবদুদা য়াওগদবনি। অঙাওবা মতৌ অমনা লমজিংদবা মরী অমা বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মরক্তা থমগদবনি।

ধর্মবু থৌওইদবা বৈজ্ঞানিক লৈ অদুগা বিজ্ঞানবু থৌওইদবা ধর্মগী মীসু লৈ। বৈজ্ঞানিক্লসু ধর্মগী মীনসু অচুম্বা থিগদবনি। অচুম্বদি অমতনি, অনী শুদে।

অচুম্বদি ঈশ্বরনি। বৈজ্ঞানিক অমনা অচুম্ববু থিরবদি মহাকসু ধর্মগী মী ওইরক্কনি। মালেম অসিদা হৌজিক দরকার ওইরিবদি বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মপান্না মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফবা পুরকপনি অদুগা মীওইববু ঈশ্বরগী মনাক্তা পুশিল্লকপনি। বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মীশিংনা থিগদবদি পুন্সিগী মরুওইবা অর্থদুনি। মীনা বিজ্ঞানগী মীসু ধর্মগী মীসু অনীমক পূন্না ওইগদবনি। মখোয় অনী অসি অমনা অমদগী খায়দোকপা য়াদে হায়না লৌগদবনি। মখোয় অনী পূন্না হোৎনদ্রবদি মালেমদা শান্তি পুরকপা হায়বা অসি মঙ অমা ওইনা অদুম লৈগনি। মালেমগী ওইবা ৱারী কয়া শান্নরবসু মালেমদা শান্তি পুরকপা ঙম্লোই। মালেমগী শান্তিদি ধর্মগা বিজ্ঞানগা মখোয় অনী যাশিন্নরগা উবা ফংগনি। মখোয় অনীগী য়ানবা লম্বী অমদা চৎমিন্নগদবনি।

ধর্মসু বিজ্ঞাননি। ধর্ম হায়বদি বিজ্ঞানশিংগী বিজ্ঞাননি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মালেম অসিদা ঈশ্বরগী বিজ্ঞান হৌদোকপা দরকার ওইরে। বিজ্ঞান্না শিবা নাইদ্রবা আত্মাগী মরমবুসু নৈনগদবনি। ধর্মনসু আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরগী মরমদা বিজ্ঞানগী ওইনা নৈনগদবনি। লৈবাক্কী লুচিংবশিং অমসুং বিজ্ঞান হৈবা কাঙবুনা মমাঙঙৈগী ওইবা আধ্যাত্মিক্কী বিজ্ঞানবু থৌওইদবা তৌরোইদবনি। বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম হায়বা অকনবা শক্তি অনী অসি পূনশিল্লগা অমতা ওইহনগদবনি। ঈশ্বরদি অচুম্বনি। বিজ্ঞান হৈবা মীনা অচুম্বা অদু থিববদি মহাকসু ধর্মগী মী ওইরে। বিজ্ঞানগী অমসুং ধর্মগী জ্ঞান অনীমক ঈশ্বরগী সেবাদা শীজিন্নগদবনি। ধর্মগী পন্থুংফম ঈশ্বরনা ওইবগুম বিজ্ঞানগী পন্থুংফমসু ঈশ্বরনা ওইগদবনি।

ওঁ শান্তি, শান্তি, শান্তি।।

থৌবাল — ময়ামগী সেবাদা

তাং ০১/০১/২০১১ — আইঃ এসঃ অকোইজম

# য়াওরিবশিং

অইবদগী

## মমা-মপাশিং, ওজাশিং অমসুং অঙাংশিং

হৌজিক্কী লাইরিক তম্ফমশিংগী শিক্ষানা হৌজিক হৌজিক থবক্তা থবক ওইনা উত্নুনা পুন্সিদা করি করি কান্নহল্লিবগে? লাইরিক হৈরে-হৈরে হায়বা মীশিংনা মখোয় মখোয়দা চেল্লিবা ফত্তবা গুণশিং অদুবুদি থাদোক্তে। থাঙ্গেশেংনমক হায়বা তারবদি লাইরিক হৈবা মীশিংনা লাইরিক হৈতবা মীশিংদগী হেন্না ভাব তাদে। হৌজিক্তি অঙাংশিংনা অসিগুম্বা ভাব তাদবা লাইরিক হৈবা মীশিং অসিগী মতৌ তম্লকই, অদুগা মদুনা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা অকনবা ফত্ত-চৈথেং কয়া পীরকই। লীচৎ-শাজৎ চুমদবা, মজাতিবু নুংশিদবা, মশাবু থাজদবা অমসুং ঈশ্বরবু থাজদবা মীওইশিং ময়াম অমা লাইরিক হৈরে-হৈরে হায়রিবা মীওইশিংদনা অয়াম্বা য়াওরক্লি।

মহৈরোইশিংগা ঈশ্বরগা লাপথোক্লরোইদবনি, য়াম্না নকশিন্ননা মরী লৈনগদবনি। ঈশ্বর হায়বসি ঐখোয়দগী তোঙানবা অমা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্তি ঐখোয়গা লৈমিন্নে, ঐখোয়দা লৈ, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈ, ঐখোয়গী ইথক্তা অমসুং ইখাদা লৈ। মরম অদুনা মহৈরোইশিংনা ঈশ্বরগা নুংশিনবগী অমসুং অমতা ওইবগী মরী অমা থমগদবনি। মহৈরোইশিংনা মখোয় মশা মশাবু থাজগদবনি অদুগা ঈশ্বরবু থাজগদবনি। মখোয়না মশা মশাবু থাজবা হেক ঙম্লবদি মখোয়না ঈশ্বরবু থাজরে, মরমদি মখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মাদু ঈশ্বরনি।

ঐখোয়না তাইবঙ-সংসারগী নুংঙাইবা থিবগী ব্রাখলদা হিংগদ্রা নৎত্রগা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বরগী লৈবাক ফংনবা ব্রাখলদা হিংগদ্রা? ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পীবিরিবা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি অদুবু ঐখোয়না অরেম্বদা মাঙহল্লি। মসিগী মরমদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু থাজদবনি। ঈশ্বরবু থাজদ্রবদি পাপ তৌবা কিদে। ফত্তবা

লীচৎ-শাজৎ চত্তুনা পাপ তৌরবদি ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লকপগী করিদি কান্নরি? ঈশ্বরবু থাজবা হায়বা অসিদি জীব খুদীংমক্কী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বর লৈ হায়বা অচুম্বা অদুবু খঙবদুনি। হূরানবা মী, য়েক্রুবা মী, শকথীবা মী, শা-ষণ, উচেক-ব্রায়া, তীল-কাঙনচিংবদা লৈরিবা অমতা ওইবা আত্মা অদুবু উগদবনি। অদু ওইরবদি পূম্নমকপু নুংশিবা ঙল্লন্দনি অমসুং সেবা তৌনীংবা পোক্লক্কনি। য়েক্রুবা মী অমবু কনাগুম্বা অমনা মশা[illegible] মান্ননা য়েংবা ঙম্লবদি য়েক্রুবগী ব্রাথল অদু মাঙখিগনি। মসিগী অচুম্বা মীৎয়েং মসিবু ঐখোয়দা লৈরবদি মসিদগী হেনবা অতোপ্পা অমা হায়নীংঙাই লৈত্রে। ওজা অমা ওইবগী গুণশিংদি করিনো? ওজাশিংনা মহৈরোইশিংগী নুং-দা তৃমদুনা লৈরিবা জ্ঞান অদুবু য়াকাইহনগদবনি। মখোয়না মহৈরোইশিংদা নীংতম্বা হেনমন্না পীরোইদবনি। মহৈরোইশিংবু জ্ঞান তাহল্লগা লাকশিন্দুনা থমগদবনি। মখোয়বু মরমচাবা চাং অমদা ঙমখৈহল্লগা নীংতমহনগদবনি, অদুগা দরকার লৈবা মতমদা ব্রেক ফাবিগনি। মখোয়বু চৈরাক পীবা মতমদা চৈরাকখক্কীদমক্তা ওইনা চৈরাক পীগদবা নত্তে, মখোয়বু চুমথোকপগী উপায় অমা ওইনা চৈরাক পীগদবনি। ওজা অমনা ওজা অমগুম লমচৎ চৎকদবনি। মসি য়াম্না মরুওইবা ব্রাফম অমনি। অদুগা অমুকসু ওজা অমনা স্কুল নৎত্রগা কোলেজদা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীবা লোইরগা মহাক্কী দায়ীত্ব লোইরে হায়না লৌরোইদবনি। মহাক্না মতম পূম্নমক্তা মহৈরোইশিংগী য়াইফনবা ব্রাথল খনগদবনি অদুগা মদুগী মতুংইন্না থবক তৌবীগদবনি।

ফিদম্নীংঙাই ওইবা ওজা অমনা মহৈরোইশিংগা ফিদম্নীংঙাই ওইবা মওঙ অমদা লোয়নরবদি, মহৈরোইশিং অদুনসু ওজা অদুগী তুংইল্লক্কনি। ওজা অমনা মহৈরোইশিংদা তৌহনবা পাম্লিবা অদু মহাক মশানা খুদম ওইনা উৎকদবনি। মহৈরোইশিংদা চাউ হায়রিবা চীঙ্গাক অদুমক ওজা অদুনা চাগদবনি অদুগা চাগনু হায়রিবা চীঙ্গাক অদুবুনা মহাক্না চারোইদবনি। ওজা অমনা মহৈরোইশিংদা য়ু থক্কনু হায়রগা মহাক্নদি য়ু থক্লি। চীনগা খূৎকা মান্নদ্রে। মসি য়াম্না ফত্তে। ওজানা মহৈরোইশিংবু ওইহনবা পাম্বা অদুমক মহাক্না হান্না ওইগদবনি। ওজাদি নোল্লুক্কদবনি অমসুং নুংশিবগী পূকচেল চেনগদবনি। ওজানা ওজা অমনি হায়দুনা নাপল তৌরগা ওজা ওইগদবা নত্তে। মহাক মশামক্লা তৌবা ঙম্বা থবক অদু

মহৈরোইশিংদা তৌ হায়গদবনি। মতাঙ অসিগা মরী লৈনবা খ্বারী অমা লৈঃ

শ্রীরামকৃষ্ণদি ফিদম্লফম ওইরবা গুরু অমা ওইখি। মহাক মশামক্লা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদ্রিঙৈগী মমাঙদা কনাদসু করিগুম্বা পাউতাক অমতা পীখিদে।

নোংম া নুমিৎ অমদা হনুবী অমনা মহাক্কী চহী তরাখক্তা ঙাইহিবিবা মশুনুপা অমা পুরগা শ্রীরামকৃষ্ণগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্লা শ্রীরামকৃষ্ণদা দণ্ডবৎ তৌরগা খুরুম্লম্মী অদুগা হায়রকখি, "নুপামচা অসিনা চহী মঙা শুরকপা মতমদা মহাক্কী মমা অমসুং মপা শিখি। ঐহাক্লা মহাকপু য়েংশিনবীরি। মহাক্লা অথুম-অহাও য়াম্লা চাবা পাম্মী। মহাক্লা অথুম-অহাও চামনবদগী মহাক্কী হকচাঙ অসি নোংম-নোংমগী ফৎচিল্লক্লে। ডোক্টরশিংনদি মহাকপু অথুম-অহাও চাহনগনু হায়রকখি, অদুবু মহাক্লদি চাগনু হায়বা শুকয়া য়াদ্রে। অদুম অদুম ওইনমক মহাক্লা গুরু নহাকপুদি য়াম্লা ঈকাইখুম্লে। মরম অদুনা গুরুনা মহাকপু অথুম-অহাও চাবা লেপহনবা ঙমগনি হায়বসে ঐহাক্লা চেৎনা থাজে।" শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়রক্লম্মী, "ইমা! পাখৎকনু, থা অমগী মতুংদা নশুনুপা অসি পুরগা অমুক লাকউ। কনাগুম্বা অমগী হকচাঙফবা হায়বা অসি য়াম্লা মরুওই হায়বদু নশু-নুপা অসিদা খঙহন্নবা থৌরাং অমা তৌগে।" হনুবী অদুনা শ্রীরামকৃষ্ণবু থাগৎলম্লগা মশু-মবেন ময়ুমদা হনখি।

থা অমা হেক ফারকপা মতুংদা হনুবী অদুনা মশুনুপা অদু পুরগা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মখোয় মশু -মবেন্না গুরু শ্রীরামকৃষ্ণদা খুরুম্লম্মী। গুরু শ্রীরামকৃষ্ণনা হনুবীগী মশুনুপা অদুবু মহাক্কী মনাক্তা ফমহল্লম্মি অদুগা হায়রকখি, "ঐগী নুংশিরবা নুপামচা! নহাক্লা মুন্না তারগা খঙজিল্লু। কনাগুম্বা অমগী অশেঙবা লম্দি হকচাঙফবনি। নহাক্লা নহাক্কী হকচাঙবু চোকশিন্দ্রবদি নহাক্লা অকনবা অমদি হকচাঙফবা পাখঙ অমা ওইরকপা ঙম্লোই। নহাক্লা হকচাঙ শোল্লবদি নহাক্কী পৃক্তিদা মশকথোকপা থবক অমতা তৌবা ঙম্লোই। নহাক্লা চারিবদু চুনদ্রবদি খুদক্তা থাদোক্কদবনি। হয়েংদগীদি নহাক অথুম-অহাও চাবা লেপ্লো। মতম খরা লৈরগা অমুক নহাক্লা অথুম-অহাও চাং-তম্না চাবা য়াগনি। নহাক য়াম্লা ফবা নুপামচানি। ঐহাক্লা হায়রিবশিং অসি নহাক্লা মুন্না তারমগনি খল্লি,

তাদল্লনে?" নুপামচা অদুনা ঙক-নোমদুনা 'তাই' হায়রম্মী অদুগা অথুম-অহাও চাররোই হায়না ব্রাশক্লম্মী।

হনুবী অদুগা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণগা অরোনবা ৱারী অমা শান্নবগীদমক্তা নুপামচা অদুবু পাখোল থারম্মী। হনুবী অদুনা হংলক্লম্মী, "গুরু! ঐহাক্তা গুরুদা ৱাহং অমতা হংজগে হায়ববু য়াবীগদ্রা?" শ্রীরামকৃষ্ণনা "হংবীয়ু, ইমা!" হায়না খুম্লকখি। হনুবী অদুনা হংজরকখি, "গুরু! গুরুনা ঙসিগী ঐগী ইশুনুপাদা পীবিরিবা পাউতাকাশিং অসিমক হৌখিবা থা অদুদা পীবিখিবা য়াবনি, অদুবু কবিগীদমক্তা ঐখোয়বু থা অমগী মতুংদা অমুক হন্না লাকউ হায়না তাকপীখ্রিবনো? ঐহাক্তা মুন্না খঙবা ঙমদ্রে।" শ্রীরামকৃষ্ণনা মোমোন নোকপা মীনোক্কা লোয়ননা অর্থ লৈনা খুম্লকখি, "ইমা! ঐহাক ইশামকসু অহাও-অথুম য়াম্না চাই। ঐহাক্তা নুপামচা অদুদা ঐনা তৌবা ঙমদবা থবক অমবু তৌ হায়না করম্না পাউতাক পীগদগে? মহাক মশামক্তা থবক ওইনা তৌবা ঙম্লবা মতুংদতা কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা মীশিংদা পাউতাক পীবগী হক লৈ। মরম অদুননি ঐহাক্তা থা অমা য়ৈথোকখিবদো। থা অদুগী মনুংদা ঐহাক্তা অহাও-অথুমশিং চাখিদে। অদুমহায়না তৌরবা মতুংদা ঐহাক্তা নশুনুপাদা পাউতাক পীনবগী হক অদু তাঞ্জখিবনি।" হনুবী অদুনা গুরু শ্রীরামকৃষ্ণগী মখোঙ পায়রগা খুরুমজখি অদুগা মশু-মবেন চংখিরম্মী।

ঐখোয় ইশামক্তা থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমদবা কৈনোমগী মরমদা ঐখোয়না কনাদসু পাউতাক পীরোইদবনি।

ছাত্রীশিংগা নুপা ওজাগা করম্না লোয়নগদগে হায়বগী ৱাফমদা অমুক লাকসি। ছাত্রঙাক্তা তম্বা মহৈলোয়শঙশিংদদি ফরে। ছাত্রীশিংবুদি য়াম্না ফজবা মওঙ অমদা লোয়নগদবনি। মখোয়বু পোকমিন্নবা মচল-মচেশিংগুম লোয়নগদবনি। মখোয়বু নুংঙাইহনগদবনি অদুগা ঈকাইখুম্নগদবনি। মদুখক্তনা মখোয়বু অফবা লম্বীদা পুরকপা ঙমগনি।

মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু ধর্মগী লম্বীদা লমজিংবীগদবনি। অদুগা মচাশিংনা মখোয়-মখোয়গী মমা-মপাবু নুংঙাইহনগদবনি। মমা-মপাশিংনা কৈদৌনুংদা মচাশিংগী মমাঙদা ইমুং-মনুংগী ৱাফমশিং খন্নরোইদবনি। মখোয়গী পৈশা-নুংশাগা

মরী লৈনবা অৱাবা কয়া অমা লৈরবসু মখোয়না মদুবু মচাশিংদা খঙহল্লোইদবনি। অৱাবা পূন্নমক অদু মখোয় মশা মশানা কোক্লবা লাক্লরগা মচাশিংবু মখোয় মখোয়গী থবকশিং তৌবদা নুংঙাইবা পোকহন্দুনা চাওখৎহনগদবনি। মখোয়না মখোয়গী মচাশিংবু ৱাহৈখক্তনা অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবা ঙম্লোই। মখোয়না হান্না অচুম্বা লম্বীদা চৎলগা মচাশিংনা মখোয়গী মতৌ তমগদবনি।

মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু অৱাংবা আশা অমগা লোয়নননা য়োক্লরিবনি। মখোয়না মচাশিংবু কখোকপগা লোয়নননা শেল্লিবনি হায়বসি মচাশিংনা খঙগদবনি অদুগা মমা-মপাশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎকদবনি। অৱাবা কয়া থেংনজরবসু মমা-মপাশিংনা মচাশিংগী নুংঙাইবদা অকায়বা পীগনি হায়দুনা মখোয়গী অৱাবা অদু লোত্তুনা থম্মরিবনি। মচাশিংনসু মখোয়গী মমা-মপাশিংদা অৱাবা অমতা পীরোইদবনি। মচাশিংনা অৱাবা খজিক্তং পীবদা মমা-মপাশিংদি য়াম্না নীংবা কায়গনি। মরম অদুনা মচাশিংনা মমা-মপাশিংদা নুংঙাইবা পীনবা হোৎনগদবনি। মচাশিংনা নুপী-অঙাং লৈরবফাওবদা মমা-মপাশিং ৱাদনবা থৌরাং তৌগদবনি। "ঐগী ইমুং-মনুং নুংঙাইরগা লোইরে, ইমা-ইপাগী করি খল্লুগদগে?" হায়দুনা মমা-মপাবু থৌওইদবা তৌরোইদবনি, মদু অচুম্বা ওইরোই। মচাশিংনা মরক মরক্তা মমা-মপাশিংগী মনাক্তা চৎলগা মখোয়বু নীংথিনা সেবা তৌবীগদবনি। মখোয়বু নুংঙাইহনগদবনি অমসুং মখোয়গী চঙদবা য়াদবা অৱাৎপশিং অদু পীবা ঙম্নবা লাক্লগদবনি। মমা-মপাশিংদা নুংঙাইবা পীবা হায়বা অসি মচাশিংগী মথৌনি।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি মচাশিংনা ফত্তবা সঙ্গ তৌই অদুগা ফত্তবা গুণশিং তানশিল্লি। মরম অদুনা মখোয়না ফত্তবা সঙ্গ তৌরোইদবনি। মমা-মপাগী অৱাৎ-অপাশিং য়াম্না চোকশিন্না য়েংশিন্দ্রবা মচা অদুদি মাঙলবনি। মমাবু ৱাহনবদগী মমাসু মচাসু পূন্না শিমিন্নখিবগী ৱারী অমা লৈঃ

সহর অমদা লৈবা মমা অমনা মচানুপা অমখক্তা পোক্লম্মী, অদুবু মহাক পৈশাদি অঙকপা ফংনা পায়রম্মী। মচানুপা অদুগী মপাদি মচানা য়াম্না পীক্লিঙৈদা লৈখিদে। মচানুপা অদু অসুম অসুম চহী য়াম্লকপগা লোয়নননা মহাক্কী সঙ্গসু মশীং অসুম অসুম হেনগৎলকখি। পুস্ত্রীদা ঈশিং পীক-থন্না লৈরিঙৈদা হঙোই ময়াম অমা পুস্ত্রীদা পূনশিন্দুনা লৈরম্মী, অদুবু পুস্ত্রীনা হেক কংখিবগা হঙোইশিংসু মাঙখি।

অদুম হায়না ঐখোয়না পৈশা পায়রিঙৈদদি মরূপ ব্রাংলোই, অদুগা পৈশা হেক পায়রক্তবা মতমদদি মরূপশিং অদু ঐখোয়দা করিমতা হায়রমদনা মাঙখিগনি।

লল্লেবী মমা অদুগী মচানুপা অদুনা ফত্তবা মরূপ ময়াম অমা খোমজিল্লগা তিন্নরম্মী। মহাক্না মমাদগী নুমিৎ খুদীংগী পৈশা য়ান্না য়ান্না তাল্লম্মী। মদুগী ফল অমা ওইনা মমানা মচানুপাবু নুংশিবগী চাং অদু অসুম অসুম হম্বুরকখি, অদুগা মমৈথংদদি মমানা মচানুপা অদুবু য়েংথীরকখি। মতম খরা লৈরগদি মচানুপা অদুনসু পৈশা য়ান্না পীয়ু য়ারক্লবদগী মমাবু য়েংথীরকখি, অদুগা মমাবু মমানি হায়নফাওবা খল্লকখিদ্রে।

ইমুং-মনুংগী সন্মান অমদি মিংচৎ মাঙহনবা মচানুপা অদু হিংদুনা অদুম মালেম লূম্নবা লৈগদবগী শরূকপুদি শিখিবনা হেন্না ফরে হায়বা ব্রাখল অসি চপ-য়ুংনা খল্লগা মমানা মচানুপা অদুবু নোংমা হাৎনবা থৌরাঙ তৌরকখি। অদুগা অমরোমদনা মচানুপা অদুনসু অমুক মমা অদু মহাক্না পৈশা পীয়ু হায়বা য়াদ্রে হাত্তোক্লগে হায়না খল্লকখি।

নোংমদি মচানুপা অদুনা মমাবু য়োৎচৈনা থোল্লগা হাৎলগে হায়না খনখি, অদুগা নুমিৎ অদুমক্তদা মমা অদুনসু মচানুপাবু মহাক্না চানবা চাক্তা হূ হাপ্লগা চাহনখি। চাক চাবা হেক লোইরগা মচানুপা অদুনা মমা অদুবু য়োৎচৈনা থোল্লগা হাৎখি অদুগা মচানুপা অদুসু ঙাইহাক্তং লৈবগা হূ হাপ্লবা চাক অদু চারুবদগী শিখি।

মমা-মপাশিংগা মচাশিংগা মোত খেন্নবগী মতৌ অসি হৌজিক্কী মতম অসিদদি য়ান্না শাথীবা ফীভম অমদা লাক্লে। মচাশিংগী অপাম্বগা মমা-মপাশিংগী অপাম্বগা খেন্নরে। মচাশিংনা মখোয় মখোয়গী অপাম্বদা তৌরবদি মখোয়গী মমা-মপাশিংদি করম তৌগনি? মমা-মপাগী অব্রাৎ-অপা পীরবা মতুংদদি মচাশিংনা মখোয়গী অপাম্বা তৌবগী হক লৈ। অদুবু মচাশিংনা মশা মশাগী পেন্নবতা তৌদুনা লৈরগা মমা-মপাশিংবু ব্রাহল্লবদি মদু মচাশিংনা মশা মশাগীতা য়েংলবনি। মচাশিংনা অসিগুম্বা মখলগী লমচৎ-শাজৎ অসি চৎলোইদবনি।

মচানুপা অমনা লুহোংলবা মতুংদা মনেমবোক অমসুং মকুবোক লৈরকই। মহাক্না মখোয়বু ঈকাইখুম্নফম থোকই, অদুবু হেক পোকপদগী লৈমিন্নরক্লবা মমা-মপাবু থৌওইদবদি চুমদে। মরম অদুনা মমা-মপাবু নুংঙাইহনবা

হায়বা অসি মহাক্কী মথৌনি। মচাশিংনা মখোয়গী মমা-মপাশিংগী য়াইফনবা প্রার্থনা তৌগদবনি অদুগা মখোয়বু নুংশিনা সেবা তৌগদবনি। মতম কুইনা লৈমিন্নরকপা মমা-মপাবু কাউথোক্লগা নুপী-ময়ুমগী মীশিংদা পূক্লিং লূপ্লবদি মদু মশাগী নুংঙাইনবতা থিবগী মওঙনি। অতোপ্পা মীশিংগী অপাম্বা খঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা মমা-মপাগী অপাম্বা হান্না খঙনবা লাক্লগদবনি। মমা-মপাগা মচাশিংগগী মরক্তা লৈনগদবা মরী অদুবু থদংপা হায়বা অসি অচুম্বা নত্তে।

হৌজিক্কালগী মচাশিংদি নংত্রগা অঙাংশিংদি মমা-মপাশিংদগী লাপ্না লৈনবা লাক্রে অদুগা মমা-মপাশিংদা শাউজিল্লি। মখোয়বু মতম পূন্নমক্তা য়াইফনবা খঞ্জরিবা মমা-মপাশিংদা শাউজিনবা হায়বা অসি য়াম্না চাউবা অরানবা অমনি। মখোয়না মখোয়গী মমা-মপাশিংদা অমসুং মখোয়দা থৌজালবীরকপা মীশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎকদবনি। মমা-মপাগী মীৎতগী পি তাহল্লোইদবনি। মখোয়না মমা-মপাশিংবু নুংঙাইহল্লবদি মখোয়সু নুংঙাইগনি।

অঙাংশিংবু শেম্বদা মমা-মপাগী দায়ীত্ব য়াম্না চাউনা লৈ। মচাশিংবু স্কুল নংত্রগা কোলেজদা লাইরিক তম্বা থাশ্রে লাইরিক হৈরবনি হায়দুনা মমা-মপাশিংনা পেম্থোক্লুনা লৈথোকপা চুমদে। মচাশিংনা পরীক্ষা পাস তৌরকপা অদুখক্তবু মমা-মপাশিংনা খল্লি অদুগা মচাশিংগী হকচাঙ, লীচৎ-শাজৎ অমদি ৱাখলগী মওঙ অদুগীদমক্তদি মখোয়না থৌশারুদে। মখোয়দুগা শিক্ষাগা মরী লৈনহন্দে। পরীক্ষা পাস তৌরগা সার্টিফিকেট পায়রবদি লোইরে হায়বা ৱাখল অসি থাদোক্কদবনি। মমা-মপানা মচাবু অচৌবা মীতমক ওইহন্নীংবা অদুগা অফবা মীদি ওইহন্নীংদবা তৌরোইদবনি।

অদুগা অমুকসু মমা-মপানা ওফিসতা থবক তৌবা চৎপ্রগা য়ুমগী থবক্তি কনানা তৌহৌনি? মমাশিংনা অতোপ্পা মীশিংগী মচাশিংবু স্কুলদা লাইরিক তম্বীবা চৎপ্রগা মখোয় মশা মশাগী মচাশিংবুদি কনানা লাইরিক তম্বীহৌগনি? নুপীশিংনা নুপাশিংগুম মপান্দা থবক শুবা চৎপ্রবদি চাকশঙদা কনানা চাক থোংহৌগনি? পৈশা তাল্লগা পৈশাগী অৱাবদি কোকখিবা য়াই, অদুবু ইমুং-মনুংগী অৱাবদি করম্না কোক্কনি?

লাইরিক হৈবী নুপীশিংনা সরকারগী নংত্রগা লন্নাইগী ওইবা থবকশিং

তৌবা পাম্মী। অদুবু নুপীশিংনা থবক তৌবা চখোকপ্পবদি কনানা ইমুং-মনুংগী থবক তৌহৌগনি? মমা অমসুং মপাশিংনা ওফিসতা থবক তৌবা চৎপ্রবা মতমদা কনানা মখোয়গী অঙাংশিংবু য়েংশিনবীহৌগনি? মমা মপা খরনা মখোয়গী অঙাংশিংবু য়েংশিনবীনবা মীনাইনুপী থম্মে। অদুবু মীনাইনুপী অমনা মমা অমগুম্না অঙাংশিং অদুবু নুংশিনা য়েংশিনবীবা ঙমগদ্রা? কৈদৌঙৈদসু ঙম্লোই। মমা-মপাশিংনা ওফিসতা থবক তৌবা চৎপা য়াই, করিসু কায়দে, অদুবু অঙাংশিংদি য়ুমদা খুদোংচাদবা মওঙ অমদা থম্বীবা চুমদে। মীনাইনুপীদা অঙাংশিং থম্নম্নগা পৈশা হেন্না তান্নবা থবক তৌবা চৎলবদি মদুনা পুরক্কদবা কান্নবা অদু করিনো? মীনাইনুপী অদুগী অশূমল পীদবা য়ারোই। মঙোন্দা অশূমল পীবখক্তা নত্তনা য়ুমদা লৈবা পোৎচৈ কয়া অমা মাঙখিবা য়াই। মদু ওইরবদি মখোয়না তাল্লকখিবা পৈশা অদুদগী কয়াম লেমহৌগদৌরিবা? মমা-মপাশিংনা মসিগী মরমদা ব্রাখল মুন্না খন্তফম থোকই।

হৌজিক্তি মীশিংনা থবক থিনবদা ঙাওনরে, অদুগা ইমুং-মনুংগী নুংঙাইনবা ব্রাখলদি তৌনদ্রে। অমরোমদা অমুকসু থবক তৌবা মমা-মপাশিংনা ওফিসতগী হল্লক্লগা পাউচেনচিংবা পাগনি, রেডিয়ো তাগনি অমসুং টেলিভিজন য়েংগনি। ওফিসতগী য়ুমদা হল্লক্তনা ক্লবনচিংবদা চত্তুনা অরেম্বদা মতম, পৈশানচিংবা মাঙহনবা মী কয়াসু লৈরি। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিনা মখোয়গী মচাশিংবু করম্না অফবা লম্বীদা পুরকপা ঙমগনি? মচাশিং অদুনা ফত্তবা মীশিং ওইবক্লবদি মচাশিংগী মরাল নত্তে, মখোয়গী মমা-মপাশিংগী মরালনি। মরম অদুদগী মরুওইনা মমাশিংনা অয়াম্বা মতমদা য়ুমদা লৈরগা মচাশিংবু নীংথিনা য়েংশিনবীগদবনি। মদুনা মমা-মপাগী ইনকম ওইরক্কদবনি। মমা-মপানা অসিগুম্বা অশেঙবা ইনকম অসিবু মাঙহনবা চুমদে। মখোয়না য়ুমগী মপান্দা থবক শূদুনা পৈশা তান্নবা হোৎনরিঙৈদা মচাশিংবু মাঙহল্লবদি মমা-মপা অদু মশাগীতা য়েংবনি হায়না লৌগনি। মচাশিংনা ফত্তবা লম্বীদা চৎপ্পবদি মমা-মপাশিংনা অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া নংগনি। মরম অদুনা মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু নীংথিনা য়েংশিনবীবগী মথৌ তাই।

মমা-মপাশিংনা ডোক্টরশিং ওইবা য়াই, ওজাশিং ওইবা য়াই নৎত্রগা

অতোপ্পা থবক অমা-অমা তৌবা য়াই। মখোয়না মখোয়গী মথৌশিং অদু পূকচেল শেংনা তৌরবদি পূম্নমক অফবা ওইরক্কনি। অদুবু লাইবকথীবদি মমা-মপা অয়াম্বনা মখোয় মখোয়গী মথৌবু পূকচেল শেংনা পাঙথোক্লদে। মদুগী ফল অমা ওইনা, মখোয়গী মচাশিংনা অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া থেংনরি। মরম অদুদগী মমা-মপাশিংনা মখোয়গী মথৌশিংবু পূকচেল শেংনা পাঙথোক্লনা মখোয়গী মচাশিংবু নুংঙাইহনগদবনি। অঙাংশিংবু আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চংহন্দুনা ঈশ্বরবু নুংশিবা খঙহনগদবনি। মখোয় মশা-মশাবু নংত্রগা আত্মাবু থাজবা ঙমহনগদবনি। মশাবু নংত্রগা আত্মাবু থাজবা হায়বদি ঈশ্বরবু থাজবনি। মখোয়না ফংলকপা আত্মাগী মঙালখক্লনা হৌজিক হৌজিক মীওইবা জাতিদা পীরিবা অৱাবগী চৈথেংশিং অসিবু কোকহনবা ঙমগনি। আত্মাদি অওইবনি অদুগা হকচাঙদি মতম খরগীদা ওইবনি। মালেম অসিদা শান্তি পুরক্কে হায়রবদি অঙাংশিংগী আধ্যাত্মিক্কী মীৎশিংবু পাঙহল্লগা ঈশ্বরবু চেংনা থাজহনগদবনি।

মচাশিংনা কিবদগী মমা-মপাশিংদা পোৎ খুদীংমক চুম্না নংত্রগা শেংনা হায়দোক্কে। অঙাং খরনদি পরীক্ষাদা মার্ক ২৫% ফংবদা ৫০% ফংই হায়দুনা মমা-মপাশিংদা হায়জিল্লি। মমা-মপা খরনদি মচাশিংনা হায়জিল্লিবা ৱাফম অদুবু থাজে অদুগা মহৈলোয়শঙদা চত্তুনা মচাশিংগী ৱাফম অদুগী অচুম্বা অদু খঙদোক্লবা হোৎনদে। অদুমহায়না তৌরোইদবনি। মমা-মপাশিংনা মচাশিং খঙহন্দনা মহৈলোয়শঙদা চত্তুনা মচাশিংগী ৱাফম অদুগী অচুম্বা অদু খঙদোক্লবা হোৎনগদবনি। মচাশিংনা মহৈলোয়শঙদা চৎলিবা লমচৎ-শাজৎ অদুগী মরমদসু থিজিনগদবনি।

খুঙ্গংশিংদদি মমা-মপাশিংনা মচাশিংগী লমচৎ-শাজৎকী মরমদা য়েংশিল্লি। দরকারবু লৈরবদি মখোয়না মচাশিংবু চৈরাক পীদুনা অচুম্বা লম্বীদা চংহল্লি। অদুবু সহরশিংদদি সমাজগী খরা ৱাংবা থাক্তা লৈবা মমা-মপাশিংনা মচাশিংগী লমচৎ-শাজৎকী মরমদা অদুক য়াম্না খন্থনদে। চাওখৎপা মফমদা অমোৎপা থন্না লৈ। অমোৎপা মফমদা লৈবা অঙাংশিংগী পূক্লিং অমসুং ৱাখলসু মোৎকনি। মরম অদুনা মখোয়গীদমক্তা য়াম্না চোকশিনফম থোকই।

লাইরিক তল্লিবা অঙাংশিংনা মতম ফংবা মতমদা তুমিন্না ফমদুনা লাইরিক

পাগদবনি। অদুবু মখোয় অয়াম্বনা কৈথেল্লনচিংবা মফমশিংদা তৌফম খঙদনা কোৎচৎ চৎলি। মসি য়াম্না ফত্তে। মখোয়না লম্বীদা অঙাওবা হূইগুম কোয়চৎ-চৎলোইবদনি। মহৈরোই অমনা মহৈরোই অমগী মগুণ ঙাক্কে হায়রবদি য়ুমদা তুমিন্না ফমগনি অদুগা লাইরিক নীংথিনা পাগনি।

অঙাংশিংনা নীংঙক-নীংঙকপদা পৈশা লান্না শীজিন্নবা হায়বসিমসু মমা-মপাশিংনা কূপ্না য়েংশিনগদবনি। পৈশা লান্না শীজিন্নবা হায়বা অসি য়াম্না ফত্তে হায়না মচাশিংদা খঙহনগদবনি। করম্বনা অচুম্বনো অদুগা করম্বনা অরানবনো হায়বসিসু মমা-মপাশিংনা মচাশিংদা তাকপীদুনা মখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা পুরক্কবা লাক্কগদবনি। মমা-মপাগা মচাশিংগা ইমুং-মনুংদা য়াম্না নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নদুনা অফবা মরী অমা থমগদবনি। য়ুমদা নুংশিবা অমসুং শান্তি লৈত্রবদি য়ুম অদু নরক ওইরে। মমা-মপাশিংনা মখোয়গী মচাশিংবু য়েংশিন্দ্রে অদুগা মচাশিংনসু মমা-মপাশিংগী ব্রা তাবীদ্রে হায়বা ফীভম অসি কৈদৌনুংদা থোকহল্লোইদবনি।

মমা-মপা অমসুং মচাশিংনা অচুম্বনা করিনো অদুগা অরানবনা করিনো হায়বসে পূন্না খন্নগদবনি, অদুগা ইমুং-মনুংদা শান্তি পুরক্কবা লাক্কগদবনি। ঈশ্বরগা লোয়ননা লৈবা য়ুমদা শান্তিনা পীকথন্না লৈগনি। ঈশ্বরগা তিন্নবা য়াদবা মীশিংগী য়ুমদি পেন্দবা, হিংসা, অশান্তিনচিংবগী মফম্নি। মরম অদুনা ইমুং-মনুংদা শান্তি পুরক্কবা লাক্কগদবনি। নুংশিবা লৈবা মফমদা শান্তি লৈ অদুগা শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈ।

মী অমনা মহাক্কী অপাম্বা পোৎ নৎত্রগা পোৎশিং অদু ফংলগা পেনগনি হায়বা ব্রাখল তৌদুনতা লৈ। মদুদি ওইথোকপা য়াবা নত্তে। অপাম্বা লৈরিবমখৈ অপেনবা লৈরোই অদুগা অশেঙবা নুংঙাইবা হায়বা অদু ফংবা ঙম্লোই। ঈশ্বরবু কাউদনা প্রার্থনা তত্তনা তৌবা মীগী পূক্নিদি নুংঙাই অমসুং অপেনবনা পীকথন্না লৈ। মহাক্কী নুংঙাইবা অমসুং অপেনবা অদু ঈশ্বরদা ওইবা মরম্না লোম্বা নাইদনা লৈ। মহাক্কী নুংঙাইবা অমসুং অপেনবদি ঈশ্বরবু থাগৎচরগা থম্মোয় শেংনা প্রার্থনা তৌজবদুনি। মমা-মপা অমসুং মচাশিং পূন্না ইমুং-মনুংদা প্রার্থনা তৌমিন্নবা অমসুং ঈশ্বরবু কিনা চৎপা হায়বা অসিনা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবগী উপায়নি। ঈশ্বরবু পূন্না খুরুমজবা অমসুং প্রার্থনা তৌজবা ইমুং-মনুংগী মী খুদীংমকপু ইবুংঙো

মহাক্পা কনবী।

হেন্না মরুওইরিবদি মচাশিংনা করম্বা মখলগী লাইরিকশিং পারিবগে হায়বদু মমা-মপানা য়েংশিনগদবনি। মসিগী মরমদদি য়াম্না চোকশিনফম থোকই। মহৈরোই খরনদি মখোয়না তম্লবা লাইরিকশিংগী মরক্তা অকামপেৎকী লাইরিক্লচিংবশিং থস্মী অদুগা য়েংই অমসুং পাবগী হৈনবী থস্মী। মদুনা মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংবু ঈরাং হৌহল্লি। মমা-মপাশিংনা অরাপ্পদগী য়েংবা মতমদদি মচাশিং অদুনা মখোয়না তল্লিবা লাইরিকশিং পারিবনি হায়না লৌই। মসি মমা-মপাশিংগী অচৌবা অশোয়বনি। মরম অদুনা মমা-মপাশিংনা মচাশিংনা পারিবা লাইরিকশিং অদুবু মুন্না য়েংশিনগদবনি, অদুগা ফত্তবা লাইরিকশিং য়াওরম্লবদি মাঙহনখিগদবনি। অদুমহায়না তৌরবদি মখোয়গী মচাশিং অদু ফরক্কনি।

অঙাংশিংনা পৈশা, পাঙ্গল-শক্তি, চীঞ্জাক অমসুং মতম অরেম্বদা মাঙহল্লোইদবনি। অপাম্বশিংবু মরমচানা ঙমখৈ নাইহনগদবনি। মমা-মপানা মখোয়গী অপাম্বশিংবু ঙমখৈ অমা নাইহল্লগা মখোয়গী মচাশিংবু ফত্তবা মায়কৈদা চৎখিদনবা ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমগনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মমা-মপাশিংসু মচাশিংসু মখোয় মখোয়গী অপাম্বশিং মথং মথং ফংনবা লাক্লবদা ঙাওনরি। অপাম্বগী ঙমখৈ লৈতে। অপাম্বনা অরাবখক্তবু পুরক্কনি। মসিনা মীওইবা ঐখোয়বু পাপকী লম্বীদা চৎলু হায়না কন্না ইনশিল্লি। অপাম্বা অমা ফংনবা তাঙ্গকপদা নীংবা থুংদ্রবদি অপাম্বা অদুনা কোন্নথংদা অশাউবগী মশক লৌরকই। মসিনা ঐখোয়বু পূল্সি তেলহল্লি।

হৌজিক্কী মতম অসিদা অপাম্ববু পেলহন্নবা হায়দুনা পৈশা য়াম্না অরেম্বদা মাঙহল্লি। চাকলেন অমা শীনবদফাওবদা পৈশা ময়াম অমা মরম চাদনা চাদিং তৌনরি। চাদিং তৌবদা ঙমখৈ অমা নাইহনগদবনি। মরম অমসুং মফম চানা চাদিং তৌগদবনি। চাবা অমসুং থকপা ফংজদবা মীশিংদা পীজ-পীথক তৌগদবনি। মদুনা ঈশ্বরদা শোয়দনা য়ৌহনগনি। মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা অপাম্বশিংবু ঙমখৈ অমা নাইহনবা হায়বা অসি য়াম্না মরুওই। মসিবু মমা-মপাশিংনা মচাশিংদা তাকপীগদবনি।

পৈশা লান্না শীজিন্নবা ফত্তে। চীঞ্জাক অরেম্বদা মাঙহনবসু ফত্তে। ঐখোয়না

পৈশা লান্না শীজিন্নরবদি খুদোংথীবা অমসুং অৱাবা কয়া অমা থেংনরক্কনি। চীঙাকপু অরেম্বদা মাঙহনখিগদবগী শরুকপুদি চাবা ফংজদবা মীশিংদা পীথোকখিবনা হেন্না ফৈ। অদুবু মীশিংনা চীঙাকশিংবু চাবা ফংজদবা মীশিংদা পীজবগী মহুত্তা হুন্দোকখি। ৱা ঙাঙবা মতমদফাওবা ৱা য়াম্না ঙাঙলোইদবনি, ঙমখৈ অমা নাইনা ঙাঙগদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংগনি। ঐখোয়না কনাগুম্বা অমদা চীঙাক পীরগা নুংঙাইহল্লবদি ঐখোয়গী নুংঙাইবসু হেনগৎলক্কনি।

মতম মাঙহনবা হায়বা অসিসু পৃক্সি মাঙহনবনি, মরমদি পৃক্সি হায়বসি মতম্না শারিবনি। ঐখোয়না পৈশা অমসুং মতম্বু অরেম্বদা মাঙহল্লি। পৈশা অমসুং মতম্বু লান্না শীজিন্নবা হায়বা অসি লমচৎ লান্না চৎলবনি, ফত্তে। পৈশাবু তঙাইফদনা দরকার লৈরবা মতমদতা খরচ তৌগদবনি। পৈশা য়াম্না পায়রে হায়দুনা খরচ পঙতৌদ-তৌথোকপা হায়বসিবু চুম্লা? মদু য়াম্না চুমদে। তলব য়াম্না ফংবা মীনা নৎত্রগা ইনকম য়াম্না লাকপা মীনা নীংঙক-নীংঙকপদা খরচ পঙতৌ-তৌথোকই। মখোয়না অদুম হায়না খরচ তৌরকপা মতমদা পৈশা য়াম্না ফংজদবা ৱাইশীৎপা মী অমনফাওবা মখোয়গী মতৌ তন্নকই, অদুগা অশূমল হেনগৎলু হায়না তাল্লকই। ঐখোয়না অতোপ্পা মীশিংদা ফত্তবা ফিদম্নফম উৎলোইদবনি। ঐখোয়না পূম্নমক্কী কান্নগদবা লম্বী অদু ইল্লগা চৎকদবনি।

মীশিংনা পৈশা কাহেন্না লৈরবা মতমদা পৈশা লেম্না মাঙহনবদা নাচুংবা পোক্তে। অদুমহায়না খক তৌরোইদবনি। ঐখোয়না পৈশা খরচ তৌরমদাইদা পৈশা অদু নীংথিনা শীজিন্নগদৌরিব্রা নৎত্রগা শীজিন্নরোইদৌরিব্রা হায়বদু হান্না খলহৌগদবনি। মীওইবগী পৃক্সিদি অতাঙবা পৃক্সিনি। মীওইবনা য়াম্না ৱানা ফংলকপা মীওইপোক অসিদা মায়াবু জয় তৌরগা পৃক্সিগী অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌবা ঙমগদৌরিবনি। মীওইবগী পৃক্সি অসিদি অশেঙবা পম্বুং অদু য়ৌনবা লাল অমনি। মসিগী লাল অসি থেংনবা ঙম্নবা অঙাংশিংবু শেম্নীগদবনি। মীওইবগী পৃক্সিদা খোঙথাং অমা শোয়খিবদা মীনা মীদগী হন্থবা থাক অমদা কুমথখিনি। মরম অদুনা মমা-মপাশিংনা মখোয়গী অঙাংশিংবু অরানবা খোঙথাং অমতা থাংহন্দনবা লাক্লগদবনি।

## 'ঐ', আত্মা, ঈশ্বর অমসুং মায়া

নুপা নৎত্রগা নুপী ওইরবসু মী খুদীংমক্না মশাবু তাকচবদা 'ঐ' হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নৈ। ধর্মগী লাইরিকশিংনা 'ঐ' হায়বা অসিবু আত্মা ওইনা ফোঙদোকই। 'ঐগী হকচাঙ' হায়বা মতমদা হকচাঙগী মপু অদু 'ঐ' না ওই। মরম অদুনা 'ঐ' না হকচাঙ ওইদে। কনামতনা 'ঐ' হায়বা ৱাহৈ অসি য়াওদনা মশাবু অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদা শক্তাকচবা ঙমদে। শা অমসুং উচেক-ৱায়াশিংনা 'ঐ' হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নদে, মরমদি মখোয়না মীওইবা ঐখোয়গী লোল অসি খঙদে। অদু নৎত্রবদি মখোয় খুদীংনা 'ঐ হূইনি', 'ঐ ষণনি', 'ঐ ক্বাকনি' হায়বনচিংবা হায়রমগনি।

'ঐ' হায়বা অসি জীব খুদীংমক্তা লৈ। 'ঐ' হায়বা অসিবু নীংথিনা খঙদনা মীওইবনা মহাক মশাবু হকচাঙনি হায়না লান্না লৌই অদুগা মায়াদা ল্পুনা লৈ। 'অউবা' অমসুং 'উদবা' অনী অসিবু নীংথিনা খঙবা চুম্মী। মমিংশিং অমসুং মওঙশিং অসিদি উরিবা পোৎশিংগা মরী লৈনৈ। শাক্ষী ওইনা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক অদুনা অউবা পোৎশিং অসিবু উহল্লি। কা অমদা বল্বশিংদগী মঙাল পীরি। মঙাল পীরিবসি বল্বশিং অদুনা নত্তে, বল্ব মনুংদা চেল্লিবা বিজলী ঈচেল অদুননি।

'ঐ' হায়বদি আত্মানি। 'ঐ', 'আত্মা' নৎত্রগা 'ঈশ্বর' হায়বশিং অসি অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিংনি। পোৎশক অমদা তোঙান-তোঙানবা মমিংশিং থোনবগুম্বনি। 'রাম' নৎত্রগা 'কৃষ্ণ' হায়বা মিং অসি মী অমতদা থোনবা য়াই। জীব খুদীংমক্না পোক্লকপদা অহানবা ওইবা মিংদি 'ঐ' নি। ঈশ্বরমক্তদফাওবা অহানবদা ইবুংঙো মহাক্কী মিং অসি 'ঐ' ওই। উপনিষদনা হায়রি, 'ঐ ব্রহ্মনি'। মসিদা 'ঐ' না হাল্লি অদুগা 'ব্রহ্ম' না কোল্লি। মরম অদুনা 'ঐ' হায়বা অসি খুদীংমক্কী অহানবা য়ুম্ফম্নি।

মী খরদনা ‘ঐ’ গী অশেঙবা মওঙবু খঙনবা লাক্লে।

মীশিংনা তোঙান-তোঙানবা আধ্যাত্মিকী শাজেলশিং শান্নে। অসিগুম্বা শাজেলশিং অসি কনাগীদমক্তা শান্নরিবনো? ঈশ্বর ফংনবগীদমক্তা শান্নবনি। ঈশ্বরদি মফম পুম্নমক্তা লৈরগা ইবুংঙো মহাকপু কদাইদা লৈবগে হায়দুনা থিনরি। মসিদি নোক্লীংঙাই ওইবা শাজেলনি। ঐখোয় ইশামক ঈশ্বরনি, থিরুবগী করি কান্নরিবগে? মী অমনা ইবুংঙো মহাকপু কদাইদা লৈবগে হায়না থিরবদি মহাকপু অঙাওবা মী অমনি হায়না লৌগনি।

ঙসিদি মীওইবনা মীওইবা মশাবু খঙজদ্রে। মসিগী ফীভম অসি লৈহন্দবা তাই। মতৌ করম তৌরগা মসি লৈহন্দবা ঙমগনি? অখোয়বা উশাবু তিংথোকপা ঙম্মী। শেরান্নরা চৎখ্রবা পূক্লিংবু চুমথোকপা ঙমগদ্রা? মীওইবগী নুংঙাইবা নৎত্রগা অৱাবা, অফবা নৎত্রগা ফত্তবা পুম্নমক্কী মরমদি পূক্লিংনি। খুদুমচনবা ঙমদনা লৈরিবা পূক্লিংগী ফত্তবা ফীভম অদু মাঙহনখিনবা লাক্লসি। পূক্লিংবু খুদুমচনবগী খ্বাইদগী লায়বা অমদি শোয়দবা থৌওঙদি ঈশ্বরবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবনা ওইগনি। ঈশ্বরবু নুংশিদবা মীতানা পূক্লিংবু খুদুমচনবা ঙম্বা হৌনদে।

হকচাঙবু আত্মানি নৎত্রগা ‘ঐ’ নি হায়না লৌবদি লাল্লি। হকচাঙদি অওইবা নত্তে। ‘ঐ’ হায়বা অসি হকচাঙ নত্তে, আত্মানি। ‘ঐ ব্রহ্মানি’ হায়না মতৌ করম্না হায়গদৌরিবনো? অহানবদা ‘ঐ’ হায়বা অদু খঙখিগদবনি। ‘ঐ’ হায়বা অসিদি আত্মানি নৎত্রগা ঈশ্বরনি। আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরদি মওঙ নৎত্রগা মমিং লৈতে। মিং অমসুং মওঙ পুম্নমক অসিদি মীওইবগী পূক্লিংনা শেম্বনি। ইবুংঙো মহাক্তি মগুণ লৈতবা মতম পুম্বগী ওইবা অওইবনি।

‘ঐ’ হায়বা অদুদি হকচাঙ, ইন্দ্রিয়শিং অমসুং বুদ্ধিগী মপুনি, জগৎ অসিদা লৈরিবা উবা ফংদবা শক্তি অদুনি। মফম খুদীংমক্তা লৈবা শক্তি অদুবু অপীকপা কা অমদা পূজা তৌবসু মতীক চাদে। ঙমখৈ নাইদবা ইবুংঙো মহাকপু ঙমখৈ নাইবা মূর্তি অমা ওইনা পূজা তৌবসু মতীক চাবা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্তি জীব খুদিংমক্তা লৈবনি অদুগা জগৎ পুম্বা অসিদসু ইবুংঙো মহাকমক্লা পুন্না লৈবীবনি। পোৎ খুদীংমক্তসু ইবুংঙো মহাক্লা লৈবী।

ঈশ্বরবু লাংলিবা মওঙ পূম্নমক অসি মীওইবনা ভাবনা শাবগী পোখোক ঙাক্তনি। ঈশ্বরবু মুন্না খঙগে হায়রবদি ঐখোয়না ঐখোয়সে ঈশ্বরনি হায়না থম্মোয়নুংদা ফাওহনগদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোয় অমগা অমগা য়েংথীনবগী মরম অমতা লৈররোই। ঐখোয়না ফত্তবা থবক অমতা তৌরোইদবনি। ঐখোয়গী ৱাখলদফাওবা ফত্তবা ৱাখলগী মমি তাহল্লোইদবনি। মালেম অসিদা হিংসা লৈরিবগী মরম করিনো? থৱায়-পানবা পূম্নমক্কী অমতা ওইবা মতৌগী ৱাখল অদু চেন্দবদগীনি। বঙ্ক পূম্নমকপু ঙালহনবা বিজলী ঈচেলগুম 'ঐ' নংত্রগা ঈশ্বরনা থৱায়পানবা পূম্নমক্তা লৈবী। পূম্নমক ঈশ্বরদগী শাফোঙলকপনি।

মীশিংনা ঈশ্বরদি মফম খুদীংমক্তা লৈ হায়না খঙবা হেক হৌরকপদা মখোয় অদু অফবা অওনবা অমদা লাক্লবনি। মখোয়গী ৱাখল অমসুং থবক পূম্নমক শেংদোক্লবনি, ঈশ্বরগী ওইরবনি। ৱাহং অমা হংবা য়াই, "মালেম অসিদা লৈরিবা ফত্তবশিং অসিগীদমক্তা কনানা দায়ীত্ব ওইবগে?" ফত্তবা থবকশিং তৌবদা হৈনরীবা মীশিং অদুগী দায়ীত্বনি। ঈশ্বরদি নংত্রগা 'ঐ' দি শাক্ষী ওইজবতনি। মীশিংনা মখোয়গী পূক্নিদা ফংলিবা মনাশিং নংত্রগা চৈরাকশিং অসিদি মখোয় মশা মশাগী থবকশিংগী মহয়শিংনি অদুগা ঈশ্বরনা পীবদি নত্তে।

কনাগুম্বা অমনা মহাক মশামক্কী ঈশ্বরগী ওইবা ফীভম মতা অদুবু খঙজরগা থবক পূম্নমকপু ঈশ্বরদা কখোকপগা লোয়ননা তৌরবদি মহাক্কী থবক পূম্নমক অদু শেংলকই অদুগা ঈশ্বরগী ওইরকই। 'ঐ' বু হকচাঙনি হায়না লৌবনা অৱাবা পূম্নমক্কী মরম্নি। মদুনা 'ঐ' বু অহম্‌কার ওলহল্লি। অহম্‌কারনা অৱাবা পূম্নমক্কী মরুনি। হকচাঙবু য়েংশিনবগী অরানবা করিসু লৈতে অদুবু পূক্নি অসি হকচাঙদা যুম্ফম ওইহল্লোইদবনি; 'ঐ' বু আত্মানি হায়না লৌরবা মতমদা ঐখোয়গী অৱা-অনা করিমতা লৈররোই। অৱাবা কয়া কয়া লাকচরবসু মতম খরগী মতুংদা মশানা অদুম তুম্নগা মাঙজখিগনি।

মী অমনা মালেম অসিদা থবক অমা পাঙথোকপা তারবদি অহানবদা থবক অদু তৌগে হায়না পূক্লিংদা চপয়ুংনা নীংবা তাই অদুগা মথংদা জ্ঞান-শক্তি লৈবা তাই। মদুখক্তনসু ওইবা য়াদ্রি। থবক্কী শক্তিসু লৈখিবা তাই। ঐখোয়না ফি অমা শাবা তারবদি লশিং দারকার ওই। লশিং অদু লং ওইনা ওল্হোকপা তাই

অদুগা ফি শাগনি। মদু শাবদা করম্বা মখলগী খুৎলায়শিং দরকার ওইগদগে হায়বদু থিজিনবা তাই। মদু জ্ঞান-শক্তিনি। লৈশিং, লং অমসুং য়েৎতুম লৈরগা ঐখোয়না লৈ-পরেং অমা হেক্তা ওইরে হায়বা য়ারোই। মখোয় অদুনা লৈ-পরেং অমা শেম্বা তাবনি। সনা লৈরে হায়দুনা সনাগী লৈতেং লৈরে হায়বা য়ারোই। মদুবু শানবা সনাশাবা মী অমা দরকার ওই। সনা-শাবা মীনা সনাগী লৈতেং শাই, অদুবু সনা অদুদি কনানা শেম্নকপনো? ঈশ্বরনা শেম্নকপনি। মালেম অসি ঈশ্বরনা শেম্বনি। মরম অদুনা মীওইবা ঐখোয়না ঈশ্বরবু কাউফদে। বিজ্ঞানগী মহৈরোইশিংনা হাইড্রজেনগী শরুক অনীগা ওক্সিজেনগী শরুক অমগা পূল্লগা ঈশিং ওই হায়বসি খঙই। মসিদা মখোয়না নাপল তৌজে। অদুবু মখোয়না হাইড্রজেন অমসুং ওক্সিজেনবু শেম্বীরকপা ঈশ্বরবুদি কাউথোকই।

মালেম অসিদা মওঙগী ওইবা জীব কাঙলূপ লাক্ষ ৮৪ লৈ হায়না ঐখোয়না থাজনরি। কাঙলূপশিং অসিবু অমুক মখল মরি থোক্লা খায়দোকই। অহানবদা মরূমদগী ওনবা, অনীশুবদা অঙাংখাউদগী পোকপা, অহুমশুবদা হূমাংদগী পোকপা অমসুং মরিশুবদা লৈপাক্তগী পোকপা হায়দুনা লৈ। মখল খুদীংগী মওঙ অমতগী ওইবা কাঙলূপ লাক্ষ ২১/২১ লৈ। সমুদ্রদা মশীং লাকওমদ্রবা ঈথকশিং লৈ। ঈথকশিং অদুগী মওঙশিং খেন্নজরবসু মখোয়গী যুম্ফমদি সমুদ্রনি। অদুমহায়না কাঙলূপ লাক্ষ ৮৪ অদু সৎ-চিৎ-আনন্দদগী হৌরকপনি।

সৎ-চিৎ-আনন্দ হায়বসি করিনো? 'সৎ' হায়বসি হৌগ্রবা মতমদগী হৌরগা হৌজিক্কী মতম ফাওবদসু লৈরক্লবা অদুগা মতুংগী মতমদসু অদুম শাংথনা লৈরগদবা অদুবু খঙহল্লি। 'চিৎ' হায়রগনা খুদীংমকপু তশেংনা খঙবা অদুবু খঙহল্লি। 'আনন্দ' হায়বা অদুনা লোইবা-খম্বা নাইদ্রবা নুংঙাইবা অয়ৌবীগী ফীভম অমসুং হৌরকফম অদুবুনি। 'সৎ' অমসুং 'চিৎ' অনী অসি পূনশিল্লগা 'আনন্দ' ওইরকই। মী, শা, উচেক্লচিংবা জীব পূম্নমক্তা সৎ-চিৎ-আনন্দ লৈ। মীওইবনা মশাগী অচুম্বা মতৌ ওইরিবা সৎ-চিৎ-আনন্দবু খঙবা ঙমদে, অদুগা মদুবু মপান্দা থিনরি। মসিদি মহাক মশামক্কী আত্মাবু মপান্দা থিবগা চপ মান্নে।

মীওইবা ঐখোয়না হকচাঙবু আত্মানি হায়না লৌরিবমখৈ খেন্নবা কয়া লৈগনি, অদুগা আত্মাবু 'ঐ' নি হায়না লৌরগনা অমতা ওইবা মতা অদু লৈগনি।

হকচাঙ, পৈশা অমসুং শক্তি হায়বশিং অসিদি মতম খরদগীনি। মতম পূন্নগী ওইবা নুংঙাইবা অয়ৌবী 'আনন্দ' হায়বদুবু ফংনবা লাক্লসি। 'আনন্দ' হায়বা অসিদি শিরবা মতুংদসু ফংবা য়ারিবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মিংলেনবু শোন্দুনা আনন্দগী মহাউ ফংনবা লাক্লসি।

ঈশ্বর কদাইদা লৈ? মতৌ করম্না ইবুংঙো মহাকপু উবা ফংগনি? ব্রাহংশিং অসি থায়না মমাঙঙৈদগী হৌনা অদুম হংদুনতা লাক্লবনি। থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী ঈশ্বরগী ওইবা মতা অদুবু খঙগে হায়রবদি আধ্যাত্মিক্কী লম্বী চৎপা তাই। মশাগী অশেঙবা মতৌবু নৎত্রগা আত্মাবু খঙলগা আধ্যাত্মিক্কী লম্বী চৎপদা মায়পাকপা ঙমগনি। অশেঙবা সাধকশিংনা মখোয়গী অশেঙবা মতৌবু নৎত্রগা আত্মাবু খঙই।

হকচাঙ অসিদি পুণ্য চেনবা থবকশিং পাঙথোক্লবা ঈশ্বরনা পীনবীরকপনি। ঐখোয়গী ধর্ম করিনো? 'নুংশিবা' হায়বা অসি ঐখোয়গী ধর্মনি। 'অচুম্বা' হায়বা অসিসু ঐখোয়গী ধর্মনি। 'শান্তি' হায়বা অসিসু ঐখোয়গী ধর্মনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ধর্মগী মতুংইন্না চৎকদবনি। চিনিগী মগুণসি অথুম্বনি, মসিনা থুমদ্রবদি চিনি ওইদ্রে। অদুমহায়না মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা গুণ 'নুংশিবা' হায়বদু ঐখোয়দা য়াওদ্রবদি ঐখোয়সে মী নত্রে। ঐখোয়দা 'নুংশিবা' য়াওই, অদুবু নুংশিবা অদু ঐখোয়গী ইমুংদা, মরূপ-মপাংশিংদা অমসুং মরী-মতাশিংদা ঙমখৈ ওইহনগুমসি। মখোয় অদুদি ঐখোয়গী মোংফমফাওবদা চৎকদবনি। ঈশ্বরদি ঐখোয়না শিরবা মতুং ফাওবদা অদুম লোয়নদুনতা লৈগদবনি।

মীওইবগী পূন্সি অসি অতাঙবনি। অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা পূন্সি অসিবু অরেম্বদা মাঙহনগুমসি। ঐখোয়না হিংলিঙৈ মতম অসিদা আত্মজ্ঞান তালহৌরবদি পূন্সিগী মায়পাকপা হায়বদু ওইরে। ঐখোয়না আত্মাবু খঙবা পাম্লবদি হকচাঙগা নপশিন্নবোইদবনি অদুগা আত্মাগী ব্রাখলদা লূপকদবনি। ঐখোয়না পোক্লকপা মতমদা কপ্পী। কপ্পদুগী মরোলদি 'ঐ কনানো?' হায়বনি। ব্রাহং অদুমক চীন্দা পল্লগা শিবদি অরানবা খুৎশিনি। 'ঐ কনানো?' হায়বা ব্রাহং অদুগী পাউখুমদি 'ঈশ্বরনি' হায়বা অসিনি। ঐখোয়না শিবা মতম অদুদা মসিগী পাউখুম অসিগা লোয়ননা নুংঙাইনা শিগদবনি। ব্রাহং অসিগী পাউখুম ফংবা হায়বা অসি অচুম্বা

অরান-খুভম্মি।

ঈশ্বরনা থোকইবা থৌদোক খুদীংমক্কী য়ুম্ফম্মি। ইবুংঙো মহাক্না পোকপা অমসুং শিবা, নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অদুগা মতম খরগী নৎত্রগা মতম পূম্বগী ওইবা পোৎশিংগী য়ুম্ফম্মি। ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী হৌরকফম্মি অমসুং মরম্মি। ইবুংঙো মহাক্তি মফম পূম্নমক্তা লৈবীবনি। ঐখোয়না হিংবদা ঈশ্বরবু তঙাইফদনা দরকার ওই। ঐখোয়না ঐখোয়গী থবকশিং তৌবা ঙম্লিবসি ঈশ্বরনা ঐখোয়দা থৱায় অশেঙবা ওইনা লৈবীবদগী তৌবা ঙম্লিবনি। ঈশ্বরগা ঐখোয়গগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদবা মরী অমা লৈ। ঈশ্বর লৈবগী ঐখোয় লৈবনি।

ঈশ্বরদি অচুম্বনি। অচুম্বদি ঈশ্বরনি। অচুম্বা ওইবীরিবা ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়গী মতম পূম্বগী ওইবা অশেঙবা, লেঙদবা অমদি তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরূপনি। ঐখোয়না শিবা মতমদা ঐখোয়গী ইমুং-মনুং, মবী-মতা, মরূপ-মপাং, লন-থুম অমদি সম্পত্তিনা ঐখোয়বু যমগী দৃতশিংদগী কলহৌবা ঙম্লোই। ঈশ্বরখক্তনা ঐখোয়বু কনবীগদবনি। ঐখোয়গী হকচাঙ অমসুং মীরম্লেনগী পোৎশিং অসিবু লন্নাইগী ওইনা শীজিন্নদনা ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তা শীজিন্নরবদি মদুনা শিরগা ঈশ্বরগী মনাক্তা লৈকনবগী মরূওইবা পান্থে অমা শোয়দনা ওইগনি।

মীওইববু সংস্কৃত লোন্দা 'নব' হায়না কৌই। 'নব' হায়বদি মাস্তুব' নাইদবা আত্মাবুনি। হকচাঙনা অঙনবা নাইরবসু নৎত্রগা শিবা নাইববসু আত্মাদি শিবা নাইদে। ঐখোয়দি আত্মানি, শিবা নাইদে। মসিগী অচুম্বা অসিবু মীওইবা ঐখোয়না খঙগদবনি। মীশিংনা শাগুম্না নৎত্রগা তিংচাবগুম্না লীচৎ-শাজৎ চৎলোইদবনি। মীশিংনা মীওইবগী অশেঙবা মতৌবু খঙলবা মতমদা মখোয়গী অশেঙবা ঈশ্বরগী ওইবা মতৌবু খঙলক্কনি। পূম্নমক অসিগীদমক্তা ভক্তি য়াম্না দবকার ওই। ভক্তি হায়বসিবু করিনো? অপাম্বনা মোংহম্লবা থবক অমত্তগা ভক্তিগা মরী লৈনদে। ভক্তি হায়বা অসিদি অপাম্বা অমতা য়াওদনা ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বদুনি। ঈশ্বরবু ঈশ্বরগীদমক্তা নুংশিগদবনি।

অশেঙবা ভক্তিদি মশাগী ওইজবা থিদবা সেবা অমসুং নুংশিবা অনীনা পূল্লগা শাবনি। অসিগুম্বা অশেঙবা সেবা অমসুং নুংশিবা অদুদি তৌজক লৈত্রে। মদুগী ফল অমা ওইনা মালেম অসিদা ঈশ্বরগী লৈবাক পুথরকপা ঙমদ্রে।

অনৌবা চহী অমা লাক্লগা চহী অদু অনৌবা অমা ওইগনি হায়বা লৈতে। মী মশামক্না অনৌবা ওইদ্রগা মতৌ করম্না চহী অদুনা অনৌবা ওইবা ঙমগদগে? মতম্নু অয়ুক-নুংথিল, চয়োলশিং অমসুং চহীশিং হায়দুনা খায়দোক্লি। অচুম্বমক ওইনা হায়রবদা মীওইবনা মীৎকূপ খুদীংমকপু অনৌবনি হায়না লৌগদবনি। মীওইবদি অওনবা কয়া অমনা পূল্লিবনি। অদুবু ঈশ্বরদি অওনবা নাইদে। মসিগী অশেঙবা অচুম্বা অসি নীংথিনা খঙলবতদা অশেঙবা ভক্তি অদু মীওইবগী থম্মোয়দা লৈরক্কনি।

মহয়-মরোংগী পাম্বীশিং হৌনবগীদমক্তা ঈশিং দরকার ওই। মহয়-মরোং পাম্বীশিং অদুনা অতিয়া তম্না ঈশিং থিবা চত্তে। মখোয়গীদমক্তা নোং তারকই। ঐখোয়না ঈশ্বরদা ইবুংঙো মহাক্কীদমক্তা ওইনা প্রার্থনা তৌজরবদি ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী য়াইফনবা য়েংশিনবীরক্কনি। লৈশিংনা হয়িংখোইশিংবু বার্তন তৌদে অদুবু হয়িংখোইশিংনা লৈশিংদগী লৈহী থিবৈ। অদুমহায়না ঐখোযগী থম্মোয়দা নুংশিবগী অমৃত লৈরবদি ঈশ্বরনা অমৃত অদু থক্লবা ঐখোযদা লাক্কনি। চেনা শাবা লৈশিংদদি হয়িংখোইশিংনা লৈহী থিবা লাক্লোই। মরম অদুনা ঈশ্বরনা ঐখোয়দা লাকপীনবা ঐখোয়গী থম্মোয়শিংবু নুংশিবগী অমৃতনা থলহনগদবনি।

ঈশ্বরগা হকচাঙগা লৈনরিবা মরী অদু অমুক্তা য়েংসি। খুৎশিং, মীৎশিং, নাকোঙশিং, চীন অমসুং নাতোন্নচিংবশিং অসি হকচাঙদা য়াওবা কায়াৎশিংনি। হকচাঙ অসিনা সমাজগী কায়াৎনি। সমাজ অসিনা মীওইবা জাতিগী কায়াৎনি। মীওইবা জাতি অসিনা প্রকৃতিগী কায়াৎনি। প্রকৃতি অসিনা ঈশ্বরগী কায়াৎনি। মসিনি মীওইবগী হকচাঙগা ঈশ্বরগা লৈনরিবা মরী অসি। হকচাঙদা লৈরিবা আত্মা অদুগা ঈশ্বরগাদি অমতনি। হকচাঙ অসিদি অচৎপা লাইশঙনি। আত্মা য়াওদবা হকচাঙদি অশিবা হকচাঙনি, মৈ থাদোকপা নৎত্রগা ফুম্বা য়ারে।

ঈশ্ববদি মফম খুদীংমক্তা লৈবনি, মীৎ য়াওদ্রবসু উবা ঙম্বনি, অদুগা নাকোঙ য়াওদ্রবসু তাবা ঙম্বনি। ইবুংঙো মহাক্না জগৎ অসিগা মরী পূরা লৈনৈ। ইবুংঙো মহাক্না জগৎ অসিবু শেম্বনি। ঈশ্বর লৈবগী জগৎ অসিনা লৈবনি। ঈশ্বরনা মরম ওইরগা জগৎ অসিনা ফল ওইবনি। জগৎ অসি ঈশ্বরগী শাফোঙবা মওঙনি। ঐখোয়না জগৎ অসিদা য়েংলি, অদুবু জগৎ অসিনা ওইরিবা অশেঙবা শক্তম

অদুবুদি উদ্রি। ঐখোয়না উরিবা পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী মওঙনি। মদুবু ঈশ্বরদগী তোঙানবনি হায়না লৌগুমসি।

জগৎ অসিদা ঈশ্বরগী ফোঙদোক্তবা শক্তিনসু পাকচাউনা পূমশন-শন্দোকপীরি। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিনা ইবুংঙো মহাক্কী মখাপোল্লা লৈরি। মায়াগী শক্তিনা ইবুংঙো মহাকপু শোকপা ঙমদে। ইবুংঙো মহাক্না মায়াগী মপু ওইবনি। ইবুংঙো মহাক্তি আত্মাগী মশক্লি। আত্মাবু থাজদবা হায়বা অসিনা ঈশ্বরবু থাজদবা হায়বনি। ঈশ্বরবু থাজদবা মীশিংনা শিরবা মতুংদা ঈশ্বরবু ফংদনা অমুক পোক অমুক শি তৌবা মীরম্লেন অসিদা অমুক হল্লক্কুনা পোক্লে অদুগা অরেম্বদা মায়া সংসারগী ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাউখৎ তৌদুনা বানা লেল্লগনি। মরম অদুনা মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌনীংবা মীশিংনা ঈশ্বরদা থাজবা থম্মী। মখোয়না ঈশ্বরবু মখোয়গী অরোইবা পম্থুংফম্নি হায়না লৌই।

তাইবঙপানবা অসিগী শকউদবা মপু অমা লৈরি হায়বসি খক কাউগুমসি। ইবুংঙো মহাক্তি নোংদম্বনি। ইবুংঙো মহাক্কী মওঙ-মতৌ অমদি মশকপু ঐখোয়গী পাপ চেল্লবা তাইবঙ-মীৎ অসিনা উবা ফংদ্রবসু তাইবঙপানবা পূম্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী মখা পোল্লি হায়বসিমদি কাউফদে। মায়াগী শক্তিনা শুদ্ধাৎখিদুনা জীবশিংনা পঙথৈ, মখোয়গী জ্ঞানসু অজ্ঞানগী অমম্বনা মমশিলহল্লি অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না ঈশ্বরবু খঙবা ঙমদে।

তাইবঙগী পোৎ খুদীংমক অহৌবা অমসুং অরোইবা নাই, অদুগা ঈশ্বরদি ঙমখৈ-নাইদবা ওইবনা অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতে। অদুগা অমুকসু ইবুংঙো মহাক্কী ফোঙদোক্তবা শক্তিনা মফম খুদীংমক্তা শীন্থুংনা লৈ। মসি ঈশ্বরগী য়াম্না ঙক্লবা শক্তিনি। জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক্না লৈতবা মফম লৈতে। অদুগা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিসু ঈশ্বরদগী লাকপনি, ঈশ্বরনা য়োকপী-থাকপীরিবনি অমসুং ঙাকপী-শেনবীরিবনি।

লৈশেম-নুংশেমগী লৈরিবা পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী অনীংবগী মখা পোল্লা লৈবনি। ইবুংঙো মহাক্না মখোয় পূম্নমকপু মপূংফানা খুদুমচন্দুনা থম্মী। তাইবঙগী তুং-কোইদবা পোৎশিং অসিনা ঐখোয়দা আনন্দ পীবা ঙম্লোই। মখোয়দি মায়াগী

পোৎশিংনি, অওইবা নত্তে, মায়ানি। আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরনা অওইবা ওইনা মাঙদনা লৈবনি। শম্না হায়রবদা তাইবঙগী পোৎশিং অসিদি তুং-কোইদবনি অদুগা ঈশ্বরনা মতম পূম্নগী ওইনা অরোই-অথম নাইদনা লৈবনি।

মায়া শক্তিনা তৌবা থবক্তা ঈশ্বরনা পকশিন্নরুদে। থবক অদুদা ইবুংঙো মহাক্না য়েংজরবসু থবক অদুগা ইবুংঙো মহাক্কা হকথেংননা মরী লৈনদে। শুদ্ধাৎলাই কৌবী মায়ানা থবক তৌবনি। ঈশ্বরদি থবক তৌনা তৌনা থবক তৌদবনি। মায়া হায়বা অসিসু ঈশ্বরনা পুথোকপনি অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মখাদা থম্বনি। মায়াদি তৌবা ঙম্বী শুদ্ধাৎলাইনি। তাইবঙ মীশিংবু শুদ্ধাৎলগা মহাক্কী ঈপাক্তা লূপহল্লি অদুগা পাপকী থবকশিং তৌহল্লি। মদুনা মখোয়বু মায়া-সংসার অসিদা অমুক পোকহল্লি। মসিনি মায়াগী লীলা। মায়াদেবীনা মহাক্কী লীলা অসি শান্নরমদ্রবদি মায়া-সংসার অসি লৈরম্লোই।

মায়া হায়বা অসিদি মায়ামরিচিকাগুম্বনি। মসিদি অওইবা ওইনা লৈতবা পোৎকী মমিং অমনি, অদুবু তশেংনা লৈতবা পোৎ অসিবু মীৎতদি উরকই। মসিদি খক লৈরমদবা, লৈতবা অমসুং লৈরোইদবা ঈশিং-ঈপাক অমগুম্বনি। মায়ামরিচিকাবু খঙদবা মীশিংনা ঈশিং-ঈপাক্তি হায়না খন্দুনা মদুদা য়াম্না ৱানা হোৎচিল্লি অদুগা ঈশিং-ঈপাক ওইরমদবদগী নীংবকায়নরি। মরম অদুনা মায়াগী পোৎশিংনা ঐখোয়বু নীংবা থুংহনবগী মহুত্তা নীংবকায়হল্লি।

তাইবঙ-সংসার অসিবু লৈহন্নবগী মরমদি মায়ানা ওই। মায়াবু লৈহন্নবগী মরম্না ঈশ্বরনা ওই। অশেঙবা ভক্ত অমগী মফমদা মায়ানা চঙশিল্লগা থৌনা য়াম্না ফনা মহাক্কী লীলা শান্নবা ঙমদে, অদুবু মঙোন্দা মপূক্লিং খোইদাথ্রবা মীশিং অদুবুদি মহাক্কী লীলানা মকোক-মমৈ ওলহনবা ঙম্মী। ঈশ্বরদা মপূক্লিং পূল্লপ লূপথ্রবা অশেঙবা ভক্ত অমগী মফমদদি মায়া দেবী মশামক্না লাকপীরগা ঈশ্বর ওইনা শক উৎলগনি।

# ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবদা

ঐখোয়না উরিবা, শোকপা য়ারিবা অমসুং ঐখোয়বু নুংঙাইবা পোকহল্লিবা তাইবঙগী পোৎশিং অসি অওইবা নত্তে, অওইবা হায়দুনা লৈরিবা অদুগী মমিনি। ঐখোয়না নুমিৎ খুদীংগী চীঞ্জাক চারি, ঈশিং থক্লি, ফিশিং শেৎলি অমসুং য়ুমশিংদা লৈরি। মখোয় পূম্নমক অসি অওইবা অমতা নত্তে। ঈশ্বরখক্তনি অওইবদি। থৱায়পানবা অমসুং থৱায়পান্দবশিং হায়দুনা লৈরিবশিং অসিদি ঈশিং-ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবা কোঙ্গোলশিংগুম্বনি। মখোয়দি ঈশ্বর য়াওদনা লৈবা ঙমদে। ঐখোয়না ঐখোয়গী মাঙদা উরিবা মঙাল অসিসু অওইবা নত্তে, মদুনা করিগুম্বা অওইবা অমবু তাকপনি। ধর্মগী মীৎয়েংদা য়েংবদা ঐখোয়না লৈরিবা য়ুম অসিসু ঐখোয়গী অশেঙবা লৈফম নত্তে; ঐখোয়গী অশেঙবা লৈফমদি অওইবা ওইবীরিবা ঈশ্বর মহাক মশামক্লি।

ঐখোয় মীওইবনা তানগদবা মরুওইবা জ্ঞানদি ওইদবা মায়া-সংসাব অসিগী ওইবা জ্ঞান অদু নত্তে, অওইবা ওইরিবা আত্মাগী অশেঙবা জ্ঞান অদুনি। অশেঙবা জ্ঞান অদুবু তানগে হায়রবদি ভক্তিগী লম্বীদা চত্তুনা ঈশ্ববরু নীংবা তাই। ঈশ্বরদি ঐখোয়গী নাক্তা খ্বাইদগী নকশিন্নবা লৈবনি। অদুবু ঐখোয়গী 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ৱাখলনা পর্দা ওইরগা ইবুংঙো মহাকপু খঞ্জিল্লি। ঐখোয়গী মীৎতা ফি মচেৎ অমনা খঞ্জিনবফাওবদা ঐখোয়না চীংজাউ অমফাওবা উবা ফংদে। অদুমহায়না "ঐ" অমসুং "ঐগী" হাযবা ৱাখল অমসুং নাপলগী পর্দানা ঐখোয়গী নুং-গী মীৎয়েংবু খঞ্জিল্লবদি ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা ঙম্লোই। ঐখোয়না 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ৱাখল অদু থাদোক্লবতদা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী মাঙদা চীংলেম্না চোংথোরক্কনা লেপ্পীরগনি।

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মহাক অদুনা মহাক্কী থবক পূন্নমক ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই অদুগা থোক্লককপা থৌদোক খুদীংমকসু ঈশ্বরগী লীলানি হায়না লৌদুনা নুংঙাইথোকপা ঙম্মী। অদুদগীদি মহাক্না মহাক্কী অকিবা অমদি অৱাবা লৈরক্তদুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লকই।

অশেঙবা ভক্ত অমনা মহাক্কী য়ুম অমসুং ইমুং-মনুং অদুসু মহাক্কী নত্তে ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই। মহাক্না ঈশ্বরগী মনাই অমা ওইনা ইবুংঙো মহাকপু নীংথিনা সেবা তৌজে; অদুগা মহাক্না মদুদা পেঙ্গে। অদুমহাযনা তৌরগা মহাক্না 'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ৱাখল অদু থাদোকপা ঙম্লকই অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লকই। 'ঐগী য়ুম, ঐগী নুপী, ঐগী ঈচা, ঐগী হকচাঙ, ঐগী লন-থুম অমদি ঐগী সম্পত্তি' হায়বগী ফত্তবা ৱাখলশিং অসি নাপলগা মবী লৈনৈ। মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না ঈশ্বরবু কাউথোকই অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তগী য়াম্না লাপথোক্না লৈরকই।

'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ৱাখল অসি হেক্তা ইবায়-লায়না থাদোকপা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা মসিগী ৱাখল অসিবু থাদোক্কে হায়রবদি মহাক্না ঈশ্বরগী মপৃংফাবা মনাই অমা ওইগনি অদুগা মদুগী মতুংইন্না হিংগনি। অশেঙবা ভক্ত অমগী 'ঐ' দি অশেঙবা 'ঐ' নি। মসিদি পাপ লৈতবা 'ঐ' নি। মসিদি আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরনি। মসিবু খঙলবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগী মাযকৈরোমদা চঙশিনবা ঙম্লকই।

থোক্লিবা থৌদোক খুদীংমক অসিসু ঈশ্বরগী অনীংবা অমা যাওদ্রবদি থোক্লোই হায়র্বসিসু খঙজিনগদবনি। ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনগে হায়রবদি মসিগী ৱাখল্লোল অসি য়াম্না মকওই। মসিগা মরী লৈনবা ৱারী অমা লৈঃ

অরাপ্পা মফম অমদা য়াম্না ঈনাক-খুনবা লম্লোনবা নুপা অমগী অচৌবা লশিংগী গুদামশিং লৈবম্মী। নোংমা মহাক্না নুতিগী তৌফম থোকপা মথৌ অদু তৌদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী থবক্তা তেংবাংলিবা ঙমথঙ অমনা মহাক্কী কাদা য়াম্না ফিংনা চেনশিল্লকখি, অদুগা য়াম্না ফিংনা অসুম্না লাউনা হায়বকখি, "সার! হৌজিক ঐখোয় অচৌবা খুদোংথীবা অমদা তারে। ঐখোয়গী লশিংগী গুদামশিং অদু মৈনা চাক্লনা উৎ লোইনা ওনখ্রে। হৌজিক্তা ঐনা ফংলকপা টেলিগ্রাফ ওফিসকী পাউ

অদু অসিনি।"

লাল্লোনবা নুপা অদুনা টেলিগ্রাফ ওফিসকী পাউ অদু পারম্মী। পাউ অদু পাবা লোইরগা মহাক্না মীৎকূপ অমা/অনী মমীৎ উইশিল্লম্মী, অদুগা হায়রকখি, "হে ঈশ্বর! ইবুংঙো নহাক্কী অথূপ্পশিং অসিদি হায়ফম হেক খঙদবমখৈ ঙকইকো!" অসুম্না হায়বল্লগা মহাক্না মঙোন্দা করিমতা থোকখিদবগুম মপূক য়াম্না তপ্না মহাক্কী মথৌ অদু মখা অমুক চথরকখি। মহাক্কী লশিংগী গুদামশিংদা শাথীরবা থৌদোক অমা থোক্লগা মহাক্না করিমতা থৌশাদনা লৈথোকখিবা মতৌ অদুবু উবগা মহাক্কী ঙমথঙ অদুগী ব্রাখলদা অঙকপা অমা পোকখি। মতম অদুদদি মৈনা চাকপগীদমক্তা ইন্স্যুরেন্স কোম্পানীশিংগা লৈবমখিবা জাৎ নত্তে, মৈনবু চাকখ্রবদি লুপা লাক্ষ/লাক্ষ মাঙবা তারম্মী।

পূং অমগী মতুংদা মহাক্কী ঙমথঙ ওইরিবা নুপা অদুনা অমুক হন্না মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী। হন্দকমুক লাকপদদি মহাক মোমোন মোমোন নোক্লগা লাকখি। মহাক্না থৱায় য়াম্না নুংঙাইনা হায়রকখি, "সার! হৌজিকমক টেলিগ্রাফ ওফিসতগী পাউ অমমুক ফংলে, মদুদি ঐখোয়দা হান্না থারকখিবা পাউ অদু মীশক শোয়নখ্রে, অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী গুদামশিং চাকপনি। ঐখোয়গী গুদাম পুম্নমক অমাঙ-অতা করিমতা লৈত্রে, ঈশ্বরনা ঐখোয়বু চানবীরে। ঈশ্বরবু থাগৎচরি।"

অমুক্কা হন্না নুপা অদুনা মীৎকূপ অমা/অনী মমীৎ উইশিল্লম্মী, অদুগা অমুকসু হায়রকখি, "হে ঈশ্বর! ইবুংঙো নহাক্কী অথূপ্পশিং অসিদি হায়ফম খঙদবমখৈ ঙকইকো!"

ঈশ্বরগী অনীংবা অমা য়াওদনদি করিগুম্বা থৌদোক অমতা থোক্রোই হায়বসি লল্লোনবা নুপা অদুনা খঙলম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙজবা তারবদি ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবগী মখাদা লৈরগা হিংগদবনি।

ইবুংঙো মহাক্কী অনীংববু কনামতনসু থুগায়বা ঙম্লোই। ৱারী অমা লৈ। অফাওবা মাইবা অমনা অঙাং অমবু লায়য়েংবা লাক্লম্মী অদুগা অঙাং অদুগী মমাদা অসুম্না হায়রকখি, "ইমা! করিমতা ৱাবীগনু। ঐহাক্না নহাক্কী নচা অসিগী অনাবা অসি শোয়দনা ফহনগনি। নচা অসিগী পূন্সি-নুংশাংনবগীদমক্তা ঐনা দায়িত্ব লৌজরে।" মদুদা ঈশ্বরনা "ঐহাক্না মহাক্কী মচানুপাগী থৱায়দি লৌগদৌরি, অদুগা

মসিগী মাইবা অসিনদি মহাকপু শিহল্লোই কনবীগনি হায়রি” হায়না মথন্তা হায়জরগা নোক্লম্মী। পূঙ্গিগী মপুদি ঈশ্বরনি, মাইবা নৎত্রগা ডোক্টরনা পূঙ্গিগী মপু নত্তে। মরম অদুনা পূঙ্গিগী মপু ওইরিবা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনগদবনি।

ঐখোয়না ধর্মগী লাইরিক ময়াম অমা পাজরবসু ঐখোয়না অপাম্বা পোৎশিংদা খোইদাদুনতা লৈরবদি ধর্মগী লমদা করিসু কান্নবা ফংলোই। অপাম্বা পোৎশিংনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবগী লম্বীদা অপনবা পী। ঐখোয়না গীতাগী নৎত্রগা বাইবলগী শরূকশিংবু চীনফা পুবা য়াই। ঐখোয়না মন্ত্রশিংদুবু চুন্না থীবা ঙম্বা য়াই। মদুতনা ওইবা য়াবা নত্তে। নুপী, লন-থুম অমদি অতোপ্পা তাইবঙ সংসারগী পোৎশিংগী লাংদা থুরিবমখৈদি কনামতনসু ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লোই।

কর্ম-যোগগী, জ্ঞান-যোগগী, ধ্যান-যোগগী, ভক্তি-যোগগী, জীবাত্মাগী অমসুং পবমাত্মাগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী মরমদা ৱা ঙাঙলগা মী কয়াবু ঙকহনবা য়াই। ৱাঙাঙ অদুনা চীনখক্তদগী লাকপা ওইববদি করিসু কান্নদে। মদু থস্মোয়দগী লাক্কদবনি। ঐখোয়গী পূক্লিংনা ঈশ্বরদা ওনশিল্লগা থম্মোয়না থম্মোয়দা ৱাঙাঙলবদি ঈশ্ববগী মনাক্তা চঙশিনমিন্নবা য়াগনি।

লাইরিক হৈরগা ভক্তি লৈরে হায়বা য়াদে। অপাম্ববু খুদুম চল্লবা মতমদা মশানা অদুম ভক্তি লাকচগনি। ঈশ্বরগী মফমদদি মহৈ হৈবা অমসুং মহৈ হৈতবা হায়বা লৈতে, অনীমক অমতনি। পূক্লিংবু ঈশ্বরদা ওনশিলহন্দনা ঈশ্ববগী মিংলেনবু লিশিংলক শোনবনসু করিসু কান্নবা ফংলোই। ঈশ্বরদা পূক্লিং লূপশিল্লগা ধ্যান তৌবা ঙম্লবদি ইবুংঙো মহাকপু উবা ঙমগনি। ধ্যান তৌবা হাযবা অসি পূক্লিংদা শান্নবা আধ্যাত্মিক্কী মরুওইবা শাজেলনি। ধ্যান তৌবা মতমদা মপাম্মোংগী ওইবা ৱাখল অমতা তৌরোইদবনি, অদুগা ঈশ্বরগী মমিবু পূক্লিংদা শেংনা তাহল্লগা ঈশ্বরবু নকশিন্ননা উবা ফংগনি।

ধর্মগী লাইরিকশিং পারগা অখঙবা শাদুনা মীঙোন্দা ধর্মগী ৱারী পঙশা-শারোইদবনি। লাইরিকশিং অদুদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অদুনদি ঐখোয়বু ঈশ্বরদা নকশিনহনবা ঙম্লোই। নোল্লুকপা, ভক্তি অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদ্রবদি ঐখোয়না পারিবা লাইরিকশিং অদুনা ঐখোয়বু ফত্তবদুম হেনগৎহনগনি,

নাপলদুম কাহনগনি। ধর্মগী লাইরিকশিং অদুনা পূন্সিগী অশেঙবা পম্থুংফম অদুগী লম্বী তাকইদি হায়ববু অফবা গুণ, ভক্তি অমসুং ধ্যান য়াওদনদি ঐখোয়না পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু ফংবা ঙম্লোই। ধর্মগী লাইরিকশিংনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদি তাকই। লম্বী অদু খঙলবা মতুংদা ঐখোয়না পান্দম অদু ফংনবা থবক তৌফম থোকই। ঐখোয়না খুল অমদা চৎকে হায়রবদি লম্বী অদু খঙবদা নত্তনা ঐখোয়না খুল অদু য়ৌনবা লম্বী অদুদা চৎপা তাই।

পোক্লবদি শিবা হায়বসিমা শোয়দ্রে। শিরিবসি হকচাঙনি। শিরগা লোইরবা হকচাঙগীদমক্তা খল্লগা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবগীদমক্তা থবক তৌরিবা মীওইশিং অদুদি মীওইনা পোকচরক্লবসু পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু য়ৌদনা অরেম্বদা মাঙগনি। পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু য়ৌনবগীদমক্তা ঐখোয়না তৌরিবা থবক অমসুং মদুগী ফল অদুসু য়াওনা ঈশ্বরদা কখোকপা তাই। থবক্কী ফলগী অপাম্বা করিমতা য়াওদনা ঈশ্বরগী মফমদা কখোক্লবা থবক পূম্নমক অদু ঈশ্বরগী অশেঙবা থবকশিং ওইরকই। ঈশ্বরগী মফমদা পূম্নমক কখোকখ্রবা মহাক অদুগী থস্মোয় অদুদি শেংলবনি। অদুদগীদি মহাক্না তাইবঙগী পোৎশিংদা পূক্লিং চঙদ্রে অদুগা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙজদুনা নুংঙাইনা লৈজে। মদুগী থৌজাল অদু ফংজরবা মহাক অদুদা তাইবঙগী ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমতনা অৱাবা নৎত্রগা নুংঙাইবা পীবা ঙম্লোই।

ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌনবগী পাম্বে অমা ওইনা মালেম অসিবু শীজিন্নগদবনি; অদুগা মালেমসিদা মপোক মপোক কয়ামুক পোকথদুনা অসুম অসুম লৈথনবগীদমক্তা তাইবঙগী পোৎশিংবু পেন্নাইদনা কন্না পাম্বা তৌরোইদবনি। ঐখোয়না মালেম অসিদা নিষ্কাম কর্ম তৌরগা অথোইবা পম্থুংফম হায়বদি ঈশ্বরগী মনাক য়ৌবা ঙম্নবা লাক্লগদবনি। ঐখোয়না মালেম অসিদা করিমতা পুরক্তনা লাকখিবনি অদুগা মালেম অসিদগী করিগুম্বা পোৎ অমফাওবা পুদনা চৎখিগদবনি। চৎখিবা মওঙ অদুদি মালেম অসিনা থোং ওইরগা অৱা-অনানা পীক থল্লবা তাইবঙ অসিদা অমুক হল্লক্তনবা মওঙদা চৎখিগদবনি। মদুতনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ওইগনি।

অফবা লমচৎ-শাজৎ চৎলবা, অশেঙবা ভক্ত অমা ওইরবা অমসুং

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজরবা মহাক অদুনা ব্রা অমতা ঙাঙজদ্রবসু অতোপ্পা মীশিংগী মফমদা অফবা খুদম অমা অদুম ওই। ঈশ্বরবু খঙলবা মীশিং অদুনা মসিগী ফীভম অসিদা য়ৌবা ঙম্মী। ধর্মগী লাইরিকশিং পারগা খঙবথক্লদি ওইবা য়াবা নত্তে।

ধর্মগী লাইরিকশিং পারুবদগী ঈশ্বরগী মরম খঙলে হায়দুনা কনাগুম্বা অমনা হেক্তা চোংথোক্লক্লগা অতোপ্পা মীশিংদা ধর্মগী পারাশিং তাকপী-তম্বীবা ঙম্লে হায়বা য়ারোই। ঈশ্বরনা খনগৎলক্লবা মহাক অদুনতা তাকপী-তম্বীবগী থবক অদু নীংথিনা পাঙথোকপা ঙমগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনা ধর্মগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী মরমদা তাকপী-তম্বীগে হায়দুনা চোংথোক্লক্লিবা মহাক অদুদি নাপল কারবনি। মপূংফাবা অশেঙবা জ্ঞানী অমদগীদি মীশিংনা মশা মশানা অদুম লাকচদুনা পাউতাকশিং লৌরগনি। লৈহী চেনবা লৈরাংগী মফমদা হয়িংখোইশিংনা মশা মশানা অদুম লৈহী চৃপ্পা লাকচগনি। থম্মোয়গী অশেঙবা মতৌসি লৈরাংগী লৈহীগুম্বনি। থম্মোয় শেংবা গুরুশিংনা য়োৎচাবীনা য়োৎতেকশিং চিংশিনবগুম শিষ্যশিংবু চিংশিল্লি অদুগা মখোয়বু ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্নবা তাকপী-তম্বী।

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদবা মীশিংনা অরেম্বদা ধর্ম শন্দোকই। মখোয়গী ব্রাহৈশিং অদুনা কনামতগী থম্মোয়দা য়ৌবা ঙমদে। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মহাক অদুখক্তনা শিষ্যশিং ফংবা ঙমগনি অদুগা অশেঙবা গুরু অমা ওইনা থবক তৌবা ঙমগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনদি মহাক্না হোৎনকবা পূম্নমক অরেম্বা তাগনি।

ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজরবা গুরু অমনা তৌরিবা থবক পূম্নমক ঈশ্বরগী পূজা ওইনা তৌই। মহাক্না তৌবিবা অমসুং ওইবিবা পূম্নমক অদুনা ধর্ম শন্দোকপা ওই। ধর্ম শন্দোকপা হায়বা অসি মীৎয়েং অমদা য়েংলবদি দবকার ওইদে। কনাগুম্বা অমগী পূক্লিংনা ঈশ্বরগী ব্রাখলদা লেঙদনা লৈববদি অদুগা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা ঈশ্বরবু উবা ঙম্লবদি মহাকমক্না ব্রা ঙাঙদ্রবসু মহাক্কী পীগদবা পাউতাকশিংগী খুদমশিং ওই। মহাক্না মায়া-সংসারগী লাংদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরিবা মহোৎনা অদুমক্না মহাক্কী পাউজেল অদু অতোপ্পা মীশিংদা পী। শাৎকায়রবা লৈরাং অমগুম্না মহাক্কী অমৃতনা থল্লবা থম্মোযনা হয়িংখোইগুম্লবা মীশিংবু চিংশিনগনি অদুগা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্নবা টীঞ্জাক পীগনি। অসুম্না ঈশ্বরগী থৌজালগী

ঈরীকশিং অদু য়াইফরবা গুরুশিংগী চীন্দগী চেষ্টোরক্কনি।

ঈশিং য়াওবা অচৌবা পাত্র অমদগী অহাঙবা পাত্র মচা অমদা ঈশিং হৈশিনবা মতমদা মখোল য়াম্না থোক্কনি, অদুবু অপীকপা পাত্র অদু ঈশিংনা পীক থল্লবা মতমদদি মখোল থোক্লরোই। অদুমহায়না ধর্মগী লাইরিকশিং পাবখক্তা পাবা মীশিংনা ব্রা য়াম্না ঙাওগনি, অদুবু মপূংফাবা জ্ঞান অদু ফংখ্রবা মতুংদদি মহাক্লা ঈশ্বরবু থম্মোয়নুংদা উজদুনা আনন্দ ফংলগা তুমিন্না লৈখিগনি। ঈশ্বর উদ্রিঙৈগী মমাঙদদি ব্রা য়াম্না ঙাওগনি অদুবু ঈশ্বর উখ্রবা মতুংদদি ব্রাঙাঙবা তোকখিগনি। ভক্তশিংনা অহানবদদি ব্রা য়াম্না ঙাওগনি, অদুবু জ্ঞাননা অসুম অসুম মপূং ফাগৎলকপগী মতুংইন্না ব্রাঙাঙবসু অসুম অসুম হন্থরক্কনি।

ভক্ত অমা ওইরবদি নাপল কারোইদবনি, নোল্লুক্কদবনি। লাই হাক্তক্কী ব্রারী অমা লৈঃ নোংমা নারদ মুনিগী থম্মোয়দা নাপলগী ঈনোৎ অমা কারকখি। মহাক্লা মাগুন্বা ভক্ত অমতা মরোল পুন্নমক্তা লৈতে হায়না লৌরম্মী। মদুবু খঙলদুনা ভগবান বিষ্ণুনা নারদ মুণিদা হায়রকখি, “হে নারদ! মালেমদা অমুক্তা কূমথরুচো। মফম অদুদা ঐগী মতীক-মগুণ য়াম্না লৈবা ভক্ত অমা লৈবনি। মহাক্কী লৈফম অদু ঐহাক্কী খূদোনবীনা থীল্লগা তাক্কে। অসুম অসুম চৎলু অদুগা আদা লৈরিবা মফম অসিদনি। মহাক্কা নঙগা শকখঙ-মায়খঙনরুচো অদুগা মহাক্কী অফবা গুণশিং অদু খঙলগা হল্লকউ। মদুনা নহাকপু ফহনগনি, নারদ!”

নারদ মুণিনা মথন্তদা তুমিন্না হায়জরম্মী, “ফরে, ঐহাক মালেমদা কূম্লগে অদুগা হায়রিবা ভক্ত অদুগী অখন্নবা অফবা গুণশিং অদুবু খঙদোক্লরগে। ঐঙোন্দগী হেনবা ভক্ত অমা লৈবা হৌনব্রা? মসিগী অঙকপা অসি য়েংলুরগে।” অদুদগীদি নারদ মুণিনা মালেমদা কূমথরকখি। মহাক্লা মালেমদা লৈবা ভক্ত অদুগী য়ুমদা চঙলম্মী অদুগা মহাক্কা থেংনরগা ব্রারী-ব্রাতাই শানরম্মী। ভক্ত অদু লৌউবা নুপা অমা ওইরম্মী। লৌউবা নুপা অদুনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা শ্রীহরিগী মিংলেন শোল্লম্মী অদুগা মহাক্কী লৌবুক্তা লৌ খোইনবা লাঙ্গোল পুরগা চৎখিরম্মী। মহাক্লা নুমিৎ চুপ্পা লৌবুক্তা থবক কন্না শূরম্মী, অদুগা য়ুমদা হল্লক্লম্মী। মহাক্লা তূম্মমদাইদা অমুক্কা শ্রীহরিগী মিংলেনবু নোংমগী অনীশুরকপা ওইনা শোল্লম্মী।

নারদ মুণিনা পুন্নমক অদু উরম্মী। অদুগা মহাক্লা মশা মথন্তা তুমিন্না

হায়জখি, "অসিগুম্বা চাওখত্তবা লল্লায়মচা অসিনা মতম লৈবা খিবিক্তা তাইবঙ সংসারগী মথৌশিং তৌদুনতা লৈ, অদুগা মঙোন্দা ধর্ম লৈবা মী অমা ওইবগী খুদম অমতসু লৈতে। মহাক্তা মতৌ করম্না ঐঙোন্দগী হেন্না ঈশ্বরগী অচানবা ভক্ত অমা ওইগদৌরিবনো?" মহাক্তা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা নোকচরম্মী। মথংগী নুমিৎতসু লৌউবা নুপা অদুনা করি তৌগদগে য়েংনবা নারদ মুণিনা ঙাইদুনা অদুম লৈরমখি। লৌউবা নুপা অদুনা তৃম্বা হৌগৎলকপগা হান্নগী মতৌগুম্না শ্রীহরিগী মিংলেন শোল্লম্মী, অদুগা মহাক্কী লৌবুক্তা চৎখি, নুমিৎ চূপ্পা থবক কন্না শূরুববা মতুংদা য়ুমদা হল্লকখি, অদুগা তৃম্মমদাইদা ঈশ্বরগী মিংলেন অমুক শোল্লগা তূমখি। নারদ মুণিনা "মসিনা লোইরবা?" হায়না মহাক্কী থম্মোয়নুংদা হংজখি অদুগা ভগবান বিষ্ণুনা লৈবা মফম স্বর্গদা কাখৎখি।

নারদ মুণিনা ভগবান বিষ্ণুদা হায়রম্মী, "ননাই ঐহাক্তা ইবুংঙো নহাক্কী ভক্ত অদু উনজরুরে। মহাক অদু মতীক মগুণ লৈবা ভক্ত অমা ওইবা মান্দে। মহাক্কী পূক্নিং অদু মহাক্কী লৌবুক্কী থবক্তা লৃপ্তুনা লৈ। ইবুংঙো নহাক্তা ঐবু মঙোন্দা থাবীবা অসিদি ঐঙোন্দা ফাগি তৌবীবজাৎনিদনা!" মদুদা ভগবান বিষ্ণুনা হায়রকখি, "হে নারদ! তেঙ্গোৎ অসি নহাক্কী নখূৎনা পায়য়ু।" নারদ মুণিনা মঙোন্দা শ্রীভগবাননা পীরকখিবা থাউ পীকথন্না য়াওবা তেঙ্গোৎ অদু লৌরম্মী।

ভগবান বিষ্ণুনা মঙোন্দা হায়রকখি, "মসিগী তেঙ্গোৎ অসি থাউ পীকথন্না য়াওরে। চোর্কশিল্লু। তেঙ্গোৎ অসি পায়রগা মালেম অমুক্তা থুংনা কোয়রগা চৎলু। নহাক্তা অদুম্না চৎপা মতমদা তেঙ্গোৎ অসিদগী থাউ মরীক অমফাওবা নীকথোকহনবা য়ারোই।" মঙোন্দা শ্রীভগবান বিষ্ণুনা হায়রকপগী মতুংইন্না নারদ মুণিনা চপ-চাবীদা তৌরম্মী। মহাক্তা থাউ মরীক অমফাওবা নীকথোকহন্দনা মালেম কোয়রুরগা মায়পাক্তা হল্লকখি।

ভগবান বিষ্ণুনা নারদ মুণিদা হংলকখি, "ফরে, নহাক হল্লক্রে, অদুবু নহাক্তা মালেমদা কোয়না চৎলিঙৈ মতমদা ঐহাকপু কয়ারক নীংশিংখিবগে?" নারদ মুণিনা খুম্লকখি, "হে প্রভু! মতৌ করম্না ইবুংঙো নহাকপু নীংশিংবা ঙমগদগে? থাউ মরীক অমফাওবা নীকথোকহনবা য়াদে হায়দুনা থাউ পীকথন্না য়াওবা তেঙ্গোৎ অমা পুরগা মালেম কোয়না ঐহাকপু চৎহনবীখিবনি। মদু

ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা থোকখি। তেঙ্গোৎ অদুদগী থাউ নীকথোকখিগদ্রা হায়না মুন্না য়েংদুনা লৈখিবা মতম অদুদা ঐহাক্না ইবুংঙো নহাকপু নীংশিংবা ঙমখিদে।"

ভগবান বিষ্ণুনা হায়রকখি, "হে মুণি! অসিগুম্বা থাউ তেঙ্গোৎ মচা অমা পুবদা পৃক্লিং লূপখিবনা মরম ওইরগা নহাক্না ঐহাকপু নীংশিংবা ঙমখিদে। অদুবু নহাক্না চাওখত্তবা লৱায়মচা হায়বীখিবা লৌউবা নুপা অদুগী ফীভম অদু অমুক্তো য়েংলগা খঙ্লৌ। ইমুং-মনুংগী অরুম্বা পোৎলূম কয়া পুজরবসু মহাক্না ঐহাকপু নোংমদা য়ামদ্রবা অনীরক ঐহাক্কী মিংলেন শোল্লগা নীংশিংলি। মহাক্কী ভক্তিগী গুণ অদু নহাক হৌজিক খঙলব্রা?" নারদ মুণি অদু নাপল তৌবদি লায়রদুনা ঈকাইবা ফংখি।

ঐখোয়না ঐখোয় ইশামকসি থাক ৱাংনা লৈ হায়না নাপল তৌরবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়দগী য়াম্না লাপথোক্না লৈখিগনি। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লোই। ঐখোয়না নাপল থাদোক্লবা মতমদা ঈশ্বরগী থৌজাল মরাংকায়না লাক্কনি। ঐখোয়গী নাপলনা ঐখোয়দা চেনশিল্লক্লিবা ঈশ্বরগী থৌজালগী ঈচেলবু থিংগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু নাপল তৌরোইদবনি।

পৃক্লিংদা অপাম্বা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবগী অমোংপা পকহল্লোইদবনি। হকচাঙ অমসুং শেংনবা ফিশিং শেংবখক্তনা ওইবা য়াদে। পৃক্লিংবু শেংনা থম্বা হায়বা অসি য়াম্না মরুওই। পৃক্লিংদা শাগী ওইবা ৱাখলশিং পোকহল্লোইদবনি। পৃক্লিংবু মপৃংফানা শেংনা থম্লগা মদুদা ঈশ্বরগী মমি শেংনা তাহনগদবনি। ঐখোয়গী সমাজ অসিদা মীওইববু শাগী লমচৎ-শাজৎ চৎহন্নবা মচাকশিং য়াম্না লৈরে। মচাকশিং অদুনা মীওইববু পাপকী লম্বীদা চিংশিল্লি অদুগা মীওইববু শাগী থাক্তা হন্থহল্লি। মরম অদুনা ঐখোয়দা মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা অফবা গুণশিং অদুবু য়োকখৎলগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবা ঙম্নবা লাক্লগদবনি।

'ঐগী', 'নঙগী' অমসুং 'মহাক্কী' হায়বা ৱাখল লৈরিবমখৈ ঈশ্বরগী থৌজাল হেক্তা ইরায়-লায়না লাক্লোই। মালেম অসিদা লৈরিবা পোৎ অমতা ঐখোয়গীনি হায়না লৌরোইদবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গীনি হায়না লায়া লৌরিবা

খুদীংমক নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা উররোই হায়বসি খঙগদবনি। পূম্নমক অসি ঈশ্বরগীনি। মচিম্মনাও অনীখক্কী ব্রারী অমা লৈঃ মচিম্মনাও অনীখক্লা পূম্না লৈমিন্নবা যানরক্তবদগী লম য়েঙ্গোক্লরম্মী। মখোয় অনীনা লং অমা পায়রগা "মসিনা ঐগীনি অদুগা মদুনা নঙগীনি" হায়দুনা মখোয়গী লম য়েঙ্গোক্লরকখিবা মতম অদুদা শ্রীভগবাননা নোক্লম্মী। ঈশ্বরনা জগৎ অসিগী মপুনি হায়বসি মখোয়না কাউথোকখি। 'ঐগীনি', 'নঙগীনি' অমসুং 'মহাক্কীনি' হায়দুনা তাইবঙ মপুগী পোৎশিংবু তান্নবা হৌনদে। পূম্নমক অসিগী মপুদি ঈশ্বরনি হায়না লৌরগা ঐখোয়না ঈশ্বরদা চঙজগদবনি।

তাইবঙগী পোৎশিং অসিদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মাঙখিগদবা ঙাক্তনি। মতম পূম্নমক্তা মাঙখিরোইদবা অমখক্তি লৈ। মদুদি ঈশ্বরনি। ইবুংঙো মহাকপু ফংনবা লাক্লগদবনি। মদুগীদমক্তা ঐখোয়না ভক্তিগা লোয়নননা ধ্যান তৌগদবনি। ধ্যান তৌবা মতমদা সংসারগা লৈনরিবা মরী অদু ককথৎকদবনি। নুমিৎ খুদীংগী ধ্যান খরা খবা তৌবনা কনাগুম্বা অমগী পূন্সিদা অফবা অওনবা অমা শোয়দনা লাক্কনি। ধ্যানগী পূন্সি হায়বা অসিদি নুংঙাইবগী পূন্সিনি, শান্তিগী পূন্সিনি অমসুং আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অৱাংবা থাক্তি। ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনগে হায়রবদি ভক্তি অমসুং ধ্যান তৌদবা মীশিংগা তিন্নবোইদবনি। ভক্তশিংবু ঈকাইখুম্নদবা মীশিংগসু সঙ্গ তৌরোইদবনি।

পৈশাদি লাক্কনি অমসুং চৎখিগনি। পৈশাদি শীজিন্নগদবনি, অদুবু লান্নদি শীজিন্নবোইদবনি। পৈশাদি অফবা পাম্বৈনা তানগদবনি অদুবু অদুম তুংশিন্দুনা অরেম্বদা থম্লোইদবনি। ঈশিংনা তুরেন্দা চোল্লি। তুরেলগী অচেনবা ঈশিংনা নমথীবা মনম খাদোক্লকপা তৌদে। অদুবু কোম অমদা লেঙদনা লৈবা ঈশিংনদি পুমথব ক্লনা নমথীবা মনম থাদোক্লকই। অদুমহায়না পৈশাবু তুংশিন্দুনা থম্লবদি মদুনা মীওইবা সমাজগী য়াইফবা পুরকপগী মহুত্তা সমাজ অসিবু নমথীহনগনি। মরম অদুনা পৈশাবু তুংশিন্দুনা থমদনা অফবা থবকশিং তৌবদা চৎহনগদবনি। পৈশাবু মীনাই ওইনা শীজিন্নগদবনি। পৈশানা মপু ওইখিদনবা ঐখোয়না চোকশিনহৌগদবনি। পৈশানা ঐখোয়গী মপু ওইথ্রবদি ঐখোয়না ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লোই।

সমাজগী সেবা তৌবা হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ওইনা তৌগদবনি। সমাজগী সেবা তৌদ্রিবঙেগী মমাঙদা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি হান্না শেংদোকহৌগদবনি। ঐখোয়না অহানবদা ঈশ্বরগী ব্বাখল খল্লগা ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরবদি ঐখোয়না অফবা থবকশিং তৌবা ঙম্লক্কনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবদি ঐখোয়না অফবা থবকশিং তৌবা ঙমগনি। ঈশ্বরদা তত্তনা প্রার্থনা তৌজরবদি ঐখোয়না সমাজগী থবকপু মতৌ করম্না নীংথিনা তৌগদগে হায়বদু খঙলক্কনি। সমাজগীদমক্তা থবক তৌবা মতমদা মিংচৎ নৎত্রগা মনা নৎত্রগা অতোংবগী ব্বাখল পূম্নমক থাদোক্কদবনি। ঈশ্বরদা ভক্তি নৎত্রগা পূজা তৌবা ওইনা থবক তৌরবদি ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংগনি। থবক তৌবদা নুংঙাইবা ফংবা হায়বা অসিমক থবক অদুগী মায়পাকপনি। মসিগী মায়পাকপা অসিমক ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা হায়বদু ওইরবনি।

'নোল্লুকপা' হায়বা অসি মীওইবগী য়াম্না মরুওইবা অফবা গুণ অমনি। লায়রবা মী অমনা মহাক লায়রবা মী অমনি হায়না খঙজরগা নোল্লুক্লা চৎচরবদি মদু জ্ঞান্দগী পোক্লকপা নোল্লুকপনি। অদুমহায়না তৌদ্রবদি মদু অপঙবা মপান থোকপা ওইগনি। লায়রৈ হায়দুনা ঈকাইনীংঙাই ওইদে, নোল্লুক্তবা মীদুনি মশানা ঈকায়জগদবদি। ঈনাকখুনবা নৎত্রগা শক্তি লৈবা মী অমা ওইরবসু লন-থুম অমসুং শক্তি হায়বসে মতম কুইনা লৈরোই হায়না খঙলগা মহাক্লা নোল্লুক্লা চৎপা ঙম্লবদি ফরে। মসিগী অচুম্বা অসি খঙগদবনি। অতোপ্পা মীশিংনা থাগৎনবনি হায়দুনা কনাগুম্বা অমনা নোল্লুক্লা চৎশিন্নরবদি মদু অচুম্বা নোল্লুকপা নত্তে। চুম্নগী মপান্দা নোল্লুকপা উৎপা ঙাক্তনা য়াদে। অচুম্বা নোল্লুকপনা ঐখোয়বু ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা পুবিগনি।

ঐখোয়না ঈশ্বরদা মসিমা নৎত্রগা মদুমা পীবিয়ু হায়না হায়জে। অদুবু ঐখোয়না করম্বনা অফবনো নৎত্রগা করম্বনা ফত্তবনো হায়বদুদি নীংথিনা খঙদে। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা পূম্নমক ঈশ্বরদা ফোঙদোকপদা করি অকায়বা লৈবগে? প্রার্থনাগী মওঙদা ঈশ্বরদা হায়জবদা অকায়বা লৈফম থোক্তে। ঐখোয়না ঐখোয়গী থম্মোয়বু অথাকপা লৈতনা ঈশ্বরগী মফমদা হাংদোক্লগা নুমিৎ খুদীংগী অমুক্তা ওইবরসু ইবুংঙো মহাক্কা ব্বারী শান্নরবদি ঐখোয়গী ব্বাখল, ব্বাঙাঙ অমসুং

থবকশিং অদু নোংম-নোংমগী অসুম অসুম শেংলক্কনি। অদুদগীদি ঐখোয়গী থম্মোয়সু শেংলক্কনি হায়বদা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে। থম্মোয়নবু শেংলবদি ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা লায়রে।

প্রার্থনা করম্না তৌগনি? পূক্লিংদা তুমিন্না প্রার্থনা তৌগদ্রা নৎত্রগা চীন্না মখোল হৌনা প্রার্থনা তৌগদ্রা? ঐখোয়না অপাম্বা মওঙ অমদা তৌবা য়াই। তীল মচা অমনা লেঙবগী মখোলফাওবা ঈশ্বরনা তাগনি। ঐখোয়না খোঞ্জেল পীক্লা প্রার্থনা তৌরবসু ঈশ্বরনা তাবীগনি। তুমিন্না প্রার্থনা তৌবনা চীন্না মখোল হৌনা প্রার্থনা তৌবদগী মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। ঐখোয়না চীন্দা ৱা লেপ্তুনা ঙাঙলগা প্রার্থনা তৌরবদি থম্মোয়নুংদগী থোরকপা ঈশ্বরগী অপীকপা খোঞ্জেল অদু নীংথিনা তাবা ফংলোই। অদুবু ঐখোয়গী চীনগা থম্মোয়গা মান্ননা প্রার্থনা তৌজরবদি প্রার্থনাগী কান্নবদি অদুম ফংগনি। মদু নত্তদুনা ঐখোয়না "পূম্নমক অসি ঈশ্বরগীনি" হায়না চীন্না মখোল হৌনা হায়রগা "পূম্নমক অসি ঐগীনি" হায়না খল্লবদি প্রার্থনা অদুগী কান্নবা লৈত্রে। ঈশ্বরদা নমথাক নৎত্রগা তাৎ তৌবা য়াদে। ঐখোয়গী থম্মোয়গা ঐখোয়গী থবক্কা চানগদবনি। ঐখোয়না থৱায়-হকচাঙ য়াওনা প্রার্থনা তৌগদবনি। অদু ওইরবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়গী প্রার্থনা অদু তাবীগনি। ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু য়াম্না নুংশিবীবনি। নরক্কী ৱাখলশিংনা ঐখোয়বু ৱাহল্লোইদবনি। ঈশ্বরগী ৱাখল খল্লগা ইবুংঙো মহাকপু থাজবগা লোয়ননা ঐখোয়গী ইরালশিংবু ঙাকপীয়ু হায়জসি। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী পাপশিং মাঙখিনি। পাপপু লৈত্রবদি ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লে।

ভক্তি অমসুং অচুম্বখক্তনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌনবগী পাম্বৈনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু কাউথোক্লবদি হিংদুনা লৈবা ৱাগনি। ভক্তি অমসুং অচুম্বা অনী অসিনা পূম্নগা জ্ঞান ওই। কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরগী মনাক য়ৌনবা লাক্লরকপদা মহৈ য়াম্না হৈরুবগী দরকার ওইদে। ভক্তিনি য়াম্না মরুওইরিবদি। ভক্তিনা ধর্ম পূম্নমক্কী মরুনি। কনাগুম্বা অমদা অশেঙবা ভক্তি লৈরবদি মহাক্কী ধর্ম অদুনা মহাক্কী অৱাৎপা অমতা লৈহল্লোই। কনামতনা ভক্তি য়াওদনা মহৈ ফনা তম্লুরবসু নৎত্রগা ধর্মগী ৱারী কয়া শান্নরবসু ঈশ্বরগী মনাক য়ৌনা চৎপা ঙম্লোই।

মচানা মমাগী মনাক্তা চঙশিনবগুম ঐখোয়না ঈশ্বরগী মনাক্তা

চঙশিনগদবনি। মসিমা তৌবীয়ু নংত্রগা মদুমা তৌবীয়ু হায়দুনা মচানা মপাদা হায়বগুম ঐখোয়না ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চঙশিনবদা অকিবা অমতা পোক্লোইদবনি। ঈশ্বরদি ঐখোয়গীনি অদুগা ঐখোয়গী মরী-মতাশিংদগীসু হেন্না নক্না ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়দা লৈবী হায়বসি থাজগদবনি। মসিনি ভক্তিগী লম্বীগী অরোনবা। ভক্তিদা অকিবা নংত্রগা অঙকপা নংত্রগা নোল্লুকপফাওবা লৈরোই। ভক্তিগী খুদমশিংদি নুংশিবা অমসুং থাজবনি। ভক্তি অসুম অসুম লৈনকপগী মতুংইন্না নুংশিবা অমসুং থাজবসু অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। অদুদগীদি ভক্ত অদুনা ঈশ্বরগী মনাক্তা চঙশিনবা ঙম্লকই। ভক্তগা ভগবানগদি অমতনি। ভক্তনা ভগবানগী মনাক্তা চঙশিল্লকপদা ইবুংঙো মহাক্নদি ভক্তগী মনাক্তা চেনশিল্লক্কনি।

## শান্তি পুরক্লবগী লমদা

ঐখোয় খুদীংমক্তা ইশা ইশাদা হংজগদবদি 'ঐহাক কনানো?' হায়বসিনি। ঐখোয় মীওইবনি, শা নত্তে। ঐখোয়না মীওইবা ওইবা মবন্না মীওইবগী গুণশিং চেনগদবনি। মীওইবগী গুণশিংদি কবিনো? অহানবা অমদি খ্বাইদগী মরুওইবা গুণদি অচুম্বনি। অচুম্বদগী হেনবা ধর্ম অমা লৈতে। ধর্মদি অচুম্বদগী লাকই। অচুম্বা লৈবা মফমদা নুংশিবা অমসুং শান্তি লৈগনি। শান্তি লৈবা মফমদা নুংশিবসু মশানা অদুম থোকচবকই। নুংশিবা লৈবা মফমদা য়েংথীনবা লৈরোই, কল্লক-মিহৌবা লৈবোই অমসুং হিংসা লৈবোই। শা-ষণ অমসুং উচেক-ব্রায়াশিংনা ফাওবা নুংশিবা খঙই অদুবু মীওইবদি নুংশিবগী পূকচেল চেন্দবগুম তৌগ্রে।

জগৎ অসিদি নুংশিবদা যুম্ফম ওইবনি অমসুং নুংশিবনা ঙাকপী-শেনবীবনি। নুংশিবদি কৈথেলদা য়োন্দে, পৈশানা লৈবা য়াদে। নুংশিবগা নুংশিবগা মবী লৈনগদবনি। ঐখোয়না পোক্লকপা মতমদা নুংশিবা লোযনবকই। নুংশিবা অমসুং অচুম্বা অনী অসি পূন্না লাকমিন্নববা মতমদা মীওইবগী অশেঙবা মতৌ অদু ওইগদবনি। ঐখোয়গী পূন্সিগী শঙলেন্দি মশানা মশাবু থাজবনা যুম্ফম ওইরগা, মশানা মশাবু পেঞ্জবনা ফক্লাংশিং ওইবগা অদুগা কখোকপনা যুমথক কূপ্লগা শাগদবনি।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি বিজ্ঞানীশিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনবা পোৎ মখল কয়ামুক অঙকপা ফংনা পুথোক্লে। মদুনা মীওইববু অব্রাবা অমসুং খুদোংথীবশিংদা তাহন্দবা নত্তে। মায়কৈ খুদীংমক্তা অকিবনা পীক থনপ্রে। অকিবা অসি কদাইদগী লাকই? মসিগী মরুওইবা মরমদি মীওইবনা মশাবু নংত্রেগা আত্মাবু থাজবা ব্রাংপদগীনি। মশানা মশাবু থাজবা ব্রাংপা মতৌনা ঙসিদি মীওইববু মপাঙ্গল

শোলহল্লে। ঐখোয়না আত্মাবুদি থাজদনা আত্মা-নত্তবশিংবু থাজরি। ঐখোয়না ইশা ইশাবু থাজবা ওন্নবা মতমদা ইশাবু ইশানা পেঞ্জবা ওন্নক্কনি। ইশাবু থাজবগী য়ুম্ফম্না কন্নবদা ইশানা ইশাবু পেঞ্জবগী ফকলাংশিং অমসুং কখোকপগী য়ুমথক অদুসু মশানা অদুম কঞ্জগনি। অদুবু হৌজিক্তি য়ুম্ফম অদু শোল্লবনিনা ফক্লাংশিং অমসুং য়ুমথকসু শোল্লে। ইশানা ইশাবু থাজবা, ইশানা ইশাবু পেঞ্জবা অমসুং ইশানা ইশাবু কখোকচবনা ইশানা ইশাবু খণ্ডজবগী তঙাইফদবা পাম্বেনি।

হৌজিক্তি ঐখোয়গী পুক্লিং অসিনা শেংদ্রবনিনা ঐখোয়না ঐখোয়গী অশেঙবা শক্তম অদুবু টবা ফংজদ্রে। অজ্ঞানগী মংলিবা নোংনা, নাপলগী অথাবা লৈচিন্না অমসুং অপাম-মিহৌগী মৈশ্বুনা থম্মোয়গী অতিয়াদা নৈশিন্দুনা লৈখিবদগী পুম্নমক শেরান্ননা উরে। অওইববু ওইদবা ওইনা অদুগা ওইদববু অওইবা ওইনা উরে। মীশিংনা মশা মশাগী ওইজবা থিবদা অমসুং মীরল্লেনগী অপাম্বশিংদা লুপখিবনা মখোয় মখোয়দা পক্লকপা অফবা গুণশিং অদুবু কাউথোকখ্রে। মীওইবগী পূক্সি অসি ঈশ্বরগী অতাওবা খুদোলনি। মীসু শাসু চীঞ্জাক চাই, তৃশ্মি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা হকচাঙগী ওইবা থবকশিং তৌই। অদুবু খাঙকনবা, মীনুংশি খঙবা, থৌজাল হৈবা, নুংশি-হৈবা, কখোকপঙম্বনচিংবা অফবা গুণশিং অসিদি মীদা লৈ, শাদা লৈতে। মরম অদুনা ঐখোম্বনা মীওইবগী গুণশিং অসিবু য়োকখৎকদবনি।

অপঙবা ঐখোয়না লাইরিক তম্লববসু ইশানা ইশাবু খঙবা অমসুং থাজবা ওমজদে। হৌজিক্কালগী শিক্ষানা মরৈয়েৎনবদি হৈহল্লি অদুগা অশেঙবা জ্ঞান অদুবুদি ফংহন্দে। মদুনা অশান্তিরোমদা লমজিংই। শান্তিগী লম্বীদা লমজিংবীদবা শিক্ষা অদুবু করি কান্নগদগে? ঐখোয়বু শান্তি ফংহনগদবা জ্ঞান অদু তানগদবনি। অদুবু হৌজিক্কালগী শিক্ষানা অশেঙবা নৎত্রগা অচুম্বা জ্ঞান অদুদি পীদে। মদুনা ইমুং-মনুংগী দরকার ওইবা পোৎশিং লৈনবা পৈশাশিং তানবদি ওমহল্লি। মদুনা ঐখোয়গী পুক্সিগী অশেঙবা পান্দমদি নত্তে। হৌজিক্কী মীশিংনা পৈশা য়াম্না চঙনা মচাশিংবু মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা থানরি। অদুবু পৈশাশিং অদু মাঙহনবতা নত্তনা মচাশিং অদুবুসু মাঙহল্লি। মসিগা মরী লৈনবা ৱারী অমা লৈঃ

ভারতকী থায়নগী রুহী মতুংইন্না ভারততা লাইরিক তম্লকখিবা ভারত

মচা অমনা ভারতকী মপান্দা লাইরিক মখা তমথরুবা পাল্লকখি। মহাক্কী মমা-মপানা মহাকপু মখোয়গী য়ুমগী লাইশঙ অমদা লৈবা লাইরেম্বীগী মনাক্তা পুশিল্লম্মী অদুগা মচাবু মীরৈবাক্তা য়েখায়-থীনগায়বা লৈতনা নুংঙাইনা লৈরুনবা অদুগা অমুক য়ুমদা তেক্ত-কায়দনা হল্লক্লবা প্রার্থনা তৌরম্মী। মখোয়না মচানুপা অদুদা অসুম্না পাউতাক পীখি, "লাইরেম্বী অসি জগৎকী মমানি। ইমা ইবেম্মা মহাক অসিম্বু নহাক্না কৈদৌঙেদসু কাউরোইদবনি। নহাক্না লৈরু-লৈরুবা মফম খুদিংমক্তা ইমা লাইরেম্বী নীংগদবনি।" মদুগীদমক্তা মমা-মপানা মচানুপা অদুদগী য়াশক অমা লৌরম্মী। মচানুপা অদুনা মীরমদা হেক য়ৌখিবগা লাইরেম্বী অদুবু পূমকাউ কাউথোকখি।

মহাক্না চহী অহুম ভারতকী মপান্দা লাইরিক তমখি। মহাক্না ভারত লৈবাক্তা চহী ২৪ লৈরম্লগা চহী অহুমখক্তনি মীরমদা লৈখিরম্বসি। মহাক্না লাইরিক তম্বা লোইরে ময়ুমদা হল্লক্লগনি হায়দুনা মমা-মপাদা চিঠি ইরকখি। মদুদা মমা-মপানা য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা মহাকপু এরোপ্লেন তাফমদা ওক্লম্মী। মচানুপা অদুনা এরোপ্লেন্দগী হেক কূমথরকপগা মহাক নোংচুপকী ফিজোল শেৎলকখি। মমা-মপাদা খুরুম্বা তৌদনা মহাক্না মমাদা হংলক্লম্মী, "হাউ আর ইউ, মমি?" মদুদা মহাক্কী মপাদি মথল্লায় য়াম্না নুংঙাইরমখিদে, অদুবু মমা অদুদি করিমতা য়ারৌখিদে, মচানুপা অদুদা বরদুম পীবিরম্মী।

মমা-মপানা মচানুপা অদুবু এরোপ্লেন তাফমদগী য়ুমগী লাইশঙদা লৈরিবী লাইরেম্বী অদুগী মনাক্তা হেক্তা পুশিল্লকখি। মচানুপা অদুনা লাইরেম্বী অদুবু খুরুম্বগী মহুত্তা লাইরেম্বী অদুদা হংলকখি, "হাউ আর ইউ, মেডাম?" মদুদা মমা-মপা অদুনা মহাকপু য়াম্না থীনা চৈরম্মী অদুগা হংলকখি, "মদুরা নহাক্না মীরৈবাক্তগী তম্লকপদো? নহাকপু পৈশা য়াম্না চঙনা মীরমদা লাইরিক তম্বা থাবদি ঈশ্বরফাওবা কাউথোক্লবা থাব্রা?"

লাইরেম্বী অদুগী মমাঙদা প্রার্থনা তৌবা মতমদা মচানুপা অদুবুসু প্রার্থনা তৌবা য়াও হায়না মমা-মপানা মচানুপা অদুদা হায়রম্মী, অদুবু মহাক্না মহাক্কী মখূৎ অনী অদু মহাক্কী খোঙপ্রাওগী ফুরীৎখাউ অনীদুদা হুমজিল্লগা অদুম লৈরম্মী, অদুগা প্রার্থনা তৌ হায়বা য়াখিদে। মমা-মপানা লাইরেম্বী অদুদা খুরুম্মু হায়বা

মতমদসু মহাক্না খুরুম্বদি হায়রুনু মমাদা অমুক্কসু "হাউ আর ইউ, মমি?" হায়না হংলকখি। মদুনা মপাদুবু অদুক্কী মতীক শাউহনখি মদুদি মহাক্না মচানুপাগী মখজাই অনীদা খূবাক্না ওন-ওন্দুনা থারম্মী অদুগা হায়রকখি, "ইমা লাইরেম্বী অসিগী থৌজালদগী নহাক্না নোংচুপ লৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎলুরে, অদুগা য়ুমদা হল্লক্লগা ইমা লাইরেম্ববু কাউথোক্লরা? নহাক তৌবীমল য়াম্মা খঙদবা শানি। মরম অদুনা নহাক অসি ঐগী ইচা ওইবদা মতীক চাদ্রে। নহাক্না চহী ২৪ চঙনা তমখিবা ঐখোয়গী থায়নগী চৎনবী রুহী অদুবুদি কাউথোকখ্রগা চহী অহুমথক্তং অতোপ্পা দেশ অমদগী তম্লকপা হৌন-লীচৎ অমদি পূক্সি খূৎলেন অদুবুনা নহাক্কী ওইরবকো! নহাক অদুমহায়না তুং-কোইনা অদুম ওইখিগদ্রা? মীগী মতৌ তম্বসে অপঙবগী থবক্নি। অতোপ্পগী হৈনবী মতৌশিং তমগদবগী শরুকপুদি শিখিবনা য়াম্না হেন্না ফৈ। ঐখোয়না ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা অফবা হৈনবীশিংদু ইন্না চৎলবদি মদুনা ঐখোয়বু নুংঙাইহনগনি, হবাওহনগনি অমসুং ধর্মগী ওইনা শেংহনগনি।"

মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বা চৎলুবা মহৈরোইশিংনা ফত্তবা রাখলশিং, ফত্তবা হৈনবীশিং অমসুং ফত্তবা গুণশিং পুরক্লগা মরৈবাক্তা হল্লকই। ঐখোয়না ঐখোয়গী লম অসিদা পোক্লগা ঐখোয়গী সংস্কৃতি অমসুং আধ্যাত্মিক্কী ওইবা ফজখ্রবা মতৌ অদুবু থৌওইদ্রবদি করি কান্নগনি? মরৈবাকপু থৌওইদবা মহাক অদুনা মরৈবাক নুংশি হায়বা য়ারোই। অদুগা অমুকসু মরৈবাকপু নুংশিদবা মহাক অদুনা শান্তি ফংগনি হায়না থাজব্রা?

ইমা-ইপাদি মীৎনা উবা লাইশিংনি হায়নরিবনি। ইমা-ইপাবু ঈশ্বরগুম ঈকাইখুম্নগদবনি হায়না ঐখোয়গী ধর্মগী লাইরিকশিংনা হায়রি। ইমাসু ঈশ্বরনি, ইপাসু ঈশ্বরনি, ওজাসু ঈশ্বরনি, অতিথিসু ঈশ্বরনি। থাঙ্গৈশেংনমক হায়রবদা পূন্নমক অসি ঈশ্বরগী শাবানবা ঙাক্তনি। মসিগী অচূম্বা অসিবু খঙদদুনা ঐখোয়না কনাগুম্বা মী অমবু ঐখোয়গী য়েক্লবনি অদুগা মহাক্না ঐখোয়বু অব্রাবদা তাহনগনি হায়না লৌই। মসিগী মওঙদা ঐখোয়না মহাকপু ঐখোয়গী পূক্লিংনা য়েক্লবগী শক্তম অমগুম ওইনা শাগৎলি। পূক্লিংগী ফীভম অসি য়াম্না মরুওই। ঐখোয়গী পূক্লিং-রাখলনা ফরবদি পূন্নমকপু ফনা উগনি নৎত্রবদি ঐখোয়বু নুংশিদুনা ঐখোয়দা লাকচবা মীশিং অদুফাওববু য়েংথীগনি। ঐখোযদা মতেং পীরকপা মীশিংদা ফনা

তৌবা হায়বা অসিদি অদুক য়াম্না মরুওইদে। খ্বাইদগী মরুওইরিবদি ঐখোয়বু মাঙনবা তৌরকপা মীশিংদা ফনা তৌবদুনি। মসিনা অশেঙবা মীওইবা অমগী অশেঙবা গুণ ওইগনি। পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী ওইবনি অমসুং ঈশ্বরনি হায়না খল্লগা মসিগী গুণ অসি য়োকখৎকদবনি। ঈশ্বরনা মালেম অসিদা মীওইবা অমগী মওঙদা অবতার তৌই। খুদম অমা ওইনা হায়রবদা রাম নৎত্রগা কৃষ্ণগী চিত্র য়েংবদা মীওইবগী মওঙ ওই।

মীওইবা খুদীংমক আত্মাগী শাবানবা ঙাক্তনি, ঈশ্বরগী অবতারনি। হকচাঙগী মওঙশিং অমসুং মমিংশিং অসিদি আত্মাদগী তোঙানবনি, জীব খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মাদগী তোঙানবনি। জীব খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মা অদুদি অমতনি। আত্মা অমথক্তা জীব খুদীংমক্তা লৈবনি। নুমিৎকী মমি পুখ্রি খুদীংমক্তা তাবগুম্বনি। নুমিৎতি অমথক্তনি। মসিগী অমতা ওইবা মতা অসিবু খঙগদবনি। মসিবু খঙবদগী হেন্না নুংঙাইবা মনুংঙাই অমা লৈত্রে। ঐখোয়না য়েক্লবা অমবু থেংনবা মতমদা নমস্কার তৌগদবনি অদুগা "করম করম পাল্লিবগে, মরূপ?" হায়না তরাম-তরাম্না হংগদবনি। অদুদগীদি মহাক্লসু "করম করম পাল্লিবগে, মরূপতি?" হায়না হায়রক্কনি। মহাক্লা ঐখোয়বু শাউররোই। করিগী? ঐখোয়না মহাকপু 'মরূপ' হায়না কৌবা মতমদা মহাক্লসু ঐখোয়বু মরূপ ওইনা লৌথিনি। ঐখোয়না শীজিন্নরিবা ব্রাতাশিংগী মতুংইন্না মীয়াম্না ঐখোয়বু থাজগনি নৎত্রগা থাজরোই। হকচাঙ, পূক্নিং, বুদ্ধি, মমিংনচিংবা খেন্নজরবসু জীব খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মা অদুগী অমতা ওইবা মতা অদু উসি।

জীব খুদীংমক্তা লৈরিবা আত্মা অদুগী অমতা ওইবা মতা অদুবু উরবা মতমদা ঐখোয়সু আত্মা অদুমক্কী শাবানবশিংনি হায়বা খঙলক্কনি। "ঐ আত্মানি" হায়বা অসিসু খঙলক্কনি। হকচাঙ পূম্নমক অসি অওইবা নত্তে, মমিশিংনি। ঐখোয়না ওইদবা পোৎশিংগী মনুংদা ঐখোয় ইশা ইশামক্কী মমিশিংসু উবা ফংগনি। অদু ওইরবতদা ঐখোয়না অথোইবা শান্তি অদু ফংবা ঙমগনি। মদুদি তপ, যোগ, যজ্ঞনচিংবা তৌবা ঙাক্তনা ফংবা ঙমগদবা নত্তে। মীশিংনা মফম খুদীংমক্তা শান্তি থিরি অদুবু মখোয়না করিগুম্বা মফম অমতদসু শান্তি ফংবা ঙম্লোই। ঐখোয়না শান্তি পাম্লবদি ঐখোয়না নুং-দা (খম্মোয়নুংদা) য়েংগদবনি। মফম অদুখক্তদা

ঐখোয়না শান্তি ফংগদবনি।

ঐখোয় শা নত্তে, মীওইবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মীওইবা অমা ওইনা হিংগদবনি। ঐখোয়না শা অমগা মান্ননা হিংলবদি ঐখোয়বু মীওইবনি হায়না লৌখিগদ্রা। অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপল তৌবা, নুংশি-হৈতবা, পূকচেল খাবা, বুদ্ধি বিচারগী মখা পোন্দবা, মশাগী ওইজবতমক থিবা, ধর্ম লৈতবা, মরমচৎ কা মী মাঙনবা তৌবনচিংবশিং অসি শাগী নৎত্রগা হিংচাবগী গুণশিংনি। অসিগুম্ব ফত্তবা গুণশিং অসি মীওইবা ঐখোয়গী ওইরোইদবনি। মদু ওইরবতদা মালেম অসিদা শান্তি পুরকপা ঙমগনি।

কনামতবু তুক্কচরোইদবনি অমসুং য়েংথীরোইদবনি। অতোপ্পগী অন্না-নুংঙাইবু ঐখোয়গী অন্না-নুংঙাইনি হায়না লৌগদবনি। অন্নাবা তারবশিংবু নুংশিবীগদবনি অদুগা মখোয়গা ন্নামিন্নগদবনি, মরমদি মদুনা ঈশ্বরগী সেবা শক্তুনা পূক্লিংদা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি ফংগনি। অন্নাবদি ন্নামিন্নরগা অন্নাবা হস্তুরকই, অদুগা নুংঙাইবনা নুংঙাইমিন্নরগা নুংঙাইবা হেনগৎলকই। অফবা থবক তৌবদা থোইনা হেন্না নুংঙাইবা ফংনবা তানসি, মরমদি অফবা থবক তৌবদা পূক্লিংগী শান্তি ফংই।

আত্মাদি অমতনি হায়বা খঙলবদি ঐখোয় অমগা অমগা শোয়দনা নুংশিনগনি। ঐখোয়না নুংশিববু য়োকখৎলবদি ঐখোয়না চৎলু চৎলুবা মফম খুদীংমক্তা ঐখোয়বু নুংশিবীগনি অদুগা মীয়াম্না ঐখোয়গী দরকার ওইবা পোৎশিংবু পীবিগনি। নুংশিবগী মফমদা মশাগী ওইজবা থিবগী ন্নাফম লৈতে। অদুবু মীশিংনা করিগুম্বদা মশাগী ওইজবা থিরকই, নাপল তৌরকই অমসুং য়েংথীনরকই। মদুগী ফত্তবা গুণশিং অদু ঈশ্বরনা মীওইবা ঐখোয়দা পীরকপা নত্তে। ঈশ্বরনা ঐখোয় পূম্নমক্তা পীবিরকপদি নুংশিবতনি। ঈশ্বরনা পীবিরকপা 'নুংশিবা' হায়বা অসিদি মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈহনগদবনি। মরম অদুনা নুংশিববু য়োকখৎসি।

নুংশিবদগী হেন্না কনবা পাঙ্গল, থৌনা নৎত্রগা শক্তি অমা লৈতে। সীতাবু লঙ্কাগী বন্দা চৎথোকহন্দনা লৈহনবা মতম অদুদা মহাক্কী পাঙ্গলদি রামবু নুংশিজবা অদুনা ওইখি। মহাকপু হিংচাবীশিংনা থাঙশাংশিং পায়রগা কোয়শিল্লম্মী। অদুবু কনামতনা মঙোন্দা অন্নাবা পীবা ঙমখিদে, মরমদি মহাক্না রামগী মিংলেনবু তত্তনা

নুংশিনা শোঞ্জখি। মঙোন্দা রামবু নুংশিবগী পাঙ্গল লৈখিবা মরম্না মহাক্না থা ১০ (তরা) লক্কাদা লৈখিবা অদুদা কনামতনা মহাক্কী মশাফাওবা শোকপা ঙমখিদে। অসিগুম্বা লেঙদবা নুংশিবা অসিনা ঐখোয়দা শান্তি পীবিগনি।

নুংশিবদগী অহিংসা লাকপনি। নুংশিবদি অঙকপা ফংনা শক্তি লৈ। বোম, তোপ, নোংমৈনচিংবা হিংসাগী খুৎলায়শিংদগীসু নুংশিবনা শক্তি লৈবা হেল্লি। শুক্লবা উমংদা লাইনীংবা মীশিংনা ধ্যান তৌনৈ। মখোয়গী মনাক্তা অমসুং অকোয়বদা শাথীরবা শা-কৈনচিংবনা নীংতম্না শান্নদুনা লৈ। লাইনীংবা মী অমতনা নোংমৈ পায়রগা উমংগী শা-কৈগী মরক্তা ধ্যান তৌবা নত্তে। মখোয়গী নুংশিবগী খুৎলায়না শাশিং অদুবু তেহনবনি অদুগা মখোয়গা অমতা ওইনা লৈমিন্নবনি। থব্রায়-পানবা পূম্নমক অসি চপ মান্নে হায়না উরগা লাইনীংবা মীশিংনা শাথীরবা শাশিংগী মরক্তা ধ্যান তৌদুনা লৈবা ঙম্মী।

ঐখোয়না জীব অমবু ঐখোয়গী য়েক্লবনি হায়না লৌই। থাঙ্গেশেংনমক্তি জীব পূম্নমক্তা লৈরিবা আত্মা অদু ঐখোয়গী য়েক্লবনি হায়না লৌরিবা জীব অদুদা লৈবনি। ঐখোয় মীওইবদা অমসুং অতোপ্পা জীবশিংদা লৈরিবা আত্মা অদু অমতনি, অক্কানি। আত্মানা থব্রায়-পানবা পূম্নমক্তা অমতা ওইনা লৈ। তাইবঙ অসিদা লৈরিবা অশেঙবা মরীদি আত্মাগী মরীনি।

পূম্নমক্তা আত্মা অমখক্তবু উগদবনি। ঐখোয় পূম্নমক আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরগী শাবানবা ঙাক্তনি। মসিদা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে। ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদীংমক্তা লৈবীবনি। মপাম্বোংদা য়েংলগা ঐখোয় অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা মীৎয়েং থম্লবদি ঐখোয় নুংশিনবা ঙম্লোই। ঈশ্বরনা জীব পূম্নমক্তা লৈ হায়বসি খঙলবা মতুংদা ঐখোয়না কনাবুসু য়েংথীরোই। মালেম অসিদা শান্তি লৈত্রিবগী মরমদি পূম্নমকসি অমতনি হায়বা ব্রাখল অদু মীয়ামগী পুক্নিংদা ফাওদবদগীনি। অমরোমদা হায়রগনা আত্মজ্ঞান লৈতবদগীনি। আত্মজ্ঞানবু লৈনরবদি ঐখোয় পূম্নমক নুংশিনগনি অমসুং শান্তি ওইনা লৈগনি।

ঈশ্বরনা ঐখোয় পূম্নমক্তা লৈবীবনি হায়বসি ঐখোয়না কাউরোইদবনি। ইবুংঙো মহাক্না ব্রাহ্মণ অমগী থম্মোয়নুংদা লৈবীবগুম্না তীল-কাঙশিংগী থম্মোয়নুংদসু লৈবী। ইবুংঙো মহাকপু জীব খুদীংমক্তা উবা ঙম্লবা মহাক অদুনা

জীবশিংবু মহাক মশামক্কা মান্ননা লৌই। জীব পূম্নমক্রসু মহাক্কুম্না নুংঙাইবা পান্থনি হায়বসি মহাক্কা খঙই। মহাক্কা মহাক মশামকপু পূম্নমক্তা উবা ঙম্মী। মহাক্কা পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু উই অদুগা অমুকসু ঈশ্বরদা পূম্নমকপু উই। অদুদগীদি মহাক্কা ময়াম অসিবু অমতা ওইনা উবা ঙম্লকই। ফীভম অসিদা য়ৌরক্লবদি মশানা শান্তি অদুম লাকচরকই।

ময়াম অসিবু অমতা ওইনা উবা ঙম্লক্লবদা ঐখোয় অমগা অমগা য়েংথীনবগী রাফম লৈররোই। ঐখোয় পূম্নমক নুংশিনরগনি। ঐখোয়না কাউরোইদবদি ঐখোয় পূম্নমক অসি নুংশিবগী শাবানবশিংনি। মালেম অসিদা শান্তি পুরক্লবা প্রার্থনা তৌসি। নুংশিবা য়াওদনা শান্তি পুরকপা ঙম্লোই। 'নুংশিবা' হায়বা অসিদি পূন্সিনি। ঐখোয়না কনাবুসু নুংশিদ্রবা অদুগা কনানসু ঐখোয়বু নুংশিদ্রবদা ঐখোয়না মালেম অসিদা শান্তি ওইনা হিংদুনা লৈবা ঙমগদ্রা?

ঐখোয়না চেনগদবা মরুওইবা গুণদি নুংশিবনি। নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। ঈশ্বর হায়বদি নুংশিবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবনা খ্বাইদগী হেনবা লল্লি। জীব পূম্নমকপু নুংশিবনা ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইগনি। জীবশিংবু নুংশিরুবথক্কীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্কা জীব খুদীংমক্তা আত্মাগী মশক লৌদুনা লৈবীবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবা ওইনা জীব পূম্নমকপু নুংশিসি। ঈশ্বরবু সেবা তৌবগী খ্বাইদগী ফবা লম্বীদি পূম্নমকপু নুংশিনা সেবা তৌবনি। জীব অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা মীৎয়েং থম্লবদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা অচেৎপা ভক্তি থম্বা ঙম্লোই। জীব অমগা জীব অমগগী মরক্তা খেন্নবা লৈ হায়না খক উরোইদবনি। 'ঐহাক' অসি পূম্নমক্কা মরী লৈনৈ হায়বা রাখল অসিমসু চেনগদবনি। ঈশ্বরনা জীব খুদীংমক্তা লৈ হায়বসে খঙলবা মতুংদা ঐখোয়না জীব খুদীংমকপু নুংশিরক্কনি অদুগা কনাগী মফমদসু ফত্তবা থবকশিং তৌনীংলোই। অদু ওইরবদি মালেম অসিদা শান্তি লৈরক্কনি।

মালেম অসিদা শান্তি পুরকপা তারবদি নুংশিবনা মরুওইবা য়ুম্ফম ওইগনি। 'নুংশিবা' হায়বা অসি মী খুদীংমক্কী থম্মোয়দা লৈ। মখোয়দগী চেম্বুরকপা নুংশিবগী ঈচেলনা মালেম অসিদা থবক্তা থবক ওইনা চেল্লক্লবা মতমদা শান্তি লাক্কনি। শান্তিদি নুংশিবদগী লাক্কদবনি। নুংশিবননি শান্তি পুরক্কদবা। মালেম অসিদা নুংশিবদগী হেনবা করিমতা লৈতে। ঐখোয়না সনা, লুপা, মণি-মুক্তানচিংববু

মমল য়াম্না য়াম্মী হায়না লৌই। তশেংনমক হায়রবদি অসিগুম্না মমল য়াম্না য়াম্লে হায়নরিবা পোৎশিং অসিনা মীওইববু লান্না লমজিংই। মরম অদুনা ঐখোয়না অসিগুম্বা সংসারগী ওইবা পোৎশিং অসিদা পূক্লিং লূপলোইদবনি, নুংশিবদা পূক্লিং থমগদবনি। নুংশিবা হায়বদি ঈশ্বরনি। পূন্সিগী অরাবা অমসুং খুদোংথীবশিংবু লাকহৎপা ঙম্নবা পাঙ্গল অমসুং থৌনা পীবিরিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদুদি নুংশিবনি। নুংশিবগী শক্তিগী পান্থৈনা শান্তিদা নত্তনা ফংবা ঙম্লোইদবা অমতা লৈতে।

সংসারগী তুং-কোইদবা লন-থুম্নচিংবা পূম্নমকপু য়াম্না কন্না পামশিন্নুগদবা নত্তে। মখোয় পূম্নমক মখোয়গী লৈফম থোকপা মফমশিংদা অদুম লৈজসনু; ঐখোয়গী পূক্লিংদা মখোয়বু লৈহন্দনবা লাক্লগদবনি। পূক্লিংদা মখোয়না লৈরবদি শন্তি ফংবা ঙম্লোই। মখোয়বু ঐখোয়গীনি নৎত্রগা ঐখোয়গী ওইগে হায়না শেরান্নবা খল্লুবদগী ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমদবনি। শান্তি লৈত্রবদি অশেঙবা নুংঙাইবা অদু মতৌ করম্না ফংবা ঙমগদগে? অশেঙবা নুংঙাইবা অমদি শান্তিদি অশেঙবা নুংশিবদা লৈ। নুংশিবা য়াওদনা নুংঙাইবা নৎত্রগা শান্তি লৈবা ঙম্লোই।

ঐখোয়না ঐখোয়গী ধর্মগী থম্মোয়গী মরমদা অমুক্তা নৈনসি। ঐখোয়গী থম্মোয় অনী লৈ। অমনা শাবানবা থম্মোযনি অদুগা অতোপ্পা অদুনা আধ্যাত্মিক্কী থম্মোয়নি। ঐখোয়গী ওইথংবা থবাক্কী মনুংদা লৈবা থম্মোয় অদুনা শাবানবা থম্মোয়নি, অদুগা য়েৎথংবা থবাক্কী মনুংদা লৈবা থম্মোয় অদুনা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা থম্মোয় অদুনি। আধ্যাত্মিক্কী ওইবা থম্মোয় অসিদা অচুম্বা, ধর্ম, শান্তি, নুংশিবা অমসুং অহিংসা লৈ। মখোয় মঙা অসিবু নীংথিনা খঙলবদি অদুগা মদুগী মতুংইন্না চৎলবদি ঐখোয়না মপূংফাবা মী অমমম ওইবা ঙমগনি। অচৌ-অচৌবা লাইরিক ময়াম অমা পারগা নৈনবা উকিল ময়াম অমা লৈ। অদুবু মখোয়না বিচারগী লোয়শঙদা চুমদবা রা ঙাক্তা ঙাঙলবদি মখোয়না করি কান্নবা পুরকপা ঙমগদৌরিবনো? মখোয়না হৈরিবা মহৈ অদুনা মী অমগা অমগা খৎনহল্লবদি মদুনা শান্তিগী লম্বীদা অপনবা পী।

ঐখোয় পূম্নমক ইপা ঈশ্বরগী মচাশিং ঙাক্তনি। মসিগী অচুম্বা অসি ঐখোয়না নীংথিনা খঙজিল্লগা থম্মোয়নুংদা চেৎনা থমগদবনি। করিগুম্বা মতমদা

মচিন্ননাওশিংগী মরক্তা মোত খেন্নরকপা য়াই, অদুবু মখোয় অমগা অমগা য়াশিন্ননবা লাক্লগদবনি। মদুদসু নত্তনা মখোয় অমগা অমগা ভাব তানগদবনি। অদু ওইরবদি মশানা অদুম অমগা অমগা য়াশিন্নরক্কনি।

হৌজিক্তি বিজ্ঞানগী লমদসু অঙকপা ফংনা চাওখৎলে। বিজ্ঞানীশিংনা তৌরিবা থবক অয়াম্বসি ইন্দ্রিয়শিংগা মরী লৈনহল্লি। ইন্দ্রিয়শিংদা ওমখৈ লৈহল্লিবা বিজ্ঞান অদুদি অশেঙবা বিজ্ঞান নত্তে। মদুনা থম্মোয়নুংদগী লাকপা থবক ওইনা পাঙথোকপা য়াবা জ্ঞান অদুবুদি থৌওইরুদে। মরম অদুদগীনি বিজ্ঞানীশিংনা অরানবা নৎত্রগা অশোয়বা কয়া অমা তৌরক্লিবসে। মখোয়না সমাজগী য়াইফনবা থবক তৌরি হায়না হায়বা য়াই, অদুবু সমাজগী মাঙ-তাক্লবা থবক খরদি তৌরি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

ঐখোয়না এরোপ্লেন তোংলগা চৎপা মতমদা ঐখোয়গী লমথুংফম অদু য়ৌবা ওমগদ্রা হায়দুনা অকিবা পোক্তবা নত্তে। থাঙ্গেশেংনমক হায়রবদা হৌজিক্তি ঐখোয়না কিদবা করি অমতা য়াওখিদ্রে। ঐখোয়বু অকিবা কয়ানা কোয়শিন্দুনা লৈখ্রে। তীল-কাঙ অমফাওবা উবদা কিনরে। মীশিংনা মনা-মশিং চাবা ফাওবদা অকিবা পোক্লরে মরমদি মনা-মশিংদা হূ-চেনবা তীলহাৎ-হীদাক্লচিংবা চাইশিল্লে। ঐখোয়না মনা-মশিং অদু চারুরগা করি লায়না পোক্লক্কদগে হায়দুনা কিদবা ওমদে। ওসিদি চানবা চীঞ্জাক, থক্লবা ঈশিং, শোর হোঞ্জিন্নবা নুংশিৎতগী হৌরদুনা খুদীংমক অসি শেংদ্রে। অসিগুম্বা শেংদ্রবা অকোয়বগী অবস্তা অসিদা ঐখোয়না মতৌ করম্না শান্তি ওইনা হিংদুনা লৈগনি? মরম অদুনা অসিগুম্বা ফত্তবা অসিদগী নাম্থোক্লবা ঐখোয়না কন্না হোৎনগদবনি। মদুগীদমক্তা ঐখোয়না অচুম্বা থবকশিং তৌগদবনি।

অচুম্বা হায়বদি করিনো? ৱাখল, ৱাহৈ অমসুং থবক অহুম অসিগী য়ানবা অদুবু অচুম্বা কৌই। কনাগুম্বা অমগী ৱাখলশিং, ৱাহৈশিং অমসুং থবকশিং অদু মপূংফানা য়ানরবদি মহাক অদু ফিদম্নফম ওইরে। ৱাখলশিং, ৱাহৈশিং অমসুং থবকশিংনা অমগা অমগা চাশিন্নদ্রবা মতমদা চুমদবা ওইরকই। মরম অদুনা 'অচুম্বা' হায়বদু ফংনবগীদমক্তা ঐখোয়গী ৱাখল, ৱাহৈ অমসুং থবক অহুম অসি অমগা অমগা চাশিন্নহনগদবনি।

মতম পূম্বদা ঐখোয়না অচুম্বা ঙাঙগদবনি। ঐখোয়না অচুম্বা ঙাঙবতা নত্তনা কনাগুম্বা খরনা ঐখোয়গী মরমদা থীনা সমালোচনা তৌরক্লবফাওবদা তুমিন্না নাচুংদনা লৈখোক্কদবনি। অদু ওইরবতদা ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমগনি। ঋষিশিংনা মৌনব্রত তৌই। ৱাঙাঙদনা তুমিন্না লৈবা হায়বা অসি আধ্যাত্মিকী শাজেন্দা য়াম্না কান্নে। মদুনা ঐখোয়দা শান্তি পীগনি। শান্তিদগী অশেঙবা নুংশিবা চোংথোরক্কনি। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা নুংশিবনা পীকথন্না লৈরবদা ঐখোয়গী য়েক্লবা লৈররোই। ঐখোয়গী য়েক্লবদি কনানো? থাঙ্গেশেংনমক হায়রবদা ঐখোয়গী য়েক্লবা কনামতসু লৈফম থোক্তে। নুংশিবনা শান্তিগী য়াম্না মরুওইবা য়ুম্ফম্নি। মরম অদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না নুংশিবগী পূক্নি অমা লেনগদবনি, নুংশিবদা লৈগদবনি অদুগা নুংশিবগীদমক হিংগদবনি। হৌজিক মীশিংনা শান্তিগী ৱা কয়া অমা ঙাঙনরি অদুগা শান্তি পাম্মী হায়নরি। অদুবু মফম খুদীংমক্তা শান্তি উবা ফংদে। শান্তিগী মহুত্তা শান্তিগী ওন্ন-তৈনবা অশান্তিগী অশান্তি ঙাক্তা ঙাইখ্রে।

শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু অচুম্বা লম্বীদা চংহনগদবনি। মদুগীদমক্তা মখোয় মশা মশামক্না মচাশিংগী মমাঙদা অচুম্বা লম্বী চংকদবনি। মমাগা মপাগা মোত খেন্নরোইদবনি। মমানা অমা ঙাঙবা মপানা অতোপ্পা অমা ঙাঙবা তৌরোইদবনি। মদু য়াম্না ফত্তে। মমা-মপা অনীমক্না মোত মান্নরগা মচাশিংবু লমজিংগদবনি। অহানবমক্তদা মখোয়না মচাশিংবু অচুম্বা ৱাখল খলহনগদবনি, অচুম্বা ৱাঙাঙ ঙাঙহনগদবনি অদুগা অচুম্বা থবক তৌহনগদবনি। মচাশিং অদুনা অচুম্বা লম্বীদা চংলবদি য়াম্না ফরে মরমদি অচুম্বনা অফবা পূম্নমক্কী য়ুম্ফম্নি। অচুম্বদগী হেনবা ধর্ম অমা লৈতে। অচুম্বদগী ধর্মগী ওইবা মতা অদু লাকই অদুগা ধর্মগী ওইবা মতা অদুদগী শান্তি লাকই। শান্তি লৈবা মফমদা হিংসা লৈরোই অদুগা পূম্নমক্কী ওইনা য়াইফগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক অসিবু শান্তি ওইনা লৈহন্নীংলবদি ঐখোয়না অহানবদা অচুম্বগী লম্বী চংকদবনি।

ঐখোয়না হৌজিক খুৎশেমগী পূক্নি অমা লেল্লি অদুগা ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাবু মাঙহল্লরি। খুদীংমক শেমজিন-শাজিনবা ঙাক্তা ঙাইরক্লে। হৌজিক্কালগী শিক্ষাসিফাওবা শেমজিন-শাজিনবা ওইরক্লে। ঐখোয়না পারিবা লাইরিকশিং, ঐখোয়না থীরিবা মন্ত্রশিং, ঐখোয়না শক্লিবা ঈশৈশিং, ঐখোয়না তৌরিবা ধ্যানশিং

নৎত্রগা প্রার্থনাশিং— পূন্নমক শেমজিন-শাজিনবা ঙাক্তা ওইরক্লে। মসি চুমদে। ঐখোয়না তৌরিবা থবক পূন্নমক থব্বায়-য়াওনা তৌগদবনি। ঐখোয়না মীৎ অনী উইশিল্লগা ধ্যান তৌশিন্নে অদুগা ঐখোয়গী পূক্লিংনদি য়োংগুম্না কোয়ঙাওননা চৎলি। পূক্লিং অদুনা চৎনীংবা মফম অমা অমদা অথিংবা য়াওদনা চৎলি। ঐখোয়গী পূক্লিং-ব্রাখলগী মতুংইন্না ঐখোয়গী থবকসু ওইগনি। মরম অদুনা অহানবমক্তদা ঐখোয়না অফবা ব্রাখল খনগদবনি। মদু ওইরবতদা ঐখোয়না অফবা থবকশিং তৌবা ঙমগনি। অফবা থবকশিংনা অফবা ফলশিং পুরক্কনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মতম পূম্বদা অশেঙবা নৎত্রগা অফবা ব্রাখলশিং খনগদবনি। অঙাওবা পূক্লিংগী মতুং ইল্লোইদবনি। পূক্লিংদি ঐখোয়না খুদুম-চন্দুনা থমগদবনি। পূক্লিংনা ঐখোয়বু খুদুম চলহল্লোইদবনি। পূক্লিংনা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা ওনশিনশ্রবা মতমদা পূক্লিংদি মশানা অদুম শান্তি ওইনা লৈজখিগনি।

কনাগুম্বা অমনা নুমিৎকী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈরোমদা খোঙনা চৎপা মতমদা মহাক্কী মমি অদু মঙোল্দগী হেন্না চাউনা উগনি। মমি অদুনা মহাক্কী মমাঙদা য়াম্না ব্রাং-চাউনা তাগনি। মায়া হায়বা অদুসু মদুগী মমি অদুগা চপ মান্নে। অদুবু মহাক্না নুমিৎলোমদা খোঙনা চঙশিল্লবদি মহাক্কী মমি অদু মহাক্কী তুংদা তাখিগনি। অদুম ওইনমক নুমিৎনা মহাক্কী মথক্তা লৈরকপা মতমদদি মহাক্কী মমি অদু মহাক্কী খোঙখাদা লৈখিগনি। মরম অদুনা ঐখোয়গী পূক্লিংনা ঈশ্বরদা ওনশিনখিবা মতমদা মায়াবু জয় তৌবা ঙমগনি। পূক্লিংবু অচুম্বা অমসুং নুংশিবনা য়োকখৎকদবনি মরমদি অচুম্বা নৎত্রগা নুংশিবদি ঈশ্বরনি। অচুম্বা নৎত্রগা নুংশিবদি মতম পূম্বদা অদুম লৈরগদবনি। অচুম্বা অমসুং নুংশিবদা লৈসি অদুগা ঐখোয়না পূক্লিংগী শান্তি ফংসি। মী অয়াম্বনা পূক্লিংবু খুদুমচনবা হায়বা অসি য়াম্না ব্রানা থোকই। অদুবু ঐখোয়না ঈশ্বরবু নুংশিরবদি পূক্লিংবু লায়না খুদুমচনবা ঙমগনি। ঈশ্বরবু নুংশিদ্রবদি কনানসু পূক্লিংবু খুদুম চন্দুনা শান্তি ফংবা ঙল্লোই।

ঐখোয়না ঙাঙলিবা খুদীংমক, ঐখোয়না তৌরিবা খুদীংমক ঈশ্বরগী থবক্তি হায়না লৌগদবনি। ঐখোয়গী অনীংবা খুদীংমক থোক্লক্কনি হায়নসু খনগুমসি। থোক্লিবা থৌদোক পূন্নমক ঈশ্বরগী অনীংবগী মতুংইন্না থোরকপা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী অনীংবগী মতুংইন্না খুদীংমক থোক্লকপা তারবদি ঐখোয়গী

অনীংবগী ওন্ন-তৈনবদা থোক্লক্লিবা ময়াম অসিদি কমদৌবা? মরম অদুনা ঈশ্বরগী অনীংবা মতুংইন্না, অফববু ওইরো ফত্তববু ওইরো, খুদীংমক অসি থোক্লকপনি হায়দুনা ঐখোয়না মতম পূম্বদা খনগদবনি। ঐখোয়দা ফত্তবা থৌদোক অমা থোক্লক্লবসু মদু ঈশ্বরগী অনীংবা অমগী মখাদা থোক্লকপনি হায়না লৌগদবনি। কনানা খঙগনি মদুনা অরোইবদা ঐখোয়গীদমক হেন্না অফবা অমা ওইরকপা য়াই। অফবা ওইফমসু থোকই। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ফত্তনবা করিমতা তৌরক্লোই।

ঈশ্বরনা ইবুংঙো মহাক্কী অনীংবা অমগী মখাদা ঐখোয়বু মালেম অসিদা থাবীরকপনি। ঐখোয়না মালেম অসিদা লৈরিবা অসিদি চুম্নগী চারগা, থক্লগা, জুরা জুরা লৈমিন্নরগা, তৃপ্লগা হিংদুনা লৈননবগীদমক্তা নত্তে। মীওইবা সমাজগী সেবা তৌবদা থব্রায়-হকচাঙ কথোকপখক্তনা পূক্নিগী থৌদাং ওইগদবনি। ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবগী থবকশিং থিদুনা অরেম্বদা পূক্নি মাঙহনবদি করিমতা কান্নদে। মীওইনা পোক্লকপগী অর্থ অমতা লৈরোই। ঐখোয়গী ইথৌদি ঐখোয়না ঐখোয় ইশা ইশাদা লৈরিবা ঈশ্বরগী ওইবা ফীভম অদু খঙদোক্লবা লাক্লগদবনি। ঐখোয়না অচুম্বা, নুংশিবা অমসুং শান্তিগী মূলতত্ত্ব অদুবু থবক ওইনা ওম্থোক্লবা লাক্লগদবনি অদুগা ময়ামপূন্না অশেঙবা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি অদু ফংমিন্নগদবনি। শান্তি লৈত্রবদি অশেঙবা নুংঙাইবসু ফংবা ঙম্লোই। অশেঙবা নুংঙাইবদি থম্মোয়দা ফংগনি।

হকচাঙগী নুংঙাইবদি অশেঙবা নুংঙাইবা নত্তে, অদুগা আত্মাগী নুংঙাইবনা অশেঙবা নুংঙাইবনি, আনন্দনি। ঐখোয়না হৌজিক হকচাঙগী নুংঙাইবখক্তা থিরি অদুগা মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না হৌজিক ব্বারি অমসুং শান্তি ফংদ্রি। অদুবু ঐখোয়না আত্মাবু নংত্রগা ঈশ্বরবু থাজরগা ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লবদি ঐখোয়না নুংঙাইনা অমদি শান্তি ওইনা লৈবা ঙমগনি।

ঈশ্বরবু নুংশিবদি পূম্নমক্কী ওইনা য়াইফবনি। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি মীশিংনা সংসারগী ওইবা শেংদবা নুংশিবদা পূক্লিং লৃপ্নরি। সংসারগী ওইবা নুংশিবনা ঐখোয়বু মীনম্বা ঙাঙহল্লি, নত্ত-নত্তবা থবকশিং তৌহল্লি অদুগা য়াম্না ব্বাহল্লি। ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবনা অচুম্বা নুংশিবনি। মসিগী অশেঙবা নুংশিবা অসিনা কনাবুসু অব্বাবদা তাহল্লোই। মসিনা ঐখোয়দা মতম পূম্বগী ওইবা নুংঙাইবা

অমসুং শান্তি পীগনি। মী কনা কনানসু হায়নীংবা হায়জসনু নৎত্রগা থীনা ঙাঙনগে ঙাঙনজসনু ঐখোয়না মসিগী অশেঙবা নুংশিবা অসিবু থাদোক্লোইদবনি।

হকচাঙ অসিদি শিরবা মতুংদা করিসু কান্নদ্রে হায়দুনা মৈ থাদোকখিনি নৎত্রগা ফুমজিনখিনি। হকচাঙ অসি ঈশ্বরদগী মতম থরগী ওইনা ব্লাইবনি। মরম অদুনা ঈশ্বরদা পীথোকখিসি। অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবশিং অসি ফত্তবা গুণশিংনি। মখোয়না ঐখোয়দা অব্বা-অনাতমক থোকহনগনি, শান্তি পীবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা ফত্তবা গুণশিং অসিবু থাদোক্লবা মতমদা ঐখোয়না কয়াদা নুংঙাইগবা অমদি শান্তি লৈগবা! অদুদগীদি ঐখোয়না শান্তি ওইনা লৈবা ঙম্লগনি। ঐখোয়গী অপাম্বা কয়ামুক লৈ। অদুবু ঐখোয়না অপাম্বা পূম্নমক অদুবু ফংবা ঙমগদ্রা? ঙম্লোই। ঐখোয়না ঐখোয়গী অপাম্বশিং ফংনবা হোৎনবদা কনা অমতগী অমাঙ-অতা নৎত্রগা নুংঙাইতবা অমতা থোকহল্লোইদবনি। ঐখোয়গী অপাম্বা অদুগীদমক হায়জবা য়াবমখৈ ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। ঐখোয়না খন্থগদবদি লন-থুম ময়াম অমা পৈশিন্দুনা থম্বগী করিসু কান্নদে হায়বসিনি। ঐখোয়না শিরগা করিসু পুদনা চৎখিনি।

মী খুদীংমক্লা লমচৎকী শক্তিসু য়োকখৎকদবনি। লমচৎতগী হেনবা অতোপ্পা লৈতেং অমা লৈতে। লমচৎ ফহনগে হায়রবদি ঐখোয়গী ব্লাখল অমসুং থবক ফবা তাই। মদুবু হৈনবী অমা ওইহনগদবনি। হৈনবী অদুনা লমচৎ শেমগদবনি। লমচৎ ফরগা অফবা মী অমা ওইরকই। শিক্ষাগী পান্দমসু লমচৎনি। লমচৎ য়াওদবা শিক্ষা পূম্নমক অর্থ য়াওদে। মদুগী শিক্ষা মখল অদুদি অরেম্বদা তাগনি।

অফবা লমচৎ শাগৎনবা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা অশেঙবা গুণশিং য়োকখৎকদবনি। অদু ওইরবদি তৌরু-তৌরুবা খুদীংমক্তা মায়পাকপা ওইগনি। মালেম অসিদা শান্তি পুরক্কে হায়রবদি ঐখোয়গী আধ্যাত্মিকী মীৎ অদু পাঙহল্লগা অফবা য়েংগদবনি, অফবা তৌগদবনি, অফবা হৈনবী লৈহনগদবনি অদুগা অফবা ওইগদবনি।

শান্তি পুরক্লবগী মায়কৈরোমদা চৎপা তারবদি পুক্লিংবু খুদুম চনবা হায়বসিমদি য়াম্না দরকার ওই। যোগশী অথোইবা গুরু পতঞ্জলিনা শান্তি ওইনা

লৈননবগীদমক্তা মথাগী ৱাফম খরসি তাকপীরম্মীঃ

(১) অতোপ্পগী নুংঙাইবদা নহাকসু নুংঙাইয়ু, মরমদি মদুনা মীগী নুংঙাইবা উরগা পোক্লক্কদবা কল্লকপগী ফত্তবা ৱাখলশিং অদু লাকহন্দে।

(২) অফবা তৌবদা থোইনা হেন্না নুংঙাইবা ফংননবা তাল্লু, মরমদি অফবা তৌবনা পূক্লিংগী শান্তি পুরকপদা য়াম্না তেঙবাংই।

(৩) ঐখোয়সে য়াম্না ৱারে হায়না খল্লবফাওবদা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না থীনা ৱাবা ময়াম অমা লৈরি হায়না খনগদবনি। অদুগা ঐখোয়না মালেমগী য়াইফনবা খরদি তৌফম থোকই। মদুদা অশেঙবা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংগনি।

(৪) ফত্তবশিংবু থৌশা-ৱাশারুনু, মরমদি মখোয়না অৱাবা অমদি খুদোংথীবা কয়া পীরকপা য়াই। মদুনা পূক্লিংগী শান্তিবু থুগায়গনি।

(৫) অৱাবা তারবশিংবু নুংশিয়ু অদুগা মখোয়গা ৱামিন্নৌ, মরমদি মদুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা শক্তুনা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংহল্লি।

হকচাঙগী, পূক্লিংগী অমসুং আত্মাগী শান্তি অহুম অসি ঈশ্বরদগী লাকপনি। ঈশ্বরনা নুমিৎ থোকহনবনি, থা-থৱাম্মিচাক থোকহনবনি, নুংশিৎ শীৎহনবনি, নোং তাহনবনি, মৈ চাকহনবনি, নুংঙাইহনবনি, শান্তি পীবিবনি। অচুম্বসু নুংশিবসু ইবুংঙো মহাক্কী ওইবনি। পুম্নমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগী মখা পোল্লি। মরম অদুনা ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদগী শান্তি পীবিয়ু হায়না নিজরসি।

## পূক্নিং লূপশিনবা অমসুং থ্যান তৌবা

জীব খুদীংমক্না ৱাখল খল্লি। শাশিংগী মরক্তা হৌদোংফাওবনা উচি ফারমদাইদা তুমিন্না ৱাখল তৌরগা উঁচি ফানবা লুমদুনা লৈ। পোকপদগী য়াওরক্লবা অসিগুম্বা ৱাখল খনবগী শক্তি অসি ঐখোয় পূম্নমক্তা লৈ। অদুবু ঐখোয়না মদুবু মপূংফানা অমদি মরম চানা শীজিন্নদে। ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু মায়থীবা পামদে, অদুবু ঐখোয়না মায়পাক্লবা ৱাখল চুম্না তৌদে। ঐখোয়না পূক্নিংগী লীলা শান্নবদা ৱাখলনা অমা খল্লগা থবক্না অমা তৌগদবা নত্তে। কনাগুম্বা অমনা নুংঙাইরি হায়দুনা তৌশিন্নবা য়াই, অদুবু ৱাখলনবু নুংঙাইত্রবদি মহাক্না মতম কুইনা তৌশিন্নদুনা লৈবা ঙম্লোই। ঐখোয়গী শক্তিদি থবক্কা ৱাখলগা য়ানবগী মখা পোল্লি। থবক্কা য়ানহল্লবা ৱাখলশিংগী উপায়খক্তনা ঐখোয়না ঐখোয়দা লৈরিবা, ঐখোয়গী মাঙদা লৈরিবা, ঐখোয়গী তুংদা লৈরিবা শক্তি অদুবু খঙবা ঙমগনি।

অফবা ৱাখলগী পাম্বৈনা মী অমনা সাধু ওইরকপা য়াই অদুবু ফত্তবা ৱাখল খনবদগী পূক্নিফাওবা মাঙবা য়াই। হেন্না হেন্না পাম্বগী ৱাখলসু অফবা নত্তে। ৱাখল চুম্না চুম্না খনগদবনি। থায়নগী ৱারী অমা লৈঃ নোংমা নুপা অমনা উমংদা কোযঙাওননা চংলম্মী। মহাক্না ফজত্রবা উপাম্বী অমা উবম্মী অদুগা মদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মশা য়াম্না চোকথরক্তুনা উপাম্বী অদুগী উরুমদা ফন্নগা পোত্থারম্মী। মদুগী উপাম্বী অদু থোকওদ-থোকপা ভারতকী কল্পতরু হায়বা উপাম্বী অদুনি। উপাম্বী অদুগী মখাদা ফন্নগা নুপা অদুনা খল্লকখিবা ৱাখলশিংগী মতুংইন্না পোৎ ওইনা খুদক্তা হেক্তা থোক্লকখি। নুপা অদুনা খল্লকখি, "ঐহাক চোকথরে! ঐহাক্না করিগুম্বা অমোনবা পোৎ অমগী মথক্তা হীপনীংঙিদকো!" মহাক্না খুদক্তা ফজত্রবা অমোনবা ফমুং অমা ফংলম্মী। মহাক্না ইঙক-ঙক্না মতম খরা মদুদা হীপ্লবা

মতুংদা মথন্তনা মথন্তদা হায়জরম্মী, "ঐহাক চাক য়াম্না লাম্লে, ঐহাক্না চানবা চীঞ্জাক খরদং ফংলবদিকো!" মহাক্না মদুগীদমক হেক খনখিবগা অখয়বা চীঞ্জাক হেক্তা মহাক্কী মাঙদা থম্লখি। মহাক্কী অপাম্বদু অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মহাক্না খনবা (নীংবা) খুদীংমক হেক্তা থোক্লকখি। মহাক্না খল্লকখিবগী মতুংইন্না মহাক্কী নুপী অমফাওবা লাকখি, অদুবু মহাক্না খাইদগী পেনবা মতাঙ অদু য়ৌরকখিবা মতম অদুদা খুদক্কী ওইনা মহাক্না খল্লকখি, "তাঞ্জা অসিদা করিগুম্বা কৈ অমা থোক্লক্লবকো!" মহাক্না খনখিবগী মতুংইন্না কৈ অমা থোক্লকখি অদুগা মহাকপু চাখি।

ঐখোয়সু ব্রারী অদুদা য়াওরিবা অদুমহায়না তৌরিবনি। ঐখোয়না অফবা পোৎশিং ফংলি, অদুবু খুদক্তা অপাইবা ফত্তবা ব্রাখল অমা লাক্তুনা অশাউবা নৎত্রগা কল্লক-মিহৌবগী মওঙদা কৈ অমা হেক লাকই অদুগা ঐখোয়বু মাঙহল্লি। ঐখোয়না উরিবা ফজরবা পোৎশিং, সহরশিং, য়ুমশিং অমসুং ধর্মগী মফমশিং অসি মীওইবগী পূক্লিংগী পোখোক ঙাক্তনি।

মী অমনা মহাকপু পাপী অমনি হায়না খনবা য়াই, অদুগা অদুম হায়না খনবদগী মহাক্কী ব্রাখলনা মহাকপু হেন্না শাথীরবা মহাপাপী অমা ওইহল্লকপা য়াই। অদুগা অমরোমদনা অমুক অতোপ্পা মী অমনা মহাকপু পুণ্যচেনবা মী অমনি হায়না খল্লগা মহাক্কী ব্রাখলনা মহাকপু ধর্মগী অব্রাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপা য়াই। ব্রাখলননি কনাগুম্বা অমবু শিংহল্লিবা নৎত্রগা পাঙহল্লিবা। পূম্নমক পূক্লিং/ব্রাখলগী মখা পোল্লি।

ঐখোয়না ব্রাখল মুম্না খনসি। ঐখোয়না করি খনগনি? ব্রাখল খনবগী মহৈবু হৈরবা মীওইশিংবু থৈদোক্তুনা থমখিবা য়ারোই। পাকচাউনা খল্লবা ব্রাখল, মরক তৎহন্দনা খল্লবা ব্রাখল অমসুং থুগায়বা ঙম্লবোইদবা ব্রাখল— মখোয়শিং অদুনি ধ্যান যোগগী চঙদবা য়াদবা মচাকশিংনি।

তাইবঙ-সংসার অসিদি ফত্তবনা পীক থল্লি থাজনীংঙাই ওইদে হায়না ঐখোয়না হায়রি, অদুবু ফত্তবা অদুগী মনুংদা ঐখোয়সু য়াওরি হায়না লৌগদবনি। ঐখোয়না অব্রাবা অমসুং খুদোংথীবদা তাববফাওবদসু অফবা ব্রাখলগী পাঙ্গলগী উপায়না ঐখোয়না মদুদগী নাম্থোকপা ঙমগনি। শা-কৈবু নৎত্রগা মহূ কনবা লিলবু

তেহনবা ঙম্বা মীশিং লৈ। অদুমহায়না ঐখোয়নসু ঐখোয়গী শাগী ওইবা গুণশিং অদুবু ঐখোয়গী ব্রাখলগী উপায়দগী মাঙহনবা ঙমগনি অদুগা মপু ওইরকপা ঙমগনি। ঈশ্বরগী লৈবাক অসিদি ব্রাখলবু চুম্না শীজিন্নবা ঙম্নবা মীওইশিং অদুখক্কীদমক্তনি। মদুদা লৈরে ঐখোয়গী পূর্ন্সিগী অরোনবা। ঐখোয়না অচুম্বা ব্রাখল খল্লবদা অরাবা লৈররোই। মসি ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা য়েকশিন্দুনা থমগদবনি।

পান্দম অমা ফংগে হায়রবদি পান্দম অদুদা পূক্নিং লূপকদবনি, অতৈ অতৈদা পূক্নিং চোয়হনবা য়াদে। থায়নগী ব্রারী অমা লৈঃ তেন-কাপ্পবগী চাংয়েং অমা তৌরম্মী। অব্রাংবা য়ুম্বী অমগী মতোলদা উনা শাবা ঙা অমা থম্লম্মী অদুগা ঙা অদুগী মমীৎ অদুনা পান্দম্নফম ওইরম্মী। মতীং লৈবা নিংথৌমচা ময়াম অমনা মথং মথং ঙাগী মমীৎ অদুদা তেন কাপ্পদা পানবা ঙমখিদে। মখোয় খুদীংমক্না তেন কাপত্রিবৈঙগী মমাঙদা করি উবগে হায়দুনা মখোয়গী গুরুনা মখোয়দা হংখি অদুগা মখোয় খুদীংমক্না অব্রাংবা য়ুম্বী মতোল অদুদা মকোক, মমীৎশিং পানবা উনা-শাবা ঙা অমা উই হায়না খুম্লকখি। অদুবু থৌনা ফবা অর্জ্জুননদি অসুম্না হায়রকখি, "ঐদি ঙা অদুগী মমীৎতুখক্তা উই।" মরম অদুদগীনি অর্জ্জুননা তেন কাপ্পবগী চাংয়েং অদুদা মায়পাকখিবসি।

খোইচোপ্পা নুপা অমগী ব্রারী অমসু লৈ। মহাক্না অচৌবা পুখ্রি অমদা ঙা ফানবা খোইচোপ্লম্মী। মগুণ য়াম্না লৈরবা যোগী অমনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হংলক্লম্মী, "ইনাও! মসিগী লম্বী অসিবু কদায়-কদায়দা যৌবগে?" মতম অদুদা খোইচোপ্পা নুপা অদুগী খোইরীগী লাঙ্গোম অদু ঈশিংদা অমুক খরা চিংথ অদুগা অমুক তাউখৎ তৌদুনা ঙা-থুগদবগী মওঙদা লৈরম্মী। মরম অদুদগী মহাক্না যোগী অদুগী ব্রাহংগী পাউখুম পীদবমখৈ মহাক্কী ঙা থুগদৌরিবা খোইরী অদুদা পূক্নিং লূপশিল্লগা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙা অদু খোইদা থুরগা ফারবা মতুংদদি খোইচোপ্পা নুপা অদুনা কোয়না য়েংলক্লম্মী। মহাক্না যোগী অদু উবমক্তদা মঙোন্দা হায়জরকখি, "মহাশয়! অদোম্না হায়খিবা ব্রাফম অদু করিনো অমুক্তা হন্না হায়বীয়ু।" যোগী অদুনা খোইচোপ্পা নুপা অদুদা খুরুম্লম্মী অদুগা অসুম্না হায়রকখি, "মহাশয়! অদোমসে ঐহাক্কী উপগুরুনি। ঐহাক্না ঈশ্বরবু খুরুমদুনা ধ্যান তৌরিঙৈ

মতমদা নহাক্কী নতৌ তমজগে। ঐনা ধ্যান তৌরিঙৈদা ঐহাকপু করিগুম্বা অতোপ্পা হীরম অমদা পূক্লিং লূপহনবীনু।"

হকচাঙগী নুংঙাইবগী ৱাখলদা লূপ্লিবা মীশিংনা চঙদবা য়াদবশিংদগী হেনবা পোৎশিংবু অসুম অসুম থাদোক্লবা লাক্লগদবনি; অদুগা অরৈবা পোৎশিংদা পেনবা ঙম্লবা লাক্লগদবনি। কাহেন্না চাবা মীশিংনসু চাবগী চাং হম্থহনগদবনি। ৱা য়াম্না ঙাঙগনবা মীশিংনসু কান্নদবা ৱাশিং ঙাঙদনা তুমিন্না লৈবা তমগদবনি। মদুনা পূক্লিং লূপশিনবা অমসুং ধ্যান তৌবদা য়াম্না কান্নহনগনি।

পূক্লিং লূপশিনবগা ধ্যান তৌবগা অনী অসি থাদোক্লবা য়াদে। পূক্লিং অসিনা ঈশ্বরগী ৱাখলদা মপূংফানা লূপশিল্লবা মতমদা ধ্যান ওইরকই। ঐখোয়গী অথোইবা বুদ্ধিগা জ্ঞানগা মরী লৈনবনি। ঐখোয়না তত্তনা আশা তৌনরি মদুদি কনাগুম্বা অমনা নৎত্রগা করিগুম্বা অমনা ঐখোয়দা জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবা পীবিগনি হায়না, অদুবু মদুদি ওইথোক্তে। জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবদি থম্মোয়নুংখক্তদগী লাক্কদবনি।

ঐখোয়না আধ্যাত্মিক্কী লমদা পাঙ্গল কনগদবনি। ঐখোয়না তাইবঙ সংসার অসিদা লৈনা লৈনা নুমিৎ খুদীংগী মতম খরদ-ওইরবসু ঐখোয়গী পূক্লিং অসি ঈশ্বরগী ৱাখলদা লূপশিনগদবনি। ঈশ্বরগী মরমদা ৱাখল মুন্না খল্লগা ধ্যান তৌবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী মায়কৈরোমদা চঙশিনবগী মরুওইবা খোঙথাং অমনি। হৌজিক্তি ঐখোয়গী পূক্লিং অসি মফাং মফাং চৎখিবদগী য়াম্না শোল্লে। মরম অদুনা ঐখোয়না পূক্লিংগী শক্তিশিং অসি খোমজিন্দুনা জগৎ অসিগী অরোনবা শক্তিশিং অদুবু উবা ঙম্লবা লাক্লগদবনি।

ঐখোয়না খঙদবা কয়া অমা লৈরি। মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না কিরি। তুংদা ঐখোয়বু করি ওইরগদগে খঙদবদগী ঐখোয়না কিরি। ঐখোয়না শিবা কি মরমদি শিরগা ঐখোয়বু নরক্তা তাদুনা লাক্লগদ্রা হায়দুনা। মসিগীদমক্তা ঐখোয়না ঐখোয়গী পূক্লিং অসি থম্মোয়নুংদা পুশিন্দুনা আত্মাগী মঙালদা লৈহনগদবনি। মদুদগী অচুম্বা মীৎয়েং অমা থোক্লক্কনি অদুগা অকিবা পূম্নমক মাঙখিগনি। আত্মাগী মঙালদা পূক্লিংনবু লূপশিনখ্রবদা পূক্লিংগী অমম্বা অদু মাঙখিগনি।

অথোইবা পূক্লিং অমখক লৈ। ঐখোয়গী পূক্লিং অসিদি অথোইবা

পূক্লিং অদুগী মমিনি। অথোইবা পূক্লিং অদুদি ঈশ্বরনি। ঐখোয়গী পূক্লিং অসিনা অথোইবা পূক্লিং অদুগী ৱাংমদা থবক তৌরিবমখৈ অপঙবা ওই, অদুগা অথোইবা পূক্লিং অদুগা অমতা ওইশিনখ্রবা মতমদদি আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরগী মপূংফাবা মঙাল অদু ফংই। মদুগী ফীভম অদুদা য়ৌখ্রবা মহাক অদুবুদি তাইবঙগী অৱাবা অমসুং খুদোংথীবনা শোকপ ঙমদ্রে।

ঐখোয়গী প ং অসিনা বিষয় অমখক্তদা লূপশিনগদবনি। ঐখোয়না মতম অমতদা থবক অমদ হেন্না তৌবা নৎত্রগা মদুবু নীংথিনা তৌবা ঙল্লোই। অদুবু কনাগুম্বা অমনা থবক অমখক্তং মুন্না খল্লগা পূক্লিং চঙনা তৌরবদি থবক অদু তৌবদা মায়পাকপদা নত্তনা থবক অদু হেন্না থুনা পাঙথোকপা ঙমগনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়না মথংগী তৌগদবা থবক অদুগী মতম অমসুং থৌনা-শক্তি মাঙহন্দনা থম্বা ঙমহৌরে। মসিনি য়াম্না মরুওইরিবদি।

বিষয় অমখক্তুদি ঐখোয় ইশামক্লা খঞ্জগদবনি। বিষয় অদুবু চুম্না খনবা হায়বা অসিনা ঐখোয়দা কান্নবা য়াম্না পীগনি। মদুনা ঐখোয়গী পূম্ভিবু শেমগদৌরিবনি অদুগা অচুম্বা মায়পাকপগী কৈরাক কাবদা ঐখোয়বু তেঙবাংগনি। খ্বাইদগী পীকপা থবক অমা তৌবা ফাওবদা থবক অদুদা পূক্লিং চঙগদবনি অদুগা অচুম্বা ভক্তিগা লোয়ননা তৌগদবনি। মদুনা পূক্লিং লূপশিনবগী হৈনবী লৈহনবদা খ্বাইদগী ফবা লম্বী ওই। অপীকপা থবক অমবু নীংথিনা তৌখ্রবদি মদুনা হেন্না ফবা অচৌবা থবক অমা তৌবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীগনি। অচুম্বা ভক্তিগা লোয়ননা তৌবা থবক্লা আত্মাদা পূক্লিং লূপশিনবসু ঙমহল্লি।

কনাগুম্বা অমনা আত্মাদা পূক্লিং লূপশিনবা ঙম্লবদি মহাক্লা মফম খুদীংমক্তা চঙবা ঙমগনি। ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু হাথু-হাথুরোইদবনি, পূক্লিং/ৱাখল লৈতানা লৈবা তমগদবনি। পূক্লিংনা ধর্মগী বিষয় অমদা লূপশিনখ্রবদা মদুনা ঐখোয়বু আধ্যাত্মিক্কী গুণশিংগা শম্নহনগনি। অদুদগীদি খ্বাইদগী পীকপদগীনা খ্বাইদগী চাউবা ফাওবদা অমদি খ্বাইদগী নেম্বদগীনা খ্বাইদগী ৱাংবফাওবদা লৈরিবা পোৎ পূম্নমক্কা ঐখোয়গা পূল্লক্কনি অদুগা অমতা ওইরক্কনি।

লাইনীংবদবু ওইরো, লান্দবু ওইরো, লল্লোনবদবু ওইরো, থবক খুদীংমক্তা পূক্লিং লূপশিনবা হায়বা অসি মায়পাকপগী অরোনবা শক্তি অমনি।

পূক্লিংবু চঙনা হোৎনরবদি ঐখোয়না পাল্লিবা খুদীংমক ফংগনি হায়না থাজে। মদু পূক্লিংগী অরায়বা মওঙ অমনি। ঐখোয়না চুম্নগী অপাম্বখক্তু ফংবঙাক্তনা অচুম্বা মায়পাকপা নত্তে। পোৎ হুরানবা নুপা অমনা পোৎ অদুগী মপুগী ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈ। অদুগা মহাক্কী পোৎ অদু হুরাল্লি। অদুবু ঐখোয়না মহাক্কী ফত্তবা থবক অদুবু য়াবা ঙমদে। মহাক্না মতম খরগী ওইনা মহাক্কী অনীংবা পোৎ অদু ফংলে অদুবু মহাক্কী লমচৎ অদুদি লৈখা তাপ্রে।

মী অমনা পাল্লিবা পোৎ অদু মহাক্না ফংবা য়াই। মরম অদুনা ঐখোয়না অরানবা পোৎপু পামদনবা ঐখোয়গী অপাম্ববু শেংদোকপা তাই। ঐখোয়না ফত্তবা থবক অমবু পামদুনা তৌরবদি মদুগী ফল অদু ফত্তবা ওইগনি। ফত্তবা ফল অদু ফংলবা মতুংদা ঐখোয়না মদু শোয়দনা পান্নক্লোই। পূক্লিং লূপশিনবদা য়াম্না দরকার ওইরিবদি অফবা লমচৎকী শক্তি অদুনি। কান্নদবা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংদা পূক্লিং লূপশিল্লোইদবনি। ঐখোয়গী অশেঙবা অপাম্বদি ঐখোয়বু কলহনগদবা, লমচৎ ফহনগদবা অমসুং ধর্মগী অকারম কাহনগদবা ওইগদবনি। মদুনা ঐখোয়গী হকচাঙগী অমসুং পূক্লিংগী ফত্তবা হৈনবীশিংবু লাকশিনবা ঙমহল্লি, অদুবু পূক্লিংগী হৈনবীশিংবু লাকশিনবা হায়বা অসিদি য়াম্না ৱানা থোকই। থাঙ্গৈশেংনমক পূক্লিংদি য়াম্না কল্লি, লাক্ত-ফানবা ঙমদে। পূক্লিংদা ফত্তবা ৱাখলশিং চঙলক্তনবা অফবা ৱাখলশিংবু পূক্লিংদা পীক-থন্না লৈহনগদবনি। ঐখোয়গী পূক্লিংবু থন্নুবা মফম অদুগী মতুংইন্না ঐখোয়না মদুগা চূনবা ফল ফংগনি। পূক্লিংনা আত্মাদা থন্নগা আত্মাগা শম্নগ্রবা মতমদা ঐখোয়গী অৱাবা অমসুং খুদোংথীবা পূম্নমক লৈররোই অদুগা ঐখোয়না মতম পুম্বগী ওইনা নুংঙাইবা 'আনন্দ' হায়বদু ফংগনি।

ধ্যান তৌবা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা আধ্যাত্মিক্কী শাজেল অমনি। মরুওইনা ধ্যান তৌরিবসি পূক্লিংদনি। ধ্যান তৌবা মতমদা পূক্লিংবু আত্মাদা নংত্রগা ঈশ্বরদা লেঙদনা থমগনি। ঐখোয়গী পূক্লিং অসিদি মায়কৈ ময়াম অমদা কোয়চৎ চৎলি। ঐখোয়না ঐখোয়গী অঙাওবা পূক্লিং অসিবু অককুবা পান্দম অমদা থমগনি। পান্দম অদুদি ঐখোয়গী হৌরকফম অমসুং চঙজফম ওইবীরিবা ঈশ্বর মহাক্না ওইগদবনি।

ঐখোয়না করিগুম্বা য়ানীংবা থৌদোক অমা থোক্লকপদা পূক্লিংদা য়ানীংবা

অমা ফাওই অদুগা য়ানীংদবা থৌদোক অমা থোক্লকপদনা নুংঙাইতে। মসিগী নুংঙাইবা অমসুং নুংঙাইতবা অসি মতম খরতগী ওইবনি। তাইবঙগী অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা, অঙৈংবা অমসুং অশাবা, মায়পাকপা অমসুং মায়থীবা, অমাঙবা অমসুং অতোংবা, চোপ্পা অমসুং লেম্বা, ফজবা অমসুং অথীবনচিংবা পুম্নমক অসিসু মতম খরদগী ওইবনি। ফীভম পুম্নমক অসিদা পৃক্লিংবু পাংদিং চপ-মান্নবা থম্লবা মতমদা ঐখোয়না ধ্যান তৌবা য়ারক্কনি।

পৃক্লিং হায়বা অসিসু সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়দুনা লৈরিবা গুণ অহুম অদুগী মতুংইল্লি। সত্ত্বগুণগী মতুংইল্লিবা পৃক্লিংদি ঈংই অমসুং আত্মাগী মঙাল ফংদুনা চিংনবা লৈতে। মসিনা আত্মাগা অমত্তা ওইশিন্নবগী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লি। অনীশুবা রজঃ হায়বা গুণ অদুদদি পৃক্লিং অদু কোয়ঙাও-ঙাওই, পোত্থাফম খঙদে, অপাম্বশিংবু ফংনবা হোৎনবগী অমসুং ফংলবশিংবু থাদোক্লীংদবগী মওঙদা লৈ। মদুগী পৃক্লিং অদু 'ঐগী' হায়বা ৱাখলনা মোৎহল্লবা থবকশিংদা লুপ্তুনা লৈগনি; অপাম্বা অমগী মথংদা অপাম্বা অমা লৈগনি, অপেনবা শুকনাই-নাইরোই। অহুমশুবা তমঃ গুণ হায়বা অদুদি মসিনা অফবনি মদুনা ফত্তবনি হায়বা খঙদবা 'অপঙবা' হায়বদুগী মশক ওইবা অজ্ঞান্দগী পোক্লকপনি। মসিনা জীব পুম্নমকপু পঙথহন্দুনা তৌফম থোকপা থবক তৌবদা থৌওই-ৱাইওহন্দে অমসুং তৃম্নীংহল্লি। পৃক্লিংসু ফকচিলহল্লি। তমঃ গুণ চেনবা মীদি আত্মজ্ঞান তানশিনগে নৎত্রগা ধ্যান তৌগে হায়না খক খল্লোই। মসিগী ফীভম অসিদা লৈবা পৃক্লিং অদুদি য়াম্না শোনগনি, পাঙ্গল লৈরোই।

হৌজিক্তি ঐখোয়গী পৃক্লিং অসি মপাম্মোংগী অরঙ-অরাকশিংদা কোয়চৎ চত্তুনা লাকঙম-ফাঙমদনা লৈরে। মসিবু ফাজিনগে হায়দুনা হোৎনবা হায়বা অসিদি নুংশিৎপু ফাগে হায়না হোৎনবগুম্বনি। অদুবু ঐখোয়না পৃক্লিংগী মনাই ওইদ্রবদি পৃক্লিংগী মপু ওইরক্কনি। পৃক্লিংনা হায়বদা ঐখোয়না ইন্দ্রবদি ঐখোয়না হায়বদা পৃক্লিংনা ইল্লকনি। ঐখোয়গী হকচাঙ অসিদি দোলাই অমগুম্বনি, ইন্দ্রিয়শিং অসিনা শাগোলশিংগুম্বনি অদুগা পৃক্লিংনা খূর্জিগুম্বনি। খূর্জিবু চেৎনা পায়রবতদা ঐখোয়গী ফীভম চেৎপা হায়বদু ওইগনি, নৎত্রবদি ইন্দ্রিয়-শগোলশিং অদুনা ঐখোয়বু কোয়চিং-চিংখিনি।

মপাঙ্খোংগী তুং-কোইদবা অরঙ-অরাকশিংগী অপাম্বা লৈরিবমখৈদি ধ্যান তৌবা য়ারোই। ধ্যান তৌরিঙৈদসু তাইবঙগী ওইবা পোৎশিং অদুবু নীংশিংলুরবদি ধ্যান কায়গনি। অতৈ অতোপ্পা করিমতা খল্লুদনা আত্মাতবু খল্লিবা মহাক অদুনা আত্মাগী অশেঙবা মশক অদুবু খঙবা ঙমগনি। অদুদগীদি মহাক্তা ঈশ্বরবু পূক্লিং চপমুংনা নীংবা ঙমগনি। মসিবু ধ্যান কৌই। ধ্যানবু তশেংনমক হেক তৌবা ঙন্নবদি ঐখোয়গী পূক্লিংগী পান্দম ফংবা ঙমগনি। ঐখোয়গী পূক্লিংগী পান্দমদি ঐখোয়গী হৌরকফমসু পস্থুংফমসু ওইরিবা মফম অদুদা য়ৌবদুনি।

ভক্তিনা ঐখোয়গী পূক্লিংবু লেঙদনা থম্বা ঙমহল্লি। ঐখোয়না ঙসিনা অমা পাম্বা হযেংনা অতোপ্পা অমা পাম্বা তৌরবদি ঐখোয়না ধ্যান তৌবা য়ারোই। ধ্যান তৌবা হায়বা অসিদি নীংলিবা ফিদম অদুদা মতম কুইনা অরৎপা লৈতনা পূক্লিংবু থমগদবনি। ঐখোয়না মদুগীদমক্তা মুন্না খনগদবনি, মদুদা পূক্লিং লূপশিনগদবনি অদুগা অরোইবদা ফিদম অদু নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈরোই।

ধ্যান তৌবদা ঐখোয়গী পূক্লিং অসি ইচম-চম্বা পোৎশক অমদা থমগনি হায়না খল্লি। মদুদি অনেম্বা থাক্কী ধ্যান মওঙ অমনি অদুগা মদুগী ফলদি ঙমখৈ অমা নাইগনি। আধ্যাত্মিক্কী ওইবা পোৎশক অমদা পূক্লিং থমগদবনি। ধ্যান-যোগী অমনা আত্মাগী মঙাল-মশেক্তা ঈরং-লংনা ঙাল্লিবা থম্মোয়গী পাৎকী লেঙদবা ঈমায়দা য়েংবা মতমদা অশাৎপা থম্বাল অমা উগনি হায়রি। মদুগী থম্বাল অদুদা অঙৌবা, তগৎ-তগৎ তেকপা অমদি মনম য়াম্না নুংশিবা লৈনা ময়াম অমা পাল্লি হায়রি। ঐখোয়গী থম্মোয়দা ঈশ্বরগী ভক্তি লৈরে হায়বদু থম্বাল অদুনা তাকই। ঈশ্বর ইবুংঙো মহাক্কী লৈফমদি থম্বাল অদুদনি। মদু খ্বাইদগী হেন্না মমল য়াম্বা আধ্যাত্মিক্কী পোৎশক অমনি। জগৎ অসিদা লৈরিবা খ্বাইদগী হেন্না ফজরে ফজরে হায়দুনা লৈরিবা পোৎ মখলশিং অদুদগীসু থম্বাল অসিনা হেন্না ফজবনি হায়না যোগীনা মহাক্কী পূক্লিংদা মওঙ লাকশিল্লি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা থম্বাল অদুবু ঈরং-লংনা অমদি মকা-লাম্না নীংথিনা শাৎহল্লি। মহাক্তা অসুম অসুম থম্বাল অদুদা লেঙদনা য়েংলকপা মতমদা পরমেশ্বর ভগবাননা নুংশিবা, অচুম্বা, জ্ঞান অমদি শক্তিগী মঙাল ফৃদোক্তুনা ফিদমুফম ওইরবা ফজবগী মওঙদা থম্বালগী মথক্তা ফম্বাল লাংদুনা লৈবদু উই। ভক্তবু নুংশিবখক্কীদমক্তা মওঙ অমদি মশক লৈতবা

শ্রীভগবান্না মহাক্কী অচানবা ভক্ত অদুগী পূক্লিংগী মীংতা মহাক্কী থাখলনা শাজবা ইবুংঙো মহাক্কী মওঙ অদু পুথোক্কুনা উহল্লি।

ধ্যান-যোগী অমনা নাইতোম মথন্তা অচীকপা মফমদা লৈরগা ধ্যান তৌগনি। অতৈ করি-করা খল্লুদনা আত্মাতবু খল্লিবা মহাক অদুনা ঈশ্বরদা পূক্লিং লুপশিনবা ঙম্লকই। মসিবু ধ্যান কৌই। ধ্যানবু তশেংনা তৌরবা মতুংদা জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা অমতা ওইরকই।

ঐখোয়না ধ্যান তৌরগা তানগদৌরিবদুদি মায়াগী ঈপাক অসি লাম্ছেক্লগা ঈশ্বরগী নাক্তা য়ৌবা অদুগা মদুদগী তাইবঙ সংসার অসিদা অমুক হন্নক্তবা হায়বা অদুনি। মরম অদুনা ধ্যান-যোগীদি কৈদৌঙৈদসু সংসারগী অপাম্বগী মখা পোল্দে। মহাক্তি ইন্দ্রিয়শিংগী নুংঙাইনীংঙাই ওইবা পোৎশিংগী অপাম্বা পুম্নমক লৈত্রবনি। মহাক্কী পূক্লিংদি মশাগী আত্মাখক্তদা কাইদোংদুনা লৈরগা নুংঙাইজে অমসুং পেঞ্জে। অদুম হায়না ওইরগা মহাক্না সমাধিদা লৈবা ঙম্মী।

অদুবু ঐখোয়গী পূক্লিংনবু শেংদ্রবদি ধর্মগী অকারম কাবা ঙম্লোই। ফজ-ফজরবা অশাংপা লৈশিংগী পাম্বীশিংনা ঐখোয়বু কোয়শিন্দুনা লৈবা য়াই, ঈশ্বরগী ওইবা লাই ময়াম অমা ঐখোয়না লৈরিবা কাগী ফক্লাংদা থেৎপা য়াই, অদুগা মনম নুংশি-নুংশিরবা ধূপশিং থাবা য়াই, অদুবু ঐখোয়গী পূক্লিংনবু শেংদ্রবদি ঐখোয়না কৈদৌঙৈদসু ঈশ্বরগী মরমদা মুন্না খন্থবা ঙম্লোই। শেংদবা পূক্লিংনা ঐখোয়বু মায়াগী লাংদা থুহল্লি অদুগা মরম অদুদগী পূক্লিং অদু ঐখোয়গী পূব্লিগী শার্থীরবা য়েক্লবা অমা ওইরকই। অমরোমদা অমুক অশেঙবা পূক্লিংনা ঐখোয়বু অরানখুভম ফংনবরোমদা লাকহল্লি অদুগা মরম অদুদগী পূক্লিং অদুনা ঐখোয়গী অশেঙবা মরূপ ওইরকই। মরম অদুনা যোগীনা অহানবদা পূক্লিংবু খুদুমচন্নবা কন্না লাক্লে। অহানবদা পূক্লিং শেংদোক্কুনা পূক্লিং লৈতানা লৈনবা হোৎনদনা ধ্যান হেক্তা তৌবা য়াদে। পূক্লিংবু জয় তৌরগা পূক্লিংদা শান্তি মপুংফানা লৈহন্নবা মীশক অদুদি প্রকৃতিগী থাংমদা লৈরবনি। মঙোন্দা তাইবঙ সংসারগী অথাবা অমসুং খুদোংথীবনা অকনবা চৈথেং পীবা ঙমদে। মসিগী ফীভম অসিদা য়ৌরক্লবা মহাক অদুনা ধ্যান যোগদা কাখৎলে হায়বা য়ারে।

ঐখোয়না ধ্যাননচিংবা আধ্যাত্মিক্কী শাজেলশিং শাস্ত্রিঙৈদা ঐখোয়গী

পূক্লিং অসি হান্না মরুওইবা নিয়ম খরগী মনুংদা থমগনি। নিয়মশিং অদুদি মীওোন্দা হিংসা তৌদবা, মীগী পোৎ পান্নুদবা, অচুম্বা চৎপা, মনুং অমসুং মপান অনীমক শেংবা, পেম্বোকপা ওম্বা, ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবা, ধর্মগী লাইরিকশিং নৈনবা, ইশাবু কখোকচবনচিংবনি। মসিনা তাকপদি কল্লক-মিহৌবা, অশাউবা, য়েংথীবা নৎত্রগা তুক্কচবা, মীনুংশি খণ্ডবা, থৌজাল হৈতবনচিংবশিং অসি ঐখোয়গী ৱাখলদা লৈরোইদবনি, ৱাহৈদা ফোঙদোক্লোইদবনি অমসুং থবক্লা উৎলোইদবনি। ঐখোয়না অচুম্বা ঙাঙবদা কিরোইদবনি অদুগা মরুওইনা ঐখোয়গী অশেঙবা ফিদম অদুদা ভক্তি লৈগদবনি। অসিগুম্বা আচার-ব্যবহারনচিংবগী নিয়মশিং অসি থম্মোয়দা লেঙহন্দনা থমদ্রিবফাওবা আধ্যাত্মিক্কী শাজেল তৌবদা থোইনা কান্নবা ফংলোই।

ঐখোয়না শঙলেন অমা শাদ্রিবৈঙেগী মমাঙদা য়ুম্ফম অদু চুম্না অমদি মতীক চানা শেমহৌখিগদবনি। ঐখোয়গী আধ্যাত্মিক্কী শঙলেন শাবা তারবসু অফবা লমচৎকা মরী লৈনবা অফবা গুণশিং অদুনা য়ুম্ফম ওইগদবনি। অফবা গুণশিং অদু হকচাঙগী, পূক্লিংগী অমসুং আত্মাগী শান্তি পুরক্লবগীদমক্তসু য়াম্না মরুওই। আধ্যাত্মিক্কী নিয়মশিংগা চূনদবা করিগুম্বা অমতনা ধ্যান তৌগে হোৎনরকপদা মতেঙ ওইবা য়ারোই।

ঐখোয়না ধ্যান তৌবা মতমদা ফম্মীংবা মওঙ অমদা হেক্তা ফম্বা য়াদে। ঐখোয়না নীংথিনা ফম্লগা ধ্যান তৌদ্রবদি হকচাঙগী খুদোংচাদবা ফীভম অদুনা ধ্যানগী অকারম কারকপদা পূক্লিংবু মখাদা চিংথখিগনি। মরম অদুনা ধ্যান তৌবা মতমদা হকচাঙগী মউ, ঙক অমসুং কোক চপ-তিংনা লৈহনগনি, য়াংলেন শরু অসিনা ফীভম চানা চপ-তিংনা লৈত্রবদি শোর হোনবদসু শিংলিগী ঈচেলদসু অকায়বা লাক্কনি। ঐখোয়না ধ্যান তৌরিঙৈদা হকচাঙ লেঙলবদি ধ্যান কায়গনি।

পূক্লিংনা পামগদবা অশেঙবা মফমদা ধ্যান তৌগনি। ধ্যান তৌবা মতমদা পূক্লিং অমসুং হকচাঙ অনী অসি ফীভম চেৎনা লৈগনি। লৈপাক্তা ফমদুনা কনাগুম্বা অমনা ধ্যান তৌরবসু মহাক্কী হকচাঙ অদুবু মালেমনা চিংশিনগনি, অদুগা মহাক্কী হকচাঙদা অঈং-অশানচিংবা পীরক্কনি। মদুনা ধ্যান তৌবদা অকায়বা খজিক্তা ওইরবসু পীবা য়াই। ধ্যান তৌরিঙৈদা ধ্যান-যোগী অমনা মায়কৈ খুদীংদা

কোয়য়েং-য়েংদুনা মীৎ-নাসু চোয়হল্লোইদবনি অমদি মপাম্ভোংগী ওইবা য়াথলশিং খল্লোইদবনি।

হকচাওগা পূক্লিংগা য়াম্না মরী লৈনৈ। পূক্লিং হায়বা অসি ঐখোয়গী অপৌবা হকচাও অসিগী মনুংদা লৈবা অকূপ্পা হকচাও অমনি। ধ্যান তৌবগা পূক্লিং অমসুং হকচাওগা মরী লৈনবা মরম্না মখোয় অনীগী ফগদবা চীঙ্গাক খল্লগা চাং অমসুং কান্নগদবা য়েংদুনা চীঙ্গাক চাগনি। কা হেন্না ওকতৌনা পওচা-চাশিনবা, অনাবা মীদৌনা ইচা-চাদবা, কুম্বকর্ণদৌনা কা হেনমন্না পওতুমদ-তূম্বা অদুগা তূম্বা য়াদবা মীদৌনা কা হেন্না তুমগন্দ্রবা মীওইনা ধ্যান-যোগী অমা ওইবা য়ারোই।

চাবগী চাংগী মরমদা যোগগী লাইরিকশিংনা অসুম্না হায়, "যোগীনা কৈদৌনুংদসু পূক থন্না চারোইদবনি, চাখাউগী শরূক মরিগী মনুংদা অনীবুনা (মপও ওইবা) চীঙ্গাক্না থলহনগনি, অহুমগুবা শরূক অদুনা ঈশিংগীনি অদুগা মরিগুবা শরূক্তি নুংশিংকী হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌনবা হাংনা থমগনি।" ঐখোয়না য়াম্না হেন্না চাশিল্লবদি মদুবু তুম্নবা লাক্লবদা হকচাওগী শক্তি য়াম্না হেন্না মাওলকই অদুগা পূক্লিং অমসুং হকচাও শোম্ভরকই। মদুগীসু মথক্তা অহিংদা নীংথিনা তূম্বা য়ারোই। ঐখোয়না অহিংদা নীংথিনা তূম্বা য়াদ্রবদি হকচাও ফরক্লোই। নোংমদা অয়ুক-নুংথিল তুমদনা অহিংদা পূং তরূকলোম তুমগদবনি। ওন্না তূম্লিবমখৈ অদুগা ওন্না হৌগৎলিবমখৈ কান্নে। অহিং-নোংয়ায় মতুংদা তূম্বদগী অহিং-নোংয়ায় মমাওদা তূম্বনা হেন্না কান্নে। চাবা অমদি থকপা, তূম্বা অমদি য়াহৌবা, শূবা-নোম্বা অমদি অৱা-পোকথোকপনচিংবদা নিয়ম ওাক্লুনা কনাগুম্বা অমনা ধ্যান তৌরবদি মহয় য়ানগনি।

ধর্ম পূম্নমক্কী যোগগী ফিদমদি পূক্লিংবু অমতা ওইহনবনি, থম্মোয়বু অমতা ওইহনবনি। মদুদা লৈরে ধ্যানগী অথূপ্পা পূম্বা। মসিবু জ্ঞানী খুদীংমক্না খঙই। খ্রাইসনা হায়খি, "... মরম অদুনা নহাক্কী মীৎনা অমতা ওইরল্লবদি নহাক্কী হকচাও পূম্বা মঙালনা থল্লমগনি।"

ঈশ্বরবু নীংবগী খূৎনীং অনী লৈ। ঈশ্বরবু মওও অমসুং গুণশিং লাক্না লাৎপা ওম্বনা চপ চানা অরানখুভম ফংবা য়ারে হায়বদি নত্তে। মদুনা অরানখুভম ফংননবা হোৎনবদা অহানবগী ওইনা মতেও খরগী মখৈদি ওই। ঈশ্বরদি

ইন্দ্রিয়শিংনা লাম্বা ফংদবা, ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙমদবা, মফম খুদীংমক্তো শীঙ্খুংনা লৈবা, বুদ্ধিনা য়ৌবা ঙমদবা অমদি অমাঙ-অতা লৈতবা শকউদবা ইবুংঙো মহাক্তুনি। অরানখুভম ফংনবগীদমক্তদি ঈশ্বরবু মওঙ অমসুং গুণশিংগী ৱাংমদা লৈবনি হায়না ধ্যান তৌবা দরকার ওই।

নির্গুণ উপাসনা অমসুং সগুণ উপাসনা হায়বা লাই-খূৎনীং অনীসিগী মনুংদা নির্গুণ উপাসনা হায়বা লাই-খূৎনীং অদুনা ৱাবা হেল্লি। ফোঙদোক্তনা লৈবা ঈশ্বরবু খঙগে হোৎনরিবা মী মহাক অদুবু জ্ঞান-যোগী হায়না কৌই, অদুগা ফোঙদোক্তুনা লৈবা সাকার ভগবানবু ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌরিবা মীদুবুনা ভক্তি-যোগী হায়না কৌই। জ্ঞান-যোগদা চঙলবা জ্ঞানীনা মহাকসে ঈশ্বরনি হায়না লৌই অদুগা ভক্তি-যোগদা চঙলবা ভক্তনা মহাকসে ঈশ্বরগীনি হায়না লৌই।

সগুণ সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবা মতমদা মওঙ নাইনা লৈরিবা পোৎশক অদুমক্তদা পূক্নিং তৃংদুনা লৈরে হায়বসি থোকহনগদবনি। পোৎশক অদুবু ঈশ্বর ওইহনগদবদি নত্তে, পোৎশক অদুগী মনুংদা ঈশ্বরবু উগদবনি। পোৎশক অদুনা লেপ্পমক ওইরিবা লাইশক অদুনা মনুংদগী মপান ফাওরক্তুনা শক্তম লাক্কনি। ভক্তশিংনা মাঙদা থল্লিবা মূর্তি অদুবু মখোয়গী থম্মোয়দা পুশিল্লক্তুনা লেঙদনা থল্লগা মীৎ উইশিন্দুনা ইবুংঙো মহাকপু নীংই। ভক্তনা সংসারগী ৱাখল থাদোকপগী জ্ঞান লাক্তুনা ইবুংঙো মহাক্কী মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকই। মওঙ অমসুং গুণ লৈবা শ্রীভগবানদা চুম্না অমদি তত্তনা ভক্তি কৎলবা মতুংদা গুণ অমসুং মওঙ লৈতবা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা ধ্যান তৌবা ঙম্লকই। মালেম অসিদা মতম মতমগী ওইনা নির্গুণ অমসুং নিরাকার ওইবা ইবুংঙো মহাক্না মালেমদা কূমথবীরকপা মতমদা সগুণ অমসুং সাকার ওইরৈ। অশেঙবা জ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি মখোয় অনী অসি অমতনি, ঈশ্বর অনী শুদে।

আধ্যাত্মিক্কী শাজেলশিংগী মরুওইবা পান্দর্মদি আত্মাবু নীংতমহনবনি। মদুগী নীংতম্বা হায়বা অদুদি মপূংফাবা মতৌনি, জ্ঞানগী অৱাংপা লৈতবনি, করিগুম্বা অমতগী অৱাংপা লৈতবনি। মদুগী নীংতম্বা অদু খঙগে হায়রবদি ঐখোয়গী থম্মোয়দা ভারিবা হৌখিবা মতমগী ফত্তবা মমিশিংদু লৈহন্দনবা লাক্কগদবনি। থবক খুদীংমক তৌবদা ঐখোয়না মথং মথং চাং নাইনা

তৌথরক্কদবনি। পূক্লিং অমসুং হকচাঙদা ঐখোয়না অকনবা শাফু পীরোইদবনি। মসিনি ঐখোয়না খ্বাইদগী মরুওইনা নীংশিংগদবদি। ঐখোয়না ঙাইঙমদবা তৌরোইদবনি। ঐখোয়না ঙম্বা শক্তিগী মতুংইন্না নোংমগী তপ্পা তপ্পা অমদি খরা খরা হেন্না ধ্যান তৌবা ঙম্নবা লাক্লুরক্কদবনি। অদুদগীদি ওইথোক্লোই হায়না খল্লম্বদু ওইথোক্কনি।

পূল্সি হায়বা অসি মীৎকূপ খরখক্তগীদা নত্তে। হৌথিবা পূল্সি লৈথি, হৌজিক্কী পূল্সিসু লৈরি অদুগা তুংগী পূল্সিসু লাকখিগনি। মরম অদুনা য়াম্না হাথু-হাথুরুবগী দরকার লৈতে। কনাগুম্বা অমনা অফবা থবক অমা তৌবা হৌগৎলুরগা মপূংফাবা ঙমহৌদ্রবসু মহাক হন্দকমুক্কী মপোক্তসু হয়েংমুক্কী মপোক্তসু মাঙবা কৌবা লৈরোই। অফবা তৌবা মীনা অব্বা-অনাগী লম্বেলদা খক চৎলোই অদুগা ফত্তবা পম্বুংদসু খক লাক্লোই। যোগ হৌগৎলুরগা মপূংফাবা ঙমদনা যোগদগী খোঙফম নাম্থোক্লবা মহাক অদুনা শিরগা স্বর্গদা য়ৌই অদুগা মফম অদুদা লৈবা য়াবমখে লৈরুই। মফম অদুদা পুণ্যগী মহয় চাবা লোইবগা লমচৎ ফবা অমদি ঈশ্বরবু লুনা নীংজবা ইমুংদা মহাক্না চঙদুনা অমুক হন্না পোক্লরৈ। মদু নৎত্রগা মহাক্না স্বর্গনচিংবদা কারুদনা শিবগা থীম্বুবা তৌদনা যোগ মপূংফাবা ঙমজনবগীদমক লায়রজরবসু আত্মজ্ঞান ফংলবা যোগীগী ইমুং-মনুংদা পোক্লরৈ। ঈনাকখুনবা ইমুংগুম্বদা পোক্লুরবদি সংসারগী অকে-অমৌ অমদি অরঙ-অরাক্তা চৎখিদুনা অমুক হন্না যোগগী শাজেল তৌখিদবসু য়াই হায়দুনা মহাকপু যোগীগী ইমুংদা পোকহন্দুনা যোগ মপূং ফাহল্লগা মহাক্না ফংবা ঙমখিদবা অরানখুভম অদুবু মপোক্তুদা ফংহল্লি। মসি পূম্নমক মহাক্না তৌখিবা যোগগী মহয় ওইনা ফংজবনি।

করিসু লৈতবা পোৎশিংগী ব্রাখল খনগদবগী শরূক অমসুং ঐখোয়গী পাঙ্গল-শক্তিবু সংসারগী অপীকপা পান্দমশিং ফংনবদা শীজিন্নগদবগী শরূক ঐখোয়না ঐখোয়গী পূক্লিং অসি ধ্যানগী অকারম কানবরোমদা পুশিল্লক্কদবনি। অওনবা লৈতবা, ঙমখে লৈতবা নৎত্রগা অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতবা অদুদা ধ্যানগী অচেৎপা য়ুম্ফম অদু ফংবা ঙমগনি। মদুগীদমক্তা প্রার্থনা তৌগদবনি। মদুগীদমক্তা ঈশ্বরদা হায়জগদবনি। অদুবু ঈশ্বরদা হায়জগদবদু খঙদ্রবদি করিসু কান্নদে।

অশাম্বনা অসুম অসুম হেনগৎলক্লিবমখৈ থাজবসু হম্বরকই। ঈনাকখুনবা নুপা অমগী মচানুপী লৈশাবী অমখক লৈরম্মী। লৈশাবী অদুগী মনাতোল অদু য়াম্না নল্লম্মী অদুগা পীকসু পীক্লম্মী। পাখঙ ময়াম্না লৈশাবী অদুবু লৌগে হায়দুনা য়েংবা লাকখি অদুগা মখোয় খুদীংমক্না লৈশাবী অদুবু য়েংলম-য়েংলম্লগা, মরল-মথুম ময়াম অমা লৈজরবসু, পামদদুনা চৎনখি। মতম অদুদদি প্লাস্টিক সর্জরি তৌবা ঙম্বা মীসু লৈরমখিদে। মপা অদুনা নীংবকায়রবদা থোক্লবা অমা হেক্তা তৌরগে হায়দুনা শেম-শাখি।

মহাক্কী মচানুপী অদুবু লৌবীগদবা নুপা অদুদা পৈশা মরাং-কায়না পীগনি হায়না মহাক্না লৈবাক মীয়াম খঙননবা লাউথোক্লম্মী। মহাক্না মওঙ অমদবু ওইরে অমদবু ওইরে মহাক্কী মচানুপীবু লৌবীগদবা বর অমা ফংনবা লাক্লখি অদুগা ফংখি। লুহোংবা অদু য়াম্না নীংথিনা পাঙথোকখি। লুহোংলবা মতুংদা মতৈ-মনাও অনী অদুনা লাইশঙ ময়াম অমদা লাই খুরুম্বা চৎলম্মী, তীর্থযাত্রা কয়া তৌরম্মী অদুগা অশেঙবা তুরেলশিংদসু ঈরুপ্লম্মী। মখোয়না ঋষি অমা থেংনখি। ঋষি অদুনা মখোয় অনীদা হায়রকখি, “নাতোল অদুবু শেম্বীরকখিবা ইবুংঙো মহাক অদুখক্তনা নাতোল অদুবু মহৌশাগী ওইনবা মওঙদা ওইহনবা ঙমগনি।” মখোয়গী মরল-মথুম ময়াম অমা লৈজরবসু মখোয়না নুংঙাইবা ফংবা শুকঙম-ঙল্লমখিদে। নুপী অদুনা মহাকপু মী অতোপ্পনা য়েংলগা করেম্নবোই খল্লম্মী। মী-পোং তাদবা চীংদা চৎলগা থা অমমুক চীক্লা লৈরুসি হায়না মহাক্কী মপুরোইবদা হায়জরম্মী। মপুরোইবনা য়াবীরম্মী। মখোয় অনীনা মী-পোং তাদবা চীং অমদা চৎলম্মী।

নুপী অদুনা মহাক্কী মনাতোল অদুবু মওঙ তাবা নাতোল অমা ওইহন্নীংলম্মী, মরম অদুনা মহাক্না থৱায় ফূক্না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরম্মী। মরাইবক ফবদগী নুপী অদুগী মমাঙদা শ্রীভগবাননা থোরক্তুনা মঙোন্দা হংলকখি, “নহাকপু করি পাম্বগেনে?” নুপী অদুনা নোল্লুক্না হায়জরকখি, “ঐঙোন্দা অচৌবা নাতোল অমা পীনবীয়ু।” মহাক্না পাল্লিবা অচৌবা নাতোল অদু ফংজরো হায়না শ্রীভগবাননা নুপী অদুদা বর পীবিরম্মী। শ্রীভগবাননা হেক মাঙখিবগা নুপী অদুনা মহাক্কী মমায় অদু মিংশেলদা য়েংলম্মী। মহাক্না মহাক্কী অচৌবা নাতোল অদু হেক উবদা মহাক্কী হান্নগী নাতোল অদুদগী হন্দক্কী নাতোল অচৌবা অদুনা হেন্নমুক

থীরম্মী। মহাক্লা অমুক হন্না শ্রীভগবান্দা হেন্না থব্বায় ফ্রক্লা প্রার্থনা তৌজরকখি। শ্রীভগবাননা অমুক থোরক্লুনা নুপী অদুদা করিমুক পাম্বগে হায়না হংলকখি। মহাক্লা মহাক্কী অচৌবা নাতোল অদু পামজদে, মদুবু মহাক্কী মমায়দা পানগদবগী শরুকপুদি নাতোল য়াওদবনা হেন্না ফৈ হায়না হায়রম্মী। মহাক্লা পান্নিবদুমক ফংজরো হায়না শ্রীভগবাননা নুপী অদুদা বর পীখি। খূদক্তা নুপী অদুগী মনাতোল য়াওখিদ্রে।

ঐখোয়না ঈশ্বরগা ব্রা-ঙাওনবগী তাঞ্জা ফংলবসু নৎত্রগা ঈশ্বরদা হায়জবা তারবসু ঐখোয়না ঈশ্বরদা করি হায়জগদগে হায়বা খঙদ্রবদি কান্নদে। অদু ওইরবদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা করি হায়জগদবনো? লন-থুমগীদমক হায়জগদ্রা? মিংচৎ নৎত্রগা শক্তিগীদমক হায়জগদ্রা? অতোপ্পা অপাম্বা অমদি লৈত্রব্রা? তুং-কোইনা লৈগদবা অমদি পূন্সিগী লম্বীদা মঙাল পীবিগদবা অদুগীদমক্তদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা হায়জরোইদ্রা? ঐখোয়না অমম্বদা চৎপা পামগদ্রা নৎত্রগা ঈশ্বরগী মঙালদা চৎপা পামগদ্রা? ঐখোয়না হকচাঙগী থৌইনশিনগী মতুংইন্না চৎপা পামগদ্রা নৎত্রগা আত্মাগী মঙালদা শান্তি ওইনা লৈবা পামগদ্রা? মসিগী ব্রাহংশিং অসিদি মীওইবগী থম্মোয়গা মরী লৈনৈ অদুগা ব্রাহংশিং অদুগী পাউখুমসু থম্মোয়নুংদগী লাক্কদবনি, অতৈ অতোপ্পদগী লাক্কদবা নত্তে।

ঐখোয়না আত্মাগীদমক্তা পূক্লিং চপ য়ুংনা নীংগদবনি অদুগা ঐখোয়গী পূক্লিংগা আত্মাগা মরী থম্নদ্রিবফাওবা নীংবা তোকপা য়াদে। মরম অদুনা ঐখোয়না থম্মোয়নুংদা চঙশিনসি অদুগা অমুক হেন্না থম্মোয়গী মনুংদ-মনুং ওইবদা চঙশিন্দুনা আত্মাবু ফংনবা থিসি। মদুবু ফংলবদি ঐখোয়গী অব্রাৎপা করিমতা লৈররোই। মদুদি ঈরং-লংনা ঙাল্লবা মঙালগুম্বনি। মদুবু ঐখোয়গী ফত্তবা ব্রাখলশিংগী পর্দানা খুমজিনগ্রবসু পর্দা অদু হাংদোকপগী শক্তি অদু ঐখোয়দা লৈ।

ধ্যানগী পূন্সি হায়বা অসিদি মীওইবা জাতিগা মরী লৈনরোই হন্নবা লৈতে, মীওইবা জাতিগী য়াইফনবসু তৌগদবনি। ঐখোয়গী নুং-গী পূন্সিগা পানগী পূন্সিগা য়ানদ্রবদি ঐখোয় তৌশিন্নবা ওইগনি। ঐখোয়না তৌরিবা খূদীংমক ঈশ্বরগী খূদোল ওইহন্নবা অহেনবা শক্তি, অহেনবা গুণ অমসুং হেন্না শেংবা মীৎয়েং পীবিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌগদবনি। মীনুংশি খঙবগী পূকচেল অমসুং নুংশিবগী ব্রাখল

মাঙহল্লোইদবনি। ঐখোয়গী অপীকপা ব্লাখলশিং থাদোক্লুনা জগৎ অসিগী মিহুল খঙনবা লাক্লগদবনি অদুগা জগৎকী থম্মোয়দা ঐখোয়গী থম্মোয় অসি তিলহনখিগদবনি।

ইশাগী অনীংবনা লমজিংলিবা ঐখোয়দি কৈদৌঙৈদসু নুংঙাইবা নৎত্রগা শান্তি ফংবা ঙম্লোই। শান্তি ফংদ্রবদি পোত্থাফম খঙলোই। অদুবু ঈশ্বরগী অনীংবগী মখা পোন্না চৎলবদি ঐখোয়না নুংঙাইগনি অমসুং শান্তি ফংগনি। ধ্যান নীংথিনা তৌরিবা মহাক অদুদি মপূংফানা নুংঙাইগনি অদুগা শান্তিসু ফংগনি।

ঐখোয়দা শাউহল্লকপা নৎত্রগা ফত্তবা তৌরকপা মী অমবু ঐখোয়গী পূক্লিংদা তোয়না উগনি অদুগা ঐখোয়দা আধ্যাত্মিকী ওইবা পাউতাকশিং পীবিবা মহাক অদুবুদি তোয়না নীংশিংলোই। মসি পূক্লিংগী মরাল নত্তে। ঐখোয়না পূক্লিংবু তম্বীদবগী ব্লানি। ঐখোয়না পূক্লিংবু তম্বীরবদি পূক্লিংনা ঐখোয়বু মাঙনবা তৌরক্লোই। মরম অদুনা পূক্লিংবু তম্বীবা ঙম্লবা মহাক অদুগীদমক্তদি পূক্লিংনা মরূপলক্তগী খ্বাইদগী ফবা মরূপ ওইগনি।

ধর্মগী অকারম ফংনবগীদমক্তা অতোপ্পা তোঙানবা পূক্লিং অমা দরকার ওইদে। ঐখোয় ঐখোয়গী পূক্লিং অদুমক্লনি ঐখোয়বু মায়াগী লাংদা থুহল্লিবা নৎত্রগা অরানখুভম ফংহল্লিবা। পূক্লিং অদুমক্লনি ঐখোয়বু নুংঙাইহল্লিবা অমসুং ব্লাহল্লিবা। খেন্নরিবা মতৌ অদুদি ঐখোয়না পূক্লিংবু তম্বীবা নৎত্রগা তম্বীদবদা লৈরে।

ধর্মগী পুরোহিৎ নৎত্রগা মিনিষ্টর অমতনা, ধর্মগী মওঙ অমতনা অমসুং ধর্মগী লাইরিক অমতনা ধ্যানগী থোঙ হাংদোকপা ঙম্লোই। ঐখোয় ইশা ইশামক্লা হোৎনগদবনি; অদুবু ঐখোয়বু লমজিংবীনবা ঈশ্বরগী খৃত্তি দরকার ওই। ইবুংঙো মহাক্কী লমজিং নৎত্রগা থৌজাল য়াওদনা ঐখোয়গী খোঙথাং অদু তুরোই-ঙাম্লোই তৌগনি অদুগা ঐখোয়গী পূক্লিংসু অদুম মোৎখিগনি।

ঐখোয়না করম্না ধ্যান তৌবা য়াই। ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ইপানি অমসুং ইমানি। ইবুংঙো মঙোন্দগীনি ঐখোয়না লাক্লিবসি। ইবুংঙো মঙোন্দগী ঐখোয়গা হেন্না নক্লবা কনা অমতা লৈতে। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মনাক তান্না চৎপদা ঐখোয়না চিংনফম খোক্তে। ইবুংঙো মহাক্কী লৈবাক্তা চঙবা ঙম্লবদি ঐখোয়

য়াইফরবনি। অপীকপা অঙাং অমনা মমাগী মনাক্তা চৎপা পাম্বগুম ঐখোয়না ঈশ্বরগী মনাক্তা চৎপা পামগদবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরদগী লাপথোক্লবা লাক্লরোইদবনি।

ঈশ্বরনা ঐখোয়দা পূক্লিং অনী পীরক্তে, থম্মোয় অনী পীরক্তে। ঐখোয়গী অপাম্বা ময়াম্না নৎত্রগা ইশাগী ওইজবা থিবনা ঐখোয়গী পূক্লিং অমসুং থম্মোয়বু মচেং মচেং কয়া থোক্লা থুগায়। ঐখোয়না মসিগী ফীভম অসিদা লৈরিবমখৈ ঐখোয়গী মীৎয়েং অসি মফাং-মফাংগনি, শেংলোই, লৈচিন থাংগনি। পূকচেল পীকপা মীশিংনা অথূবা মীৎয়েংদা য়েংই অদুগা ঈরায়-লায়না হেক্তা শাউগল্লি, অদুবু মহাক্কী পূক্লিং অমসুং থম্মোয় অদুনা জগৎকী পূক্লিং অমসুং থম্মোয়গী শরূক অমা ওইহ্নবদি মহাক ঙাইঙমদবা তৌররোই, শাউররোই অমসুং নুংশি খঙদবা ওইররোই।

ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সি অসি অমম্বা অমসুং পোৎলূম্না পীক থল্লি হায়না লৌই। মদুদি করি মরমদগীনো? ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা ঈশ্বরগী মঙাল পুশিল্লক্তবদগীনি। অচুম্ববু খঙবা মীশিংনা ঈশ্বববু থম্মোয়নুংদা ফংই। মফম অদুদা নুমিৎনা ঙান্দে, থানা ঙান্দে, থরাম্মিচাকশিংনা ঙান্দে। ঈশ্বরনা মঙাল পীরবা মতুংদা মখোয় পূম্নমক অদুদি ঙানবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মঙালনা পূম্নমক অসিবু ঙালহনবনি। ঐখোয়গী পাঙ্গল পূম্বা ইবুংঙো মহাক্কী মখাপোনবনি। নুমিৎফা ওবনা ইবুংঙোদগী মঙাল লৌই। ঐখোয়গীদি ঙমখৈ-নাইদবা ইবুংঙো মহাক্কী শরূক অমনি হায়না লৌবা, মদুদা থাজবা অমসুং ঐখোয়গী থম্মোয় অসি মদুদা পুন্সিনবনা অথোইবা জ্ঞান ওইগনি। মদুগী জ্ঞান অদুবু য়াকাইহল্লগা তাইবঙ সংসারগী অমম্বা মতৌ অসিবু মাঙহনখিগদবনি অদুগা অরানখুভমগী লম্বীদা চৎকদবনি।

পূক্লিংবু আত্মাদা পুশিল্লক্লনা ঈংহল্লবা, অপাম-ঈখৌবু তপথহনখ্রবা অদুগা হিংনা হিংনা ঈশ্বরগা অমতা ওইরক্লবা ধ্যান-যোগী অমগীদমক্তদি মহাক্কী হান্না লঙশিনখিবা পাপ পূম্নমক কোক্লে অদুগা মহাক্লা আত্মাবু দর্শণ ফংজদুনা ঈশ্বরগা অমতা ওইবগী চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবা অদু ফংজে। ফীভম অসিদা য়ৌথ্রবা মহাক্লা জীব খুদীংমক্তা মহাক্কী আত্মানা লৈবা অদুগা মহাক্কী আত্মাদা জীব পূম্নমক্লা লৈবদু উবা ঙম্লকই। মহাক্লা আত্মাসি ঈশ্বরগা অমতনি হায়না মথম্মোয়দা ফাওরকই। মসিনি পূক্লিং লূপশিনবা অমসুং ধ্যান তৌবগী মহয়।

# শান্তি ফংনবরোমদা

ঐখোয় মীওইবনি, মীওইবা জাতিদা চনবনি। ঐখোয় শাহিং চাবা জীব নত্তে, অদুবু ঐখোয়না ঐখোয়বু মীওইবনি হায়না খন্দে, শাগী লমচৎ-শাজৎ চৎলি। মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমদে। ঐখোয়না অতোপ্পা মীগী অৱাবা অমসুং খুদোংথীববু ঐখোয় ইশামক্কীনি হায়না খনগদবনি। ঐখোয় পূম্নমক অসি আত্মা অমখক্তগী শাবানবশিংনি হায়বসিদা অচেৎপা থাজবা থমগদবনি। ঐখোয়না অফবনা করিনো ফত্তবনা করিনো হায়বা নীংথিনা খঙগদবনি, অদুগা অফবনা লৌশিল্লগা ফত্তবনা হন্দোকখিগদবনি। মীওইবগী সমাজ অসিদা শান্তি ওইনা লৈগে হায়রবদি হন্দোক্কদবা ফত্তবমখৈ হন্দোকখিসি অদুগা অফবমখৈ লৌশিনসি।

কনাগুম্বা অমনা ঐখোয়দা ফত্তবা নংত্রগা অরানবা অমা তৌরকপদা ঐখোয়না করিমতা নাচুংদনা অদুম লৈরগা মহাকপু ঙাকপীরবদি মহাক মশানা অদুম ঈকাইজরক্কনি। মহাক্কী নুংগুম্বা থম্মোয় অদুসু পেংখরক্কনি। খংন-চৈনবা হায়বা অসিদা পার্টি অনী চঙই, পার্টি অমখক্তনা য়াদে। ঐখোয় মীয়াম্না তৌনরিবা অসিদি কনাগুম্বা অমনা চৈরকপদা মহাকপু খূবাক্না হেক্তা থাই। খূবাক্না অমুক্তং থারকপদা খূবাক্না অনীরক থাদুনা পাউখুম পীনৈ। খূবাক্না থানরম্বদগী খোঙনসু কাওনরকপা য়াওনৈ। খোঙনা কাওনরম্বদগী নোংমৈনা কাপ্পরকপফাওবা য়াওনৈ। অদুম্না তৌনবদগী পাপকী থবক অদু অসুম অসুম চাউখোরক্তুনা শান্তি লৈরক্তে। মরম অদুনা শান্তি পুরক্কে হায়রবদি ঐখোয় পূম্নমক্না অমনা অমগী মরাল ঙাক্লগদবনি। ঙাকপীবা অমসুং কাউখোকপা তমগদবনি।

শাউবা ফত্তে। শাউরুবগী কান্নবা করিমতা লৈতে। নোংমা গৌতম বুদ্ধনা

য়াম্না চীক্না মথন্তা মফম অমদা ফন্নম্মী। অদুবু মমৈথংদদি মী খরা লাক্লগা মহাক্কী অকোয়বদা তিল্লখি। মখোয়গী মরক্তগী বুদ্ধগী পাউতাকশিংবু তানীংদবা মী অমনা ফূক হৌগৎলক্লগা লূদবা ব্রাহৈ-ব্রাতা কয়া অমা শীজিন্নদুনা বুদ্ধবু য়াম্না থীনা চৈবকখি। বুদ্ধনা করিমতা শাউদবমখৈ নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম ফন্নগা (ফীভম করিমতা ক[illegible]মখৈ) মাগী ব্রাশিং অদু তারম্মী। শাউনা ব্রা ঙাঙমনবদগী নুপা অদুগী মচীন [illegible]ঙ্গোন কারম্মী অদুগা লৈয়েংসু য়াম্না ফাইরকখি। অদুবু বুদ্ধদেবদি মহৌশাগী [illegible]ঈশা ওইনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা অদুম লৈরম্মী। মমৈথংদদি বুদ্ধদেবনা [illegible]পা অদুদা হংলকখি, "ইয়াম্বা! ব্রা ঙাঙবা লৌইবীরব্রা?" নুপা অদুনা য়াম্না শাউনা হায়রকখি, "নহাক অসিদি ঈকাইবা খঙদবা মীনি। হে মায়থাবা! ঐনা নহাকপু অসুক য়াম্না থীনা চৈরবফাওবদা নহাক্তি করিমতা নাচুংবীদে। নহাকসে মায় পান্দবা মীনি, নহাকসে উতূপ অমনি।"

বুদ্ধদেবনা মোমোন-মোমোন নোক্লগা নুপা অদুদা হংলকখি, "ইয়াম্বা! ঐহাক্না ব্রাহং অমতা হংজগে। মী অমনা অতোপ্পা কনাগুম্বা মী অমদা খূদোলপোৎ অমা পীবা মতমদা অতোপ্পা মী অদুনা খূদোলপোৎ অদু লৌবীদ্রবদি মদু কনাগী মখূত্তা লৈগনি?" নুপা অদুনা য়াম্না থুনা হেক্তা খুন্নকখি, "মদুদি খুদোলপোৎ পীরিবা মী অদুগী মখূত্তা অদুম লৈবা তাবনি।" অদুদগীদি বুদ্ধদেবনা অসুম্না হায়রকখি, "য়াম্না ফরে, অদুদি ইয়াম্বা! নহাক্না ঐঙোন্দা চৈবদা ঐহাক্না করিমতা লৌথিদ্রবনিনা (নাচুংবীথিদ্রবনিনা) নহাক্না চৈথিবা ব্রাহৈশিংগী খূদোলপোৎ অদু নঙোন্দা অদুম হঞ্জিল্লো।" মসিনি শান্তি পুরক্লবগী মায়কৈরোমদা লাক্লিবসি।

ঐখোয়না ধর্ম অমখক্তবু ঈকাইখুম্নগদবা নত্তে। মশাগী ধর্মতমক মউবা হায়বা অসি ফত্তে। তোঙান-তোঙানবা ধর্মশিংগী ভক্তশিংনা অমগা অমগা নুংশিননা লৈমিন্নবা দরকার ওই। ঐখোয়না ধর্ম ময়াম অমগী মনুংদা লৈরিবা অমতা ওইবা মতা অদুবু উগদবনি। মীওইবা পূম্নমক্কী আত্মা অমখক্তা ওইবগুম ধর্ম পূম্নমক্কী আত্মাসু অমতনি। জ্ঞানীশিংনা ধর্ম পূম্নমক্কী মনুংদা লৈরিবা অমতা ওইবা মতা অদুবু উবা ঙম্মী। ধর্ম অমনা ধর্ম অমবু তাথীনা তৌবা হায়বা অসি ধর্মগী ওম্ন-তৈনবনি। ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী মচাশিংনি। ঐখোয় নুংশিনগদবনি। ঐখোয় পূম্নমক্তা আত্মা অমখক্তনা লৈ হায়বা ব্রাখল অদুবু য়োকখৎলবদি ঐখোয়না

পূম্নমকপু নুংশিবা ঙমগনি। ঐখোয়না পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্নবদি ঈশ্বরবু নুংশিরবনি। মসিগী ফীভম অসিদা লাক্লবদি মালেম অসিদা শান্তি লৈরে হায়বা য়ারে।

মালেমদা শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা ধর্মগী অখৃবা মীৎয়েং থাদোক্লগদবনি। মালেম অসিদা ধর্ম ময়াম অমা লৈজরবসু ঈশ্বরদি অমতনি। ধর্ম হায়বদি নুংশিবা হায়বনি। নুংশিবা হায়বদি শান্তি হায়বনি। শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈগনি। ধর্মগা শান্তিগা চৎমিন্নগদবনি। ধর্ম লৈত্রবদি শান্তি লৈরোই, শান্তি লৈত্রবদি ধর্ম লৈরোই। ধর্মগী মিংদা শাউনবা, য়েৎনবা, খৎনবা, লাল তৌনবনচিংবা অসি ধর্ম নত্তে, অধর্মনি। ধর্ম পূম্নমক্কী পম্বুং অমতনি। ধর্ম পূম্নমক্তা তান্নরিবসি ঈশ্বরবুনি, ঈশ্বর ফংলগা লোইরে। ঈশ্বর অনী শুদে। ঈশ্বর ফংনবগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা লম্বী চৎনবগী রাদনি। ধর্ম পূম্নমকপু ঈকাইখুম্নবনা মালেমদা শান্তি পুরকপদা মতেং য়াম্না ওইগনি।

শান্তি হায়বা অসিদি পূক্নিংগী লেঙদবা মতৌ অদুনি। মদুদি মীওইবগী অশেঙবা লৈতেং অমনি অদুগা মদুগী লৈফম্না মশার্গী ওইজবা থিদ্রবা মী অদুগী থম্মোয়নুংদনি। শান্তিগী অশেঙবা লৈতেং অদু য়াওদ্রবা মী মহাক অদুদি পোত্থাফম খঙলোই।

জগৎ অসি সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অদুনা শেম্লনি, লৈহনবনি অমসুং মাঙহনগদবনি। গুণ অহুম অসিনা মায়া সংসার অসিগী মরমনি। গুণশিং অসিনা চৈথেং পীবগী মীওইবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা শান্তিগী মণি অদুবু মাঙহল্লি। গুণশিং অসিনা মীওইববু পুল্লি। মীওইবনা গুণশিং অসিগা শম্নদুনা লৈরিবমখৈদি সংসার ঈপাক্তগী লাম্থোক্তুনা ঈশ্বরগী নাক্তা চৎপা ঙম্লোই। ঈশ্বরদি গুণশিংগী রাংমদা লৈবনি। মরম অদুনা ঈশ্বরগী খূযাদা চঙজদুনা শান্তি ওইনা লৈজবা পামজবা মীওইশিংনা গুণশিং অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্নবা লাক্লগনি। হকচাঙবু ওইরক্লবগী মরম ওইবিবা গুণ অহুম অসিদগী কনাগুম্বা অমনা হেক নাম্থোকপা ঙম্নবদি মহাক্তা পোকপা, অহল ওইশিল্লকপা, শিবা অমসুং মখোয়শিং অসিদগী পোক্লকপা অরা-অনাশিংদুদগী নাম্থোক্তুনা অরানখুভম ফংবা ঙম্মী।

মীওইবদা অফবা অমসুং ফত্তবা গুণশিং লৈ। ফত্তবা সঙ্গনা মীওইবগী থম্মোয়গী কাচিনফাওনা চঙশিন্দুনা থবক তৌই অদুগা মীওইবগী ঈশ্বরগী ওইবা

অফবা গুণশিংবু হাত্তোকই। ফত্তবা মীশিংগী ব্রাহৈশিংদি থুমই, অদুবু মহাক্কী পূক্লিং অদুদদি হূনা থন্না লৈ। ফত্তবা মীদি অফবা মীগী ওন্ন-তৈনবনি। ব্রাখল, ব্রাহৈ অমসুং থবকপু অফবা খল অমদা মান্ননা থম্বা ঙম্বা মহাক অদু অফবা মীনি। অদুগা ফত্তবা মীশিং তিন্নবা ঙাক্তনসু ফত্তবা সঙ্গ তৌবনি হায়বা য়াদে। ঐখোয়না অপাম্বা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংববু ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা মহুম শাহল্লবদি মদুসু ফত্তবা সঙ্গ তৌবনি হায়না লৌগনি। মখোয় অদু মীওইবগী শাথীরবা য়েক্লবশিংনি। মখোয়না ঐখোয়গী শান্তি থুগায়। ফত্তবা সঙ্গনা থম্মোয়বু নাহল্লি অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা পাপশিং চোংথোরকই। মৈতালনা মৈগা সঙ্গ তৌবদগী মৈতালগী অমুবা মচু অদু মাঙখি। অদুমহায়না কনাগুম্বা অমনা ব্রহ্মবু খঙলবদি ব্রহ্ম ওইরকই। সঙ্গননি ঐখোয়বু অফবা মীশিং ওইহল্লিবা নৎত্রগা ফত্তবা মীশিং ওইহল্লিবা। That is why Eintein said, "Tell me your company and I shall tell you what you are."

হকচাঙগী পাঙ্গলদবু য়েংলে নৎত্রগা বুদ্ধিগী পাঙ্গলদবু য়েংলে কর্ণগী অব্রাৎপা করিমতা লৈখিদে, অদুবু ফত্তবা দুর্য্যোধনগা সঙ্গ তৌরুবদগী মহাকপু মাঙহনখি অমসুং ঈশ্বরগী থৌজালদগী য়াম্না লাপ্পা থমখি। ঈশ্বরগী থৌজালখক্তনা পাম্বৈ ওইরগা ঐখোয়না মায়পাকপা ঙমগদবনি অদুগা শান্তি ফংগদবনি। অফবা সঙ্গ অমসুং ফত্তবা সঙ্গগী ব্রারী অমা লৈঃ

মমাঙঙৈদা শাদানবা নুপা অমনা ফজপ্রবা তেনব্রা অনীখক ফারম্মী। মহাক্না তেনব্রা অমদি শা হাৎলগা য়োনবা নুপা অমদা য়োল্লম্মী, অদুগা অতোপ্পা তেনব্রা অদুবুনা শ্রীহরিবু নীংজবা হরিদাস অমদা য়োল্লম্মী। থা তরূক্কী মতুংদা শাদানবা নুপা অদুনা অসুম চখোল্লকখিবদা শা হাৎলগা য়োনবা নুপা অদুগী দুকান মচা অদু উরম্মী। মহাক্না য়োনখিবা তেনব্রা অদুবু নীংশিংলক্তুনা শা-দুকান অদুগী মনুংদা চঙশিল্লম্মী, অদুগা ইনক হেক নক্লুনা লৈরমখিবা তেনব্রা অদুনা অয়াকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা "ফারো, হাৎলো, মতূপ-মতূপ কক্লো, মচেৎ মচেৎ লৌরো" হায়না হায়রকপা তারম্মী। শাদানবা নুপা অদুনা তেনব্রা অদুগী ব্রাহৈশিং অদুগী মরমদা খল্ল-খল্লগা শা-দুকান অদু থাদোক্লকখি। অদুদগীদি মহাক্না অতোপ্পা তেনব্রা অদুগী মরমদসু য়াম্না খঙনীংবা অমা পোক্লম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী

তেনব্বাবু লৈখিবা হরিদাসকী লৈফমদা চৎলম্মী। শারংদা লৈরিবা মঙোন্দগী লৈখিবা অতোপ্পা তেনব্বা অদুনা য়াম্না নুংঙাইনা মশাশিং খপ্লম্মী অদুগা হায়রকখি, "লেঙশিনবীরকউ।" মহাক্না 'হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে! হরে রাম, হরে রাম, রাম রাম, হরে হরে!" হায়দুনা হরিনাম শোল্লকখি। শাদানবা নুপা অদুনা তেনব্বা অদু উবদা অমদি মাগী খোইথুম্লরবা ব্রাহৈশিং অদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

মহাক্না ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা তেনব্বা অনী অদুনা হায়খিবা ব্রাহৈশিং অদুগী খোম্থোক্তা, মওঙ-মতাদা অমদি ব্রা-মচংদা পূমখেন খেন্নবা মতৌ অদুবু খুম্থরুবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। তেনব্বা অমগী ব্রাহৈশিং অদুনা শাথীনা কাহেনবা, য়ৌনা নুংশিহৈতেবা অমদি য়ানীংদবা ঙাক্তা ওইরম্মী। অদুগা অতোপ্পা তেনব্বা অদুগী ব্রাহৈশিং অদুদি খোইথুম্লরবা, অচুম্বা অমদি পূক্নিং শুম্মাংনীংঙাই ওইবা ঙাক্তা ওইরম্মী। লৈফম অমদি সঙ্গনা খেন্নবা পূম্নমক অসি ওইহনখিবনি।

মীওইবগী থোইদোকপা মগুণদি শান্তিনি। শান্তি হায়বসি করিনো? করম্বা মতমদা মীওইবগী থম্মোয়দা শান্তি লৈরক্কনি? সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা গুণ অহুম অদুবু জয় তৌরবতদা শান্তি লাক্কনি। ঐখোয়না গুণশিং অসিগা শম্নদুনা লৈরিবমখৈদি পূক্নিংবু জয় তৌবা ঙম্লোই। গুণশিংবু জয় তৌনবগীদমক্তা ঐখোয়না তমঃদগী রজঃগী থাক্তা অদুগা রজঃদগী সত্ত্বগী থাক্তা কাখৎলগা সত্ত্বনা সত্ত্ববু মায়থীবা পীহনগদবনি। মদুগীদমক্তা বৈরাগবু য়োকখৎকদবনি। বৈরাগনা অকিবা পোকহল্লোই, শান্তি পীগনি। রাগনা নারবা মী অদুনতা কিগনি, বৈরাগবু য়োকখৎচববা মহাক অদুগী মফমদদি অকিবা লৈরোই, শান্তি লৈগনি। রাগবু য়োকখৎলবদি রোগ (লায়না) পোক্লক্কনি। 'অপাম্বা' অমসুং 'অশাউবা' হায়বা অনী অসিসু হৌরকপদা নমথহৌদ্রবদি মমৈথংদা য়াম্না চাউখৎলক্কনি। মরম অদুনা ফত্তবা পাম্বীশিং অদু পীক্নিকৈঙদা মাঙহনখিগদবনি, চাউরক্লবদি মাঙহনবা ব্রানা থোক্কনি। শান্তি ফংনবগীদমক্তা 'অপাম্বা' অমসুং 'অশাউবা' অনী অসিগী ঈথকশিং কাহল্লোইদবনি। মখোয় অনী অসি শান্তিগী শাথীরবা য়েক্লবশিংনি।

অচুম্বা শিক্ষানা পূক্নিংবু তম্বীগদবনি। পূক্নিংবু খুদুমচন্দ্রবদি পুন্সি অসি খুদোংথীনঙাইনি। পূক্নিংনা শেংদ্রবদি ঈশ্বরগী পূজা নংত্রগা আধ্যাত্মিক্কী শাজেল

তৌরুবগী করি কান্নগনি? মহূ পানবা লিলশিং লৈবা কাদা ঐখোয়না শান্তি ওইনা লৈবা ঙম্লোই, লিলশিং অদু ফাদোকপা তাই নৎত্রগা হাত্তোকপা তাই। মদু নৎত্রিবমখৈদি শান্তি লৈরোই।

মীওইবা হায়বা অসি পৃক্লিংনা শেমই অদুগা পৃক্লিং হায়বা অসিদা ৱাখলশিংনা লৈ। ৱাখলশিং অসি পৃক্লিংদগী হৌরকই। পৃক্লিংবু জয় তৌবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়না শান্তি ফংনা ঙম্লোই। লমহেনবা পৃক্লিংননি ঐখোয়বু মথক-মখা ওলহল্লিবা! পৃক্লিংবু লাকশিন্দুনা থম্লগা তপথহনবা ঙম্লবদি শান্তি ফংগনি। মরম অদুনা পৃক্লিংনা ঐখোয়দা শান্তি নৎত্রগা অশান্তি পী।

পৃক্লিংবু শেংদোক্কে হায়রবদি পৃক্লিংবু শেংদোক্লবগী থবক অদু ঐখোয় ইশা ইশানা তৌজগদবনি, অতোপ্পা কনামতনা ঐখোয়গীদমক্তা তৌবীবা ঙম্লোই। পৃক্লিংনা থেংনদবা য়াদ্রবশিং অদু শোয়দনা থেংনরগদবনি হায়বসি য়াগদবনি। বুদ্ধদেবনা হায়বীরম্মী, "ঐখোয় নোংমদি অহল ওইরক্কনি, লায়না অমা নৎত্রগা অমনা নারক্কনি, শিগনি, ঐখোয়গীনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমক অসি তুং-কোইদবনি, অদুগা ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি, অফববু ওইরো ফত্তববু ওইরো, ঐখোয়না তৌখিবা কর্মগী ফলনি। মখোয়শিং অসি থেংনদবা য়াদ্রবনি হায়বসি য়াগদবনি, মদুবু ঐখোয়না য়াদ্রবদি পৃক্লিংগী কান্নদ্রবা সমস্যা কয়া লাক্কুনা শান্তি ফংলোই। ঐখোয় নোংমদি অহল শোযদনা ওইরক্কনি হায়বসিবু মুন্না খন্থরুরবদি নহা ওইবগী নাপল অদু মাঙখিগনি নৎত্রগা হন্থরক্কনি; ঐখোয় নোংমদি লায়না অমা নৎত্রগা অমনা নারক্কনি হায়বসি খন্থরুবগনা 'ঐহাক হকচাঙ ফৈ' হায়বগী নাপল অদু মাঙখিগনি নৎত্রগা হন্থখিগনি; 'ঐ নোংমা শোয়দনা শিগনি' হায়বসিবু মুন্না খন্থরুবগনা পুন্সিগী নাপল মাঙখিগনি; 'সংসারগী পোৎশিং অসি তুং কোইদবনি' হায়বসি অমুক মুন্না খন্থরুরগনা মখোয়গী মপু ওইনীংবগী অপাম্বা অদু মাঙখিগনি নৎত্রগা হন্থখিগনি; 'ঐখোয়গী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি ঐখোয়না তৌখিবা কর্মগী ফলনি' হায়বসিবু মুন্না খন্থরুরগনা হকচাঙগী নৎত্রগা পৃক্লিংগী নৎত্রগা ৱাখলগী মহৌশাগী হৈনবী ওইনা তৌরিবা ফত্তবা থবকশিং অদু তৌরক্লোই নৎত্রগা তৌবা হন্থরক্কনি।" বুদ্ধদেবগী ধর্মগী ওইবা পাউতাকশিং অসিগী মতুংইন্না চৎপনা পৃক্লিংবু শেংদোকপদা মতেং

য়াম্না ওইগনি।

ঐখোয়না শান্তি ওইনা লৈবা ঙম্নবগীদমক্তা অতোপ্পগী নুংঙাইবা উরগা ঐখোয়সু নুংঙাইগদবনি, অতোপ্পগী অৱাবা উরগা ঐখোয়সু ৱাগদবনি, অফবা থবক তৌবদা থোইনা হেন্না নুংঙাইগদবনি, অতোপ্পগী সেবা তৌববু ঈশ্বরগী সেবা তৌবনি হায়না লৌগদবনি, অদুগা ফত্তবশিংবু থেংনরগা থৌশারোইদবনি। পূম্নমক অসিনা ঐখোয়বু শান্তিগী লম্বীদা লমজিংবীগনি।

ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিংগী মনাইশিং ওইগুমসি, মখোয়দুম ঐখোয়গী ইনাইশিং ওইহনসি। ঐখোয়না কান্নদ্রবা মপানগী খোঞ্জেল, মহাউ, মওঙনচিংবদা পূক্নিং লূপলুই, অদুগা মদুগী ফল অমা ওইনা ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমদে। ইন্দ্রিয়শিংগা ইন্দ্রিয়শিংগী মচীঞ্জাক ওইরিবা মপাম্বোংগী পোৎশিংগা লৈনরিবা মরী অদু পূক্নিংনা ওইহনবনি। পূক্নিংনা মপাম্বোংগী পোৎশিং অদুদগী হন্দোক্লবদি ইন্দ্রিয়শিংসু পূক্নিংগী মতুং ইল্লক্কনি। পূক্নিংনা নীংলগা ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচীঞ্জাক ওইরিবা পোৎশিংদা থবক তৌরকপনি। পূক্নিংগা মায়া সংসারগী পোৎশিং অদুগা শম্নরক্লবদি, ইন্দ্রিয়শিংগী চাক্তাফম লৈরক্তদুনা মখোয়গা পোৎশিংগী তাইবঙগা লৈনবিবা মরী অদু ককথৎখিগনি। মরী অদু ককথৎখ্রবদি পূক্নিংনা আত্মাদা শান্তি ওইনা পোথাদুনা লৈখিনি।

পূক্নিংদা লৈরিবা ৱাখল অদুগী মতুংইন্না স্বর্গদা কাগনি নৎত্রগা নরক্তা তাগনি। মদুগা মরী লৈনবা ৱারী অমা লৈঃ

মতম অমদা মরূপ অনীখক সোড়োক্তা অসুম চৎলম্মী। সোড়োক অদুগী মপান্দা মী খরনা ভাগবদ পাবা তানরম্বা অদু উরম্মী। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা হায়রক্লম্মী, "মরূপ! লাওঃ ধর্মগী অশেঙবা লাইরিক (পাবা) তারুসি।" মহাক্না অদুম্না হায়রম্লগা য়াম্না থুনা ভাগবদ লাইরিক তাফম অদুদা চঙশিনখি, অদুগা ফমথখি। অতোপ্পা মরূপ অমদুদি মূনা মূনা য়েংলম্লগা চৎখি, অদুগা ওক্তবী নুপীশিংগী শঙ অমদা চঙখি। অদুবু মহাক্না থুনমক মিংচৎ থীনীংঙাই ওইবা মফম অদুদা লৈবদু অসুম অসুম তুক্কচবা ফাওরকখি। মহাক্না ৱাখল খল্ল-খল্লগা মথন্তা অসুম্না মূরুম মূরুম শোঞ্জরম্মী, " ঐগীদমক মসি য়াম্না ঈকাইনীংঙাইনিদা! ঐগী মরূপ অদুদি শ্রীহরিগী অশেঙবা ৱাশিং তাদুনা লৈরমগনিদো, অদুগা ঐনা লৈরিবা

মফম অসিদি কয়াদা তুক্কচখ্রবনো!"

অদুবু ভাগবদ তারিবা মরূপ অদুদি য়াম্না নীংবা কায়রম্মী। মহাক্নসু ৱাখল খল্ল-খল্লগা মথন্ত মূরুম মূরুম শোল্লক্লম্মী, "ঐসে কয়াদা পঙখ্রবনো! নুপা অসিনা ভাগবদ থীরিবনি হায়দুনা চোয়দ্রং-পাদ্রং ঙাঙলিবসে ঐনা তাদুনা লৈরক্লি, অদুগা ঐগী মরূপ অদুদি মহা ওইনা নুংঙাইবা মতম অমা শোয়দনা ফংলমগনি।"

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না মখোয় অনীমক শিখি। যম নিংথৌগী দূতশিংনা ভাগবদ তাখিবা নুপা অদুগী আত্মা অদু লৌবা লাকখি অদুগা মহাক্কী আত্মা অদু নরক কোমদা শোরো শোরো লাক্কুনা চিংথখি। অমরোমদনা অমুক ঈশ্বরগী দূতশিংনা ওক্কবী মকোন্দা চঙখিবা নুপা অদুগী আত্মা অদুবুনা স্বর্গদা পুখৎপীখি। স্বর্গবু য়ৌরবদি শান্তি ফংলে।

তশেংনমক হায়রবদা ঈশ্বরনা মীওইবগী ৱাখল নৎত্রগা থম্মোয়বু য়েংই, অদুগা মীওইবনা করি তৌবগে নৎত্রগা কদাইদা লৈবগে হায়বদু য়েংলগা বিচার খক তৌদে।

মীওইবগী থোইদোকপা মগুণদি শান্তিনি। অদু ওইরবদি করম্না মতমদা মীওইবনা শান্তি ফংবা ঙমগনি? মীয়াম্না 'শান্তি পাম্মী, শান্তি পাম্মী' হায়দুনা লাউরি। খূত্তা নোংমৈ পায়দুনা লৈরগা করম্না শান্তি ফংবা ঙমগনি? ঐখোয় মীওইবনা থা কাবা ঙম্লবসু শান্তিদি ফংবা ঙম্লোই। অদুগা অমুকসু ফত্তবা লমচৎকী অমসুং ফত্তবা ৱাখলশিংগী নোংমৈশিং পায়রবদি শান্তিদি লাপ্না চেম্লোকখিনি। শান্তিদি ফত্তবা ৱাখলশিং অমদি ফত্তবা লমচৎ মাঙহনখ্রবা মতমদা ফংবা ঙমগনি।

ইহান হেক হানবদা ঐখোয় ইশা ইশাসে শান্তি লৈখিগদবনি, অদুদগী ইমুং-মনুংদা শান্তি লৈহনগদবনি, অদুগা ইমুং-মনুংগী শান্তিনা খুঙ্গং অদুগী শান্তি পুরক্কদবনি। খুঙ্গংগী শান্তিনা ঐখোয়গী রাজ্যগী শান্তি পুরক্কদবনি। রাজ্যগী শান্তিদগী জাতিগী ওইবা শান্তি ফংহনগদবনি। জাতিগী ওইবা শান্তিনা জাতিশিংগী শান্তিদা শরূক য়াগদবনি। ঐখোয় ইশা ইশানা শান্তি ফংলবা মতমদা মালেমগী শান্তি লাক্কনি।

ঐখোয়গী ধর্মদি ইথৌ তৌবনি। অদুবু ঐখোয়না হৌজিক হকতমক মতাল্লি, দায়ীত্বদি খঙদে। দায়ীত্ব য়াওদ্রবদি হকসু লৈতে। ইথৌ তৌবা হায়বা অসি য়াম্না মরুওই। ইথৌ তৌবা হায়বদি ঈশ্বরবু পূজা তৌবনি, আধ্যাত্মিক্কী শাজেল শান্নবনি।

ইথৌদি ঈশ্বরনি। মীয়াম্না মশা মশাগী মথৌশিং থৌওইদবদগী মীওইবগী অফবা গুণশিংবু মাঙহল্লি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইথৌশিংবু নীংথিনা পাঙথোক্লবদা ঐখোয়গী হকসু মশানা অদুম লাকচগনি। হক অমসুং দায়ীত্ব হায়বা অনী অসিদি উচেক্কী মাশা অনীগুম্বনি। অদুবু ঐখোয় অয়াম্বনা দায়ীত্বগী মাশা অদুবুদি ককথৎলে। ইথৌ ইথৌবুদি থওইদ্রগা হক তাল্লি। ঐখোয়না ইথৌ তৌদ্রবদি হক তানবগী হক লৈতে। মদুনা শান্তি পুরকপগী মহুত্তা অশান্তি লাক্কনি।

ঐখোয়গী ইথৌদি করিনো? সমাজগী য়াইফনবা থবক তৌবনি, ইশাগী ওইজবা থিদুনা ইমুং-মনুংবু কাহেন্না ফগৎনবা হোৎনবা নত্তে। ঐখোয়না ঐখোয়গী সমাজবু ফগৎহনগ্নবদি ঐখোয়না জাতিগী য়াইফনবা থবক তৌবা হৌরবনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা হকচাঙ পীনবীরকপদি অফবা থবকশিং তৌনবনি। অহানবদা ঐখোয় ইশাসে বুদ্ধিদা কখোক্কদবনি, অদুগা বুদ্ধিবু শেংদোক্কদবনি। বুদ্ধি শেংদোক্লবা মতুংদা মদুবু সমাজগী সেবা তৌবদা নীংথিনা শীজিন্নগদবনি। সমাজবু সেবা তৌরবা মতুংদা ঐখোয়না ধর্মবু সমাজদা হাপচিনগদবনি। অদুম হায়না তৌরগা ঐখোয়না বুদ্ধিদগী সমাজদা চংকদবনি অদুগা সমাজদগী অমুক ধর্মদা চংকদবনি। মসিনা শান্তি পুরক্লবগী অচুম্বা লম্বীনি।

অফবা থবক তৌরগা অঙানবা লম্বীদা চংলি অদুগা ফত্তবা থবক তৌরগনা অমম্বা লম্বীদা চংলি। মসিগী অর্থদি করিনো? অচুম্বনা ঐখোয়গী থবকপু মওঙ তাহনগদবনি। লুহোংবগী থৌরম অমা য়াওবা চৎপদা ফজবা ফিজোল অমসুং ফজবা লৈতেংশিং দরকার ওই। সিনেমা য়েংগে হায়রবদি পৈশা দরকার ওই। কৈথেলদা চংকে হায়রগনা একাগাড়িগুম্বা অমা দরকার ওইরকপা য়াই। পুম্নমক অসি ঐখোয়গী ব্রাখলদা লৈরে, পুম্নমক অদু ঐখোয়না ককথৎপা য়াই, অদুবু ঐখোয়না চংকদবা অরোইবা খোঙচৎ অদুদি ককথৎপা নংত্রগা য়ৈথোকপা য়ারোই।

ঐখোয়না তাইবঙ সংসারগী ওইবা থবকশিং তৌনবগীদমক্তদি মতীকচানা শেম শারি, অদুবু ঐখোয়না শিরবা মতুংদা চংকদবা তঙাইফদবা অমদি খ্বাইদগী মরুওইবা খোঙচৎ অদুগীদমক্তদি করি শেমশারবগে? ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাঙ, লন-থুম অমসুং মতমবু তুং-কোইদবা পোৎশিংগীদমক্তা শীজিন্নরি।

পুন্সিগী অশেঙবা পচ্ছুং অদু য়ৌনবগীদমক্তদি ঐখোয়না করিসু তৌদে। মসি চুমদে। মদুনা ঐখোয়দা শান্তি ওইহল্লোই। ঐখোয়গী নুপী-অঙাংশিংদা, লন-থুম অমদি সম্পত্তিদা পীরিবা ৱাখল অদুনা ঐখোয়বু শিবা মতমদা যমগী দুতশিংগী মখুত্তগী কনবা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী মিংলেনবু তত্তনা শোল্লগা শান্তি ওইনা লৈগদবনি। শিবগী মতম অদু লাক্লবা মতমদা ঈশ্বরখক্তননি ঐখোয়বু কনবীগদবা। মরম অদুনা শিবগী পুংজাদা ঐখোয়বু কনবীনবা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু থৱায় ফুক্লা শোনসি। মদুনা হকচাঙগী, পুক্নিংগী অমসুং আত্মাগী শান্তি পীগনি।

মহৈলোয়শঙশিংদগী তাল্লক্লিবা লাইরিক্কী ওইবা জ্ঞান অদুদি অশেঙবা জ্ঞান নত্তে। আধ্যাত্মিক্কী ওইবা নংত্রগা আত্মাগী জ্ঞান অদুনা অশেঙবা জ্ঞান হায়বদু ওইগদবনি। হৌজিক্কালগী শিক্ষা অসিনা থম্মোয় অমসুং আত্মাবু হন্দোকপী অদুগা কোকপু তম্বী। কোক্লা মায়া সংসারগীনি অদুগা থম্মোয়না আধ্যাত্মিক্কীনি। মীওইবগী পুন্সিদি মায়া সংসারগীসু আধ্যাত্মিক্কীসু ওই। অপাম্বা, অশাউবা, কল্লক-মিহৌবা, নাপলনচিংবনা ঐখোয়বু মায়া সংসারগী লম্বীদা লমজিংই অদুগা নুংশিবা, অচুম্বা, থাওকনবা, কখোকপা অমদি মীনুংশি খঙবনচিংবনা আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা লমজিংই। মায়া সংসারগী লম্বীদা চৎলবদি অশান্তি ফংগনি অদুগা আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চৎলগনা শান্তি ফংগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চত্তুনা মপুংফাবা শান্তি ফংনবা লাক্লগদবনি।

হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা জ্ঞান অসিদি লাইরিক্তগী ফংবা ঙাক্তা ওইনা তৌই, আধ্যাত্মিক্কী ওইবা জ্ঞান য়াওদে। আধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান হায়বদুদি করিনো? মীগা ঈশ্বরগা অমতা ওইবগী মতৌ অদুবু খঙবনি। ঐখোয়না দরকার ওইরিবদি শান্তি ফংহনবা ঙম্বা জ্ঞান অদুনি। আধ্যাত্মিক্কী থম্মোয়না আত্মাগী জ্ঞানগী লৈফমনি। আত্মাদি অওইবনি। মালেমদা শান্তি পুরক্কে হায়রবদি ঐখোয় মীওইবনা আধ্যাত্মিক্কী মীংশিংবু পাঙহল্লগা আত্মাবু নংত্রগা ঈশ্বরবু উগদবনি।

হৌজিক্তি মশাগী ওইজবা থিনবদা আত্মাবু কাউথোক্লরে। ইন্দ্রিয়শিংবু পেলহন্নবা হোৎনবদা শিবা কিনদ্রে। নাপলদা তোংদুনা চৎনরে। ৱা কন্না ঙাঙবনা অকনবা শক্লরে। অমনা অমবু ঈকাইখুম্নদ্রে। অমগা অমগা হাৎনরে। পুম্নমক অসিনা মরম ওইরগা মফম খুদীংদা শান্তি লৈত্রে। চিংনবা অমসুং অকিবনা মী

খুদীংদা চৈথেং পীরে। য়েংউ-য়েংউবা মায়কৈশিংদা অমসুং চৎলু-চৎলুবা মফমশিংদা অশান্তিগী অশান্তি ঙাক্তা ঙাইশ্রে। হিংসা তৌবা, ময়াইকাবা হীদাক শীজিন্নবা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা মখলগী পাপশিং তৌবা নুমিৎ খুদীংগী হেনগৎলক্লি। মসিগী ফীভম অসিদা অসুম চৎথিবা তারবদি মালেম অসি শান্তি লৈরক্তদুনা লুপখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। মসিবু কোকহনগে হায়রবদি আত্মাগী বিদ্যা দবকার ওইরকই।

আত্মাবু খঙগে হায়ববদি নুংশিবগী মতেং লৌগদবনি। নুংশিবা লৈবা মফমদা শান্তি লৈগনি। শান্তি লৈবা মফমদা ঈশ্বর লৈগনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু নুংশিবা ঙম্লবদি জীব পুম্নমকপু নুংশিবক্কনি, মরমদি ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা জীব খুদীংমক্তা লৈবীরি। ঈশ্বরদি জীব খুদীংমক্তা লৈ হায়বসে খঙলবা মতুংদা জীবগা দেবগা অমতনি হায়বা খঙলক্কনি। ঐখোয়না মী পুম্নমকপু ঈকাইখুম্নগদবনি। মদুনা ঈশ্বরবু ঈকাইখুম্নবা ওইগনি। মী অমগা অমগগী মরক্তা খেন্নবা মীৎয়েং থম্লবদি ঐখোয়না ঈশ্বরদা অচেৎপা ভক্তি থম্বা ঙম্লোই। ঈশ্বরদি ঐখোয় পুম্নমক্তা লৈ হায়বসে খঙলবা মতুংদদি ঈশ্বরগা ঐখোয়গা অমতা ওইরক্কনি। ঐখোয় অমগা অমগা নুংশিনগদবনি। 'নুংশিবা' হায়বা অসিদি অচুম্বা, অহিংসা অমদি শান্তি পুদুনা চেনবা নুং-গী ঈচেল অমনি।

থাজবা য়াওদ্রবদি ঐখোয়না হিংদুনা লৈবা ঙম্লোই। ঐখোযনা লাইবিক হৈগনি হায়না থাজরগা লাইরিক তম্লিবনি, মদু নৎত্রবদি ঐখোয়না লাইরিক তম্লোই। থবক মচা অমা তৌরবসু থাজবা অমগী মখাদা তৌই। অদুবু ঐখোয়না ঈশ্বর লৈ হায়বসিবুদি অদুক হকচিন্না থাজরুদে। মসি ঐখোয়গী খ্বাইদগী অশোনবনি। জগৎ অসিগী মপু ওইরিবা ইবুংঙো মহাকপু ঐখোয়না থাজরুদে। মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না শান্তি ফংবা ঙমদে। অদুবু ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্লগা ইবুংঙো মহাকপু নীংজবা মীনা শান্তি ফংই।

মালেম অসিদা ঐখোয়না নৌনা লাকপা নত্তে। ঐখোয়গী হকচাঙ অসিদি মপোক মপোক খুদীংগী ওনখিবনি, অদুবু আত্মাদি অওনবা নাইদে। ঐখোয় খুদীংমক্তা আত্মা লৈ। আত্মা হায়বদি ঈশ্বরনি। ঐখোয়দা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু মপান্দা থিরুবগী দরকার ওইদে। ঐখোয়গী য়ুমদা থাউমৈ লৈরগা করিগীদমক্তা

ঐখোয়না মীগী মযুমদা মৈ থিরুগনি? ৱারী অমা লৈঃ

নুপা অমনা অহিং অথেঙবদা চুরূপ থক্লীংদুনা হৌগৎলম্মী। মহাক্না চুরূপ চন্নবা মৈ পান্লম্মী। মহাক্না অঙানবা থাউমৈ লালটেন অমা পায়রগা মহাক্কী যুম্লোন্নবা মী অমগী যুমদা চৎলম্মী, অদুগা থোঙ থীল্লম্মী। যুম্লোন্নবা মী অদুনা থোঙ হাংদোক্লম্মী অদুগা মঙোন্দা হংলকখি, "করি পাম্বীবগে?" নুপা অদুনা হায়রক্লম্মী, "মৈ মচেৎ অমতা ঐঙোন্দা পীবিয়ু। ঐহাক চুরূপ য়াম্না থক্লীংলে।" যুম্লোন্নবা নুপা অদুনা হায়রকখি, "হি-হি-হি! করিনো নহাক্না তৌরিসিবো? থেঙলবা অহিং অসিদা নহাক্না য়াম্না ৱানা লাক্লগা মৈ মচেৎ অমগীদমক্তা ঐহাকপু হৌদোক্লরি, অদুগা নহাক্কী নখূৎমক্লদি অঙানবা লালটেন অমা পায়রি।"

মীওইবনা ফংবা পান্লিবা মৈগী নৎত্রগা মঙালগী মশক ওইবা ঈশ্বরদি মশামক্তা হান্না অদুম য়াওজরবনি, অদুবু মহাক্না মদু মফম অমা অমদা চত্তুনা য়াম্না ৱানা থিরি। মদুনা মরম ওইরগা মীওইবনা শান্তি ফংবা ঙমদ্রি। মরম অদুনা শান্তি ফংগে হায়রবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু খঙগদবনি।

মালেম অসিদা শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা অচুম্বা ৱা ঙাঙগদবনি, নুংশিববু য়োকখৎকদবনি, কথোকপগী পূকচেল চেনগদবনি, ঙাকপীহৈগদবনি, আত্মাগী জ্ঞান লৈগদবনি অমসুং ঈশ্বরবু থাজগদবনি। ঈশ্বরবু চেৎনা থাজরগা ইবুংঙো মহাকপু নীংজবা মহাক অদুগী মফমদদি 'হিংবা' অমসুং 'শিবা' অনীমক চপ মান্নে। মহাক্কী ৱাখলদদি হিংঙবসু ফৈ শিরবসু ফৈ হায়না লৈ। মহাক্না হিংগনি হায়রগা হরাওবা শিগনি হায়রগনা কিবা তৌদে। মহাক্না কিবদি ঈশ্বরখক্তবুনি। ঈশ্বরবু কিরবদি অতোপ্পা অকিবা অমত্তা লৈররোই।

ঐখোয়না হিংলিঙৈদসু শিরতুংদসু ঈশ্বর নত্তনা ঐখোয়বু ঙাকপী-শেনবীগদবা কনামতা লৈতে। মরম অদুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু নীংগদবনি অমসুং ঈশ্বরদা ঐখোয়গীনি হায়বা পুম্নমক কখোক্কদবনি। ঐখোয়না মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরবু নীংজরবদি তাইবঙগী অৱাবা মৈরক্তা চৎনা চৎনা মোমোন-মোমোন নোক্তুনা শান্তি ওইনা লৈবা ঙমগনি।

# আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বদুবু থাজসি

আত্মা হায়বসিদি ঈশ্বরনি। আত্মাদগী ঐখোয় লাকপনি অদুগা আত্মাদা অমুক হনগদবনি। আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু থাজদবা হায়বসিদি ঈশ্বরবু থাজদে হায়বনি। আত্মাবু থাজদবা মীশিং অদুনা ঈশ্বরবু ফংবা ঙম্লোই অদুগা শিরতুংদা অমুক পোক অমুক শি তৌবা মীরম্লেন তাবা লম্বেলদা অমুক হল্লক্কুনা লাকই অদুগা অরেম্বদা সংসারগী ঈপাক্তা অমুক লৃপ অমুক তাউখৎ তৌদুনা মখোয়না ৱানা লেনগনি। মরম অদুনা শিরগা ঈশ্বরগী লৈবাক্তা য়ৌনীংবা মীশিংনা আত্মা নৎত্রগা ঈশ্বরদা থাজবা থমগদবনি। তাইবঙপানবগী শকউদবা মপু অমা লৈরি অদুগা ইবুংঙো মহাক্না নোংদম্বনি হায়বা অসিবুসু থাজগদবনি।

হকচাঙ খুদীংমক্তা জীবাত্মা হায়বা অমগা পরমাত্মা হায়বা অমগা আত্মা অনী লৈ। পরমাত্মাদি পরমেশ্বর ভগবাননিনা জীব পূম্নমক্কী তোঙান- তোঙানবা হকচাঙশিংদা অমতা ওইনা শীঙ্খুংনা লৈ। পরমাত্মাদি হকচাঙগী মপু নত্তে। হকচাঙ মখল মখলগী মপু মপু ওইবা জীবাত্মা মখল মখল লৈ। কনাগুম্বা জীব অমনদি মশামক্কী হকচাঙবু খঙবা য়াই, অদুবু অতৈ অতোপ্পা হকচাঙশিংগী মবমদদি খঙবা ঙমদে। জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনী অসি অমতনি অদুবু জ্ঞানীশিংনদি তোঙান তোঙানবনি হায়না লৌই। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগগী মরক্তা শুকলৈ লৈতনা অবৈবা ওইনা শেরান্নলা উবা মায়াগী পল অমা লৈ। মায়াবু জয় তৌদুনা পল অসিবু লাম্থোক্লবদি মায়াদেবী মশামক্না পরমেশ্বর ভগবান ওম্থোক্কুনা জীবাত্মাবু খূৎ পায়দুনা পুরগা পরাত্মাগী স্বরূপ ফংহল্লি।

ঈশ্বরগী নিত্য ওইবা শরূক মচেৎ অমনা তাইবঙপানবা অসিদা অহিংবা আত্মা ওইরগা প্রকৃতিদা থূপ্তুনা লৈ। পূক্লিংগা জ্ঞান-ইন্দ্রিয় মঙাগা পূল্লগা তরূক

অসিনা তিন্নদুনা মপোক কয়রক্কী হকচাঙশিং অদু ওন-ওন্দুনা চৎখি অমসুং চৎকদৌরি। চক্ষু মখল কয়াদা ঈশিং হৈজিন্দুনা নুংশাদা থম্বদা চক্ষু খুদীংমক্তা নুমিৎক্কী মমি অমমম্ব তাগনি। নুমিৎতি অমখক্তনি। অদুগুম্বন্দনা জীব খুদীংমক্তা আত্মা ওইনা পরমেশ্বর ভগবানগী মঙাল-মশেক অমমম তাগনি। ঈশিংদা নুমিৎকী মমি তারগা নুমিৎপু ঈশিংনা চোৎহনবা ঙমদবগুম মায়ানা আত্মাবু শোকহনবা ঙমদে। চক্ষু খুদীংদা হৈজিনখিবা ঈশিং অদু হৈদোকপ্তবা মতমদা নুমিৎকী মমিনা নুমিৎতা মশানা অদুম হঞ্জিনখিবগুম কনাগুম্বা অমগী অজ্ঞান অদু মাঙপ্তবা মতমদা মাগী জীবাত্মা অদু পরমাত্মাদা মশানা অদুম হঞ্জিনখিনি।

জীবাত্মানা কর্মগী মহয় চায় অদুগা পরমাত্মানা শাক্ষী ওইনা অদুম লৈজে। পূম্নমক্কগী পূমহেন-হেনবা অথোইবা পুরুষ অদুবু 'পুরুষোত্তম' হায়না কৌই। পরমেশ্বর ভগবানবু পুরুষোত্তম কৌবগী মরমদি ইবুংঙো মহাক অসি লৈখা তাদুনা মাঙখিগদবশিং অমসুং মাঙলোইদবশিং অনীমক অসিগী ব্রাংমদা লৈ। মরম অদুদগী তাইবঙ অসিদা অমসুং বেদশিংদসু ইবুংঙো মহাকপু পরমাত্মানি নৎত্রগা খ্বাইগী ব্রাংথোই-শিংথোইবা পুরুষোত্তমনি হায়না খঙনরি।

আত্মতত্ত্ববু খঙলিবা মী অদুনা পূম্নমকপু খঙলদুনা মওঙ পূম্নমক্তা ঈশ্বরবু মথ্বায় য়াওনা নীংজে। অদুম্না কনাগুম্বা অমনা ইবুংঙো মহাকপু চেৎনা থাজবগা লোয়ননা নীংবা ঙমজরবদি, মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইশিন্নবা ঙন্নকই। মহাক্কীদমক্তদি অব্রাংবা নৎত্রগা অনেম্বা, নুংঙাইবা নৎত্রগা অব্রাবা, অফবা নৎত্রগা ফত্তবা, অপাম্বা নৎত্রগা পামদবা, ফজবা নৎত্রগা অথীবা হায়বনচিংবশিংদু লৈতে। আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু মহাক্না খঙপ্তবা মতুংদদি মহাক্না মফম পূম্নমক্তা আত্মাতবু উবা ঙম্লে, অদুগা থবক খুদীংমক ঈশ্বরগী লীলা ঙাক্তনি হায়না লৌরকই।

ঐখোয়না উরিবা, তারিবা অমসুং থেংনরিবা পূম্নমক অওইবা নত্তে, মঙগুম্বনি। ঐখোয়না মঙদা উবা পোৎশিং অদুবু কয়াম কুইনা লৈবগে? ঐখোয়না তূম্বা হেক হৌগৎলকপদা লোইনা মাঙখিনি। অদুম হায়না ঐখোয়না অওইবনি হায়না খল্লিবা তাইবঙ মীশিং অমসুং পোৎশিং অসে মীৎকূপ খুদীংগী অওনবা লৈ অমসুং মাঙবা নাই, মঙগুম্না অওইবা নত্তে। মতম পূম্নমক্কী ওইনা অদুম লৈরগদবা

অওইবা অমদি লৈ, মদুদি আত্মানি। আত্মাদি নুংশিবনি। নুংশিবদি আত্মাদগী হৌরকই। নুংশিবদি শক্তি য়াম্না লৈ। ঐখোয়না জগৎ অসিবু নুংশিরবদি জগৎপু জয় তৌবা ঙমগনি। ঐখোয়না পূম্নমকপু নুংশিগদবনি, কনামতগী মাঙনবা তৌরোইদবনি।

ঐখোয়না "ঐগী হকচাঙ", "ঐগী য়ুম", "ঐগী পূক্লিং" হায়বনচিংবা হায়রি। অদু ওইরবদি "ঐ কনানো?" মসিগী ৱাহং অসি কনামতনা হংনদে। ঐখোয়না "ঐগী হকচাঙ" হায়বা মতমদা "ঐ" অমসুং "হকচাঙ" তোঙান তোঙান্না লৈরে। "ঐ" হায়বদু "হকচাঙ" নত্তে। "ঐ" না "হকচাঙ" গী মপু ওইরে। কনাগুম্বা অমনা "মসি ঐগী য়ুমনি" হায়বা মতমদা 'ঐগী' হায়বা অদুনা কনাগী অদুগা 'য়ুম' অদুনা কয়াম কুইনা লৈগদৌরিবা? য়ুম অদুদি মতম খরগী মতুংদা লৈরক্রোই। মালেম অসিদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক অওনবা নাই অমসুং মাঙবা নাই। অওনবা নাইদবা অদুদি আত্মানি। আত্মা হায়বদি করিসু নত্তে নুংশিবনি।

মালেম অসিদা ঐখোয়গী অপাম্বা কয়ামুক লৈ। ঐখোয়গী অপাম্বশিং অসিবু ঙমখৈ অমদি নাইহনগদবনি। অদু ওইরবদি ঐখোযগী পূক্লিং অসি লৈতানা লৈবা ঙমগনি। ঐখোয়না পোৎ ময়াম অমা ফংবা পাম্মী। পোৎশিং অদু কাহেন্না পান্নুবগী করি কান্নগনি? অরোইবদা ঐখোয়না করিমতা পুদনা মালেম অসি থাদোক্লগা চৎখিনি। নিংথৌরেল ময়াম অমনা লন-থুম অমদি সম্পত্তি ময়াম অমা থম্লম্মী, মখোয়না করিমতা পুদনা চৎখি।

চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিং অদুবুদি ঐখোয়না পাম্বা য়াই। অদুবু ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা দরকার ওইবদগী হেন্না হেন্না পাম্মী। হকচাঙনা চহী ১০০ লৈবা য়াই নৎত্রগা মতম খরতমক লৈবা য়াই, অদুবু নোংমদি হকচাঙদি শিখিগনি। হকচাঙনা শিত্রবসু আত্মাদি শিবা নাইদনা অদুম লৈগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না হকচাঙগীদমক্তা অপাম্বা ময়াম অমা থম্লুবগী দরকার ওইদে। ঐখোয়না ঈশ্বর উনীংবগী অকনবা অপাম্বা অমদি লৈগদবনি। ঈশ্বরদি কদাইদা লৈ? ঈশ্বরনা ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা আত্মাগী শক্লোন লৌদুনা লৈ। ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরনি। ঈশ্বর হায়বা অসি ঐখোয়দগী তোঙানবা অমা নত্তে। মালেমদা লৈরিবা লন-থুম

পূন্নমক্তগী মীওইবা ঐখোয়না মমল য়াম্বা হেল্লি। ঈশ্বরনা আত্মা ওইনা মীওইবদা লৈবীবা মরম্না মীওইবগী অৱাংপা অমতা লৈতে।

মীওইবা খুদীংমক্না মশামক্তা মহাকপু মী অমরা নংত্রগা শা অমরা হায়দুনা হংজগদবনি। মহাক্না মহাকপু মী অমনি হায়না লৌরবদি মহাক্না মীওইবগী গুণশিং চেনগদবনি। মহাক্না মীওইবা অমা ওইনা লৈগদবনি অদুগা মহাক্কী ৱাখলশিংসু মীওইবগী ৱাখলশিং ওইগদবনি। অচুম্বনা মীওইবগী খ্বাইদগী কান্নবনি। অচুম্বদি অওনবা নাইদে। অচুম্বদি অচুম্বনি। অচুম্বদি আত্মানি। অচুম্ববু খক থাদোক্লোইদবনি।

অচুম্বদি নুংশিবনি। নুংশিবদি ঈশ্বরনি। নুংশিবনা ঐখোয়গী নুংশাশ্বরনি। নুংশিবনা ঐখোয়বু হিংদুনা লৈহল্লি। নুংশিবগী ঈচেলদি মথক্তা চেনখৎলগা ঐখোয়বু অৱাংবদা পুখৎলি। নুংশিবা অমসুং অচুম্বা লৈবা মফমদা অহিংসা লৈ। নুংশিনরবদি ঐখোয় শাউনরোই অমসুং খৎনরোই। ঐখোয়না পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাওশিংগুম লৈমিন্নগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী য়েক্লবা অমদা 'ইনাও! ইনাও!' হায়না তবাম্না কৌবা মতমদা মহাক্লসু 'ইয়াম্বা! ইয়াম্বা!' হায়না খুম্লকফম থোকই। ঐখোয়না অফবা ৱাখল খল্লবদি মদুগী ফল অদুসু ফগনি। মরম অদুনা ঐখোয়না অফবা ৱাখলদমক খনগদবনি। ঐখোয়না থেংনরিবা অফবা নংত্রগা ফত্তবা পূন্নমক ঐখোয় ঐখোয়না খল্লিবা ৱাখলশিংগী ফলনি।

ঐঙোন্দা থৌদোক অমা থোক্লবদি মদু ঐঙোন্দা কনামতনা থোকহনবা নত্তে। ঐঙোন্দা লাকপা ফত্তবা পূন্নমক অদুগী দায়ীত্ব ঐহাক্না পুগদবনি। মদু ঐহাক্কী ফত্তবা ৱাখলশিংগী ফলনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা করিগুম্বা ফত্তবা অমতা পীদে। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা নুংঙাইবফাওবা পীবিবা নত্তে, ঐখোয়গী অফবা ৱাখলশিংগী শক্তিনা পীবিবনি। মরম অদুনা ঐখোয়গী ৱাখলশিং অসি শেংদোক্কদবনি। ঐখোয়গী ৱাখলশিংনবু শেংলবদি ঐখোয়গী পুন্সি অসি নুংঙাইগনি। ঐখোয়গী নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা হায়বসি ঐখোয়গী ৱাখলগী মখা পোল্লি।

অফবা অমসুং ফত্তবা খুদীংমক ঐখোয় ইশা ইশানা শেমজবা ঙাক্তনি। কনামতনা ঐখোয়দা করিগুম্বা অফবা নংত্রগা ফত্তবা অমা পীরকপা নত্তে। ঐখোয়দা থোক্লিবা থৌদোক খুদীংমক ঐখোয় ইশা ইশানা থোকহনবা ঙাক্তনি।

ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিং অসিনা ঐখোয়বু অরানবা লম্বীদা লমজিংই। মরম

অদুনা ঐখোয়না ইন্দ্রিয়শিংগী নিংথৌ পূক্লিংবু শেংহনগদবনি। পূক্লিংনবু শেংলবদি ইন্দ্রিয়শিংসু মশানা অদুম শেংজরক্কনি। মরম অদুনা মতম লৈবা পূম্নমক্তা পূক্লিংবু শেংনা অমদি ঈফিং-ফিংগত্তনা থমগদবনি। পূক্লিংনা সংসারগী পোচ্চৈশিংগী ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈরিবমখৈদি কনানসু পুন্সিগী মহয় য়ানবা ঙম্লোই। পুন্সি মহয় য়ানবা পাম্বা মীতনা পূক্লিংনা পাম্বা সংসারগী পোৎশিংদা মায় ওন্সিন্দনা আত্মা নংত্রগা ঈশ্বরদা মায় ওন্সিল্লি। মহাক্না মায়া-সংসারগী লাংদগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনৈ। মপূক্লিং ব্রারকপা ঙম্লবা মীনতা অচাৰী পাম্বে শীজিন্নদুনা আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু থাজবা ঙম্লকই।

হৌজিক্তি মালেম অসিদা লৈরিবা মী অয়াম্বদি অসুক্কী মতীক পোত্থাফম খঙনদ্রে। মখোয়না ফত্তবা ব্রাখলদা লূপ্লগা ফত্তবা থবকশিং তৌনরে। অদুদি হৌজিক ঐখোয়না তৌগদবা করিনো? ঈশ্বরগী নংত্রগা আত্মাগী ব্রাখল খনগদবনি। আত্মাগী ব্রাখল খল্লগা পুন্সি লেনগদবনি। বোম-তোপনচিংবা খুৎলায়শিং শীজিন্নবগী দরকার ওইদে। ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা পূক্লিং উনব্রাইমুক চীক্লা লৈবা ঙম্নবা লাক্লসি। ঐখোয়দা থোক্লক্লিবা থৌদোক খুদীংমক ঐখোয়গী ফনবা ঙাক্তনি হায়না লৌসি। ঐখোয়না ব্রারিবসি অতোপ্পা মীনা নংত্রগা মীশিংনা ব্রাহনবনি হায়না লৌরবদি য়েংথীনবা পোক্লক্কনি। শান্তি ওইনা অমদি উইন-কন্না আত্মাবু পান্দম অমা ওইনা খনগদবনি। আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু থাজবা ঙম্লবদি তাইবঙ সংসারগী অব্রাবনা ঐখোয়দা শোকপা ঙম্লোই। পোকপা অমসুং শিবা হায়বা অসিদি হকচাঙগী হৌনশানি, আত্মাগী হৌনশা নত্তে। আত্মাদি পোকপা অমসুং শিবা য়াওদনা মতম পূম্বগী ওইনা অদুম লৈজবনি। আত্মাদি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈতে।

ঐখোয়না হকচাঙগী ব্রাখল খনমনখ্রে। অওইবা ব্রাখল তৌসি। ওইদবা ব্রাখল থাদোকসি। হকচাঙদি কনামতা তাক্লমদনা নোংমদি শিগনি। হকচাঙদি ঈশিং ঈমায়দা কাবা কোঙ্গোলগুম্বনি, পূক্লিংনা অঙাওবা য়োংগুম্বনি। হকচাঙ অমসুং পূক্লিংগী মতুং ইনগুমসি। ঐখোয়না মখোয়গী মপুনি। অদুবু ঐখোয়না হিংদুনা লৈরিবমখৈদি ঐখোয়গী হকচাঙবু ফনা থম্নবা চোকশিন্না হোৎনগদবনি। নোংমদি হকচাঙ অসি মাঙখিগনি। মতম পূম্নমক্তা মাঙলোইদবদি আত্মানি।

হৃকচাঙনি শিরিবদি আত্মাদি খক শিরোই। ঐখোয় পূক্লিং অনী লোঙবা য়াদে। ঐখোয়না আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুদা অচেৎপা থাজবা থমগদবনি অদুগা ঐখোয়না শিদ্রিফাওবা মদু খক থাদোক্লোইদবনি। ঐখোয়না খুদোংথীবা অমা নংলকপা মতমদা মদুগী অচেৎপা থাজবা মথাজ অদু থম্বা ঙম্লক্তবা য়াওই। মদু তৌরোইদবনি। অচেৎপা থাজবা অদুদি অওনবা নাইদবমখৈ লৈগদবনি।

ঈশ্বরগী অনীংবা অমগী মথাদা থৌদোক খুদীংমক থোক্লিবনি হায়বা অসিদা থাজবা থমগদবনি। ঐখোয়গী অনীংবগী মতুংইন্না ঐখোয়গী থৌদোক অমতা থোক্লোই। ঐখোয়না ঐখোয়সে থৌবুনি হায়না খল্লবদি নাপল কারক্কনি। ঐখোয়দি থবকশিং তৌবদা খুৎলায়শিং ওইবতনি, থবকশিংগী মপুদি খ্বাইগী মপু মহাক্নি। ঐখোয়না হায়রিবা নৎত্রগা তৌরিবা পূম্নমক্কীদমক দায়ীত্ব পুরিবদি ঐখোয়দা লৈরিবা আত্মা অদুনি। আত্মাবু থাজবা হায়বা অসিনা খুদীংমক্কী য়ুম্ফম ওই।

যীশুবু ফলাং চল্লগা হাৎকদৌরবা মতমদা মমানা মপি তারগা কপখি। মদুদা যীশুনা মমাদা হায়রকখি, "ইমা! করিগী কপ্লিবনো কপকনু। মসিদি হৌনশানি। মসিমা থোকউ হায়না লাইবক্তা তমগ্রবদি মদু শোয়দনা থোক্লগদবনি। মরম অদুনা, কপকনু ইমা, নমীৎতগী পি তাহনগনু। ঈশ্বরনা নীংবু নীংগ্রবদি নীংবগা তৌবগা মান্নগনি।" অফববু ওইরো ফত্তববু ওইরো পূম্নমক অসি ঈশ্বরগী খুদোলনি হায়বসি য়াগদবনি। খুদোংথীবা থেংনরবসু মদু ঈশ্বরগী খুদোলনি। নুংঙাইবা ফংলবসু মদু ঈশ্বরগী খুদোলনি। অনাবা মী অমদা অখাবা হীদাক পীথকপা নৎত্রগা পীজবা য়াওই। মসি মহাক্কীদমক অফবনি। ফত্তবদা অফবা লৈ, অফবদা ফত্তবা লৈ।

মতম পূম্নমক্তা অফবা অমসুং ফত্তবা অনীমক পুন্দুনা লৈ। মখোয় অনীগী মরক্তা মতমগী খেন্নবদি লৈ। মরম অদুনা ঐখোয়না অফবসু ফত্তবসু অনীমক ঈশ্বরগী খুদোলশিংনি হায়না লৌগদবনি। করিগুম্বা ফত্তবা অমা হেক লাকপদা মদুদগী থৈদোক্লবা লাক্লগদবনি। অফবা অমসুং ফত্তবা অনী অসি অমতা ওইবনা মখোয় অনীমক অমনা অমদা লৈনৈ। ঐখোয়না ঙসি অফবা অহাও-অথুম চাশিল্লি অদুগা হয়েংদি ফত্তবা অমাংবা ওইনা থোক্লক্কনি। মদুগী মওঙদা পোৎ অমতনা তোঙান-তোঙানবা মতমশিংদা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা ওইরকই। ঐখোয়না মতম

অমতদা অনীমক উবা ঙল্লোই।

হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয়না তৌগদবদি মতম পূন্নমক্তা প্রার্থনা তৌবনি। প্রার্থনা তৌবগী পান্দমদি ঈশ্বরবু থাগৎপা নত্তে, ঐখোয়গী লন-থুম, মিংচৎ, থবক, ইজ্জৎনচিংবা পীবিয়ু হায়না হায়জবা নত্তে, ঐখোয়গী পূক্লিংবু শেংদোকচবা ঙম্বখক্তুনি। পূক্লিং শেংদোক্লবা হোৎনরকপা মতম অদুদা ঐখোয়গী থম্মোয় লকানুংদা ঈশ্বরনা আত্মাগী মশক লৌদুনা লৈ হায়বসি খক কাউরোইদবনি। প্রার্থনা হায়বা অসিদি আত্মাবু নৎত্রগা ঈশ্বরবু য়ৌনা থাজবগী থবক অদুনি। ঐখোয়না আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু থাজরবা মতমদা নুংঙাইবা, শান্তি অমসুং আনন্দ ফংবা ঙমগনি; মখোয়দুদা নত্তে খুদীংমকপু ফংবা ঙমগনি। ঐখোয়গী লন-থুম অমদি সম্পত্তি পূন্নমক আত্মাবু থাজদ্রবদি অরেম্বনি। ঐখোয়না করিগুম্বা মতমদা চাউথোকপগী লমচৎ-শাজৎ চৎলকই অমসুং নাপল তৌরকই। মদু ফত্তে। মদুনা ঐখোয়বু মাঙহনগনি।

ঐখোয়না রাম অমসুং কৃষ্ণবু ঈশ্বর ওইনা লৌই। অদুগা মিংশিং অসিদি হকচাঙগা মরী লৈনৈ। ঐখোয়না ঈশ্বরবু হকচাঙদা ঙমখৈ ওইহনবদি য়াদে, মরমদি মতমগী মতুংইন্না হকচাঙদি অওনবা নাইগনি। ঐখোয়না অঙাং অমবু অসুম অসুম চাউখৎলকপগী নৎত্রগা অহল ওইশিল্লকপগী মতুংইন্না পাখঙ নৎত্রগা লৈশাবী, মমা নৎত্রগা মপা, মপু নৎত্রগা মবেন হায়না কৌরকই। অদুবু মী অদুদি অমতনি। শ্রীভগবানবু মীওইবগী মওঙদা অদুগা মী অমগুম্না থবক তৌরিবা ওইনা ঐখোয়না উজরবসু ইবুংঙো মহাক অদুবু ঈশ্বরনি হায়না থাজগদবনি।

ঐখোয়না ঈশ্বরবু মীওইবগী মওঙ য়াওদনা খঙবা ঙল্লোই। ইবুংঙো মহাক্কী মগুণ অদুবু ঐখোয় মীওইবদা খঙহন্নবা হাযদুনা শ্রীভগবান্না মীওইবগী মওঙ লৌই। তাইবঙপানবা অসিগী ফীভম ফগৎহনবা দরকার হেক লৈরক-লৈরকপা মতমদা মমিং অমসুং মওঙ অমা লৌদুনা শ্রীভগবান্না শাফোঙলকই। ইবুংঙো মহাক্তি মহৌশাদা মহৌশাগুম লেঙদনা লৈরগা চীংঙু পাঙ্গনবা ওইনা অদুগা সর্বজ্ঞান ওইনা অদুম লৈ। ইবুংঙো মহাক্তি পোকপা অমসুং শিবা নাইদনা লৈজরবসু মশামক্লা মশামক্কী ওইরিবা পূন্নমক্কী ওইবা হৌনশাদা অদুম লৈনা লৈনা মশামক্কী মায়াদগী অঙকপা শায়োনগী শক্তিনা পাম্বে ওইরগা অবতার তৌই। মসি ইবুংঙো

মহাক্কী পূম্নমক তৌবা ঙম্বা শক্তিংগী মতুংইন্ননি। ঐখোয় মীওইবদি পোল্লক-পোল্লকপা মপোকশিংদা কর্মগী মতুংইন্না অওনবা কয়া ওইরকই। শ্রী ভগবানগীদি মদু নত্তে। ইবুংঙো মহাক্লা মায়া শক্তি পুথোকচরবসু মহাক্তি সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইদুনতা অদুম লৈবনি।

হকচাঙ অমসুং পূক্নিংগী পাঙ্গল, বুদ্ধিগী শক্তি, লন-থুম অমদি সম্পত্তিনা মরম ওইরগা ঐখোয়গী নাপল কারকই। শক্তি অমসুং খুদোংচাবা ফীভম্না মীবু নাপল কাহল্লি। ফীভম অদুবু কয়াম কুইনা লৈগদগে? মদু মতম খরদি লৈরম্বা য়াই অদুবু মতুংদা মাঙখিগনি। থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদি ঐখোয়গীনি হায়দুনা লৈরিবা মতম খরদগী ওইবা পোৎ খুদীংমকপু ঐখোয়না মতম পূম্বগী ওইবনি হায়না লান্না লান্না লৌনৈ, অদুগা মতম পূম্বগী ওইবা আত্মাগীদমক্তদি ব্রাখল তৌনরুদে। মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না অব্রা-অনা নংই। মরম অদুনা ঐখোয়না আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুবু থাজবা ঙম্নবা লাক্লসি।

ঐখোয়না মীওইবা ওইনা পোল্লক্লগা হকচাঙবু উবগী খুদোংচাবা অমা ফংই। হকচাঙ অসিদা হকচাঙ নত্তবা অমা লৈ হায়না উৎলি। হকচাঙ নত্তবা অদুদি আত্মানি। ঐখোয় পূম্নমক আত্মাদগী লাকই অদুগা আত্মাদা হনখিগনি। পোকপা অমসুং শিবা নাইরিবা হকচাঙনা অব্রা-অনা অমদি খুদোংথীবা অদুম থেংনগনি। পোকপসু অব্রাবনি, লায়নানা নারকপসু অব্রাবনি, অহল ওইরকপসু অব্রাবনি অমসুং শিবসু অব্রাবনি। ব্রারিবা অদু হকচাঙনা ব্রাবনি, আত্মাদি নুংঙাইদুনতা লৈবনি, সৎ-চিৎ-আনন্দনি।

ঐখোয়দি আত্মানি হকচাঙ নত্তে। আত্মানা অমর ওইবনিনা ঐখোয়সু অমর ওই। মসিগী অমব ওইবগী অচুম্বা লম্বী অসি খঙবা তাই। ঐখোয়না হকচাঙবু অমরনি হায়না লৌফম থোক্তে। ঐখোয়না শিরগা চৎকদবা খোঙচৎ অদুসু ঐখোয়গী তাইবঙ হকচাঙ অসিগা লোয়নননা চৎকদবা নত্তে। তাইবঙ হকচাঙ অসিদি মীৎকূপ অমগী মনুংদা শিবা য়াই, মতম কুইনা লৈরোই। অদুবু হকচাঙ অসি ঈশ্বরগী খূদোল অমা ওইবা মরম্না ফনা থমগদবনি। ঐখোয়গী হকচাঙ অসিনা শোল্লবদি অতোপ্পগী মখা পোনবা নৎত্রগা মতেং লৌবা তারকই। মবম অদুনা ঐখোয়না হকচাঙ অসিবু থওইদবা য়াদে। ঐখোয়না শিদ্রিবফাওবা হকচাঙবু অফবা

ফীভম অমদা থম্বা ঙম্নবা লাক্লগদবনি।

আত্মাদি মফম কদাই কদাইদা থিরুগদবা নত্তে মরমদি মফম খুদীংমক্তা আত্মা লৈ। ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদসু লৈ, ঐখোয়গী মাঙদসু তুংদসু লৈ, ঐখোয়গী অকোয়বদসু লৈ, অদুগা মথক্তসু মখাদসু লৈ। ঐখোয়না অহানবদা তুং-কোইনা অদুম লৈরগদবা আত্মাগী ব্রাখল খনসি, আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুদা থাজবা থমসি।

ঐহাক্লা ইশামক্তা "ঐহাক কনানো?" হায়না হংজবা মতমদা "ঐহাক মীওইবা অমনি" হায়গনি। অদু ওইরবদি ঐহাক্লা মীওইবগী গুণশিং চেনবা তাই। শা অমনা করি করি তৌই? শানা চীকপা, হাৎপনচিংবা হিংসাগী থবক তৌই। ঐহাক্তি শা নত্তে, মীনি। ঐহাক্লা মীওইবগী গুণশিং চেনগদবনি। মীওইবগী গুণশিংদি করি করিনো? অচুম্বা, নুংশিবা, শান্তি, অহিংসানচিংবনি। হিংসা তৌদনবগীদমক্তা নুংশিবগী পূকচেল চেনগদবনি। নুংশিবা লৈবা মফমদা অহিংসা লৈগনি। নুংশিবদি শান্তিদগী লাকই। শান্তিদি অচুম্বদগী লাকই। অচুম্বা লৈতবা মফমদা শান্তিসু লৈরোই। অচুম্বা অমসুং অচুম্বা চৎপগা পূল্লগা শান্তি ওইবকই। নুংশিবা, অচুম্বা অমসুং শান্তি মাঙহনগুমসি, কনসি। অচুম্বা হায়বা অসি মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা গুণনি। ঐখোয়না অচুম্ববু শেম্বা ঙম্লোই। মদুবু লাইরিক্কী ওইবা জ্ঞানদগী ফংবা ঙম্লোই। অচুম্বা হায়বা অসিদি নুং-দা লৈরিবা আত্মাদুনি। মালেম অসিদা অচুম্বা য়াওদবা মী অমতা লৈতে। মীওইবদা অচুম্বা লৈ, অদুবু মহাক্লা অচুম্বা অদুবু চুমদবনা কূপশিনহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্লা অরানবথক্তবু খন্দুনা লৈ।

সীতা অমসুং রামবু নুংশিবগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুনা পুন্দুনা সীতা-রাম হায়না পুল্লিল্লকই। অকনবা রাবণ হিংচাবনা সীতাবু থা তরা চূপ্পা লঙ্কাদা ফাদুনা থমখি। অদুবু সীতানা রাবণবু য়েংনবা অমুকফাওবা মকোক হাইগৎখিদে। মহাক্লা লৈমায়দগী নাপী মনা অমা খুল্লম্মী অদুগা রাবণদা লংশিল্লগা হায়রকখি, "নহাক্তি রামগা চাংদম্নবদা নাপী মনা অসিগুম্না মমল য়াওদে।" সীতানা রামবু য়াম্না কন্না থাজে। ঐখোয় পূম্নমক্লা অসিগুম্বা অকনবা মথাজা অসি লৈননবা লাক্লগদবনি।

হৌজিক মী অয়াম্বনা চিংনবা করিমতা লৈতবমখৈ হিংসা তৌনরি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আত্মাবু থাজরবদি পুন্সি নুংঙাইনা লেনবা ঙমগনি। ঐখোয়দা মাঙ-তাকহন্নঙাই ওইবা অমতা লাক্লোই। আত্মা নংত্রগা ঈশ্বরদি মফম খুদীংমক্তা লৈ। ঐখোয়দসু লৈ, ঐখোয়গসু লৈমিন্নৈ, ঐখোয়গী অকোয়বদসু লৈ, থক্তসু লৈ অদুগা খাদসু লৈ। মসিবু থওইদদুনা ঐখোয়বু সংসারগী অপাম্বশিংনা হোইদুনা পুহল্লি। আত্মা নংত্রগা ঈশ্বরবু তরায়-তরায়না লৌরোইদবনি। আত্মাবু মশক খণ্ডলবদি হিংসা তৌনরোই।

ঈশ্বর কনানো? ঈশ্বর কদাইদা লৈ? ঈশ্বরদি এটোমশিংগী মওঙদা মফম খুদীংমক্তা লৈ। মসিনা ব্রাহং অনীদুগী পাউখুমনি। জগৎ অসি এটোমময়ামগী অপূনবনি। বেদনা হায়, "ব্রহ্মাদি খ্বাইদগী কূপলেন-কূপ্পা অদুদগীসু কূপ্পনি অদুগা খ্বাইদগী পাক-চাউরে হায়বদুদগীসু হেন্না পাক-চাউবনি।" ঈশ্বরদি অকক্লবা মওঙ অমা লৈতে। অদুবু ইবুংঙো মহাক্তি পূম্নমক্কী হৌরকফমনি। ইবুংঙো মহাক্কী ওইথোক্তবা হায়বদুসু লৈতে। ইবুংঙো মহাকপু লৈরমদ্রবদি ঐখোয় পূম্নমক লৈরম্লোই। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী থব্রায়দি ইবুংঙো মহাক্নি। পূম্নমক্কী মপু ওইবীরিবা ইবুংঙো মহাকপু থাজরগা পূজা তৌফম থোকই। ইবুংঙো মহাক্লা অথোইবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মিংশিং য়াম্না লৈ, কৌনীংবা অমা হেক্তা কৌবা য়াই, অদুবু ঈশ্বরদি অমতনি অনী শুদে।

ঈশ্বর য়াওদ্রবদি পূম্নমক অসি শূণ্যনি। ঈশ্বরগবু লোয়নববদি ঐখোয়না মফম খুদীংমক্তা মায়পাকপগী মায়পাকপা ঙাক্তা ওইগনি; বোমশিং নংত্রগা অতোপ্পা মাঙ-তাক্লঙাই ওইবা খুৎলায়শিংনসু ঐখোয়বু শোকহনবা ঙম্লোই। কনানা বোম শেম্মী? মীখক্তনা বোম শেম্বনি। অদু ওইরবদি মীগা বোমগা অনীগী মরক্তা কনানা মগুণ লৈবা হেল্লি? মীনা হেল্লি। ঈশ্বরগা মীগা তোঙান-তাহনবা যাদে। মরম অদুনা মীওইবদগী মগুণ হেনবা কনা লৈরিবগে? বেদনা হায়, "নহাক নশাবু খঙউ।" কনাগুম্বা অমনা ঐঙোন্দা "নহাক কনানো?" হায়না হংলকপা মতমদা ঐহাক্লা "ঐহাক ব্রহ্মনি" হায়না খুম্বনা অচুম্বা পাউখুম ওইগনি। ঐখোয়সি চুম্নগী মী ওইবা নত্তে, ঐখোয লাইগুম্বনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মতম লৈবা খিবিক্তা "ঐখোয় ব্রহ্মনি নংত্রগা ঈশ্বরনি" হায়গদবনি। জীব পূম্নমকপু ঈশ্বরনি হায়না লৌবদা আত্মাগা নক্লনা লৈরিবা বুদ্ধিগী মতেং লৌরগা বিচার তৌগদবনি।

মতম অমদা গুরু অমনা মহাক্কী শিষ্য অমদা অসুম্না তাকপীরম্মী, "হিংদুনা লৈরিবা পূম্নমক অসি ঈশ্বরনি।" শিষ্য অদুনা মসিগী লমজিং-পাউতাক অসিবু ব্রাহৈগী অতাবী অর্থদুখক্তা লৌরম্মী, অদুগা মসিগী অচুম্বা নুং-গী ওইবা অর্থদুদি খঙখিদে। নোংমদি মহাক্না সহরগী সোড়োক অমা লানবা মতমদা শামু অমা থেংনরম্মী। শামু মথক্তা তোংলিবা মাউৎ অমনা শামু মথক্তগী য়াম্না কন্না "হন্দোকউ, হন্দোকউ, থুনা হন্দোকউ" হায়না লাউরকখি। শিষ্য অদুনা মথন্তা শেরান্নন‍া অসুম্না খন্থরম্মী, "ঐহাক্না করিগীদমক্তা হন্দোক্কদৌরিবনো? ঐসু ঈশ্বরনি শামুদুসু ঈশ্বরনি। ঈশ্বরনা ঈশ্বরবু করিগীদমক কিগদৌরিবনো?" অসুম হায়না খন্থরুবগা শিষ্য অদুনা শামুনা চৎকদবা লম্বী অদুদগী শুকহন-হন্দোকখিদ্রে। মরম অদুনা শামু অদুগী মনাতোন্না মহাকপু কোৎখৎলগা সোড়োক্কী নাকল্লোমদা লংথোকখিরম্মী। মহাক য়াম্না শাথীনা শোকখি। মমৈথংদা মহাক্না মহাক্কী গুরুগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্কী ব্রারী অদু লীরম্মী। অদুদগীদি গুরু অদুনা অসুম্না হায়রকখি, "য়াম্না ফরে। নহাক ঈশ্বরনি, অদুগা শামু অদুসু ঈশ্বরনি; মাউৎকী মশক লৌদুনা শামু মথক্তা তোংখিবা ঈশ্বরনা ঈশ্বর নঙোন্দা 'হন্দোকউ, হন্দোকউ, থুনা হন্দোকউ' হায়না নশা শোক্তনবা তাকপীখি, অদুগা নহাক্না করিগীনো মাউৎকী শকফম লৌরিবা ঈশ্বরগী য়াথংবুদি থৌশাখিদ্রিবা?"

ঐখোয় হকচাঙগী ওইনদি মীনি, অদুবু ঐখোয়দা লৈরিবা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি অদুদি এটোম বোমদগী নৎত্রগা হাইড্রোজেন বোমদগী মগুণ য়াম্না হেল্লি। অসিগুম্বা ঙমখৈ নাইদ্রবা ঈশ্বরগী শক্তি অসি ঐখোয়দা লৈরবদা ঐখোয়না করিবু কিরুগদগে? মদুগী শক্তি অদু আত্মাগী শক্তিনি। মরম অদুনা ঐখোয়না আত্মাগী মরূদ-মরুওইবা অচুম্বা অদুদা অচেৎপা থাজবা থমসি। আত্মাদনি মতম পূম্নমক্তা লৈগদবদি। মসিনা অথোইবনি। আত্মা য়াওরিবা ঐখোযসে কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো।

ঐখোয়না হকচাঙ শোল্লক্লবসু আত্মাগী অথোইবা শক্তিনা ঐখোয়বু থবক তৌহল্লি। আত্মাননি ঐখোয়দা পাঙ্গল-শক্তি পীরিবসে। মরম অদুনা ঐখোয়না আত্মাদা ধ্যান তৌগদবনি, ঈশ্বরগী ব্রাখল খনগদবনি। মালেম অসিদা ধর্ম ময়াম অমা লৈ, অদুবু ঈশ্বরদি অমতনি। ঈশ্বরগী মওঙদি লৈতে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী

মওঙ কয়া পুথোক্লগা লাংনরি। ইবুংঙো মহাক্কী মতীক-মগুণসু য়াম্না য়াম্মী, থাবদা লোই-খম্বা নাইবা নত্তে। ইবুংঙো মহাক্কী মমিং য়াম্না য়াম্মী। মমিং অমদা হেক্তা ঈশ্বরবু নীংবা য়াই। মমিং য়ামজরবসু ঈশ্বরদি অমতনি। ঐখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা চিংনবা অমতা থম্লোইদবনি। চিংনবা অমদগী চিংনবা ময়াম অমা থোক্লক্কনি। চিংনবশিংনা মমৈথংদা ঐখোয়গী পুন্সিবু মাঙহনগনি। চিংনবনা থাজদবা পোকহল্লি। ঐখোয়না মীওইবা ওইনা লৈবা পাম্লবদি চিংনবা পূম্নমক থাদোক্কদবনি। ঐখোয়দা চিংনবা লৈরিবমখৈ মদুনা হূগুম্না থবক তৌরকই। ঐখোয়গী পূক্লুংদা হূ লৈরবদি ঐখোয়না চারিবা খুদীংমক হূ ওল্লক্কনি। মরম অদুনা চিংনবা অমতা লৈহল্লোইদবনি। মদুগীদমক্তা আত্মাদা অচেৎপা থাজবা থমগদবনি।

ঐখোয়দা লৈরিবা আত্মাসিগীদমক্তা নুংশিবা ফাওগদবনি। "ঐ আত্মানি" হায়বা অসি মুম্না খঙজিনগদবনি। কনাগুম্বনা ঐখোয়বু কনা কনানো হংলকপা মতমদা "ঐখোয় অদুনি, আদানি" হায়না খক হায়রোইদবনি। ঐ আত্মানি, ঐখক্তা নত্তে নঙসু মাসু আত্মানি। থব্বায় পানবা খুদীংমক আত্মানি। মসিগী থাজবা মথাজা অসিগী পাঙ্গল কলহনগদবনি। মীয়াম্না নুংঙাইবা, শান্তি অমসুং আনন্দ পাম্মী। মখোয় অদুবু কদাইদগী ফংগদগে? দুকান্দগী ফংগদবা নত্তে। মখোয়গী হৌরকফমদি আত্মানি। নুংঙাইবা, শান্তি অমসুং আনন্দ ফংগে হায়রবদি আত্মাগী মরুদ-মরুওইবা অচুম্বদুবু থাজসি।

## শ্রীকৃষ্ণ পোকপা অমসুং নুংশিজবা

পরমেশ্বর ভগবানদি পোকপা নাইদ্রবসু, ফোঙদোক্তনা মফম খুদীংমক্তা শীন্থুংনা লৈজরবসু অদুগা মাঙ-তাকপা নাইদ্রবা মহৌশা ওইজরবসু ইবুংঙো মহাক মশামক্তা মশামক্কী ওইরিবা পূম্নমক্কী মপু ওইবা মতৌদা অদুম লৈনা লৈনা মশামক্কী মায়াদগী অঙকপা পাম্বৈনা অবতার তৌরকই। অফবা মীশিংগী অফবা মগুণ অমসুং ফত্তবা মীশিংগী ফত্তবা মগুণনা পরমেশ্বর ভগবানগী অবতার ওইহল্লি। ইবুংঙোনা মীরক্তা মী ওইনা অবতার তৌবীরবা হায়বা অসি মীওইববু অনেম্বদগী অৱাংবদা চিংখৎপীনবনি।

*ধর্মনা মরায়-চায়থরকপা মতমদা,*
*অধর্মনা মরায় হাইগৎলকপা খুদীংদা,*
*হে অর্জ্জুন! ঐহাক ইশামক্তা লাংওল্লি।*

*— গীতা - ৪ঃ৭*

*অফবশিংবু ঙাক-শেন্নবগীদমক*
*ফত্তবশিংবু মাঙ-তাকহন্নবগীদমক*
*ধর্মবু অমুক হন্না লিংননবগীদমক*
*ঐনা যুগ যুগ খুদীংগী ওইনা*
*তাইবঙসিদা লাংওল্লি।*

*— গীতা - ৪ঃ৮*

ধর্মনা মরায়-চায়থরকখিবা মতমদা হায়বদি খৃষ্টনা পোক্লিবৈগী মমাঙ তাং ২০/০৭/৩২২৮ গী নোংঙাল্লিবৈ পুং ৩ (অহুম) তাবা মতমদা ভগবান

শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা অবতার তৌরকখি। ইবুংঙো মহাক্কী অবতার অদুদি মপূংফাবা অবতার ওইখি। শ্রীকৃষ্ণনা দ্বাপুর যুগতা অবতার তৌখিবদা বসুদেব অমসুং দেবকীগী মচা ওইনা পোকখি। ইবুংঙো মহাক্না মমাঙদা অবতারশিং তৌখিবগুম্না মখূৎ মরি পানবা শকফম অদু কায়দনা পোকখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদা অচম্বা মীওইবগী শকফমদা হঞ্জিনবীয়ু হায়না মমা-মপানা হায়জখিবদগী খূৎ অনী পানবা অঙাংগী মওঙদা কৃষ্ণ হায়না কৌদুনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা মপূংফাবা অবতার তৌবীরকখিবা নুমিৎ অদু মহামঙ্গলগী মশক ওইখি। মফম পূম্নমক্তা শান্তি লৈখি। উচেক-ৱায়াশিংনা উমংদা নুংশি-নুংশিরবা ঈশৈশিং শকখি। পাৎ, তুরেল, পুক্রিনচিংবদা ঈশিংনা পীক পীক থন্না লৈখি অদুগা সমুদ্রগী ঈথকশিংসু পীক্লা পীক্লা কাখি। হৈরাং-লৈরাংশিংনা নুংশিরবা মনমশিং থাদোরকখি। ঈংসু ঈংখিদে, শাসু শাখিদে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি চন্দ্র বংশগী শাগৈ ওইখিবা মরম্না শিথরকখিবা থাজনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ওক্লবগীদমক্তা মপূংফারবা পূর্ণিমা থাজ ওইখি।

দেবকীগী থম্মোয়দগী শ্রীকৃষ্ণনা থোকপীরকখিবনি। ইবুংঙো মহাকপু মীচম অমা ওইনা লৌবদি লানগনি। ইবুংঙো মহাক্তি জীবশিংগী থম্মোয়নুংদা পরমাত্মা ওইনা লৈবীবনি। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্না দেবকীগী থম্মোয়নুংদগী মপান্দা থোকপীরকখিবনি। মদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অঙকপা শক্তিনি। ইবুংঙো মহাক্তি বৃন্দাবন্দা, মথুরাদা, বৈকুন্ঠদা, জীবশিংগী থম্মোয়নুংদা, মফম খুদীংমক্তা অমদি পীকখ্রবা এটোম অমগী মনুংদফাওবা লৈ। ইবুংঙো মহাকপু মীচম অমা ওইনা পোকখি হায়দুনা মায়া লাংদা থুরবা মীওইশিংদা খলহনখিবগী ৱাদনি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি অশেংবা পরমেশ্বর ভগবাননি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদি অঙকপা ফংবনি। মীচম ঐখোয়গী ৱাখলনা লাম্বা ফংবগী ৱা লৈতে। জ্ঞানীশিংনফাওবা ময়েকশেংনা খঙদে। ইবুংঙো মহাক্না পোক্লকখিবা মতমদা মখূৎ মরি পাল্লকখি, মোইবুং, চক্র, গদা অমসুং থম্বাল পায়রকখি। ঙকশমদা মণিনা লৈতেংলকখি, সনা-ফিগে শেংলকখি, মপূংফানা শম হৌরকখি, ফজরবা মণিমুক্তাগী লীকলাংশিংনা লৈতেংলকখি। ফজবদা মপা লৈরমখিদে। অঙকপগী মশক ওইখি। ইবুংঙো মহাক্না বৈদূর্য্য মণিগী লুহুপ উপ্লগা পোক্লকখি। বৈদূর্য্য মণিদি বৈকুন্ঠতদা ফংবনি, অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদা ফংদে।

শ্রীকৃষ্ণগী কুচুদি শংবান্নরম্মী। করিগীদমক্তা ইবুংঙো মহাক্কী কুচু শংবান্নরিবনো? মসিগা মরী লৈনবা ৱারী অমা লৈঃ

স্বামী অমনা খা-ভারতকী স্কুল অমদা চৎলম্মী অদুগা স্কুল অদুগী মহৈরোইশিংবু চাংয়েংবা য়াম্না পাল্লম্মী। মহাক্না স্কুল অমগী ক্লাস চথরিবা কা অমদা চঙখিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী অয়েকপা লাই অমা হেক উরকখি। মহাক্না মহৈরোইশিং অদুদা "শ্রীকৃষ্ণগী কুচুসি করিগী শংবান্নরিবনো?" হায়না হংলম্মী।

মহৈরোইশিং অদুনা পাউখুম অমতা পীদনা তুমিন্না লৈনরমখি। মহৈরোইশিংগী মরক্তা খরনদি ৱাহং অদু হংলকখিবা মতমদা নোক্লম্মী। মমৈথংদা মহৈরোই অমখক্না হৌগৎলকখি অদুগা অসুম্না পাউখুম পীরক্লম্মী, "শ্রীকৃষ্ণগী কুচু শংবান্নরিবগী মরমদি ঙমখৈ-নাইদবা হায়বদুগী মচু অদু শংবান্নগনি।"

স্বামী— "ফরে, অদু ওইরবদি মতৌ করম্না 'ঙমখৈ-নাইদববু শংবান্নে হায়রিবনো?"

মহৈরোই— "সমুদ্র হায়বসি ঙমখৈ-নাইদে, মরম অদুনা সমুদ্রগী মচু শংবান্নে। অদুগা অমুকসু অতিয়া অসি ঙমখৈ-নাইদে, মরম অদুনা অতিয়াগী মচু শংবান্নে।"

স্বামী— "য়াম্না ফরে।"

স্বামী অদুনা মহৈরোই অদুগী পাউখুম অদু তাবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী অদুগা মহাক্না মহৈরোই অদুগী মনঙ্গলদা খুবাক্না পোপ পোপ লাউনা থারম্মী। স্বামী অদুনা স্বামী বিবেকানন্দ অদুগা মহৈরোই অদুনা ভারতকী অহানবা ভারতমচা গভর্ণর জেনেরেল রাজাগোপালচারী ওইখি।

বসুদেবনা মচা কৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবানমক্নি হায়না নীংজখি। মঙোন্দা চিংনবা অমদি অকিবা লৈরমখিবা পূম্নমক মাঙখি। কংসগী কৈশুমশঙদা মঙালনা পূমঙাল-ঙাল্লবা মচানুপা শ্রীকৃষ্ণদা মখুৎ অনী লোন্নদুনা বসুদেবনা খুরুমজরম্মী অদুগা হায়জরকখি, "হে ভগবান! অহানবদা অজ্ঞান্না মমশিলহল্লমখিবা ৱাখল অদু হৌজিক্তি মাঙম্লে।" অসুম্না বসুদেবনা মচানুপা কৃষ্ণবু ভগবান ওইনা অমসুং নুংশিরবা মচানুপা ওইনা মতম অমতদা খঞ্জখি। পূক্নিং, লৌশিং অমসুং অহঙ্কারনা 'ঐগী' নৎত্রগা 'মসি ঐগীনি' হায়বা ওইদবা ৱাখল অদু পোকহল্লি। ওইদবা ৱাখল

অদুনা ঐখোয়বু চিংদুনা পুরিবমখৈদি শ্রীকৃষ্ণবু খঙবা ঙম্লোই। বসুদেবদি অশেঙবা ভক্ত অমা ওইবা মরম্না কৃষ্ণ-তত্ত্ব খঙলম্মী। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি দেবকীগী গর্ভদগী মচানুপা ওইনা পোকখিবা মালহনখিবগী ৱাদনি। কৃষ্ণ-তত্ত্ব অসিবু খঙনবগীদমক্তা সৎ-গুরু অমগী থৌজাল দরকার ওই।

শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা হায়, "ঐগী ফোঙদোক্তবা মওঙদা ঐনা তেঙবানবা মপৃং অসিদা পূমশন-শল্লিবনি। লেঙলি-পাল্লিবা পৃম্বসি ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈ, অদুবু ঐদি মখোয়দা তিন্দুনা লৈতে।" (গীতা-৯ঃ৪)। জগৎ অসিদা ইবুংঙো মহাক্না মাগী ফোঙদোক্তবা মওঙদা পাকচাউনা পূমশন-শনবীরি, অদুগা লেঙলি-পাল্লিবা পৃম্বসিনা ইবুংঙো মহাক্কী মখাপোন্দা লৈরি। অদুবু ইবুংঙো মহাক্না অনীংবা অমা পাঙথোক্লবা অবতার তৌবীরকপনি হায়বা অসি বসুদেবনা খঙখি। বসুদেবনা মচা কৃষ্ণবু নুংশিজবদগী ঙাইহাক্কী ওইনা পরমেশ্বর ভগবাননি হায়বা কাউথোকখি। মরম অদুদগী কংসনা মহাক্কী মচা তরূকমক হাৎখ্রবনিনা থুনা অমুকসু মহাক্না খূৎলায় পায়দুনা লাক্লগা মচা কৃষ্ণবু হাৎলরগনি হায়না চিংনরকখি। দেবকীনসু মচা কৃষ্ণবু নুংশিজবদগী মীচম অঙাং অমা ওইনা হেক খঞ্জখি অদুগা তমথীরবা কংসনা হাৎপীখিদনবা প্রার্থনা তৌজরকখি, "হে ইবুংঙো! কংসনা নহাকপু হাৎকনি হায়বগী অকিবা লৈহনবীবনু। নহাক্কী বিষ্ণুগী মওঙ অসি উৎপীরগনু। অচম্বা অঙাং অমগী মওঙ ওইহনবীয়ু।" মচা কৃষ্ণবু নুংশিজবদগী দেবকীনা ইচম চম্না খঞ্জখি মদুদি অচম্বা অঙাং অমগী মওঙ নত্তদুনা বিষ্ণুগী মওঙদা লৈরবদি কংসনা মচাবু শোয়দনা হাৎখ্রগনি, অদুবু অচুম্বা অঙাং অমগী শক্তমদা লৈরবদি মহাকপু লোন্না থৈদোক্তুনা থমখিবসু য়াই। দ্বাপুব যুগতা পোকখিবা শ্রীকৃষ্ণনা মপৃংফাবা অবতারনি, অদুগা মমাঙগী যুগ অনীদা হায়বদি সত্য অমসুং ত্রেতা যুগতা অবতার তৌবীখিবশিং অদুদি মপৃংফাবা অবতার ওইখিদে। দ্বাপুর যুগতা বিষ্ণুগী মওঙদা নোংগুম্বীরকখিবা অদুনা তাকপদি ইবুংঙো মহাক্না পরমেশ্বর ভগবান ওইনা লাংওনখি হায়বনি।

বসুদেব অমসুং দেবকী অনীনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা অচম্বা অঙাং অমগী মওঙ ওইবীয়ু হায়জখিবা অদুবু ইবুংঙো মহাক্না তাবীখি অদুগা ইবুংঙো মহাক্না ঙাইহাক লৈরগা বিষ্ণুগী মওঙদা লৈরমখিবদগী অচম্বা অঙাং অমা ওইনা

ওহ্মোকখি। পরমেশ্বর ভগাবনগী অনীংবা মতুংইন্না বসুদেব অমসুং দেবকীগী মচানুপা কৃষ্ণবু যশোদাগী মচানুপা ওইহনখি। যশোদাগী মচানুপী যোগ মায়ানা দেবকীগী মনাক্তা পুরকখি। যশোদাদি মচানুপী অদু পোকপদা ৱামনখিদুনা তূমথখিবদা পোকখিবা অঙাং অদুবু নুপানি নৎত্রগা নুপীনি হায়বা খঙহৌখিদে। দেবকীনা মচা কৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগাবননি হায়না লৌজখি অদুগা অমরোমদনা যশোদানা মচা অয়োকপা কৃষ্ণবু মীচম অঙাং অমা ওইনা লৌখি।

শ্রীকৃষ্ণনা শান্নগদবা লীলা মপুংফানা শান্নখি। ইবুংঙো মহাক্না মথুরাদা কংস লানবীখি, দ্বারকাদা নিংথৌ ওইনা পানখি, পাণ্ডব মচিন্মনাও মঙাদা তোংশিল্লগা কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোলশিং, শামুশিং, শগোলশিং, লালগী খুৎশূ-খুৎলায়শিংনচিংবা মাঙহনখি। মহাভারতকী লাল হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা লানফম ময়ায়দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মীওইবগী মহুৎশিনখিবা অর্জ্জুন্দা উপনিষদকী মচি ওইরিবা গীতাবু (আত্মতত্ত্ববু) তম্বীখি। উপনিষদতগী শুমথরকখিবা শঙ্গোম্নু ষন্নাও অর্জ্জুন্দা পীথকপিখি। গীতা তম্বীখিবা মফমদি ধর্মক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা ওইখি। মতম অদু খৃষ্টনা পোক্লিঙৈগী মমাঙ চহী ৩০১২ গী ফেব্রুৱারী তাং ২৮ নি হায়রি।

গীতা হায়বদি পুন্সিগী ঈশৈনি। ঈশৈ অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শকখিবনি। গীতা হায়বদি কৃষ্ণনি, কৃষ্ণ হায়বদি গীতানি। গীতা নৈনবা হায়বা অদুনা মায়া সংসারগী ঈপাকপু লাম্মোকপগী মহৈবু তম্বা হায়বনি। গীতাবু খঙদবদগী ঐখোয়না ৱাবনি। গীতানা ঐখোযবু আত্মাগী পারা তম্বী অদুগা আত্মাগী মশক খঙহনবীগনি। ঐখোয় মীওইবদা শ্রীকৃষ্ণনা অত্মাতত্ত্ব খঙহন্নীংবদগী মীওইবগী মহুৎশিল্লিবা অর্জ্জুন্দা গীতা তম্বীখিবনি। মরম অদুনা অর্জ্জুন্না থেংনখিবা সমস্যাশিং অদু মহাক্কীদা নত্তে, ঐখোয় মীওইবা পূম্নমক্কী সমস্যানি। গীতাবু কর্ম-যোগ শাস্ত্রনি নৎত্রগা জ্ঞান-যোগ শাস্ত্রনি নৎত্রগা ভক্তি যোগ শাস্ত্রনি হায়না তোঙান তোঙান হায়বা য়ারোই। গীতাদি যোগ পূম্নমক্কী শাস্ত্রনি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না গীতাবু যোগ শাস্ত্রনি হায়না হায়বীরম্মী। থাঙ্গৈশেংনমক গীতা হায়বা অসিদি কর্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী অহাউ-অহাউবা মচলশিং য়াওবা পাত্র অমনি।

ভগাবন শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত উদ্ধবতা ঐখোয় মীওইবনা চৎকদবা অচুম্বা ধর্মগী লম্বী তাকপীরম্মী। শ্রীমদ্ভগবত মহাপুরাণদা কলিগীদমক্তা ৱাবীদুনা অচুম্বা লম্বী তাকপীরম্মী। মহাপুরাণ অসি শ্রীশুকদেব মুনিনা পরীক্ষিত মহারাজদা নুমিৎ তরেৎনিখক্তদা লোইনবা লীবিখিবনি। ৱারী অদুদা লৈশেম্বদগী কলি যুগ চঙলকপা ফাওবগী মতাং য়াওই। শ্রীমদ্ভগবতকী অচৌবা পন্দুপ ১২ লৈ। শ্লোক ১৮,০০০ নি অদুগা অধ্যায়না ৩৩২ নি। মহাপুরাণ অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু অথোইবা ভগবাননি, মায়াগী নৎত্রগা গুণ অহুমগী ৱাংমদা লৈবনি অদুগা ঐখোয় পূম্নমক্কী মপুনি হায়বা তাকই।

ভগবত পুরাণ অসি কর্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগী পাউতাক লৌফম খনিনি, আত্মাগী জ্ঞান লৌনবা মমল নাইদ্রবা পৃক্কেনি। ধর্মগী অশেঙবা লাইরিক অসিবু নৈনরুরবদি আত্মাগী জ্ঞান লাক্কনি, ভক্তিগী ৱাখল পোক্লক্কনি অমসুং বৈরাগ্য লৈরক্কনি। মসিদা তাইবঙ সংসারগী মরম্মুসু মথং মনাও নাইনা নৈনৈ।

শ্রীকৃষ্ণদি সৎ-চিৎ-আনন্দনি। ইবুংঙো মহাক্তি পরমাত্মাগী মশক ওইবনি। জগৎ অসিদা লৈরিবা পূম্নমক অসিনা লৈত্রিঙৈদা ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইনা লৈবীখিবনি। মতম অদুদা ইবুংঙো মহাক্তমক লৈরমখি। অদুদগীদি লৈশেম্বদা ইবুংঙো মহাক্না জগৎ অসি শেমখি। ইবুংঙো মহাক্না লৈবদগী খুদীংমকসে লৈখিবনি।

চফৃ হায়বা অসি চফৃগী মচাক ওইরিবা লৈখোম্না শাবনি। চফৃসি লৈপাক্লি। লৈপাক য়াওদনা চফৃ ওইবা য়াদবগুম তাইবঙপানবা পূম্নমক অসি পরমেশ্বর ভগবান য়াওদনা ওইবা য়াদে। জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি। মনাইনা মপুগী পেন্নবা তৌবগুম্না জীবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবা তৌগদবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনবু পেল্লবদি অৱাৎপা অমতা লৈরোই।

ঐখোয়না মায়া-সংসারগী ঈপাক্তা অমুক লূপ অমুক তাউখৎ তৌদুনা লৈরিবমখৈ ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খঙবা অমদি থাজবা ঙম্লোই। ইবুংঙো মহাক্তি ঙমখৈ নাইদবনি। তাইবঙ সংসারগী পোৎ খুদীংমক্তি ঙমখৈ লৈবা ঙাক্তনি। ঙমখৈ নাইদবা ইবুংঙো মহাক্না জীব খুদীংমক্তা পরমাত্মা ওইনা লৈ হায়বনা মরম ওইরগা পরমেশ্বব ভগবান্না জীবশিংদদা লৈ হায়না লৌবা য়াদে। 'ঙমখৈ-নাইদবা' হায়বা অদুনা

'ঙমখৈ-নাইবা' শিংদদা করম্না লৈগনি? খুদম অমা ওইনা হায়রবদা নুংশিংনা অহাঙবা চফৃশিংগী মনুংদা লৈ হায়বা মরমদগী মফম খুদীংমক্তা শীন্থুংনা লৈরিবা নুংশিংনা ঙমখৈ-নাইবা চফৃশিংগী মনুংদতা লৈ হায়না লৌবা য়ারোই। চফৃশিং অদুনা কায়খিদুনা মাঙখ্রবসু নুংশিংতি অদুম মফম খুদীংমক্তা করিমতা কায়দনা লৈগনি।

হকচাঙ অসিদি আত্মা য়াওদনা লৈবা ওইথোক্তে। হকচাঙদি পঞ্চভূতনা শাবনি, মতম খরদগী ওইবা পোৎচাকশিংনা শাবনি। হকচাঙবু অরোইবনি নৎত্রগা আত্মানি হায়দুনা শেরান্নরা লৌরিবা মীশিং অদুদি আত্মজ্ঞান নৎত্রগা কৃষ্ণ-জ্ঞান লৈত্রবনি। ঐখোয় মীওইবদি হকচাঙ, পৃক্লিং, বুদ্ধি, অমসুং আত্মানা পৃল্লগা শাবনি। হকচাঙনা থবক তৌনবা খুৎলায়নি, পৃক্লিং অমসুং বুদ্ধিনা থবক্কী মবোল খঙনবগী উপায়নি অদুগা আত্মানা মখোয়গী শাক্ষীনি। অদুবু তশেংনমক হায়রবদা ঐখোয়দি আত্মানি, হকচাঙ নত্তে, পৃক্লিং নৎত্রগা বুদ্ধি নত্তে।

অশেঙবা ভক্ত অমনা শ্রীভগবানবু পৃক্লিং-চপ-য়ুংনা নীংজৈ অদুগা খুদীংমক ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কথোকই। অসিগুম্বা ভক্ত অমনা শ্রী ভগবানবু থরায়-ফৃক্লা নুংশিজৈ অদুগা ইবুংঙো মহাক্তসু ভক্ত অদুবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। ভক্তগা ভগবানগদি অমতনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা অসুম্না তাকপীখি, "মতম পুম্বদা ঐবু চেৎনা খল্লু, ঐবু নীংজবা ইদাইবেম ভক্ত ওইয়ু, ঐগী পেন্নবগীদমক খুদীংমক ঐঙোন্দা কথোক্লগা ঐবু নীংউ; পৃক্লিং হকচাঙ অমসুং ৱাহৈনা ঐবু খুরুমজৌ। মতৌ অসুম তৌবগা নহাক্না ঐঙোন্দা শোয়দনা লাক্কনি। মসি ঐনা নঙোন্দা ৱাশক্লুনা হায়বনি, মরমদি নহাক অসে ঐহাক্কী য়াম্না নুংশিরবা মরূপনি।" ঈশ্বরগী মফমদা অসুম্না চঙজরগা নুংশিজবখক্তনা ইবুংঙো মহাকপু ফংনবগী উপাযনি। মসিনা শ্রীভগবানবু নুংশিজবগী নৎত্রগা ভক্তিগী অরোনবা ৱাফমনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অশেঙবা ভক্ত অমনা মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু ইবুংঙো মহাক্কী সেবা তৌবখক্তদা শীজিন্নৈ অদুগা অতৈ মতমদদি ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিন্দুনা থম্মি। অশেঙবা ভক্ত অমনা মশানা অদুম সংসারগী ওইবা অপাম্বশিংবু থাদোকই। শ্রীভগবানবু শেংনা নুংশিজরবদি তাইবঙগী অৱা-অনা পূম্বা কোক্কনি। মপানগী

সংসারদগী লাকপা নুংঙাইবনা অৱাবগী থোঙ্গালশিং হাংদোকই, অদুগা থম্মোয়দগী নৎত্রগা আত্মাদগী লাকপা নুংঙাইবনা আনন্দ পী। মরম অদুনা প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবা শ্রীভগবানগী ৱাখলদা চঙদ্রবদি কনানসু প্রকৃতিগী গুণ অহুমদগী নাম্থোক্তুনা অৱা-অনা কোকপা ঙম্লোই। মীওইবনা প্রকৃতিগা শম্নরিবমখৈদি প্রকৃতিনা মহাকপু মশানা য়ানীংদ্রবসু নম্ফুদা পাপ তৌহল্লি অদুগা মমৈ-মকোক ওলহন্দুনা অৱাবা তাহল্লি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মশাবু কথোকচরগা থৱায় ফুক্না ইবুংঙো মহাকপু নুংশিজরবা মহাক অদুনা মায়া-লাংদগী নাম্থোকপা ঙম্মি। অদুবু মীশিংনা হকচাঙগী নুংঙাইনবতা খল্লিনৈদা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙজফম লৌবগী মতম ফংনদে, ইবুংঙো মহাকপু কাউথোকই। মখোয়গী মফমদদি মাঙ-তাকপা নাইবা লন-থুম, সম্পত্তিনচিংবা ফংবনা পুন্সিগী অমতা ওইবা পান্দম ওই। মখোয়দা শ্রীভগবানগী ৱাখল অমতা লৈজদে। রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অনীসিনা মখোয়বু শারাক শান্নে অদুগা পুল্লি। অপাম্বা, অশাউবা, মিহৌবা, নাপল অমসুং ময়াইকাবনচিংবনা মখোয়গী লৈখোলনি। মখোয়না হকচাঙগী নুংঙাইনবনি হায়দুনা অৱাবা অমসুং খুদোংথীবা পুরক্কদবা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌই।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু তাইবঙ মীংনা উবা অচম্বা মীশক অমা ওইনা লৌবদি লানগনি। ইবুংঙো মহাক্কী মাঙতাকপা লৈত্রবা, পূমথোই-থোইবা, হোংদোক-হোংজিন নাইদবা অমসুং মায়া-শক্তিগী ৱাংমদা লৈবা ফোঙদোক্তবা অথূপ্পা অদুবুদি খঙননবা হোৎনদে। মায়ানা শুম্ন্নৎখিদুনা ঐখোয়গী ইশাদা থূপ্পুনা লৈবীরিবা পরমাত্মাবু নৎত্রগা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙবা ঙমজদে। গুণ অহুম তিন্নরগা ওইবা মায়া-প্রকৃতিনা তাইবঙ মীশিংবু পঙথহল্লি। মরম অদুনা অনম-অহা চুরবা তাইবঙ অসিনা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু খঙদদুনা নুংশিবা ঙমজদে, অদুবু অশেংবা ভক্তশিংনদি ইবুংঙো মহাকপু অয়োৌবীদা নুংশিজৈ।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজবগা লোয়ননা নীংজবা ভক্তদা ইবুংঙো মহাক্না অচুম-অরান খন্দোকপা ঙম্বগী অচুম্বা বুদ্ধি অদু পীবি। বুদ্ধিদা আত্মাগী অশেংবা মশেক্না য়ৈরক্লগা অচুম-অরান খন্দোকপগী শক্তি চোংথোরকই। মদুগী মপান্না আত্মাগী জ্ঞান ফংবা ঙম্লকই। আত্মানা মদুনি অদুগা আত্মা-নত্তবনা মসিনি হায়না

চিংনবা লৈতনা খঙবা ঙম্বা শক্তি অদু জ্ঞান শক্তি হায়না কৌই। মদুনা মায়া-লাংদগী নাম্থোক্লবা লম্বী অদু তাকপী; অদুগা মদুগী মতেংনা ভক্তশিংনা শ্রীভগবানগা লৈমিন্নবা ফংজৈ। শ্রীভগবানবু নুংশিজবা ভক্তশিংনা হিংবদা চঙগদবা পোৎলমশিংগীদমক ব্রাখল থোইনা খল্লুদে মরমদি মখোয়গী থম্মোয়গী অমম্ববু কোক্লবদি শ্রীভগবান্না মখোয়গী চঙগদবা অৱাৎপা পূন্নমক ফংহনবীগনি হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবনি।

শ্রীকৃষ্ণবু ফংননবা হোৎনবদা কর্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তি দরকার ওই। অদুবু ভক্তিনা খ্বাইদগী ফবা অমসুং কলি যুগকা চানবা লম্বীনি। কনাগুম্বনা হায়, "ভক্তিনা খ্বাইদগী অরায়বা লম্বীনি।" ভক্তিগী লম্বী অসি অহানবা চঙবদা খরা লায়না থোক্লম্লবসু মমৈদদি অরায়বা লম্বী অমদি ওইদে। ভক্তিগী শাজেল কন্না তৌরগা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল ফংলবা মতুংদতা কৃষ্ণ-ভক্ত ওইজবা ঙমগনি। ভক্তি-প্রেমগী ধর্ম অসি লৈশেমঙৈদগী লৈরক্লবনি। ব্রহ্মাগী মতমদা ধর্ম অসিগী ময়োল চোংবা হৌখি। প্রহ্লাদগী মতমদা অপোম্বা লৈগুম ওইখি। মথং মথং অসুম ওইবক্তুনা মহাপ্রভূগী মতমদদি ভক্তি-প্রেমগী লৈরাং অদুনা মপূংফানা শাৎকায়রকখি। ইবুংঙো মহাক্না মহাপ্রভূ ওইনা অবতার তৌবীরক্তুনা ভক্তি প্রেমগী ধর্ম অমসুং নাম-সংকীর্ত্তন শন্দোকপীখি।

ভক্তিগী মগুণ য়াম্না চাউই। ধর্মগী লাইরিকশিংদা ধর্মবু থাগত্তুনা ইবনা য়াম্না হেল্লি অমসুং মরুওই। অর্জ্জুন্দা পীখিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খ্বাইদগী ফবা পাউতাক্তি মহাক্কী (অর্জ্জুনগী) থম্মোয়নুংদা লৈরিবা পরমাত্মাগী মফমদা চঙজরগা ভক্তি তৌ হায়বা অসিনি। মসিনা আত্মজ্ঞানগী থূপলেন-থূপ্লা শরুক অমা ওই অদুগা গীতাগীসু মসিনা মচিদ-মচি ওইবা ৱানি। মসিবু মীচম অমনা হেক্তো খঙবা ঙমদে, অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা খমথেংনা চঙজরবা অশেঙবা ভক্ত অমনদি মসিবু লায়না খঙবা ঙম্মি হায়রি।

ঈশ্বরদি নুংশিবনি, নুংশিবদি ঈশ্বরনি। ঐখোয়না চেনগদবা মরুওইবা গুণদি নুংশিবনি। পরমেশ্বর ভগবানবু নুংশিবনা খ্বাইদগী হেনবা ললনি। ইবুংঙো মহাকপূ নুংশিবা তারবদি ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা পূন্নমক কখোক্লগা চঙজবা তাবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা অসুম্না তাকপীখিঃ

*"ধর্ম পুম্বা (ধর্মগী অতৈ-অতৈ থবক পুম্বা) থাদোক্লো, অদুগা ঐঙোনখক্তদা চঙজরো (নশাদু অথাকপা লৈতনা কথোকচরো)। ঐনা নহাকপু পাপ পুম্বদগী লাম্থোকপীগনি। মরম অদুনা নহাক ৱাগনু।"*

— *গীতা - ১৮ঃ৬৬*

নারদ ভক্তিসূত্রনা হায়রি— "ভক্তি হায়বা অসি ঈশ্বরগী মফমদা থম্বা থোইদোক হেন্দোকপা নুংশিবগী (প্রেমগী) মশক্তি। অমৃতগী মশক্তি। অসিগুম্বা ভক্তি অসিবু ফংলগা মীওইবনা শিদ্ধ ওই, অমর ওই অমসুং পেনবা ওই (হায়বদি অমা অমমুক পাম্লদ্রে)।"

ব্রজগী মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিখিবা অদুবু ব্রজ-প্রেম হায়না খঙনৈ। ব্রজ-প্রেম অসি মখল অনী থোক্লা খায়দোকই— 'তদীয়তা' হাযবা অমা অদুগা 'মদীয়তা' হায়বা অতোপ্পা অমা। 'তদীয়তা' হায়বদি 'ঐ অসি কৃষ্ণগীনি' হায়না খনবা ভাব অদুনি; অদুগা 'মদীয়তা' হায়বা অদুনা 'কৃষ্ণ অসি ঐগীনি' হায়না খনবা ভাব অদুনি। কৃষ্ণগী অয়োকপা মপা ইবুংঙো নন্দ, মমা ইবেম্মা যশোদা অমসুং ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু 'ঐগীনি' হায়না খল্লি। তদীয়তাদগী মদীয়তানা মগুণ ৱাংবা হেল্লি। অদুগা অমুক মচা ওইনা নুংশিবনা মরূপ ওইনা নুংশিবদগী ৱাংবা হেল্লি। গোপী প্রেমনা মচা ওইনা নুংশিবদগী থাক ৱাংবা অমুক হেল্লি অদুগা মরূপ ওইনা অমুক নুংশিবদগীসু হেল্লি। গোপীশিংগী মরক্তগীনা রাধাগী প্রেমনা অমুক ৱাংবা হেল্লি।

কৃষ্ণ প্রেমনা প্রেম পুম্নমক্তগী অমুক হেল্লি। কৃষ্ণগী অশেংবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা অমসুং সেবা তৌবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমা পামদে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবদি মদুনা লোইবে হায়না লৌই। মখোয়না অরানখুভমফাওবা পামজদে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণবু ফংলবদি অফবা পুম্নমক ফংলগনি। শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিরবদি লাই মচা মচাশিংনা পেল্লি অদুগা জীব পুম্নমক্তসু পেল্লি। লাইশিংনা শ্রীভগবানগী

মশীং লাকঙমদ্রবা হকচাঙ কায়াৎশিংগুম্না ইবুংঙো মহাকপু সেবা তৌই। লাইশিংবু নুংশিরবসু অরোইবদদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবগা চপ মান্নে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ অসি লাই পূম্নমক্কী তুংনফম্নি। শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিরবদি পূম্নমকপু নুংশিরবনি, মরমদি ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী অসূপ্পনি। পাম্বী অমগী মরুদা ঈশিং চায়রগা পাম্বীগী মশা পূম্বদা ঈশিংগী কান্নবা ফংহল্লি। মরম অদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নীংজফম অমসুং নুংশিফম থোকই।

পূজা তৌবদা মতীকচাবা মফমদা নুংশিববু ভক্তি কৌই। নুংশিবা পূম্নমক্কী হৌরকফম অমসুং তুংনফমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি। ইবুংঙো মহাক্কী খূয়াখাদা চঙজবনা নুংশিবগী অরোইবা পম্বুংনি। আত্মজ্ঞান লৈতবা মীশিংনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবান নত্তে, থিংঙমদ্রবা অপাম্বা অমগা লোয়ননা গোপীশিংগা শান্নখিবা নুপীদা ঙাওবা ষণশেননহা অমনি হায়না লৌনৈ। মদুগী ফত্তবা রাখল অদুবু খল্লবদি পাপ্তুম পুগনি। শ্রীকৃষ্ণনা রাস-লীলানচিংবা শান্নখিবা মতাং অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী মশাগী চহী ৮ খক্তা ঙাইরম্মী। অদুক নৌরিবা নুপামচা কৃষ্ণনা অপাম-নুংশিগী রাখল লৈরমখিবা হৌনদে। শ্রীকৃষ্ণনা রাস-লীলা শান্নখিবা মতম অদুদা রাধিকানচিংবসু চহী য়াম্না নৌরমখি। মখোয়গী চহী মতাং অদুদা অপাম-নুংশিগী ঈথক-ঈরাং গোপীশিংদা হৌখিবা হৌনদে।

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থরায় ফক্না নুংশিজখি। মফম অমসুং মতম পূম্নমক্তা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী রাখলতমক খঞ্জখি, ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনতবু শোঞ্জখি অমসুং ইবুংঙো মহাক্তবু উজখি। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিজখিবা অদু হকচাঙগা মরী লৈনখিবা নত্তে, আধ্যাত্মিক্কী ওইবা নুংশিবনি। হকচাঙগা হকচাঙগা থেংনবগী অমোৎপা থবক অদু নত্তে। জীবাত্মানা পরমাত্মা কৃষ্ণদা তিন্নখিবনি। গোপীশিং অদু অচম্বা নুপীশিং ওইখিদে। মখোয়গী হৌখিবা মপোক্তা দণ্ডকারণ্য বন্দা লাইনীংবা ঋষিশিং ওইনা লৈরম্মী। মখোয়না শ্রীরামবু নীংজখি। শ্রীরামনা মথংগী অবতারদা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা পোক্লকগা মখোয়গী আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অনীংবশিং অদু থুংহনবীগে হায়না রাশকপীখিবনি। মবম অদুনা ইবুংঙো মহাক্না শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অবতাব তৌরকখিবা মতম অদুদা ঋষিশিং অদুন' গোপীশিং ওইনা পোক্লকখিবনি অদুগা মখোয়না পামজবগী মতুংইন্না পরমাত্মা কৃষ্ণগী নুংশিবদা পূক্নিং লূপচখিবনি।

গোপীশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইজগে হায়দুনা থা অমা চুপ্পা ব্রত তৌরগা দুর্গা ইমাবু পূজা তৌজখি। মসিদা 'মপুরোইবা' হায়রিবা অসি 'মব্রা মপুরোইবা' হায়বগী ভাব অদু নত্তে। মসিদি অৱাংবা থাক্কী নুংশিবনি। পূম্নমক্কী পূমহেন হেনবা মপু হায়বদি মপুরোইবা ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু লৌজখিবনি। নোংমা গোপীশিংনা যমুনাদা জলকেল্লি শান্নরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী মফি-মরোলশিং অদু উথক্তা পুখৎখিবগী নুং-গী ওইবা ফজখ্রবা অর্থ অমা লৈ। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণবু ফংজরবসু ঈকাইবা হায়বা অদুমদি থাদোকপা ঙমখিদে। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দা অসুম্না তাকপীখিঃ

> ***"হে গোপীশিং! নখোয়গী থম্মোয়দা ঈকাইবগী লৈফম শীরবদি অদুগুম্বা থম্মোয় অদুদা ঐহাক লৈবা ঙম্লোই। নুপী অমসুং নুপা খেন্নবগী ৱাখল থাদোকউ, আত্মাগী ৱাখলদা লূপ্লু, নখোয়না থোইদোক-হেন্দোক্লা নুংশিজরিবা মহাক অদুগী মফমদা ঈকাইবা থমগনু..."***

ব্রজ গোপীশিংগী শেংদবা থম্মোয় অদুবু শেংদোক্নবা অদুগুম্বা লীলা অদু শান্নখিবগা লোয়ননা পাউতাকশিং অদু ইবুংঙো মশামক্লা পীবিখিবনি। থাঙ্গৈশেংনমক হায়ববদা ভক্তগা ভগবানগা তিন্নবা মতমদা তাইবঙ-মায়াগী ওইবা অপনবা অমতা থম্বা যাদে। শ্রীরামকৃষ্ণনা উমংদা ধ্যান তৌখিবা মতমদা মশাদা ফিনচিংবা তাইবঙ সংসারগী ওইবা পোৎশিং অমতা য়াওহনখিদে।

শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারকাদা লীলা শান্নখিবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগা য়াম্না চান্নবনি হায়না লৈজখিবী রুক্মিনী, সত্যাভামানচিংবগী লৈমশিংনা মপৃক্লিংদা নাপল কারগা থনখি, "ঐখোয়দগী হেনবী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নথোইবী কনামতা লৈরম্লোই। ঐখোয়না শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা থৱায় থাবা ফাওবা ঙমগনি।" মখোয়গী নাপল অদু থুদেক্কে হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণনা অরুম-লাইহৌ হৌবা শাজিন্নখি। নারদ মুনিনা মাইবা ওইখি। শ্রীকৃষ্ণনা নারদ মুনিবু দ্বারকাদা থাবগা রুক্মিনী অমসুং সত্যভামানচিংবী লৈমশিংদা

অসুম্না হায়হনখি, "হৌজিক কৃষ্ণ কন্না নারে। অরুম লাইহৌনি, মশা থক-থক নীকই। হীদাক পূম্নমক কান্নদ্রে। নখোয়গী নরক্তগী শ্রীকৃষ্ণগী অশেঙবা ভক্ত য়াওরবদি খূয়া-উফুল খরা পীয়ু। মদুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙদা তৈরগা ইবুংঙো মহাক্কী অনাবা ফগনি। খূয়া-উফুল পীরিবী অদুনা অশেঙবা ভক্ত অমা ওইদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা ফরোই।" ৱাফম অদু তাবদা রুক্মিনীনচিংবা লৈমশিংনা মশা মশাবু শ্রীকৃষ্ণগী অশেঙবা ভক্তশিংনি হায়বদা চিংনরকখিদুনা পাপতু পুগনি খল্লগা খূয়া উফুল পীবা ঙমখিদে।

অদুদগীদি নারদ মুনিনা ব্রজভুমী তান্না চৎখিদুনা রাধারানীনচিংবা গোপীশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী অনাবগী অমসুং খূয়া-উফুল ফংদবগী পাউ অদু পীরম্মী। পাউ অদু হেক তাবদা চিংনবা করিমতা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী অনাববু ফবু ফরবদি হায়দুনা মখোয়না খূয়া-উফুল পীরকখি। খূয়া-উফুল অদু তৈবদগী শ্রীকৃষ্ণগী অনাবা অদু ফখি। মদুদগীদি ব্রজবাসীশিং অদু শ্রীকৃষ্ণগী থৱায়নি হায়নখি। শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজ-গোপীশিংগী থম্মোয়নুংদা অদুম লেঙদনা থমখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু ফংগে হায়রবদি গোপী ভাবতা ইবুংঙো মহাকপু নুংশিনা সেবা তৌগদবনি হায়নরি।

পরমেশ্বর ভগবানদি পরমাত্মানি। জীবাত্মাগা পরমাত্মাগা তিন্নবা হায়বা অসি মপূংফাবা অমদি অশেঙবা নুংশিবনি। মপানা মচাবু নুংশি, মরমদি মপা অমসুং মচাগী মরক্তা নক্লবা মরী অমা লৈনৈ। অদুবু মখোয় অনীগী নুংশিনবা অদুদি মায়া সংসারগী ওইবা নুংশিবনি, মদুদা ময়াইকাবা অমা য়াওই। অমরোমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তগা নুংশিনবদি পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা তিন্নবনি। মদুদি মপূংফাবা অমদি অশেঙবা নুংশিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি হকচাঙ য়াওবা নুংশিবগী শক্তম অমা নত্তে। মুক্ত ওইরবা মতমদতা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মপূংফানা নুংশিজবা ঙমগনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি-সেবা তৌবা ঙমজরবা মতাক অদুদি পুক্নিংগী অশেঙবা পান্দম অদু ফংলবনি। মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কী অওইবা নৎত্রগা ওইদবা মশক অদুদা ধ্যান তৌরুদ্রবসু য়ারে। মহাক্তি ইবুংঙো মহাক্না অমতা ওইখ্রবনি। ভক্তগা ভগবানগদি অমতনি। ভক্তগী অৱাৎপা করিমতা লৈতে। ঐখোয়না ঈশিং ফংননবগীদমক্তা পূখ্রিশিং তৌনবি। ইন্দ্রদেবদি জগৎকী নোং চুহনবগী লাইনি।

মরম অদুনা মহাক্কী শীজিন্নবা ঈশিং ফংনবা পৃখ্রি তৌরুবগী দরকার ওইদে। মতৌ অদুগুম্মদনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী নুংশি-সেবাদা লূপখ্রবা ভক্ত অদুগীদমক্তদি ধ্যান তৌরুদ্রবসু য়ারে।

পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণবু ফংননবা তপ তৌবা হায়বসিমক ইবুংঙো মহাকপু নুংশি-সেবা তৌজবনি। নুংশি সেবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ অমতনা হৌজিক্কী মতম অসিদা ইবুংঙো মহাকপু ফংবা ঙম্লোই। ঐখোয়না মায়া সংসারগী পোৎশিংগী মপু ওইনীংবদগী মায়া লাংদা থুরিবনি অদুগা ৱারিবনি। শ্রীভগবানগী নুংশি-সেবা তৌরিবা ভক্তনা মশানা অদুম মায়া সংসারগী পোৎশিং অমসুং হকচাঙগী নুংঙাইবা পাম্লক্লোই। শ্রীভগবানবু শেংনা নুংশিজরবদি আনন্দ ফংগনি হায়বা খঙদবা মীশিংনা মায়া সংসারগী তুং-কোইদবা নুংঙাইবগী মশক লৌবা অৱাববু ফংনবা কন্না হোৎনরি।

বৈকুন্ঠ হায়না খঙনবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম অদুদা চঙগে হায়রবদি ইবুংঙো মহাকপু তশেংনা নুংশিজবনা পাম্বৈ ওইরগা চঙগদবনি। বৈকুন্ঠ হায়বদু ৱাশেম-ৱারীগী ওইদবা লমসু নত্তে, মায়া প্রকৃতিগী ওইবা লমসু নত্তে। বৈকুন্ঠদা লৈশেম্বা নৎত্রগা প্রলয় হায়বদু লৈতে। মফম অদুদা লৈবা পূম্নমক নিত্যনি, আনন্দগী মশক্তি, ময়েং তাবা লৈতে হায়নরি। মদুদা ফংলিবা নুংঙাইবা অদুসু নুংঙাইবা অয়ৌবীনি, হৌবদগী অদুম নুংঙাইদুনতা লৈবনি হায়নরি। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মায়া লাংদগী নাম্থোক্লগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু পূক্নিং লৈতানা নুংশিজবা ঙমখ্রবদি মহাক্কী অরোইবা পূংজা অদুদফাওবা ইবুংঙো মহাক্কী মশাইকোন ওইবিবা বৈকুন্ঠদা চঙবা ঙমজৈ, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কা অমতা ওইশিন্নবগী ফীভম অদু ফংবা ঙমজৈ।

## মহাপ্রভুগী পূন্সি অমসুং পাউতাক

শকাব্দ ১৪০৭ (খৃঃ ১৪৮৬) ফালগুণ পূর্ণিমাগী নুমিদাংৱাইরমদা শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা অবতার তৌবীদুনা মালেমদা কৃমথবীরকখি। ইবুংঙো মহাক্কী পোকফমদি নবদ্বীপকী মায়াপুরদনি। ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অচৌবা শ্রীজগন্নাথমিশ্রনা মহাক্কী অপোকপা ওইখি অদুগা মহাক্কী অপোকপীনা অফাওবা পণ্ডিত শ্রী নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী মমোম শ্রীমতি শচীদেবীনা ওইখি। মমা ইবেম্মা শচীদেবীনা মচানুপী কয়া অমা পোকখি অদুবু অয়াম্বনা নৌনা শিখি। বিশ্বরূপ কৌবা অমগা বিশ্বম্ভর কৌবা অমগা মচানুপা অনীখকপুদি মমা-মপানা য়াম্না নুংশিনা য়োকপীখি। খ্বাইদগী অতোনবা তরাশুবা মচানুপা বিশ্বম্ভরদি নিমাই পণ্ডিত হায়না মীয়াম্না খঙনখি। অঙাং ওইবিরৈঙেদা মহাপ্রভুবু নিমাই হায়নসু কৌরম্মী। মপাগী শুমাংদা হৌবা নিম পাম্বী অমগী মখোঙদা পোকখি হায়দুনা মমানা মচানুপাবু নিমাই হায়না কৌখিবনি।

মহাপ্রভুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌদুনা অফ-ফত্ত, অৱা-নুংঙাই, অঙৈং-অশানচিংবা ওন্ন-তৈনবা অনী অনী লৈরিবা পাবোৎশিং অদুদগী নীংখাতম্না লৈবকখি। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা অপাম্বা, অকিবা, নাপলনচিংবা পুন্সিগী য়েক্নবশিং অদু লৈখিদে। নোল্লুকপা মতৌনা ইবুংঙো মহাক্কী অথোইবা মগুণ ওইখি। ইবুংঙো মহাক্না ভক্তিগী লম্বীদা চঙশিল্লগা সন্ন্যাসী ওইরবা মতুংদা মহাকপু চৈতন্য মহাপ্রভু হায়না খঙনখি। ইবুংঙো মহাক্না চহী কয়ামুক লীলা শান্নবীরল্লগা শকাব্দ ১৪৫৫ দা থূপখি।

ইবুংঙো মহাক্কী পূন্সিগী অহানবা চহী ২৪ রোমদি মহৈরোই অমসুং য়ুম্বানবা মী অমা ওইনা নবদ্বীপতা লীলা শান্নখি। ইবুংঙো মহাক্না চহী নৌনা কুমারী লক্ষ্মীপ্রিয়াগা লুহোংখি। অদুবু শ্রীমতি লক্ষ্মীপ্রিয়া দেবী য়াম্না নহা ওইনা শিখি।

অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্না বিষ্ণুপ্রিয়াবু অনীশুবী নুপী ওইনা লৌখি। মহাপ্রভুনা চহী ২৪ শুরকপা মতমদা সন্ন্যাসী ওইখি। মতম অদুদা শ্রীমতি বিষ্ণুপ্রিয়াগী চহী ১৬ খক্তা মঙাইরম্মী। মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাকপু পুক্সি চুপ্লা খাঙখি।

সন্ন্যাসী ওইরবা মতুংদা মমা ইবেম্মা শচীদেবীগী য়াথং ইল্লগা মহাপ্রভুনা জগন্নাথ পুরীদা লৈখি। মফম অদুদা ইবুংঙো মহাক্না চহী ২৪ লৈখি। চহী ২৪ অদুগী মনুংদগী চহী তরুক্তি ইবুংঙো মহাক্না ভারতকী মফম অয়াম্বদা চত্তুনা শ্রীমদ্ভগবতম প্রচার তৌখি। ইবুংঙো মহাক্না অখন্ননা খা-ভারত্তা প্রচার তৌখি। প্রচার তৌখিবদা নত্তনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী পাউতাকশিংবু থবক্ত-থবক ওইনা উত্তুনা মীয়ামদা খঙহল্লম্মী। ***"জগৎ সংসারদা নুংঙাইথোক্লবগী লৈরিবা থৌরাং পূম্নমক থাদোক্লগা ঐখক্তবু পূজা তৌ। অদুম্না তৌরবদি ঐনা নঙগী পাপ পূম্নমকপু কোকপীগনি। অদুনা করিমতা চিংনগনু।"*** হায়বসি গীতাগী মরুওইবা পাউতাক্নি। শ্রীভগবানগী গীতাগী মরুওইবা পাউতাক অসিবু অপঙবা মীশিংনা লৌদে অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না লৌদে, ইতিহাসকী অচৌবা মীশক অমনি হায়না লৌই।

অদুবু, শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্নি, পরমেশ্বর ভগবাননি। মীয়ামদা ভগবদ ভক্তি লৈহন্নবগীদমক্তা ভক্ত অমা ওইনা মালেমদা কুমথবীরক্লগা অবতার তৌবীখিবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি অমসুং পম্লুংফম্নি, অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তি সেবা তৌবনা জীবশিংগী মরুওইবা মথৌনি হায়নসু মহাপ্রভুনা তাকপীরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী পাউতাক্কী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণবু পরমেশ্বর ভগবাননি হায়না মী পূম্নমক্না পূজা তৌগদবনি হায়বসিনি। শ্রীভগবানগী মিংগা ভগবান মশামক্তা খেন্নদে। খ্বাইদগী অথোইবা পূজাগী মওঙনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিপ্রেম সেবাদা লূপ্পনি। মসিবু মহাপ্রভুনা য়াবীরম্মী।

শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামী, শ্রী কবি কর্ণপুর, শ্রীল রূপ গোস্বামী, শ্রীল সনাতোন গোস্বামী, শ্রীল জীব গোস্বামী, শ্রীল রঘুনাথ গোস্বামী, শ্রীল শ্যামানন্দ গোস্বামী, শ্রীল নরোত্তম দাস ঠাকুর, শ্রীল ভক্তিবিনোদ ঠাকুর, শ্রীল বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনচিংবা শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুগী অথোইবা ভক্তশিং অমসুং মমিং

চৎলবা অচৌবা পণ্ডিত কয়ানা মহাপ্রভুগী পুন্সি অমসুং পাউতাক্কী মরমদা লাইরিক ময়াম অমা ইরম্মী। লাইরিকশিং অদু বেদ, পুরাণ, উপনিষদ, মহাভারত, রামায়ণনচিংবদা য়ুম্ফম ওইখিবনি। মদুগী মরমদা খঙদদুনা লৈরিবা ঐখোয়সে থোইদোক হেন্দোক্লা লাইবকথীরবনি। মখোয়শিং অদুদা চাংদম্নঙাই লৈতবা ব্রহ্মগী জ্ঞান পীকথন্না য়াওই হায়। সংস্কৃত অমসুং বংলা লোন্দা ইরমখিবা লাইরিকশিং অদু মীয়ামদা ফোঙদোক্তুনা খঙহল্লবদি জ্ঞান অদুগী মঙালনা পৃমঙাল ঙানগনি। ওসিদি মীওইবা ঐখোয়না সংসার মায়াগী শুঙ্কাৎলাংদা থুদুনা নাম্থোকপা ঙমদনা লৈবনা মরম ওইরগা নুংঙাইবা, শান্তি অমসুং আনন্দ ফংবা ঙমদ্রি।

শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা মমাগী তম্পাক্তা কপ্তুনা লৈরিঙৈদা নুপীশিংনা কোয়শিল্লগা খুবাক খুদুনা হরি-নাম শোনবগা কপ্পা হেক্তা ফরম্মী। মদুগী মতৌ অদু উবদা অয়েংবা মীশিংনা য়াম্না ঙক্লম্মী। করিগুম্বা মতমদনা নুপীশিং অদুনা ইবুংঙো মহাকপু কপহল্লম্মি অদুগা ***হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে, হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে*** হায়বা মহামন্ত্র অদু শোল্লগা কপ্পা হেক্তা মফখি অদুগা মখোয়না নুংঙাইজরম্মী। মরম অদুনা মহাপ্রভুনা অঙাং নব্রা ওইরিঙৈদগী হরি নাম শোনবগী কান্নবদু খঙহল্লম্মী।

থা তরুক্কী অঙাংগী চউম্বা মতমদা বেদগী চৎনবী মতুংইন্না অঙাংগী তুংগী পুন্সি খঙননবা সনা-লুপাগা লাইরিক্তা থম্নরম্মী। চৎনবী অদুগী মতুংইন্না মহাপ্রভুগী চউম্বা নুমিৎ অদুদসু মহাক্কী নাকল অমদনা সনা-লুপা অদুগা নাকল অমদনা শ্রীমদ্ভগবতম (ধর্মগী অশেঙবা লাইরিক) থমখি। মদুদা অঙাং (প্রভু) না সনা-লুপা অদু পায়কদনা শ্রীমদ্ভগবতম পায়খি। মদুনা তাকপদি ইবুংঙো মহাক্কী তুংগী পুন্সিদি ধর্মগী অৱাংবা লম্বীদা চৎকনি হায়বনি।

নোংমদি মহাপ্রভুনা ষণ-শাদুনা চৎপা ঙম্বা মতমদা অচৌবা লিল অমগা ইবুংঙো মহাক্কা শুমাংদা য়াম্না নুংঙাইনা শান্নামন্নরম্মী। মদু উবদা য়াম্না ঙক্লখি। অকিবসু পোক্লখি। লিল অদুনা চৎথ্রবা মতুংদা মমা শচীদেবীনা মচাবু কোন্দুনা নুংশিনা পমখি। নোংমসু হুরানবা নুপা অমনা অঙাং-প্রভুগী লীক-কোন থৎকে হায়দুনা মহাকপু হুরগা পুরম্মী। অদুবু অঙাং-প্রভুদি হুরানবা নুপা অদুগী মবেংবান্দা তোংদুনা নুংঙাইনা কোয়রম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী মায়া শক্তিনা মরম

ওইরগা মহাকপু কোয়পু-পুরুরবা মতুংদা জগন্নাথ মিশ্রাগী থোঙ্গালদা পুরকখি। অদুদগীদি হুরানবা নুপা অদুনা মাবু ফারগনি হায়দুনা পাখৎখিবদগী অঙাং অদু থাদোক্কল্লগা চেনখি। মমা-মপানা মচানুপাবু ফংবদা নুংঙাইজখি।

নোংমা তীর্থ কোয়না চৎপা ব্রাহ্মণ অমনা জগন্নাথ মিশ্রাগী যুমদা লাক্লগা শ্রীভগবান্দা লূক কৎলম্মী অদুগা অঙাং-প্রভুনা কৎলিবা লূক অদু চাথোকখি। অঙাং-প্রভুনা শোক্লুবদগী মাংলে হায়দুনা ব্রাহ্মণ অদুনা অমুক হন্না লূক কৎলম্মী। হন্দকমুকসু হান্নগুম্না অঙাং-প্রভুনা কৎলিবা পোৎ অদু চাথোকখি। অসুম্না অহুম্লক হন্না থোকখ্রবা মতুংদা অঙাং-প্রভুবু ফমুংদা তূমহনখি। অহিং অথেঙবদা হায়বদি ময়াম্না তূম্লিঙৈদা ব্রাহ্মণ অদুনা অমুক হন্না ইনৌ নৌনা শেম্লবা লূক অদু শ্রীভগবান্দা কৎখি। মদুসু হান্নগুম্না অঙাং-প্রভুনা ব্রাহ্মণগী মমাঙদা থোরক্লুনা কৎলিবা লূক অদু মাংথোকখি। মদু উবদা ব্রাহ্মণ অদুনা থম্মোয় শোক্লা কপখি। ময়াম পূম্নমক কন্না তূম্নখিবা মরম্না কনামতনা ব্রাহ্মণনা কপ্লিবা অদু তাখিদে অমসুং উখিদে। মতম অদুদা অঙাং-প্রভু অদুনা ব্রাহ্মণগী মমাঙমক্তদা মহাক ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কি হায়না শক উৎপীখি। থোকখিবা থৌদোক অদু কনামতদা হায়দোক্কনু হায়রন্নগা অঙাং-প্রভুনা মমাগী মনাক্তা চঙলগা তূমখি। কয়াদা মরাইবক ফখ্রবনো ব্রাহ্মণ অদু।

অঙাং ওইরিঙৈদা মহাপ্রভুনা লমহেনবা থবক কয়া তৌদুনা লীলা শান্নখি। অশেং-অমাং য়াম্না খায়গনবা ব্রাহ্মণশিংবু ঈশিং চায়শিন্দুনা লক্লুরম্মী। ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহাপ্রভুগী মপাগী মফমদা ব্রাকৎপা লাকখিবা মতমদা স্কুলগী মফি-মরোল শেত্নুনা অমদি লাইরিক্লুচিংবা পুদুনা স্কুলদগী হল্লকপদা ঙায়বগুম্না মপাগী মাঙদা লাকখি। ব্রাহ্মণশিং অদুনা অঙাং অদু উবদা ঙকখি অদুগা মপানসু মচাদি স্কুলদগী হল্লকপনি হায়না লৌখি।

ঈরুজফমদা লৈকায়গী লৈশাবীশিংনা অফবা মপুরোইবশিং ফংজগে হায়দুনা শিব মহাদেবগী পূজা কচ্চনরম্মী। মদুদা মহাপ্রভুনা লৈশাবীশিং অদুবু লক্লুরম্মী অদুগা হায়রকখি, "ইচেশা! নখোয়না শিব মহাদেবদা কৎনবা পুরক্লিবা পোৎশিং অদু ঐঙোন্দা কৎলুনে। ঐনা নখোয়গী অফবা নপুরোইবশিং পীবিগে। শিব মহাদেব হায়বদুদি ঐগী ইনাইনি অদুগা পার্ব্বতীনা ঐগী ইনাইনুপীনি। নখোয়না

ঐবু পূজা তৌরবদি শিব মহাদেব অমসুং অতৈ লাইশিংনা থোইনা হেন্নদুম পেনগনি।" ইবুংঙো মহাক্না হায়বীখিবদু থাজদদুনা লৈশাবী খরনা ইনখিদবদগীদি মচা তরেৎ লৈরবা হনুবদা নয়ুম পাল্লু হায়না শাপ তৌখি। মদু কিবদগী লৈশাবীশিং অদুনা ইবুংঙো মঙোন্দসু পোচৈ কৎলকখি। মদুদা ইবুংঙো মহাক্না পেল্লদুনা মখোয়দা মখোয়গী অপাম্বা বর অদু পীবিখি অদুগা মখোয় য়াম্না হরাওজখি।

মহাপ্রভুনা চহী ১৬ শুরকখিবা মতমদা স্কুল অমা লিংখৎখি অদুগা লাইরিক তম্বীবা হৌখি। স্কুল অদুদা ব্যাকরণ তম্বীবা ফাওবদা শ্রীকৃষ্ণ তত্ত্ব শব্দোক্না তাক্লম্মী। ইবুংঙো মহাক্না পেন্নবনি হায়দুনা শ্রীল জীব গোস্বামীনা সংস্কৃত ব্যাকরণ অমা লেংখি। ব্যাকরণ অদুদা পীরিবা খুদম পূম্নমক অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন অয়াম্বা শীজিন্নরম্মী। ব্যাকরণ অদুগী মমিং হরিনামামৃত ব্যাকরণ কৌই। ব্যাকরণ অদু বেঙ্গলগী স্কুলশিংদা হৌজিকফাওবা তম্নবা য়াওরি।

ভারত থুংনা কোয়দুনা অচৌ-অচৌবা পণ্ডিতশিং মায়থীবা পীরম্লগা শাস্ত্রগী মরমদা মরৈ য়েৎননবগীদমক্তা নবদ্বীপতা কাশ্মীরগী কেশব কাশ্মীরী কৌবা পণ্ডিত অমা লাক্লম্মী। মহাক্কী অনীংবদি নবদ্বীপতা লৈবা পণ্ডিতশিংগা চাংযেংনগে হায়দুনা লাকপনি হায়না লৌবা য়াই। নবদ্বীপকী পণ্ডিতশিংনা নিমাই পণ্ডিতকা (মহাপ্রভু) কাশ্মীরগী পুণ্ডিতকা অহানবদা থেংনহল্লসি হায়দুনা লেপ্পুখি। নিমাই পণ্ডিতনা মায়থীবা ফংলবসু মহাক্তি অঙাংনিনা করিসু ঈকাইনীংঙাই লৈত্রে অদুগা মহাক্না মায়পাক্লবসু ভারত্তা ফাওববা কাশ্মীরগী পণ্ডিত অমবু নবদ্বীপকী অঙাং অমনা মায়থীবা পীখি হায়দুনা লেমজনীংঙাই ওই হায়না মখোয়না খন্নখি।

নিমাই পণ্ডিতনা গঙ্গা তুবেল মপান্দা মহাক্কী শিষ্যশিংগা লোযননা শাস্ত্র নৈনদুনা লৈরিঙৈদা কাশ্মীরগী পণ্ডিত অদু মফম অদুদা লাক্লুনা মখোয় অনী উনখি। নিমাই পণ্ডিতনা গঙ্গাগী মগুণ শৈথাবা শ্লোক খরা লেংবীয়ু হায়দুনা কাশ্মীর পণ্ডিত অদুদা হায়জখি। পণ্ডিত অদুনা খুদক্তা শ্লোক ১০০ লেংলগা ব্রং-ব্রং থীরম্মী। অদুদগীদি নিমাই পণ্ডিতনা অমুক খুদক্তা শ্লোকশিং অদু অশোয়বা [illegible] থীবা হৌরকখি অদুবু ৬৪ শুবা শ্লোক অদু থীরগা মদুদা য়াওরিবা অশোযবদু পুখোক্লুনা উৎখি। মদুদা কাশ্মীরগী পণ্ডিত কেশব কাশ্মীরীনা নিমাই পণ্ডিতবু অঙকপা ফংনা কিরম্মী। মদুগী পাউ অদু নবদ্বীপকী মীশিংনা তারকখি। মমৈথংদা

মহৈগী লাইরেম্বী সরস্বতীনা কাশ্মীরগী পণ্ডিত কেশবকী মওদা অসুম্না তাকপীরকখি, "হে কেশব পণ্ডিত! নহাক নিমাই পণ্ডিতকী খূয়াদা চঙজৌ।" মমৈথংদদি কাশ্মীরগী পণ্ডিত অদু মহাপ্রভুগী শিষ্য ওইখি।

মতুং তারকপদদি মহাপ্রভুবু ব্রাহ্মণ খরনা কল্লক্কুনা অপনবা কয়ামুক পীরকখি। মখোয়না নবদ্বীপকী মুসলমানগী কাজীদা ব্রাকৎখি। ব্রাকৎ অদুবু কাজীনা য়াম্না লুনা লৌখি। নিমাই পণ্ডিতকী কাঙবুনা হরি নাম হৌনা শোনবা য়ারোই হায়না থিংখি। অদুবু নিমাই পণ্ডিতনা কাজীগী হুকুম অদু ইনগনু হায়খিবদগী মহাক্কী তুংইনবশিং অদুনা হান্নগুম্না সঙ্কীর্ত্তন চৎলম্মী। কাজীনা সিফাইশিং থারক্কুনা সঙ্কীর্ত্তন থুগায়হনখি। মদুগী পাউ অদু তাবদগী পণ্ডিত নিমাইনা (মহাপ্রভুনা) ময়াম হৌদুনা আন্দোলন তৌরকখি। ভারত্তা ময়াম হৌদুনা আন্দোলন তৌবা হৌদোকখিবসি নিমাই পণ্ডিতনা অহানবনি।

পুং-করতাল লিশিং লিশিংগা লোয়ননা মী লাক্ষ লাক্ষ খোমদুনা অচৌবা সভাযাত্রা অমা কাজীগী হুকুম য়াদবা ফোঙদোকপা ওইনা সঙ্কীর্ত্তন তৌরগা নবদ্বীপকী লম্বী থুংনা চৎলম্মী। অরোইবদা কাজীগী য়ুমদা থুংলখি। কাজীনা মীয়াম অদু কিবদগী দলাল মথক্তা কাদুনা লোৎখি। মমৈথংদদি কাজীগা নিমাই পণ্ডিতকা য়ানদুনা ব্রাথোক অদু লোইশিনখি। মদুদগী হৌরদুনা মহাপ্রভুগী সঙ্কীর্ত্তন অদু কনামতনা থিংবা য়াদ্রে হায়দুনা কাজীনা লাউথোকখি। কাজীনা মতুংদসু মচা-মশুশিংনা সঙ্কীর্ত্তন থিংবা য়াদে হায়দুনা উইল তৌদুনা থম্লমখি। কাজীগী সমাধি অদু হৌজিকফাওবা নবদ্বীপকী মায়াপুরদা লৈ।

থৌদোক অদুগী মতুংদদি মহাপ্রভুনা ধর্ম অমসুং সঙ্কীর্ত্তন যজ্ঞবু অমুক্কা হেন্না হেন্না শন্দোক্লকখি। ধর্ম শন্দোকপদা অপনবা পীবা মীশিংবু ব্রারক্লম্মী। মহাপ্রভুনা চাপল অমসুং গোপাল কৌবা ব্রাহ্মণ অনীবু কুষ্ঠি থুংহন্দুনা ব্রারকখি, অদুবু মমৈথংদা লাল্লে হায়জরকপদগী ঙাকপীখি অদুগা কুষ্ঠি লায়না অদু ফহনখি।

ইবুংঙো মহাক্কী মনাই অথোইবা নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস ঠাকুর অনীবু শ্রীভগবানগী অফবা ৱা-পাউ য়ুমথোং খুদীংদা শন্দোক্লবা থারম্মী। নোংমদি মখোয় অনীনা সহরগী লম্বীদা চৎপদা মীয়াম্না লাউথোংদুনা লৈরমখিবা থেংনখি। জগাই অমসুং মাধাই হায়বা য়ু ঙাওবা মচাম্মনাও অনীনা মদু থোকহল্লম্মী। মচাম্মনাও

অনী অদু য়াম্না ঈকাইখুম্নীনীংঙাই ওইবা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকখিবনি, অদুবু সঙ্গ ফত্তবদগী কোয়চৎ-চৎপা মীশিং ওইখি। মখোয়না য়ু থকপদা নত্তনা শা চাবা, মীগী মপোৎ মুনবা নৎত্রগা হুরানবা, নুপীদা নত্তবা শাজৎ চৎকনবা অমসুং অতোপ্পা পাপকী থবকশিং তৌগনবা মীশিং ওইরম্মী। শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা মখোয় অনী অদুবু লানবীরগে অদুগা মহাপ্রভুগী মতীক-মগুণ হেনগৎহল্লগে হায়না খল্লকখি। শ্রীল নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস ঠাকুর অনীনা য়ু ঙাওবা মচীম্নাও অনী অদুদা হরি নাম শোল্লু হায়না হায়রম্মী। হরি নাম শোল্লু হায়বদু তাবদা মখোয় অনীনা য়াম্না শাউরদুনা নিত্যানন্দ প্রভুদা য়াম্না থীনা চৈরকখি। থৌদোক অদুগী পাউ অদু মহাপ্রভুদা নিত্যানন্দ প্রভু অমসুং হরিদাস ঠাকুরনা তম্লখি।

মথংগী নুমিৎতা শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা য়ু ঙাওবা মচীম্নাও অনী অদুবু উনবা চৎলম্মী অদুগা মহাক্না মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লুবদা মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা মঙোন্দা চফুনা থারকখি। চফুনা কোক্তা পান্দুনা ঈ য়াম্না থোক্লকখি; অদুবু শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা কবিমতা শাউদনা থৌজাল হৈনা হায়রকখি, "নখোয়না ঐঙোন্দা নুংনা থারবসু ঐদি করিসু শাউবীরোই। হৌজিকসু, ঐহাক্না নখোয়দা হরি নাম শোল্লু হায়জরি।" জগাইনা শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুগী মতৌ অদু উবদা য়াম্না ঙকখি অদুগা মচীম্নাও অনীবু ঙাকপীয়ু হায়না হায়জখি। চৈরক অদুদা মাধাইনা অমুক্কা হন্না শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুদা ফৃগে তৌরকখি। মদুদা জগাইনা মাবু খাম্লগা প্রভুগী মখোঙদা তুজদুনা মখোয়বু ঙাকপীয়ু হায়জখি।

শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভু শোকপগী পাউ অদু মহাপ্রভুদা য়ৌরকখি, মদুদা মহাপ্রভুনা শাউরদুনা মফম অদু তান্না লাকখি। মহাপ্রভুনা পাপীশিং অদু হাৎননবা ইবুংঙো মহাক্কী সুদর্শন চক্র কৌথখি, অদুবু শ্রীল নিত্যানন্দ প্রভুনা মশাগী মরাল য়াজরবা মচীম্নাও অনী অদুবু লৌশিনবীয়ু হায়না মহাপ্রভুদা নিজখি। মচীম্নাও অনী অদুনা পাপকী থবক অমুক হন্না তৌজররোই হায়রবা মতুংদা মখোয়বু মহাপ্রভুনা লৌশিনবীখি। তাইবঙ সংসার অসিদা পাপ তৌদবা কনামতা লৈতে, অদুবু মতুংদা পাপকী থবক অমুক হন্না তৌররোই হায়না ঈশ্বরদা চঙজরবদি ইবুংঙো মহাক্না লৌশিনবী।

জগাই অমসুং মাধাই মচীম্নাও অনীগী ৱারীদগী ঐখোয়না খঙজিনবা

য়াবা পাউতাকশিং য়াওরি। কলি যুগ অসিদা লৈরিবা ঐখোয়সে জগাই অমসুং মাধাইগুম্বা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঐখোয়না তৌখিবা ফত্তবা কর্মগী ফল ওইনা পাপ পুবনি। পাপ অদু কোক্লবা ঐখোয়না শ্রীভগবানগী মফমদা চঙজগদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদবু চঙজরবদি পাপ কোক্কনি।

শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীবাস ঠাকুরগী ময়ুমদা অঙকপা থৌদোক অমা উৎখি। নুমিৎ অদুদা অচৌবা সঙ্কীর্ত্তন অমা য়াম্না কন্না তৌরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না ভক্তশিংদা করি চানীংবগে হংলুবদা মখোয়না হৈনৌগী মতমদি নত্তনা হৈনৌ অমুনবা চানীংই হায়না খুম্লকখি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা হৈনৌ মরু অমা থিহল্লগা শ্রীবাস ঠাকুরগী শুমাংদা হুনখি, খুদক্তা হৈনৌ মতোল চোংলকখি, অদুগা থীম্বা তৌদনা অচৌবা হৈনৌ পাম্বী অমা ওইনা হৌরকখি। ভক্তশিংনা চাবা ঙমদবমখৈ হৈনৌ অমুনবা ময়াম অমা তেকথনা পাল্লকখি। মদুদগী ভক্তশিংনা চানীং-চানীংবা হৈনৌশিং হেক হেক্তুনা চাখি। অঙকপনি ইবুংঙো মহাক্কী লীলা!

মহাপ্রভুনা গোপীশিংদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তি অদুবু ব্রাংনা থাংগৎলম্মী। নোংমা ইবুংঙো মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন শোনবগী মহুত্তা গোপীশিংগী মমিংশিং শোল্লম্মী। মদুদা মহাক্কী শিষ্য খরনা গোপীগী মিং শোনগনু শ্রীকৃষ্ণগী মিংলেন শোল্লু হায়না মহাপ্রভুদা পাউতাক পীশিল্লম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদি আধ্যাত্মিক ওইবা ব্রাখলদা লূপ্তুনা লৈরমখিবনি, হকচাঙগা হকচাঙগা থেংনবগী ভাব অদুদি লৈখিদে। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা মহাক্কী লেঙ্গা ওইবা শিষ্যশিং অদুনা অকায়বা পীখি। মরম অদুনা মখোয়বু ব্রারকপা ওইনা মফম অদুদগী তান্থোকখি। মদুদা শিষ্যশিং অদুনা মখোয়গী গুরু মহাপ্রভুবু ফৃগনি হায়দুনফাওবা কিহল্লকখি। মদুদা মহাপ্রভুবু মীনা শেরাম্নবা লৌদুনা থীনা ঙাঙনখিবা য়াওখি।

শিষ্যশিং অদুনা ভক্তিপ্রেম সেবাগী কান্নবা খঙদদুনা মহাপ্রভুবু লান্না লৌখিবনি। মহাপ্রভুনা কলি যুগকী মীশিং অসি ভক্তিপ্রেম সেবাবু য়ানীংদবা ঙাক্তা ওইনা তৌই হায়না লৌরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না খল্লম্মী, "মখোয়না ঐবু মীচম অমনি হায়দুনা খন্দুনা ঐঙোন্দা অপরাধ তৌরবদি মখোয়না করিমতা কান্নবা ফংলোই। মখোয়না ঈশ্বর নীংবগী পুন্সি লেনগে হায়রবদি ঐবু ভক্তি তৌদুনা

খুরুমগদবনি।" ইবুংঙো মহাক্না অবতার তৌবীরকপদি কলি যুগ অসিগী লৈখাতারবা মীশিংবু লানবীগে হায়বনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চৎলগে অদুগা ফিদম্লনীংঙাই ওইবা সন্ন্যাসী অমা ওইদুনা অতোপ্পা সন্ন্যাসীশিংবু সন্ন্যাসকী নিয়ম চোকশিন্না ঙাকহনগে হায়দুনা পূক্নিং চপযুংনা নীংখি। শ্রী কেশব ভারতী কৌবা কটরাগী সন্ন্যাসী অমা নবদ্বীপতা লাকখি। মহাপ্রভুনা সন্ন্যাসী অদুবু ময়ুমদা প্রসাদ খুনবীয়ু হায়না বার্তোন কচ্চরম্মী। কেশব ভারতীনা মহাক্কী য়ুমদা লাকখিবা মতম অদুদা মহাপ্রভুনা মঙোন্দগী সন্ন্যাস লৌজগে হায়না হায়জখি। মদু সন্ন্যাস লৌবগী নিয়মনি। সন্ন্যাস লৌবা হায়বা অসি অতোপ্পা সন্ন্যাসী অমদগী লৌগদবনি। মহাপ্রভুনা শাস্ত্রগী নিয়ম ঙাকপা ওইনা কেশব ভারতীদগী সন্ন্যাস লৌবা তাখি। নবদ্বীপ থাদোক্লুনা মহাপ্রভুনা কটরাদা চৎখি। মদুদা শ্রী নিত্যানন্দ প্রভু, চন্দ্রশেখর আচার্য্য অমসুং মুকুন্দদত্তগা লোয়নখি। অদুম্না চহী ২৪ শুরকপা মতমদা মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌখি। অদুদগীদি ইবুংঙো মহাক্না ভগবত ধর্মবু মপূংফানা শন্দোকপা ঙমখি।

মহাপ্রভুনা বৃন্দাবন্দা থুনমক চৎনীংলম্মী। ইবুংঙো মহাক্না বৃন্দাবন্দা চৎপনি হায়রগা শ্রী নিত্যানন্দ প্রভুনা লম্বী লান্না চিংদুনা শান্তিপুবদা লৈবা শ্রী অদ্বৈত আচার্য্যগী ময়ুমদা থুংলখি। য়ুম অদুদা মহাপ্রভুনা নুমিৎ খরনি লৈরমখি। নুমিৎ খরনি অদুগী মনুংদা অদ্বৈত আচার্য্যনা মহাক্কী ময়ুমদা মহাপ্রভুগা মমা শ্রীমতি শচী দেবীগা অরোইবা ওইনা উনহনখি। অপোকপী মমানা মহাপ্রভুবু জগন্নাথ পুরীদা লৈয়ু হায়না হায়জখি মরমদি মচানা জগন্নাথ পুরীদা লৈরবদি মহাক্কী ঈ-পাউ লায়না ফংবা ঙমগনি। পলেম মমাগী অরোইবা অপাম্বা অদুবু মচানা য়াখি। মরম অদুনা শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা পুরী তান্না চৎখি। ইবুংঙো মহাক্না পুবী তান্না চৎপা লম্বীদা মরুওইবা তীর্থ কয়া দর্শন তৌখি। অদুম হায়না লম্বীদা শাক্ষীগোপালগী মন্দিরনচিংবা দর্শন তৌখি।

শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা জগন্নাথ পুরী য়ৌরগা জগন্নাথকী মন্দির দর্শন তৌবদা শ্রীভগবানগী প্রেমদা লূপখিদুনা সমাধিদা লৈখি। মন্দিবগী পাণ্ডাশিংনদি মহাপ্রভুনা সমাধিদা লৈবা ফীভম অদুবু খঙবা ঙমখিদে, রাম্বদুনা শিরবোই নীংখি। মফম

অদুদা সর্বাভৌম ভট্টাচার্য্য কৌবা মহাপণ্ডিত অমা লৈরম্মী। মহাক্কদি মহাপ্রভুগী ফীভম অদু অচম্বা ফীভম অমা নত্তে হায়বা খঙখি। মরম অদুনা মহাক্না মন্দির অদুগী পাণ্ডাশিং অদুদা শকখঙদবা সন্ন্যাসী অদুগী মফমদা অয়েংপা কবিমতা পীরম্নু হায়বম্মী। অদুদগীদি মহাপ্রভুগী সমাধিগী ফীভম অদু মখাতানা যেংনবগীদমক্তা মহাকপু ভট্টাচার্য্যগী ময়ুমদা পুরকহনখি। ভট্টাচার্য্যনা য়েংবদা মহাপ্রভুগী মিহুল অদুদি তপ্পা হুল্লম্মী অদুবু মহাক্কী হকচাঙগী থবকশিংদি লেপ্পুনা লৈরম্মী। মহাপ্রভুগী সমাধিগী ফীভম অদু অশেঙবনি হায়বা মহাক্না খঙলম্মী অদুগা শাস্ত্রনা তাকপা নিয়ম মতুংইন্না থবক চথবা হৌখি। অদুবু মহাকপু জ্ঞান তাহনবদি ঙমখিদে। মহাপ্রভুদি মনাই ভক্তশিংনা হরি নাম শোনবা তারগদা জ্ঞান লাক্কদবনি। সর্বভৌম ভট্টাচার্য্যনদি মহাপ্রভুবু মশক খঙখিদে, মন্দিরদা লাকপা অচম্বা যাত্রিকশিংগী মরক্তগী অমনি হায়না লৌরম্মী। তাঞ্জা চাকুবদগী মন্দিরদা লাকপা যাত্রিকশিংগী মনুংদগী গোপীনাথ আচার্য্যনা মহাপ্রভুগা লোয়নরকখিবা মনাইশিংবু মহাপ্রভুনা সমাধিদা তাদুনা লৈরিবা ভট্টাচার্য্যগী ময়ুম তান্না পুরকখি। ময়াম পূন্না হরি নাম কন্না শোনগংলকপদগীদি চৈতন্য মহাপ্রভু জ্ঞান তারকখি। মদুগী মতুংদা ভট্টাচার্য্য অমসুং চৈতন্য মহাপ্রভু অনীনা মপা-মচাদৌনা মরী-মতা খিদোক্কবগা নুংশিনখি।

জগন্নাথ মন্দিরদা ভট্টাচার্য্যনা বেদান্তগী মরমদা নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা খ্রাঙলম্মী, অদুগা মহাপ্রভুনা কারমতা য়েংপা তৌদনা ভূমিন্না তারম্মী। মহাপ্রভুনা অপঙবা শিষ্য অমগুন্না লৈরম্মী। মদুদা ভট্টাচার্য্যগী পুক্লিংদা চিংনবা অমা পোকখি। মরম অদুনা মহাক্না মহাপ্রভুদা খঙদবা মতাঙদা কবিগী হংলাক্কুবনো হায়না হায়বম্মী। মদুদা চৈতন্য মহাপ্রভুনা হায়বকখি, "সূত্রশিংগী অর্থদি খঙই, অদুবু মখোয়গী মরমদা নহাক্না ব্যাখ্যা তৌরিবা অদুদি খঙবা ঙমদে। সূত্রশিংগী অর্থদি মশানা অদুম তান্না তাকচরবনি অদুবু নহাক্কী ব্যাখ্যা অদুনা সূত্রগী অচুম্বা অর্থ [illegible] থম্বগুম তৌরে। নহাক্না সূত্রগী অর্থ অদুবু হকথেংনর্নাদি হন্দ্রগা নাকোয়নন নশাগী মোত পুখোক্লনা অর্থ হল্লে।" অসুন্না মহাপ্রভুনা বেদান্ত সূত্রগুম্ববু নাকোয়ননা মরান্নাউসা বুদ্ধিনা ব্যাখ্যা তৌরিবা মীশিংবু থীনা চৈরম্মী। ইবুংঙো মহাক্না মখা তানা হায়[illegible]খি, "উপনিসদকী শাস্ত্রশিংগী অশেঙবা অর্থবু

ব্যাসদেবনা বেদান্ত সূত্রদা শম্মা ব্যাখ্যা তৌরম্মী। লাইবকথীবদি নহাক্লা অশেঙবা অর্থ অদু পীদদুনা নাকোয়ননা অর্থ পীরে।" বেদনা হায়রম্বা ৱাশিং অদুদি চুম্লবনি, চিংননীংঙাই লৈতে। বেদগী ৱাদি বেদদা য়াওরিবা অদু লৌগদবনি। বেদবু মরান্নাইগী ওইবা অর্থ হল্লবদি বেদবু শীংনরবনি।

বেদনা তাকপীরিবদি ব্রহ্মদগী পূম্নমক থোরকপনি, ইবুংঙো মঙোন্দা তুঙদুনা লৈবনি; অদুগা প্রলয় তৌদুনা মাঙখ্রবা মতুংদসু ইবুংঙো মঙোন্দা চঙদুনা লৈবনি। মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্লা পূম্নমক্কী অথোইবা হৌফম, তুঙফম অমসুং লোইফমনি, অদুগা মরম পূম্বগী অথোইবা মরমদুনি।

মহাপ্রভুনসু বেদান্ত সূত্রগী মরমদা ঙাঙবা হৌরকখি অদুগা মদুদা ভট্টাচার্য্যনা য়েৎলম্মী। অদুবু মহাপ্রভুনা ঙমখি। পরমেশ্বর ভগবানগা মীওইবগা লৈনগদবা মওঙদি ভক্তিপ্রেম সেবা তৌবনি হায়না মহাপ্রভুনা অরেপ্পা ওইনা হায়রমখি। অসিগুম্বা লৈনগদবা মওঙ অদুগী পম্বুংদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবনি। কনাগুম্বনা ঈশ্বরবু তশেংনমক নুংশিরবা মতমদা জীবশিংবু নুংশিবা হায়বদু মশানা অদুম ওইরকই মরমদি ইবুংঙো মহাক্লা জীব পূম্নমক্কী অপূনবা শক্তমনি।

মহাপ্রভুনা ঙাঙখিবা ৱাশিং অদু তাবদা ভট্টাচার্য্যনা য়াম্না ঙকখি অদুগা ইবুংঙো মহাকপু ঈকাইখুম্নখি। ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুদা আত্মারাম শ্লোক্কী (শ্রীমদ্ভগবতম ভাঃ ১/৭/১০) ব্যাখ্যা তৌবীয়ু হায়না হায়জরম্মী। মহাক্লা হায়জবগী মতুংইন্না মহাপ্রভুনা মওঙ ৬৪ থোক্লা শ্লোক অদুগী ব্যাখ্যা তৌখি। মদুগী ব্যাখ্যা মতৌ অদু মালেমদা পোকপা মীওই অমতনা ঙল্লোই হায়না ভট্টাচার্য্যনা খঙখি। মহাপ্রভুগী ব্যাখ্যা অদু তারবা মতুংদা ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়বা খঙলকখি। মমাঙদা মহাক্লা খঙদদুনা লানখিবা পূম্নমক্কীদমক্তা অনুতাপ তৌরকখি অদুগা মহাপ্রভুগী খূয়াখাদা চঙজরকখি। মহাপ্রভুনা মহাকপু থৌজানবীখি। ইবুংঙো মহাক্লা অহানবদা পাম্বোম মরি পানবা নারায়ণগী মওঙ অদুগা অকোনবদনা মখূৎ অনী পানবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মওঙ ভট্টাচার্য্যদা উৎপীখি। ভট্টাচার্য্যনা খূদক্তা মহাপ্রভুগী মখোঙদা তুজখি।

ভট্টাচার্য্যনা মহাপ্রভুগী থৌজালদগী ইবুংঙো মহাকপু শৈথাবা শ্লোক ১০০ রোম ইরমখি। মহাক্কী শ্লোকশিং অদুগী মনুংদগী মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা মরুওইবা

শ্লোক অমখক মখাদা পীজরিঃ

*"ঐনা অসিগুম্বা পরমেশ্বর ভগবানগী চরণদা চঙজরি,*
*ইবুংঙো মহাক্না হৌজিক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী রূপ লৌবীদুনা*
*অবতার তৌবীরে। ইবুংঙো মহাক্তি থৌজালগী ঈপাক্নি অমসুং*
*ইবুংঙো মহাক্না বৈরাগ্য বিদ্যা অমসুং মঙোন্দা ভক্তিযোগ*
*করম্না তৌগদগে হায়বদু তম্বীনবা লেঙথবীরকপনি।"*

মহাপ্রভুনা 'মুক্তি' হায়বা ৱাহৈ অসি পরমেশ্বর ভগবানগা মান্নে হায়না তাক্লম্মী। মুক্তি ফংবা হায়বদি মায়া-সংসারগী লাংদগী নাম্থোক্লগা পরমেশ্বর ভগবানবু সেবা তৌবা ফংজবা হায়বা অদুনি।

অদুদগীদি মহাপ্রভুনা খা-ভারতলোমদা চৎখি। ইবুংঙো মহাক্না লম্বীদা থেংনখিবা মীশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিং ওইহনখি। ভক্ত ওইখিবা মীশিং অদুনা অমুক অতোপ্পা মীশিংবু ভক্তিপ্রেমগী সেবাদা চঙহনখি। ইবুংঙো মহাক্না গোদাবরী তুরেল মপান্দা মাদ্রাজগী রাজ্যপাল শ্রীরামানন্দ রায়গা থেংনখি। মখোয় অনীনা শান্নখিবা ৱারী অদু ঈশ্বরগী তত্ত্বগী অয়ৌবী থাক্তা ওইরম্মী। মখোয় অনীগী ৱারী অদুনা লাইরিক অমা ওইখি।

শ্রী রামানন্দ রায় হায়বা অদু অচৌবা ফম পায়বা মীশক অমা ওইজরবসু ব্রাহ্মণদগী হেন্না নেম্বা অতোনবা শাগৈ অমদা পোকখিবনি অদুবু মহাক্তি আত্মাবু খঙবা মীশক অমা ওইখি। মহাপ্রভুনদি মহাকপু মুক্তি ফংলবা মীশক অমনি হায়না লৌবমখি। মতৌ অসুম্না মুসলিম শাগৈদা পোকপা শ্রী হরিদাস ঠাকুরবুসু অচৌবা ভক্ত অমনি হায়দুনা মহাপ্রভুনা লৌখৎপীখি। মখোয়দসু নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা অনেম্বা শাগৈশিংদগী লাকখিবা মীওই কয়ামসু ভক্তশিং ওইনা লৌখৎপীখি। মহাপ্রভুনা মীশিংগী থাকপু মানা মানা তৌখিবা ভক্তিপ্রেম সেবাগী মতুংইন্না লেপখি, মপাম্থোংগী মশক মওঙদা লেপখিদে। ইবুংঙো মহাক্না তৌরমখিবা থবক পূম্নমক আত্মাগী থাক্তা তৌরমখিবা ঙাক্তনি।

মহাপ্রভুগা রামানন্দগা বর্ণাশ্রম ধর্মগী মরমদা নৈনখি। নৈনখিবা অদুদা মহাপ্রভুনা বর্ণাশ্রম ধর্ম অসিদি মপাম্থোংগীনি, আত্মা খঙনবগী অৱাংবা থাক্তু য়ৌনবা হোৎনবদা থোইনা কান্নবোই হায়না হায়রমখি। পুন্সিগী অশেঙবা পম্বুং

অদু য়ৌবদি সংসারগী অপাম্বশিংবু থাদোকপনি অদুগা থাদোকপগী চাং মতুংইন্না ভক্তিপ্রেম সেবাগী লম্বীদা চঙশিল্লকপা মীদুবু ঈশ্বরনা খঙবী। মরম অদুনা ভক্তিপ্রেম সেবাবু মরুওইদে হায়না লৌবা য়াদে। পরমেশ্বর ভগবান্দগী ঐখোয় পুন্নমক লাকপনি। ঐখোয়গী ইথৌশিং পাঙথোক্নুনা ইবুংঙো মহাকপু পূজা তৌগদবনি। ঐখোয়না তৌরিবা থবক পুন্নমক্কী মহয় কথোকপনা বর্ণাশ্রমগী নিয়মশিংদগী থাক ৱাংনা লৈ হায়না মহাপ্রভুনা তাকপীখি।

রামানন্দ রায়না সাধুশিংগা সঙ্গ তৌজবা অমসুং মখোয়গী মফমদগী নোল্লুক্না শ্রীভগবানগী লীলাগী ৱারী তাজবগী ৱাফম অদু পুখৎলকখি। ৱাফম অদুবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা য়াবীখি। ঐখোয়না য়াম্না নোল্লুকপা তমগদবনি অদুগা য়াম্না ঈং-তপ্পা লৈদুনা শ্রীভগবানগী মরমদা সাধু-বৈষ্ণবশিংনা শৈথাদুনা ঙাঙবা ৱাফমশিং অদুবু য়াম্না চেকশিন্না তাগদবনি।

অচৌবা মীশিংগী মতীক-মগুণদি য়াম্না শৈথানরি অদুবু পরমেশ্বর ভগবানগী মতীক-মগুণদি অয়াম্বনা থাগৎনদে। মীওইবগী পুন্সিগী মরুওইনা তৌগদবা থবক্তি ভক্তশিংগা লোয়নদুনা পরমেশ্বর ভগবানগী মতীক মগুণ শিংথাবনি। আত্মজ্ঞান লৈরবা মহাক অদুদি ঈশ্বরগী খুয়াখাদা চঙজরবা অমসুং সংসারগী চাওখৎপগী অপাম্বা পোক্তবা মহাক অদুনি। কনাগুম্বা অমনা আত্মাবু খঙনবা হোৎনরকপদা মহাক্কী সমাজগী অনেম্বা নৎত্রগা অৱাংবা থাক্না অপনবা পীবা ঙমদে।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীরামানন্দদা সরকারগী থবক তোকথোক্নো অদুগা জগন্নাথ পুরীদা মখোয় অনী লৈমিন্নদুনা কৃষ্ণ-প্রেমগী মহাউ তংমিন্নরসি হায়না তাকপীখি। মহাপ্রভুনা হায়বা মতুংইন্না মতম খবা লৈরগা শ্রীরামানন্দনা থবক্তগী পোত্থারম্মী অদুগা নিংথৌদগী পেনশন লৌখি। অদুদগীদি মহাক মহাপ্রভুগী অচানবা মনাই অমা ওইখি। মহাপ্রভুনা খা-ভারতকী মফম অয়াম্বদসু কোয়খি। মহারাষ্ট্রগী তুকারাম কৌবা অচৌবা সাধু অমবু মহাপ্রভুনা দীক্ষা তৌবীখি। মদুগী মতুংদা সাধু তুকারামনা মহারাষ্ট্র লৈবাক শীঙ্গুংনা সঙ্কীর্ত্তনগী ঈচেল কন্না চেলহনখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা খা-ভারত কোয়রুরগা পুরীদা হল্লকখি অদুগা ভক্তশিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈনোৎ কাহনখি। ইবুংঙো মহাক্না পরমেশ্বর

ভগবানগী ব্রাখলদা লূপ্লগা লীলা কয়া শান্নবীখি। মহারাজ প্রতাপরুদ্রগী মফমদা ইবুংঙো মহাক্কী দর্শন পীবিখি। মহারাজ অদু শ্রীভগবানগী অথোইবা ভক্ত অমা ওইখি। মহারাজ অদুগী নোঙ্লুকপা পূকচেল অদুবু মহাপ্রভুনা য়াম্না ব্রাংনা লৌখি। অদুবু নোংমা মহারাজ অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মনাই অনীদা (ভট্টাচার্য্য অমসুং রামানন্দ) মহাপ্রভুগা কোনুংদা অমুক্তা উননবা শীনবীয়ু হায়না হায়জখি, অদুগা মনাই অনী অদুনা য়াম্না কন্না হায়জরবফাওবদা মহাপ্রভুনা শুকয়া-য়াখিদে। মহাপ্রভুনা হায়খি, "সন্ন্যাসী অমগীদমক্তদি পৈশাগী ব্রাখলদা লূপ্পা মীগা নৎত্রগা নুপীগা লোয়নবসি ফত্তে, খুদোংথীনঙাইনি।"

মহাপ্রভুদি য়াম্না ফিদম্ননীংঙাই ওইবা সন্ন্যাসীনি, গুরুনি অমসুং আচার্য্যনি। ইবুংঙো মহাক্না আচার্য্য অমা ওইনা লৈরিঙৈদা মহাক্কী থম্মোয়দি নূংদগী হেন্না কল্লম্মী অদুগা লৈনাদগীসু হেন্না থোৎলম্মী। ছোট হরিদাস হায়না কৌবা মনাই অমনা নহা ওইরিবী নুপী অমবু অপাম্বগী মীৎয়েংনা য়েংখি অদুগা মহাপ্রভুনা হরিদাসকী থম্মোয়নুংদা পরমাত্মা ওইনা লৈবা মরম্না মহাক্কী পূক্লিংগী অরানবা মীৎয়েং অদু নুং-দগী উখি। মরম অদুদগী ইবুংঙো মহাক্না মনাই ছোট হরিদাসপু তাম্থোকখি। মহাক্কী মরাল ঙাকপীয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরবফাওবদা মহাপ্রভুনা ঙাকপীখিদবদগী ছোট হরিদাসনা মথন্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজখি।

মহাপ্রভুদি সন্ন্যাসী অমা ওইবনা সন্ন্যাসী অমনা চৎকদবা নৎত্রগা ঙাক্কদবা নিয়মশিং অদু য়াম্না চোকশিন্না ঙাকখি। নিয়মশিং অদুবু কোমথোকখিবগী ব্রাফম অমতা লৈখিদে। মরম অদুনা মহারাজ প্রতাপরুদ্রদুবু অচৌবা ভক্ত অমনি হায়বা খঙলবসু শেল-থুমগা য়াওন্নদুনা লৈবা মরম্না মনাই অনীনা ফনা হায়জরবসু মহাপ্রভুনা মহাক্না উনবা য়াখিদবনি। ঈশ্বর নীংবা মী অমগী মফমদা পৈশা অমসুং নুপী দরকার ওইদে হায়না মহাপ্রভুনা হায়খি।

মতম খরগী মতুংদা মহাপ্রভুনা অব্রাং-ভারতলোমদা লাকখিবদা মধ্যপ্রদেশ ফাওরকখি অদুগা উমংগী শাশিংনা থোরক্তুনা মহাক্কী সঙ্কীর্ত্তন্দা য়াওরম্মী। মদুনা তাকপদি উমংগী শাশিংফাওবনা মীওইবগা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা পাম্মী হায়বনি। ইবুংঙো মহাক্না বারাণসী য়ৌরগা থা অনী চূপ্না শ্রীসনাতন গোস্বামীদা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা পাউতাকশিং পীরম্মী। শ্রীসনাতন গোস্বামীদি নবাব হুশেন শাহনা

বেঙ্গলদা পাল্লিঙৈদা মন্ত্রি ওইরমখি, অদুবু মহাপ্রভুগী কাঙ্বু মবাক্তা [illegible] হায়দুনা মন্ত্রি ফম থাদোকখি। ইবুংঙো মহাক্না বারাণসীদা লৈরিঙৈদা মীয়াম পূন্না হরিনাম শোনমিন্নরম্মী। অদুদা মীয়াম্না ইবুংঙো মহাকপু য়াম্না পাম্নখি। মী লিশিং লিশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী তুংইনখি। মখোয়না চৈতন্য মহাপ্রভুবু নারায়ণমক্কি হায়না খনখি।

মহাপ্রভুনা কলি যুগতা লৈরিবা অপঙবা ঐখোয়গীদমক্তদি হরিনাম শোনবা যজ্ঞ নত্তনা অতৈ ধর্ম অমা লৈতে হায়না তাকপীরম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবসিনা কৃষ্ণপ্রেম ফংবা ঙম্মী হায়না ইবুংঙো মহাক্না হন্না হন্না তাকপীরমখি।

নোংমদি কৃষ্ণদাস বিপ্র কৌবা ইবুংঙোগী মনাই অমনা প্রযাগতা স্নান তৌরুসি হায়দুনা মহাপ্রভুদা হঙ্গৎচখি। মহাপ্রভুনা ৱাফম অদু য়াবীখি অদুগা প্রযাগ তম্না খোঙশাল্লকখিবা লম্বীদা পঠান ময়াম অমা থেংনখি। মখোয়গী মরক্তা মুসলমানগী শাস্ত্র নীংথিনা খঙবা মৌলানা অমা য়াওরম্মী। মহাপ্রভুনা মৌলানা অমসুং মহাক্কী কাঙবুগা ধর্মগী মরমদা নৈনরম্মী। কোরান্দা ভাগবত ধর্ম য়াওই হায়না মহাপ্রভুনা মৌলানা অদুদা খঙহনখি। অদুদগীদি পঠান ময়াম অমবু ভক্তিগী মায়কৈরোমদা পুশিল্লকখি। প্রয়াগকী মীশিংনা মহাপ্রভুবু য়াম্না ঙৈকাইখুম্নখি।

আড়াইল খুলগী বল্লভ ভট্ট কৌবা নূপা অমনা মহাপ্রভুবু মহাক্কী ময়ুমদা পুনবা ওকপা লাকখি, অদুগা মহাক্কী ময়ুমলোমদা পুরকপা মতমদা মহাপ্রভুনা যমুনা তুরেল্দা চোংথখিবম্মী। বল্লভ ভট্টনা মহাপ্রভুবু য়াম্না [illegible] জ্ঞান [illegible] [illegible] ঈশংদগী পুখৎলক্লগা ময়ুমদা পুরকখি। মহাক্না কন্না হোংনদুনা মহাপ্রভুবু জ্ঞান মাঙবা ফংহনখি। বল্লভ ভট্ট হায়বা ভক্ত অদু মহাপ্রভুগী অচানবা মনাই অমা ওইরম্মী। মহাক্না মশাগী বল্লভ সম্প্রদায় কৌবা অমা শেম্নখি।

মহাপ্রভুনা শ্রীরূপ গোস্বামীদা নুমিৎ ১০ নি চুপ্পা কৃষ্ণভক্তিগী মরমদা পাউতাক পীখি। ইবুংঙো মহাক্না গোস্বামীদা জীৱগী কাঙলুপ মখল [illegible] ৪০০,০০০ খোক্না খায়দোক্লগা তাকপীরম্মী। মীওইবা জাতিগী মরম্সু তাকপীখি। মীওইবগী মরক্তা বেদগী বা ঙাক্না চংপা কাঙবুনা খ্বাইদগী ফগনি হায়নসু তাকপীখি। শ্রীরূপ গোস্বামীদি শ্রী সনাতন গোস্বামীগী মনাওনি। মহাক্না সরকারগী থবক্তগী [illegible] মতমদা সনা লুপা হিজাউ অমী পুরকখি। মহাপ্রভুগী সম্বদা [illegible] নমাঙদা মহাক্না [illegible] খিবা শেনফম অদুগী তঙ্খায় অমনা [illegible] অমসুং ইবুংঙো মহাক্না

মনাইশিংগী সেবাদা, মশুং অমনা মাগী মরী-মতাশিংদা অদুগা মশুং অমনা মশাগী খুদক্কী তঙাইফদবা দরকার লাকপা মতমদা শীজিন্নবা থল্লম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা যুম্বাল্লবা মীশিংগীদমক করম্না তাল্লুরিবা শেনফম্মু শীজিন্নগদগে হায়বদু মহাক্না তাকপীরম্মী। জীব হিংসা তৌবা, সংসারগী মিংচৎ, উপাধিনচিংবা ফংবসে ভক্তিপ্রেম সেবাগী লম্বী চৎপদা অকায়বা য়াম্না পী হায়নসু ইবুংঙো মহাক্না তাকপীরম্মী। অশেঙবা ভক্তিপ্রেম সেবাদি ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইনবা অমদি মহয় চানবা থবক তৌনীংবগী অমসুং জ্ঞান নৈনবগী অপাম্বা লৈরোইদবনি।

মহাপ্রভুগী পাউতাকশিং অদু শিক্ষাষ্টকম কৌবা শ্লোক নিপালগী মনুংদা হাপচিন্দুনা ইবীরম্মী। ইবুংঙো মহাক্কী পাউতাকশিংগী লাইরিক অয়াম্বদি মহাক্কী ভক্ত গোস্বামী তরুক অমসুং মখোয়গী তুংইনবশিংনা শন্দোক্না ইরমখিবা ওাক্তেনি। শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা অসুম্না তাকপীরমখি, "হরিনাম শোনবদা নাপীদগী হেন্না তোন্না খনবা, উপান্দগী হেন্না খাঙবা কনবা অদুগা মশাবু মীনা ঈকাইখুম্নবীরকপা পামদনা অতৈবুদি ঈকাইখুম্নবা উৎকদবনি। অসুম্না তৌবা মীতনা মতম পুম্বদা হরিনাম শোঞ্জবা ঙমগনি।" শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুগী ভাগবদ ধর্ম নৎত্রগা প্রেমধর্ম অসি শ্রীল ভক্তিসিদ্ধান্ত সরস্বতী ঠাকুর অমসুং মহাক্কী তুংইনবা সাধুশিংনা থবায় য়াওনা মালেম পুম্বদা শন্দোকপগী থবক পায়খৎখি।

# বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম

Science without religion is lame,
Religion without science is blind.

— *Einstein*

বিজ্ঞান্না মীওইবা জাতিদা কান্নবা যাম্না ফংহল্লি। অনা-ঈদাক্কী, লৌউ-শিংঙুবগী, লম্বী-থোংগী, মী অমসুং পোৎ পুথোক-পুশিনগী অমসুং অতোপ-অতোপ্পা বিজ্ঞানগী পোৎশিং পুথোকপগী লমদা যাম্না চাওখৎপা ফংহল্লে। অদুবু হৌজিক্কী মতমগী বিজ্ঞান অসিনা চাওখৎপগী মচাওখৎ অসিনা মীওইবা জাতিগী শান্তিদা অকনবা চৈথেং অমা পীরি। শান্তি ওইনা হিংমিন্নবা, চিংনবা অমসুং অকিবা লৈতবা, ঈশ্বরবু থাজবা, জীবশিংবু নুংশিবা, মালেম ইমাবু ঈকাইখুম্নবনচিংবগী চাংদি অসুম অসুম হস্থবক্নি। হিংসানা অসুম অসুম হেনগৎলক্নি। মসিনা তাকপদি বিজ্ঞান্না চাওখৎপা হেনগৎলকপগী মতুংইন্না পৃন্সিগী মগুণসু হস্থবক্নি।

*Reinhart Ruge, ScD, ScM, President, World Constitution and Parliament Association* না হায়ঃ

"Science and its sister, Technology, gave millions of people unsuspected chances to improve their lives and standard of living but brought to more people misery and poverty. To mankind as a whole threat of extinction by the way of Atomic War, Biological and Chemical Warfare, Pollution,

Climate Change, depletion of Natural Resources and destruction of our Environment. A lack of basic Ethics applied to Science and Technology has put the very existence of the human race into severe danger."

মরুওইনা অমুক ধর্মশিংগী মনুংদা অমগা অমগা য়েৎনরি অমসুং খৎনরি। ধর্মশিং অসিবু য়াশিন্ননবা কয়া হোৎনখ্রে, অদুবু য়াদে। অচৌবা ধর্ম খরনদি মদুগীদমক্তা কন্না হোৎনরি। বিজ্ঞান অমসুং ধর্মনা মালেমগী শান্তি অমসুং নুংঙাই-য়াইফবা পুরক্কবা হোৎনবা চুম্মি।

ঐখোয়গী নুতিগী পৃক্সিদা ধর্মগী ওইবা জ্ঞান নৎত্রগা আত্মজ্ঞান য়াওদ্রবদি অহিংসা, অচুম্বা, খাঙকনবা, মীনুংশি-খঙবনচিংবা লৈরোই। মরম অদুনা বিজ্ঞানগী চাওখৎপগী লমজেলদা ধর্মবু থৌওইদবা চুমদে। হৌজিক মালেম অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি মরুওইনা নহারোলশিং অসি পোত্থাফম খঙনদ্রে। বিজ্ঞাননা পুথোরকখিবা খুৎলায়শিংনা মরাল লৈজদবা মী ময়াম অমগী পৃক্সি মাঙহল্লে। মরম অদুনা মুণি-ঋষিশিং, ধর্মগী মীশিং অমসুং ধর্মগী লাইরিককাশিংগী ৱা লৌদুনা পৃক্সিগী মগুণবু হেনগৎহনবা তাই।

বিজ্ঞানগী ওইবা চাওখৎপগী মিংদা মীওইবনা ইন্দ্রিয়শিং পেংনা অমদি শেন্দোং তান্নবা কন্না লাক্লবি, অদুগা মীওইবনা মীওইবা মশাবু শান্তি অমসুং নুংঙাইবগী হৌবকফমদগী অপুম অপুম লাপথোকহল্লে। হৌবকফম অদুদি ঈশ্বরনি। পোৎচাক্ত পৃক্সিদগী লাকই, অদুবু পৃক্সিদি পোৎচাক্কী লাক্তে। ঈশ্বরনা পৃক্সি অমসুং পোৎচাক্কী হৌবকফম্নি। গীতাদা হায়ঃ

'Know it for certain that all created beings have their lives in this. I am their origin and end.'

- *Gita 7.6*

পৃক্সি করিনো? ঐখোয়না হিংদুনা লৌখিবা মওং- মতৌ অসিনা করিনো? অ ওইবা মওং অদুনা করিনো? অসিগুম্বা মরু ওইবা ৱাহংশিং অসিগী পাউখুমশিং হিনদা বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম অনীমক্কী জ্ঞানশিং শীজিন্নগদবনি। মেদদা বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মরক্তা লৈনারবা মরী অদুবু খংনা তাকই। বিজ্ঞাননা মশাগী নৎত্রগা

পোৎচাক্কী জ্ঞানগা মরী লৈনৈ অদুগা ধর্মনা নুং-গী নৎত্রগা আত্মাগী জ্ঞানগা মরী লৈনৈ। পূন্সি অসিদি পূন্সিদগী লাক্কদবনি। মথৱায় য়াওদবা পোৎতগী পূন্সি লাক্কদবা নত্তে। ঈশ্বরনা অহৌবা পূন্সিনি, ঈশ্বরদগী নৎত্রগা আত্মাদগী ঐখোয় পূম্নমক লাকপনি।

বিজ্ঞানগা ধর্মগা য়াশিন্নরগা মালেম অসিদা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা পুরকপা ঙমগদবনি। মসিগী মতাঙদা মালেমদা লৈরিবা ৱাখল খনবা ঙম্বা মীশিংনা মুন্না খন্নরি। অদুবু মালেমগী তোঙান-তোঙানবা ধর্মশিংগী মরক্তা য়ানদবা, খৎনবা অমসুং লাল তৌনবা য়াওরি। মরম অদুনা বিজ্ঞানগা ধর্মগা য়াশিন্ননবা উপায় থিবদা নত্তনা মালেমগী ধর্মশিংগী মরক্তসু য়াশিন্নবা অমা পুরক্লবা লাক্লবা চুম্মী। অনৌবা বিজ্ঞান্না মালেমগী ধর্ম পূম্নমকপু চঙহনবা য়াবা থোঙজাউ অদু হাংদোক্কদবনি। বিজ্ঞান্না ধর্মশিংবু মতৌ করম্না য়াশিন্নহনবা ঙমগদগে হায়বগী উপায় অমা পুথোক্লবা লাক্লবা চুম্মী। বিজ্ঞানগা ধর্মগগী মরক্তা লাল অমা তৌদুনতা লৈরবদি মীওইবা জাতিগী লাইবক কমদৌগনি?

মীওইবা সমাজদা দরকার ওইরিবদি অচুম্বা ধর্মনি, অরানবা ধর্ম নত্তে। অচুম্বা ধর্ম হায়বা অদুদি তোঙানতাবা ৱাখলগী ৱাংমদা লৈগদবনি। অচুম্বা ধর্মগী নিয়মশিংদি ঈশ্বরনা মীওইবদা পীবিবা খুদোলনি। খুদোল অসিনা মীওইবদা লৈরিবা ঈশ্বরগী ওইবা মতৌ অদু তাক্কনি। মবম অদুনা মসি মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। খুদোল হায়বা অসিদি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদা য়াম্না নুংশিনা পীরকপা পোৎশক অমনি। মদু লৌফম থোকই। মরম অদুনা ধর্মদি খন্দোক-খঞ্জিন তৌবা য়ারবসু অচুম্বা 'খুদোল' অদুদি লৌদবা য়াদে। অচুম্বা ধর্ম অমা ওইনা ঈশ্বরগী খুদোল অদুবু লৌরগা অমসুং মদুবু নীংথিজনা শীজিন্নরগা ঐখোয়না নুংঙাইগনি, পূন্সিগী খোঙচত্তা অৱাবা থেংনরোই অদুগা অরোইবা পস্থুংফম অদু য়ৌগনি। অচুম্বা ধর্মদি ঈশ্বরনা শেম্বা অচুম্বা নিয়মশিংনি। বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম অনীমকসিনা ঈশ্বব লৈ হায়বা অসি যারবদি মখোয় অনী য়াশিন্নবা ঙমগনি। ঈশ্বরদি মতম, মফম অমসুং থৱায়-পানবা/পান্দবা পূম্নমক্কী মপুনি; মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মিংলেনবু মালেমগী মফম পূম্নমক্তা নীংশিংগদবনি, শোনগদবনি অমসুং মতীক-মগুণ লৈহনগদবনি।

বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী লম্বীশিংদি মীওইবগী পূক্নিংদা চেনবা ঈচেল অনীগুম্বনি। গীতানা হায়ঃ

"O prince without sin (Arjuna), I have already explained that there are two classes of men who try to realize the self. Some are inclined to the process of the empirical, philosophical speculation, and others to the process of devotional service."

তশেংনা হায়রবদা বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মীশিংনা থিগদবদি পূক্নি অমসুং জগৎ অনীসিগী মরুওইবা অর্থদুনি। বিজ্ঞানগী ওইবা লম্বীদনা অচুম-অরানগী বুদ্ধিগী মনুংদা লৈবা অওইবা মওঙ অদুবু ব্যাখ্যা তৌনবা হোৎনবনি অদুগা ধর্মগী ওইবা লম্বীদদি অচুম-অরান বুদ্ধিগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা অওইবা মতাগী মওঙ অদুবু ব্যাখ্যা তৌনবা লাক্লবনি। লম্বী অনী অদুনা য়ানবা অমদি লৈ। মদুদি 'থাজবা' হায়বা অদুনি। বিজ্ঞানগী অমসুং ধর্মগী মীশিংনা মখোয় মখোয়না থাজবা অমমমগী মখাদা থবক তৌনবা ঙাক্তনি। থাজবা হায়বা অসিদি মীওইবগী পূক্নিংগী মহৌশাগী ওইবা গুণনি। ঐখোয়না বস (গাড়ী) মনুংদা তোংদুনা চৎপা মতমদা বস থৌবা মী অদুদা থাজবা থম্মী। বস মনুংদা তোংলিবা মীশিংগী মরক্তা বিজ্ঞানগী মীসু ধর্মগী মীসু য়াওই। মখোয়না থাজবা হায়বদু লৈত্রবদি বস অদুদা কাখৎপফাওবা কিগনি। মরম অদুনা ঐখোয় পুম্নমক্না থাজবগী মপান্দগী ফীভম পুম্নমক্তা হিংবা ঙম্লিবনি।

বিজ্ঞান্না মীত্রংগুম্বা পোৎ ময়াম অমা পুথোকচরবসু বিজ্ঞানগী ঙমখৈদি লৈ অমসুং মীওইবদা শীংনরক্কিবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহনবদি ঙমদে। বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগী মতুংইন্না মালেমদা শাথীরবা সমস্যাশিং থোরকই হায়বসি ঐখোয়না খঙলে অমসুং উরে। উমং কোকথোকপগী, মহৌশাগী পোখোকশিং লান্না শীজিন্নবগী, কারখানানচিংবনা মালেমবু কোয়শিল্লিবা নুংশিৎকী কুয়োম্বু মোৎহন্দুনা অঈং-অশাগী অওনবা কয়া লাকপগী খুদোংথীবা কয়া থোরকই। অকোয়বগী ফীভম থুনা থুনা ওল্লকপগী মতৌ অসি ঐখোয় মীওইবনা ওইহনবনি অদুগা মদুনা মরম ওইরগা ঐখোয়না ৱাবনি।

বিজ্ঞানগী অফবা কয়া অমা লৈজরবসু ফত্তবা কয়া অমগসু লোয়নৈ। বিজ্ঞান্না মীওইববু মালেমদগী মাঙহনখিবা ঙমগনি। বিজ্ঞান্না পুথোকপা কেমিকল, বাইওলজিকল, ন্যুক্লিয়ার অমসুং হাই-টেক বোম্নচিংবা লৈ। অঙাওবা নংত্রগা লান্না লমজিংবীরবা মীশিংনা অসিগুম্বা য়াম্না শাথীরবা খূৎলায়শিং অসিবু শীজিন্নরগা মরাল লৈজদবা মীচমশিং অমসুং অতোপ্পা জীবশিংবু মাঙহল্লি।

ধর্ম অমসুং আত্মাগী ওইবা জ্ঞানগী খ্বাইদগী ৱাংবা পাউজেলদি মীওইবগী পূন্সি অসি চাংদম্নঙাই লৈতবা ঈশ্বরগী খূদোলনি অদুগা খূদোল অসিগী মপূংফাবা অর্থ অদুবু খঙনবা হোৎনগদবনি হায়বসিনি। অদুবু লাইবকথীবদি ধর্মগী মিংদা ধর্মগী লাইরিকশিংবু লান্না অর্থ হন্দোক্লগা লান্না শীজিন্নদুনা মশাগী ওইজবা থিবা কাঙবুনা অশেঙবা লাইরিকশিং অদুবু মাংথোকই।

মালেমদা শান্তি পুরক্লবা ধর্মখক্তনা ফনা কন্না হোৎনজরবসু ধর্মগা বিজ্ঞানগা পূন্না হোৎনমিন্নদ্রবদি মদু মঙ অমা ওইনা অদুম লৈখিগনি। মালেমগী জাতি ময়াম্না ৱারী কয়া শান্নজরবসু মালেমগী শান্তি উবা ফংলোই। মালেমগী শান্তিদি বিজ্ঞানগা ধর্মগা য়াশিন্নরবতদা উবা ফংগনি। মসিদা বিজ্ঞানীশিং অমসুং ধর্মগী মীশিংগী পূক্লিং চিংশিল্লি। মালেম অসিদা ধর্ম লৈবা অমদি বিজ্ঞান হৈবা মী য়াম্না লৈ। মথোযনা পূন্না পূন্সিগী মবমদা খন্নফম থোকই। পূন্সি হায়বসি করিনো? ৱাখল খনবা ঙম্বা মীশিংনা পূন্সিবু খঙনবা কন্না হোৎনরি। পূন্সিবু নৈনবা হায়বা অসি ধর্মগী মীখক্তনা নৈনগদবা নত্তে, বিজ্ঞান হৈবা মীশিংনসু নৈনগদবনি। বিজ্ঞানগী নংত্রগা ধর্মগী ওইবা অঙাওবা মতৌনা লমজিংদবা মরী অমা বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মরক্তা থমগদবনি। হৌজিক্তি বিজ্ঞানগা ধর্মগা য়াশিন্নবা অমা দরকার ওই।

ধর্ম হায়বা অসিদি ঈশ্বরনা পীবা ৱায়েল-পথাপশিংনি। কনাগুম্বা অমনা মদুগী ৱায়েল-পথাপশিং অদুবু ইন্দুনা চৎপা ঙম্লবদি মহাক্না মহাক্কী পূন্সিগী খোঙচত্তা ধর্মগী অকারম ফংগনি। মদু নত্তদুনা মহাক্না ধর্মবু থৌওইদ্রবদি তাইবঙগী অৱা-অন' য়াম্না নংগনি। মরম অমা লৈরবদি ফল অমা লৈগনি হায়বা অসি ধর্মনসু বিজ্ঞান্নসু য়াই। মী অমনা চুরুট য়াম্না থক্লবদি মহাক কেনসর নংত্রগা অতোপ্পা লায়না অমা নারক্কনি। অদুগা অমরোমদনা অমুক কনাগুম্বা অমনা প্রার্থনা অমসুং ধ্যান তৌরবদি মহাক্না শান্তি ফংগনি। বাইবলদা অসুম্না হায়, "As you sow, so

shall you reap."

বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম অনীমকসে অচুম্বা অমসুং শান্তি থিবদা শীজিন্নগদবনি। ধর্মগীদি মশাগী হৌন-লমচৎকী বিজ্ঞান লৈজে অদুবু বিজ্ঞানগীদি মশাগী হৌন-লমচৎকী ধর্ম লৈজদে। মরম অদুনা বিজ্ঞান হৈবা মীশিংগীসু হৌন-লমচৎকী নিয়ম দরকার ওই। বিজ্ঞানগা ধর্মগা মরী লৈনগদবনি অদুগা অমগা অমগা মখা পোন্নগদবনি। মখোয় অনী অমগা অমগা মূক্লরোইদবনি। মসিনি বিজ্ঞানগা ধর্মগা য়াশিন্নবা হায়বদু।

পূক্সিগী খোঙচৎ চৎপদা অচুম্বা লম্বী থিগদবনি হায়না বেদনা পাউতাক পীরি। অরানবা থবক অমা তৌরকপা কনাগুম্বা অমদা মহাক লাল্লে হায়দুনা তাকপীরকপদা মহাক্লা মহাক্কী মরাল অদু য়াজগদবনি অদুগা অরানবা অদু চুমথোকচগদবনি। মদু ঈশ্বরগী থৌজালনি। মদু ভক্তিগী য়ুম্ফমনি।

বিজ্ঞান হায়বা অসিসু অচুম্বা থিনবগীনি। মসিদি প্রকৃতিবু খঙনবগীনি। বিজ্ঞানদি জগৎ অসিবু খঙবগসু মরী লৈনৈ। জগৎ অসিবু খঙবা হায়বা অসিগা ঈশ্বরবু খঙবগা মরী লৈনৈ। অচুম্বা থিবদা বিজ্ঞানীশিংনা বিজ্ঞানগী থবকশিংগা ধর্মগী নিয়মশিংগা মরী লৈনহনগদবনি। বিজ্ঞানগী জ্ঞান অসিদি ঙমখৈ নাই। বিজ্ঞান্না এরোপ্লেন শাই অদুবু এরোপ্লেন অদুবু থৌরিবা মী অদুবুদি শাবা ঙমদে। জগৎ অসিবু শেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়বসি কাউফম থোক্তে। ধর্মদি পূক্সি অমসুং জগৎ অনীসিগী অর্থ অমসুং পান্দম্‌ খঙনবা হোৎনবগা মরী লৈনৈ অদুগা বিজ্ঞান্না জগৎ অসিনা করম্না থবক তৌরি হায়বগা মরী লৈনৈ।

বিজ্ঞানগী লমদা হোৎনবগা লোয়ননা মীওইবগী হোৎনবা মহোৎনা মখল পূম্নমক্কী পন্থুংদি মপৃংফবা অচুম্বা নৎত্রগা ঈশ্বরবু খঙবনা ওইগনি। হৌজিক্কী মতম অসিদদি মালেমদা ঈশ্বরগী বিজ্ঞান হৌদোকপা য়াম্না দরকার ওইরে। বিজ্ঞান্না শিবা নাইদ্রবা আত্মাগী মরম্সুসু নৈনগদবনি। ধর্ম হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী মরমদা বিজ্ঞানগী ওইনা নৈনবনি। মীওইবা সমাজগী লুচিংবশিং অমসুং বিজ্ঞান হৈবা কাঙবুনা মমাঙঙৈগী ওইবা আধ্যাত্মিক্কী বিজ্ঞানবু থৌওইদবা তৌরোইদবনি, মরমদি নুংঙাইবা অমদি শান্তি ওইবা সমাজ অমা লৈহনবদা মদু য়াম্না দরকার ওই।

বিজ্ঞান অমসুং ধর্মনা চাওখৎলক্লবা মতমদা মীওইবগী বুদ্ধিসু ফগৎলক্কনি।

অদুদগীদি মীওইবগী সমাজনা পূন্সিগী অশেঙবা পান্দম অদু ফংবা ঙমগনি। পূন্সিগী অশেঙবা পন্থুং য়ৌবা হায়বা অসিদি ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌবনি। মরম অদুনা ঐখোয়গী বিজ্ঞানগী অমসুং ধর্মগী ওইবা জ্ঞান অসি ঈশ্বরগী সেবাদা শীজিন্নগদবনি। কলা, সাহিত্যনচিংবসি ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ থাগৎপদা শীজিন্নগদবনি। ব্যাসদেবনা ফাওখিবসি মহাক্লা ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ থাগত্তুনা ইখিবদগীনি। মবম অদুনা বিজ্ঞান অমসুং ধর্মবু ঈশ্বরগী ভক্তি-সেবাদা শীজিন্নগদবনি। বিজ্ঞানীশিংনা বিজ্ঞান্দা য়ুম্ফম ওইরগা ঈশ্বর লৈ হায়বা অসি প্রমান তৌনবা হোৎনগদবনি। জ্ঞান পূন্নমক মতম পূন্নমক্তা ঈশ্ববগী সেবাদা শীজিন্নগদবনি। বিজ্ঞানগী ওইবা জ্ঞানবু ঈশ্বরগী সেবাদা শীজিন্নবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী মতীক-মগুণবু থাগৎপনি। ধর্মগী পন্থুংফম ঈশ্ববনা ওইবগুম বিজ্ঞানগী পন্থুংফমসু ঈশ্বরনা ওইগদবনি।

কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বরদা শীংনরবদি মহাক্লা ফনা বিজ্ঞানগী লমদা খূমাঙ চাওশিঞ্জববসু তুংদা নীংবকায়রক্কনি। নোঙ্গুকপা নৎত্রগা নোঙ্গবা অমা য়াওদ্রবদি রাখল লৈতানা রাখল থনবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরোই। মরম অদুনা ঐখোয়না নোঙ্গুক্কদবনি অমসুং ঈশ্বরগী মখাপোন্না নোঙ্গনা হিংগদবনি। Sir Isaac Newton না হায়খি, "I have simply collected a few grains of sand in the ocean of knowledge." ঐখোয়দি মপূংফাবা নত্তে, ঈশ্বরখক্তনি মপূংফাদ্রিবদি।

ধর্মসু বিজ্ঞাননি। পোকপা অমসুং শিবদগী কবম্না [illegible] হায়বদুগী বিজ্ঞাননি। বিজ্ঞানদি রাখল চুম্না থনবগী মহৈদা অমসুং জ্ঞান নৈনবদা য়ুম্ফম ওইগদবনি। জ্ঞান নৈনবা য়াওদনা ধর্মসু লৈবা য়াবোই। জ্ঞান নৈনবা য়াওদ্রবদি মদু ভাবনা শাবা ওইগে। ধর্ম হায়বা অসিদি বিজ্ঞানশিংগী বিজ্ঞাননি। ঐখোয়না অহানবা হৌফম অদ ফংনবা খিবদা ফংলবদি মদু পূন্নমক্কী অহানবা হৌফম ঈশ্বর ওইগে। ঐ[illegible] ঈশ্বর[illegible] তেক লাকপা মফম অদুদা ধর্ম লৈগনি। মদুনা [illegible] ধর্মনি।

[illegible]দা থাজবগী রাখল লৈ, অদুবু থাজবাদ হোংবা য়াই। কনাগুম্না অমনা [illegible] অমনা থাজবা য়াই অদুগা মহাক্লা মহাক্কী থাজবা অদু হোংদুনা অতোপ্পা [illegible] থাজনকপা য়াই। অদুবু [illegible] মফমদদি অতোপ্পা নৎত্রগা [illegible] মতী [illegible] অদুবু ঈশ্বরদগী [illegible]কপা য়ারোই, নৎত্রগা

মৈশাবু মৈদগী লৌথোকপা য়ারোই। অদুমহায়না মশানা হিংদুনা লৈজরিবা জীবদগী মতম পূম্নমক্তা হিংদুনা লৈগদবগী মতৌ অদুবু লৌথোকপা য়ারোই। সনাতন ধর্মদি মতম পুম্বগী ওইনা জীবশিংগী মরুওইবনি। মরম অদুনা মালেমদা লৈরিবা মী পূম্নমক্না সনাতন-ধর্মবু চৎপা ঙম্নবা লাক্লগদবনি। সনাতন-ধর্মগী নত্তবা থাজবদি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈ, অদুবু সনাতন-ধর্মগী থাজবদি অদুম লেঙদনা লৈগনি। গীতানা হায়, "আত্মাদি পোকপা অমসুং শিবা নাইদে। তুং-কোইদবা হকচাঙনা শিথ্রবসু আত্মাদি মতম পুম্বগী ওইনা হিংদুনা অদুম লৈগনি।" মৈশা অমসুং মঙাল য়াওদ্রবদি মৈগী অর্থ লৈতে। মরম অদুনা ঐখোয়না জীবগী মতম পূম্নমক্তা লোয়নবা মরুওইবা শরুক অদুবু পুথোক্লবা লাক্লগদবনি।

জ্ঞানগী, অনাবগী হীদাক্কী, অঙ্কগী, শুন্দ্রংদা থোক্লিবা থব্রাম্নিচাকশিংগী মহৈশিংনচিংবগী ডিপার্টমেন্টশিংদি য়াম্না হাংদোকচরবসু ঈশ্বরগী ডিপার্টমেন্টদি হৌজিকফাওবা হাংদোক্ত্রি। বিজ্ঞান হৈবা, দর্শন-শাস্ত্র হৈবা, হীদাক-লাংথক্কী মহৈ হৈবা মীশিংনা ঈশ্বর কনানো নৎত্রগা করিনো, ইবুংঙো মহাক্কী শক্তিশিংনা করিনো, ইবুংঙো মহাক্না জীবশিংগা লৈনরিবা মরীনা করিনো অদুগা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা করম্না চঙজগনি হায়বশিং অসিবু নিয়ম-নাইনা নৈনবগী খুদোংচাবা ফংলবা মতমদতা মালেমদা স্বর্গ পুথরকপা ঙমগনি।

'বেদ' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি জ্ঞান হায়বনি। জ্ঞান পূম্নমক বেদনি। ঈশ্বরনা ঙমখৈ নাইদবগুম জ্ঞানসু ঙমখৈ নাইদে। কনামতনা জ্ঞানবু শেম্বা ঙম্বা নত্তে। মসিদি কৃপশিন্দুনা লৈবা পোৎ অমগী মখুম্বু হাংদোক্লগা উবদুনি। জ্ঞান হায়বা অসিদি ঈশ্বরনি। বিজ্ঞানগী জ্ঞানসু বেদনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা বেদ পারিবা মী অদুদদি খুরুমনৈ অদুগা বিজ্ঞান নৈনরিবা মহাক অদুবুদি থৌশাবীদে। মসি হৌনদে, লাল্লি। বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম অনী অসি অমনা অমদগী থায়দোকপা য়াদে হায়না লৌগদবনি।

বিজ্ঞানগী শক্তি অসিসু অচুম্বদা থাজবগী শক্তিনি। ঈশ্বরনা মনম নুংশিবা ধূপশিং থাফম, লাইশোল ঈশৈ শকফম অমদি ধর্মগী পাউতাকশিং শন্দোকফম লাইশঙদনা অহিংফাওবা তুমিন্না বিজ্ঞানগী চাংয়েং তৌরিবা কা অদুদগী হেন্না নুংঙাইনা লৈ হায়না লৌফম থোক্তে। বিজ্ঞান হৈবা মী অদুনা তৌরিবা চাংয়েং

অদু পূজানি অদুগা মদুবুনা ঈশ্বরনা হেন্না পান্নম্বসু য়াই। অদুবু লাইবকথীবদি বিজ্ঞানীশিংনা ঙসিদি অচুম্ববু পূজা তৌবগী মহুত্তা মখোয়গী সরকারশিংবু পৈশা অমসুং শক্তিগীদমক্তা পূজা তৌরি। মখোয়না মী হাৎনবগী শাথীরবা খূৎলায়শিং পুথোক্লি। Hiroshima দা এটোম বোমনা নুপা, নুপী অমসুং অঙাং ৬০,০০০ রোম হাৎখি, অদুগা মী ১,০০,০০০ দগী হেনবনা শাথীনা শোকহনখি। অচৌবা হিথাংফম্বসু পূমমাঙ-মাঙহনখি। বোম অদুবু পুথোক্লবা হোৎনখিবা বিজ্ঞানীশিং অদুনা অচুম্ববু থিখিব্রা? থিখিদে। মখোয়বু ধর্মগী নৎত্রগা ঈশ্বরগী ব্রাখল লৈখিব্রা? লৈখিদে। ধর্ম য়াওদবা ব্রাখল অদুনা মীওইববু মাঙ-তাকহনখি। মদু অঙাওবগী থৌওঙনি।

মালেমগী য়াইফনবা খল্লিবা মীওই খুদীংমক্লা বিজ্ঞানগা অঙাওবগী মতৌগা মবী লৈনহন্দনবা উপায়শিং থিবগী থবকশিং পায়খৎফম থোকই অদুগা অচুম্ববু ফংনবা থিবগী মায়কৈরোমদা চঙশিনফম থোকই। মসিগীদমক্তা বিজ্ঞানীশিংগী থম্মোয়নুংদা থূপ্তুনা লৈরিবা আত্মজ্ঞান অদুবু য়াকাইহনগদবনি। বিজ্ঞানী ময়াম অমা ঙসিদি রাজনীতিব্রালাশিং অমদি খূৎশা হৈবগী থবক তৌরিবা মীশিংগী মনাইশিং ওইদুনা লৈরে। মখোয়না মীওইবা সমাজগী য়াইফনবা তৌগদবা থবক্কী দায়ীত্ব অদুদি কাউথোকখ্রে। মখোয়না মীওইবা সমাজগী মাঙননবা থবক তৌবদা মখোয়সু মাঙবা য়াওরগদবনি হায়বসি কাউরোইদবনি।

বিজ্ঞান্না মোটোরগাড়ি শেম্মি, অদুবু বিজ্ঞান্না ড্রাইবরদা লম্বী ময়ায়দা চৎলিবা অঙাং অমবু তকখায়দনবা পারাদি তম্বীদে। অমরোমদনা ধর্মনা মোটোরগাড়ি শেম্বদি ঙমদে, অদুবু ধর্মনা ড্রাইবর অদুদা অঙাং অদুবু তকখায়দনবা পারাদি তম্বী। থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা ঐখোয়না মোটোগাড়িসু পাম্মি অদুগা মোটোর গাড়ি অদুনা অঙাং অদুবু তকউদবসু পাম্মী। ঐখোয়না শক্তিসু পাম্মি অদুগা ব্রাখল ফজনা খনবা ঙম্বসু পাম্মি। হৌজিক্কী অঙাওবা বিজ্ঞানগী শক্তিদা ব্রাখল ফজনা খনবা ঙম্বগী মচাক ব্রাৎলি। অব্রাৎপা মচাক অদুদি ধর্মদা লৈ।

হৌজিক্তি ঐখোয়না সমস্য ময়াম অমা থেংনরি। সমস্যাশিং অদুবু কোক্লবা ধর্মনসু বিজ্ঞান্নসু পাম্বৈশিং পুথোক্লরি। অদুবু অকনবা শক্তি অনী অসি হেক্তা য়ৈখায়নরকই। মদু অফবা নত্তে। হৌজিক্কী মতম অসিদদি শক্তি অনী অসি

মরূপ-মপাং ওইনবগী দরকার ওইরে, অমনা অমদগী তম্নবা দরকার ওইরে, অমনা অমগী শক্তি কনখৎহনবা দরকার ওইরে অদুগা অমনা অমদা কান্নবা পীবা দরকার ওইরে। মদু নৎত্রবদি চয়েৎনরিবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহনবা ঙম্লোই। মবম অদুনা বিজ্ঞানগা ধর্মগগী মরক্তা য়ানবা অমা পুরক্কদবনি। বিজ্ঞানসু ধর্মসু মপূংফানা চাওখৎলগা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা মীওইবা সমাজগী নুংঙাই-য়াইফবা পুরকপা ওইরসনু।

বিজ্ঞানগী থবক অওইবা ওইনা লৈবদুগা মরী লৈনৈ। মদুগী অওইবা ওইনা লৈবা অদুদি কবিনো? থাঙ্গেশেংনা লৈরিবা নৎত্রগা থোক্লিবা অদুবুনি হায়বা য়াই। অদুবু মতৌ করম্না করিগুম্বা অমবু লৈ হায়না খঙগনি? ঐখোয়গী মীৎনা উবা ঙম্বা পোৎশিং অদুখক্তনি লৈরিবসে হায়বা য়াদে। ঐখোয়গী মীৎনা উবা ঙমদবা পোৎ কয়া অমা লৈরি। মদুগীসু মথক্তা মমীৎতাঙবা মী অমনা মমাঙদা হৌবা উ পাম্বী অমবু উবা ঙমদে হায়দুনা উ পাম্বী অদু লৈতে হায়বসু য়ারোই। মীওইবগী উবগী শক্তিদি ঙমখৈ নাই। মরম অদুনা ঐখোয়গা বিজ্ঞানগী অওইবানি হায়না লৈবিবা পোৎশিং অদুগতা মরী লৈনৈ হায়বা য়ারোই। ঐখোয়না লৈ হায়না মানবা পোৎশিং অদুবু খঙবগসু মরী লৈনৈ। ঐখোয়না নীংশিংগদবদি মালেম অসিদা তাইবঙ মীৎনা উগদবা পোৎশিংসু লৈ অদুগা মীৎ-উইশিল্লগা পূাক্রুংগী মীৎনা উগদবা পোৎ ময়াম অমসু লৈ হায়বসিনি।

ধর্মগী পান্দমদি নুং-দগী ঈশ্বরগী ওইবা মতৌবু উখোক্তুনা মাযা প্রকৃতিবু জয় তৌবনি। আধ্যাত্মিক ওইবা অঙকপা পোৎশিংবু থৌওইদবা মপাম্লোংগী ওইবা বিজ্ঞানী কয়া অমা লৈ। মখোযদা বিজ্ঞানগী অচুম্বা ব্রাখল চেন্দে। অমরোমদা অমুক বিজ্ঞানগী জ্ঞানবু থৌওইদবা ধর্মগী মীশিংসু লৈ। মখোয়না মখোয়গী পূক্লিংবু লাকশিনবা ঙমদে। জগৎ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক খুদীংমক অসি ঈশ্বরগী অনীংবা অমগী মতুংইন্না থোক্লিবনি হায়না খনবা ঙম্লবদি ঈশ্বরনা পেনবীগনি। ঈশ্বরদি অচুম্বনি, অচুম্বদি ঈশ্বরনি। বিজ্ঞানী অমনা অচুম্বা অসিবু থিরবদি মহাকসু ধর্মগী মী ওইরে।

অদু ওইরবদি অচুম্বা হায়বা অসি করিনো? অচুম্বা হায়বা অদুদি চীংলেম্বা করিগুম্বা অথোইবা অমনি। মদুদি ঈশ্বরনি। অচুম্ববু থ্রাক্তুনা চৎলিবা বিজ্ঞানী অদুদি

ঈকাইখুম্নবদা মতীক চারবনি। ঐখোয় মীওইবনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহনগে হায়রবদি অচুম্বা থাদোকপা য়াদে। হৌজিক্তি য়াম্না চয়েংনববা সমস্যাশিং অসি থেংননবা অনৌবা ৱাখল অমা খনবগী অমসুং অনৌবা ফিদম অমা থম্বগী মতম অদু য়ৌরে। মীওইবগী য়াইফ-নুংঙাইবা পুরক্লবগীদমক্তা বিজ্ঞানগী অনৌবা যুগ অমদা চঙলসি।

American Association for the advancement of Science's Committee on Science in the promotion of Human Welfare না পীখিবা অরোইবা ৱাফম অদু মখাদা পীজরিঃ

> "In its self-interest, society must respect, and indeed encourage the integrity of Science. Too often science is regarded only as a means of satisfying immediate social demands, and such demands somtimes produce pressures, which erode the integrity of science. Society must recognize more clearly than it now does, that such pressures are self-defeating, and given the hazards involved in a faulty understanding of the power of modern science, exceedingly dangerous as well.
>
> If scientists want to strengthen the integrity of science, and if citizens learn to respect the importance of the integrity of science to society, we can enter the new age of science in the hope that it will properly serve the welfare of man."

হৌজিক ঐখোয়গী দরকার ওইরিবদি বিজ্ঞান অমসুং ধর্মগী মপান্না মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফবা পুরকপনি। ঐখোয়না মতম অমতদা বিজ্ঞানগীসু ধর্মগীসু ওইগদবনি। মসিনি মীওইবগী চাওখৎপা পুবক্লবগীদমক্তা মীওইবদা নৌনা দাবী তৌরক্লিবসি। মতৌ করম্না দাবী অসিবু পীবা ঙমগনি? বিজ্ঞানগী জ্ঞানগা ধর্মগী জ্ঞানগা অনী পূম্না চাওখৎমিন্নবগা দাবী অদু পীবা ঙমগনি।

কনাগুম্বা মী অমনা বিজ্ঞানগী মীসু ধর্মগী মীসু অনী পূন্না ওইবা য়াব্রা? ব্রাহং অসিগী পাউখুমদি 'য়াই' হায়না খুম্বা তাই। মসিদি ওইথোকপা য়াই, ওইথোকপা য়াবদা নত্তে, ওইথোকহনগদবনি। মদু হৌজিক্কী মতম অসিদা য়াম্না দরকার ওইরবনি। মীওইবা সমাজনা থেংনরিবা অকিবা ফংলবা সমস্যাশিং অসিবু কোকহনবদা মদু য়াম্না ঙাইফদে। মদুবু ওইথোকহন্দ্রবদি মীওইবা ঐখোয়না অসুম হিংদুনা লৈখিগনি হায়বা থাজদে, চিংনৈ।

মীওইবগী তুংগী লাইবক লেপ্পদা ধর্মগী মীশিংগতা মরী লৈনহনবা য়ারোই। বিজ্ঞানীশিংগসু মরী লৈনৈ। ঐখোয় খুদীংমক্কসু মরী লৈনৈ। মীওইবা জাতিদা কবিগুম্বা ফত্তবা অমা থোক্লকপা মতমদা ঐহাক অমসুং নঙোন্দসু চৈথেং পীরক্কনি। ফত্তবা ব্রাখল অমসুং ফত্তবা থবক খুদীংমক্কা মীওইবা জাতিদা শোকহল্লি। মবম অদুনা ঐখোয়না বিজ্ঞানগী মীসু ধর্মগী মীসু পূন্না মতম অমতদা ওইরবদি মীওইবগী তুংগী পূন্সিবু মরাংকায়হনবা অমসুং অর্থ লৈহনবা ঙমগনি।

# ঈশ্বরবু নুংশিবনা মীওইববু ঈশ্বররোমদা পুখৎপী

ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা অচুম্বা ঙাঙগদবনি। ঐখোয়না ঙাঙলিবা অচুম্বা ৱা অদুনা কনামতগী মপূক্লিং নুংঙাইতবা পোকহল্লোইদবনি। মীনা পেনগদবা অমদি কান্নগদবা অচুম্বা ৱা অদু ঙাঙগদবনি। অচুম্ববু চুম্মে হায়দুনা অকনবা ৱাহৈশিং শীজিন্নরগা ঙাঙলোইদবনি। থোৎনা-নৌনা অমদি খোইথুম্না ৱা ঙাঙগদবনি। মদুনা অশেংবা অচুম্বা অদু ওইগনি। মীওইবগী ধর্ম করিনো? অচুম্বা ঙাঙবনা মীওইবগী ধর্মনি। ঐখোয়না মী অমগী থম্মোয়বু উবা ঙমদে। অদুবু মহাক্না ঙাঙথোক্লিবা ৱা অমসুং তৌথোক্লক্লিবা থবক্না মহাক্কী নুং-গী ওইবা মতৌবু তাকই।

অচুম্বদি ঐখোয়না ঈশ্বববু নুংশিরবা মতমদা ফংগদবনি। ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা অসি পাপপু কিবগী ফলনি। নুংশিবা য়াওদনা অচুম্বা লৈবা ঙম্লোই। ঐখোয়গী থম্মোয়দা ঈশ্বরবু নুংশিবগী ঈচেল কন্না চেল্লক্লবা মতমদা অচুম্বা, শান্তি, ধর্ম অমসুং অহিংসা হৌন-হৌনরগা লাক্কনি। নুংশিবদা লূপ্লবা মহাক অদুনা অধর্ম অমসুং হিংসাদা খক লাক্লোই। অচুম্বা, শান্তি, ধর্ম অমসুং অহিংসাদি নুংশিবদা যাওই। নুংশিবনা মীওইববু ঈশ্ববগী মনাক্তা পুৰী। মীওইবদা লৈরিবা নুংশিবদি ঈশ্ববনা পীবিরকপা অথন্নবা থৌজালনি। নুংশিবা হায়বা অসি মীওইবা খুদীংমক্তা লৈ। ঈশ্বর কনানো? ঈশ্বরদি নুংশিবনি। ঈশ্বরনা মীওইবা খুদীংমক্তা নুংশিবগী মওঙ লৌদুনা লৈবীবনি। নুংশিবা হায়বা অসি পূক্সিনি। যীশুনা ঈশ্বরদা হায়জখি, "ওঃ ইপা ঈশ্বর ! ঐনা পূম্নমকপু নুংশিবা ঙম্নবা অমদি ইবুংঙো নহাকপু থৱায়-হকচাঙ য়াওনা নুংশিবা অমসুং সেবা তৌবদা ঐগী পূক্সি কখোকপা ঙম্নবা ঐগী থম্মোয় অসি নুংশিবনা পীক থলহনবীয়ু। ইবুংঙো নহাক্তি নুংশিবগী শাবানবনি।"

যীশু পোকপা মতমদা মগুণ যাম্না লৈরবা আরবীয় নিংথৌ অহুমথক্না মহাকপু খুরুমজবা লাকখি। মখোয় অহুম্না নৌনা পোক্লক্লিবা যীশুবু উবদা থোইদোক-হেন্দোক্না নুংঙাইজখি। নিংথৌ অহুম অদুগী মনুংদগী অমনা যীশুগী অপোকপীদা হায়রম্মী, "ইমা, ইমাদি ঈশ্বরবু যাম্না নুংশিজবা নচানুপা অমা পোক্লে, ইমাদি লাইবক যাম্না ফরে।" অনীশুবা নিংথৌ অদুনা অমুক হায়রকখি, "ইমা, ইমাদি ঈশ্বরনা নুংশিবীবা নচানুপা অমা পোক্লে।" অহুমশুবা নিংথৌ অদুনা অমুক হায়রকখি, "ইমা, নচানুপা অসি ঈশ্বরমক্লি।" ৱারোলশিং অসিগী নুং-গী অর্থদি অসিনিঃ ঈশ্বরবু থম্মোয়শেংনা নুংশিজবা মহাকপুনা ঈশ্বরগী নুংশিরবা মচা ওইরে; মসিগী অমতা ওইবা ফীভম অসিবু খঙলবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগা অমতা ওইরে। মদুগী মওঙদা যীশুনা চাউরক্লগা হায়খি, "ঐহাক ঈশ্বরগী পাউখোল্লোইনি।" মদুগী মতুংদা মহাক্না অমুক হায়রকখি, "ঐহাক ঈশ্বরগী মচানুপানি।" অবোইবদা মহাক্না খঙহল্লকখি, "ঐহাক্না অমসুং ঐগী ইপা ঈশ্বরগা অমতনি।" অহানবগী ৱাফম অদুনা হকচাঙগা মরী লৈনৈ। অনীশুবা অদুনা পৃক্লিংগা মরী লৈনৈ। অহুমশুবা অদুনা আত্মাগা মরী লৈনৈ। আত্মাগী ওইবা শকতাক অদুনা মীগা ঈশ্বরগা অমতা ওইবগী মরী অদু তাকই।

মদুগা মান্নবদা হনুমাননা রামদা হায়খি, "হে প্রভু ! হকচাঙগী থাক্তনা ঐহাক অসি ইবুংঙো নহাক্কী ননাইনি; পৃক্লিংগী থাক্তনা ঐহাক অসি ইবুংঙো নহাক্কী শরুক অমনি; অদুগা আত্মাগী থাক্তনা ইবুংঙো নহাক্না ঐহাক্না অমতনি।" ঐখোয় মীওইবা পৃম্নমক্না মসিগী মওঙদা ৱাখল খনগদবনি। অহানবদা মী অমনা মশামকপু ঈশ্বরগী পাউখোল্লোই অমা ওইনা খল্লগা ঈশ্বরগী সেবা তৌবা ওইনা থবক তৌগনি। ঈশ্বরগীদমক থবক তৌরিঙৈদা অফবা থবকশিংখক্তা তৌগদবনি। অদুদগীদি পূজাগী লম্বীদা লাক্কদবনি। মসিনি আধ্যাত্মিক্কী ওইবা লম্বীদো। ঈশ্বর কদাইদা লৈ? ঈশ্বরনা করি তৌই? মীচম অমনফাওবা ঈশ্বরদি মফম পৃম্নমক্তা লৈ হায়বা খঙই। হৌজিক্কী মতমগী লাইরিক হৈরবা খরনদি মদুগী ৱাফম অদুদা চিংনবা পোকই। মরম অদুনা মসিগী মতাঙদদি লাইরিক হৈতবা মীশিংনা লাইরিক হৈবা মীশিংদগী হেন্না ফবসু যাওরকই। ঈশ্বরনা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালবু কনাদা পী? নুমিৎকী মঙালবু মায়কৈ পৃম্নমক্তা ফংহল্লি। ঈশ্বরগী মীৎয়েংসু নুমিৎকী মঙালগা

চপ মান্নে। ইবুংঙো মহাক্কা মী খুদীংমকপু চপ মান্ননা য়েংই।

ধর্ম হায়বা অসিদি য়াম্না শেংবনি অদুগা মসিনা মালেম পৃম্ববু ঙালহনবতা নত্তনা মরোল অহুম্মকপু ঙালহল্লি। মীওইবনা তৌবা থবকশিংবু, পূক্লিংদগী থোরকপা ৱাখলশিংবু অমসুং আত্মাগী মঙালনা কাপথোক্লকপা আনন্দবু ধর্মনা ঙালহল্লি। আনন্দদি মতম পুম্নমক্তা নুংঙাইদুনতা লৈবা মনুংঙাই অদুনি। নুংঙাইবা অয়ৌবীনি। আত্মানা আনন্দগী শাবানবনি। থম্মোয়নুংদা নুংশিববু য়োকখৎসি। অদু ওইরবদি থম্মোয় অসি মকালাম্নক্কনি, ঙাম্ভোরক্কনি। ঐখোয়না উচেৎ অমা মৈ থাবদি উচেৎ অদুনা মৈতাল ওল্লক্কনি। ঐখোয়না মৈতাল অদু খুৎনা শোক্লরবদি ঐখোয়গী খুৎ অদু মোৎকনি। মৈতাল অদুবু করম্না ভৌহনগনি? সাবন্না নোইরবসু নৎত্রগা শঙ্গোমদা লূপ্পবসু মৈতাল অদুবু ভৌহনবা ঙম্লোই। উচেৎ অদুনা মৈগা শম্নকৎলগী মৈতাল ওনখিবনি। মৈতাল অদুবু ভৌহনগে হাযববদি মৈদা অমুক খমদুনা তুম্না চাকহল্লগা অভৌবা ঊৎ ওলহনগনি। মৈতালবু মপৃংফানা মৈ চাকহল্লগা অভৌবা ঊৎ ফংই। অদুমহায়না মপৃংফাদবা ভক্তিদি মৈতালগা মান্নে। মপৃংফাবা ভক্তিনা ঐখোযদা মঙাল পীগনি। নুংশিবদা পূক্লিং লূপসি, মপৃংফানা পাক্লিং লূপসি, অদুদগীদি ভক্তিগী মৈনা ঐখোয়বু ভৌহনগনি (শেংহনগনি)।

অপাম্বা, অশাউবা অমসুং কল্লক-মিহৌবা হায়বা মীওইবগী য়েক্লবা অহুম লৈ। অপাম্বনা ভক্তিবু মাঙহল্লি, অশাউবনা জ্ঞানবু মাঙহল্লি অদুগা কল্লক-মিহৌবনা মীওইবগী অফবা থবকশিংবু মাঙহল্লি। য়েক্লবা অহুম অসিনা ঈশ্বরগী পূজা তৌবসু ঙমহন্দে। অশাউবনা লাকহৎখ্রবা মী অমনা অচুম-অরান খঙবা ঙম্লোই। কল্লক মিহৌবসু লৈবোইদবনি। অরুবা লায়নাশিং ফহন্নবা ইদাকশিং লৈবা যাই, অদুবু য়েক্লবা মখোয় অহুম অসিদগী নাম্ভোক্লবা উপায়দি লৈতে। অদু ওইরবদি য়েক্লবা মখোয় অহুমদগী নংখ্রকপা শুকয়া-যাববোইদ্রা'' ঐখোয়না মখোয়বু ঈশ্বরগী ওইবা নুংশিবগী মৈদা থাদোক্লগা মখোয় অদু ঊৎ ওনখিনি। অকনবা যোং ফাওবা মৈদা থম্লগা শৌদোকহনবা ঙম্মি। ঐখোয়না অকনবা যোংপু মহী ওলহনবা ঙম্লগা ফত্তবা গুণশিংবু অফবা গুণশিং ওলহনবা ঙম্লোইদ্রা'' ফত্তবা গুণশিং অসিদি ধ্যানগুম্বা ধর্মগী শাজেলশিংনসু মাঙহনবা ঙম্লোই। মীয়াম্না ধ্যান তৌনৈ। মখোয়না তৌরিবা ধ্যান অদুদি মীঙোন্দা উৎপা

ধ্যান ওইনা তৌই। ফোটো নম্ববগীদমক্তা ফম্বা ওইনা তৌই। খোঙগ্রাই চল্লগা মীৎ-উইশিন্দুনা ফম্বখক্লা ধ্যান ওইবা য়ারোই। নুংশিববু থম্মোয়নুংদা মপূংফানা য়োকখৎসি অদুগা পূন্নমক অচুম্বা ওইরক্কনি।

হৈনবী ওইনা থবক তৌবদগীদি জ্ঞান্না হেন্না ফৈ। জ্ঞানদগীদি অমুক ঈশ্বরদা ধ্যান তৌবনা হেন্না ফৈ। অদুবু ধ্যান তৌবদগী থবকশিংগী মহয় পাম্বা থাদোকপনা হেন্নমুক ফৈ। অদুদগীদি খুদক্তা শান্তি লাক্কনি। থবক তৌবদা চাং-নাইনা নুমিৎ খুদীংগী তৌগনি। অদুবু ফত্তবা থবক তৌবগী হৈনবীদি লৈহল্লোইদবনি। থবক তৌবদা থম্মোয় পীক্লা থবক তৌরোইদবনি। ঐখোয়না ঈশ্বরবু ফংনবা থবক তৌগদবনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা থবক তৌগদবনি। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংগে হায়ববদি ঈশ্বরনা পাল্লিবা থবক অদু ঐখোয়না তৌবা তাই। ঈশ্বরগী রাখলদা লূপ্পুনা লৈরগা ঈশ্বরগী সেবাদা থবক খুদীংমক তৌরবদি ঐখোয়না ঈশ্বররোমদা চঙশিনবা ঙমগনি। থবক তৌবদা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা আশা চাউনা তৌগদবনি। আশা নেম্বা হায়বা অসি অচৌবা মরাল অমনি। মায়া-সংসারগী পোৎশিং ফংগে হায়না খল্লিবা অদুদি অনেম্বা আশানি।

ঈশ্বরবু নুংশিগদবনি। মসিদগী হেন্না ফবা আধ্যাত্মিক্কী ওইবা অতোপ্পা থবক অমা লৈত্রে। ঈশ্বরবু মপূংফানা নুংশিবা ঙল্লবদি অতোপ্পা সাধন অমা তৌদ্রবসু য়ারে। ঐখোয়না ঈশ্বরবু থম্মোয়শেংনা নুংশিরবদি মদুগী নুংশিবা অদুমক্লা ঈশ্বরগী থৌজাল অমসুং নুংশিবা ফংবদা মতীক চাহল্লি। ঈশ্বরগী থৌজাল অমসুং নুংশিবনা [illegible] মহাক্কী মনাক্তা পুশিনবী। মরম অদুনা ঈশ্বরবু নুংশিবনা মীওইবনা ঈশ্বররোমদা পুশিনবী।



**Works of I.S. Akoijam:**

ফোঙথ্রবা লাইরিকঃ ১। *ঐখোয় য়ু থকপা তোক্লসি*– ১৯৯০, ২। *শ্রীমদ্ভগবদ গীতা* (হন্দোকপা)– ১৯৯৪, ৩। *গীতা বাহিনী* (হন্দোকপা)– ১৯৯৫, ৪। *গীতাগী ঈচেল*– ১৯৯৭, ৫। *পৃথিবী অশেংবা শাস্ত্র*– ১৯৯৭, ৬। *The Bhagavad Gita* (A Rewrite of the Verses)– ১৯৯৯, ৭। *Selected Words of Wisdom* (Part-One)– ২০০০, ৮। *ঈশ্বরগী মায়কৈবোমদা*– ২০০০, ৯। *Selected Words of Wisdom* (Part-Two)– ২০০০, ১০। *Selected Words of Wisdom* (Part-Three)– ২০০০, ১১। *মসিদা মৈরে* (শৈরেং)– ২০০১, ১২। *Selected Words of Wisdom* (Part-Four)– ২০০১, ১৩। *কান্নবা ৱারীমচাশিং* (অহানবা শরুক)– ২০০১, ১৪। *Selected Words of Wisdom* (Part-Five)– ২০০২, ১৫। *কান্নবা ৱারীমচাশিং* (অনীশুবা শরুক)– ২০০২, ১৬। *Golden Thoughts*– ২০০৩, ১৭। *শাউতাক ৱারীশিং*– ২০০৩, ১৮। *Selected Proverbs*– ২০০৩, ১৯। *অনাম*– ২০০৪, ২০। *মণিপুরগী চীংঙ্গী-ভগ্গী*– ২০০৪, ২১। [illegible]– ২০০৫, ২২। *Gems of Good Thoughts*– ২০০৫, ২৩। [illegible] অৱাংবদা (শৈরেং)– ২০০৫, ২৪। *হৈৎবীরো* [illegible] (শৈরেং)– ২০০৬, ২৫। *পূন্নমক্তা ঈশ্বর লৈ*– ২০০৭, ২৬। *Pearls of Wisdom*– ২০০৭, ২৭। *হতেন থুঙম অনাল*– ২০০৮, ২৮। [illegible] *কৌরগুমসি*–২০০৯, ২৯। *ঈশ্বরগী* [illegible]– ২০০৯, ৩০। *অতোম পোরোম সিংহ*–২০১০, ৩১। *Ojha Th. Lukhoi Anal*– ২০১০, ৩২। *বিজ্ঞান অমসুং ধর্ম*–২০১১।

**ফোঙলগদবা লাইরিকশিংঃ** ১/ [illegible] ২/ লোম্না নাইদবা নুংঙাইবা, ৩/ [illegible] ৪/ মচ শিথরোইদবা লৈরাংশিং অমসুং ৫/ [illegible]।



**BIGYAN AMASUNG DHARMA**
By IS Akoijam and
60th book of Manipur Sahitya Samiti Thoubal